# য়ুরোপকী সাহিত্য নৈনরোল

( আর্ট, সাহিত্য অমসুং ক্রিটিকশিংগী মরমদা নৈনবা ৱারেং)

আই. আর. বাবু সিংহ

ট্রাইমভরেৎ পব্লিশর্স, ইম্ফাল
৭৯৫ ০০১

**Europki Sahitya Neinarol**

*(On Art, Literature and Critics) by* **I.R. Babu Singh**, *Imphal*

অহানবা নম্বা ঃ ২০০১

মমল ঃ লুপা ১০০.০০ (চামা)

অফোঙবা ঃ ট্রাইমভরেৎ পব্লিশর্স, ইম্ফাল
ক্বাকৈথেল, নিংথেমকোল, ৭৯৫০০১
মণিপুর

লেজর টাইপ সেত্তিং ঃ অম্বিকা ওপসেট প্রেস, কৈশাম্পাৎ এয়রপোর্ট রোড, ইম্ফাল।

নম্ফম ঃ ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, লোকলাওবুং

# ৱাহৌদোক

য়ুরোপকী পাকচাউখ্রবা সাহিত্য নৈনরোলগী পরমপরাবু চেনা খরদা ইথোকপা হায়বসি ওইথোক্তবনি। পরমপরা অসি ইবদা মহৌশানা খন্দোক-খঞ্জিন তৌবা তারকই পূম্নমকপু কোনশিনবা ঙমলুদবনা। লাইরিক অসিদা আর্ট অমসুং লিটরেচরগী মরুওইবা নেচর অদু শম্না পীরগা ক্রিটিসিজম করিনো গ্রীকশিংনা লম অসিদা য়েংলম্বা মীৎয়েং অদু চাউরাকনা উৎনবা হোৎনৈ। গ্রীকশিংগী মথংদা গ্রেকো-রোমান ক্রিটিসিজমগী মীৎয়েং অমসুং ইংরাজী সাহিত্যদা তোঙান তোঙানবা যুগশিংদা লৈরমলিবা ক্রিটিসিজমগী মীৎয়েং অদুসু য়াওরি। ইরিবগী মওংদি য়াম্না শন্দোক্না, কূপশিন্না নৈনবগী মহুত্তা যুগ অমসুং খংগৎলিবা ক্রিটিকশিং অসিগী মরুওইবা মীৎয়েং অদুতবু পুথোক্লবা হোৎনবনি। মখোয় অসিগী মপুংফাবা অকূপ্পা কয়াদু নৈনবা য়েংবিগে হায়রগদি লাইরিক অসিদা থেংনবিরোই। লাইরিক অসিগী পান্দমদি মসিদা পুথোকচরিবা ৱাফম খরসিনা হেন্না মখা নৈননিংবা, থিজিলহন্নিংবা পোকহনবা অদুতনি।

মণিপুরীদা ক্রিটিকেল ট্রেদিশনগী মীৎয়েং শাগৎতুনা মসিগা চানবা, চূনবা ৱাহে-ৱাতা লোন পুথোকপসিমক ঐগী ওইনদি অৱাবা অমনি। মরম অসিনা ইংরাজীগী ৱাহে, টর্ম অদুগা লোয়ননা মণিপুরীদা অঙম্বা, অয়াবা মওংদা শন্দোক্না তাক্লবা হোৎনৈ। মতাং কয়াদা নাতৈ চাদবা মানবা, মরিং মরাংবা য়াওই। মমিং লৈরবা পন্দিৎ, অখঙ-অহৈ কয়াগী লাইরিক পাজরুবদগী ইজরিবসিদা য়াওরিবা মীৎয়েংশিং অসি শাগৎচবনি। ক্রিটিসিজমগী লম অসিদা ঐ ইশাগী ওইবা ৱাখল, মীৎয়েং পুথোকপা হায়বসিমক ঐঙোন্দদি লুখ্রবা ৱাফমনি। মখোয়গী মীৎয়েং অদু নৈনবদুতনি মসিদা হোৎনজরিবসি।

লাইরিক অসিগী মচাক খোমজিনবদা মরূপ-মপাং কয়ানা মতেং পীবিরকখি। ডা. পোলেম নবচন্দ্র সিংহ, এসোসিয়েৎ প্রোফেসার, মণিপুরী দিপার্টমেন্ট, মণিপুর য়ুনিভরসিটিগী মতেংগীদমক থাগৎচরি অমসুং তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

**আই. আর. বাবু সিংহ**

নিংথেমকোল, ক্বাকৈথেল, ইম্ফাল

১৭-০৭-২০০১

# য়াওফম তাকপা

লামায়


(i) ব্রাহৌদোক ........................................ i

১। আর্ট ........................................ ১

২। সাহিত্য ........................................ ১২

৩। অঙনবা মতমদা ক্রিটিসিজম ........................................ ২০

৪। হেল্লেনিক ক্রিটিসিজম (Hellenic Criticism) ........................................ ২৩

৫। প্লেটো ........................................ ২৬

৬। এরিষ্টোটল (খৃ:মাঙ ৩৮৪-৩২২) ........................................ ৩১

৭। গ্রেকো-রোমান ক্রিটিসিজম (Graeco-Roman Criticism) ........................................ ৬১

৮। হোরাস (খৃ: মাঙ ৬৫-৮) ........................................ ৬৪

৯। লোঞ্জাইনস ........................................ ৭০

১০। জোন ড্রাইদেন (১৬৩১-১৭০০) ........................................ ৭৮

১১। রোমানটিক ক্রিটিসিজম ........................................ ৮৭

১২। ৱিলিয়ম ৱার্দসৱার্থ ........................................ ৯৫

১৩। সামুয়েল টেলর কোলরিজ ........................................ ১০২

১৪। পি. বি. শেলী ........................................ ১০৯

১৫। ভিকটোরিয়াগী যুগ ........................................ ১১৪

১৬। ৱাল্টর হোরেসিয়ো পেটর (১৮৩৯-১৮৯৪) ........................................ ১১৯

১৭। মেথিয়ু অরনোল্দ (১৮২২-১৮৮৮) ........................................ ১২৬

১৮। ২০ শুবা চহীচা ........................................ ১৩৪

১৯। টি. এস্. এলিয়ট (১৮৮৮-১৯৬৫) ........................................ ১৪৫

২০। আইভোর আর্মষ্ট্রোং রিচার্দস (১৮৯৩-১৯৭৯) ........................................ ১৫৫

২১। মার্ক্সিষ্ট ক্রিটিসিজম ........................................ ১৬৬

২২। মতেং ওইনখিবা লাইরিক ........................................ ১৭২

# ১ ঃ আর্ট

অচৌ অচৌবা সহর, টাউনশিংদা মরুওইনা চাউখৎলবা জাতিশিংগী কোনুং ওইরিবা সহরশিংদা অশাবা মূর্তি-ষ্ট্যেচু, অয়েকপা লাই অমসুং লাইরিক-লাইশু কয়া কয়া খোমজিন্দুনা থম্বা ঐখোয়না উই। লম্বীগী মতাই অমসুং মফম চাবদা মীওইবগী, শা-ঙাগী মূর্তি কয়া নূংঙৌ নৎত্রগা পিথ্রাই অমদি অতে অতে মচাক্লা শাদুনা অচৎ-অওকশিংগী মীৎয়েং চিংশিন্দুনা থম্লে। যুম খুদিংদা ফক্লাংদা অয়েকপা লাই কয়া থেৎনৈ; মচু অমসুং মওং কয়াগী লৈনচিংবা লৈতেং তৌদুনা হাপ্লবা পাত্র থম্লে অমদি যুম কয়াদা লাইরিক-লাইশু, অয়েকপা লাই, খুৎনা শাবা মখল-মথেলগী লৈতেং কয়া নিংথিনা শীন্দোক্লুনা থমনৈ। অসিগুম্বা পোৎচৈ কয়া অসিনা আর্ট হায়বদি কলা হায়বসি মীওইবগী পুনসিগী, হিংবগী মচাক অমা ওই হায়বসি তাকই, মরমদি অসিগুম্বা পোৎশকশিং অসিনা ঐখোয়গী পুকনিংবু ঙাইহাক্তং খুদুম চলহনবা অমসুং পোৎশকশিং অসিনা পোকহল্লকলিবা ৱাখল, ভাবশিং অদুনা ঐখোয়বু নুংঙাইহনবা, ৱাখল খনথহনবা পামদ্রবদি পোৎশকশিং অসিনা ঐখোয়বু ইকোয় কোয়শিন্দুনা লৈহনবা ৱাই চিলহনবা ঐখোয় পামলোই। অসিগুম্বা পোৎশিং অসিনি শম্লা আর্টকী পোৎ হায়রিবসি।

আর্ট হায়বসি চাউরাক্লা কাঙলুপ অমদনা 'ফাইন' অমসুং অতোপ্পা কাঙলুপ অমদনা 'মেকানিকেল' নৎত্রগা 'লেশর' ওইবা মতৌগী আর্ট হায়না কাঙলুপ অনী থোক্লা খায়দোক্লুনা অখণ্ড-অহৈশিংনা থম্মী। ফাইন আর্ট হায়বদি ফজবা অরুবা, অনানবা মখলগী আর্ট হায়বসিদা আরকিটেকচর, স্কল্পচর— যুমকৈ শাবা উ, নুংদা হকপা য়োৎনচিংবনা হৈদুনা শাবা পোৎচৈ, পেন্টিং-মচু শিজিন্নদুনা

য়েকখোৎপা, মিয়ুজিক— ঈশৈ-নোংমাই অমদি ড্রামা, জগোই, মীয়াম মাঙদা থোক্কুনা রা ভাঙবগী মহৈ, হৈশিংবা অসিগা লোয়ননা শৈরেং হায়বসি য়াওই। খরা হনথবা মওংগী মেকানিকেল ওইবা আর্ট হায়বসিদনা য়োৎ-থাঙনচিংবা শাবগী মহৈ, উশূবা, উপু-কাংথোল, টেবল-চৌকিনচিংবা চনবা, চেক নূং, শূবা, চফু শাবা, ফিরোল শাবা গ্লাসনা পোৎচৈ শাবা, য়ুমনচিংবা মচু, রং থাবা অসিনচিংবা অসি য়াওই। মখল অনী অসিগী হায়বদি ফাইন অমসুং মেকানিকেল মওংগী আর্টনা মীওইবনা মদুদগী নুংঙাইবা (pleasure) ফংনবা ওইনা লৌনৈ, মেকানিকেল আর্টনা মীওইবগী চঙদবা য়াদ্রবা দরকার ওইবশিং (needs) অদু পীননবা, থুংহন্নবগীদমক ওইনা তৌই। আর্ট মখল অনীমক অসি মীওইবগী পুকনিং-ৱাখল চাওখৎলকপা, হেংগৎলকপগী মপানগী ওইবা মশক ওইনা উৎলকপনি, ফোঙদোরকপনি। অদুবু ফাইন হায়না খঙনবা আর্ট মখল অসিদি মীওইবনা মোরেল অমসুং ইন্টেলেকচুয়েল— অচুম-অরান, অফ-ফত্ত অমদি বুদ্ধিগী লমদা চঙশিল্লকপা, চাওখৎলকপগা হেন্না মরী লৈনৈ অদুগা খরা হনথবা থাক্কী মেকানিকেল আর্ট হায়বসিনা মপানথোংগী ওইবা পোৎচৈদগী ফংবা নুংঙাইবা, ওইজবা অমসুং কান্নবগা মরী লৈনৈ। ফাইন অমসুং মেকানিকেল হায়না খঙনরিবা আর্ট মখলশিং অসিদা উ-ৱা, কোরিনচিংবদা হক খোৎপা, চাইনা ক্লে হায়না খঙনবা পাত্রশিংদা গ্লাশনচিংবদা য়েকখোৎপা, নৎত্রগা শেৎন-ইন্নবা ফিরোলনচিংবদা য়েকপা, শাবদা থোকহনবা লৈরোং কয়াসু লৈ। অসিগুম্বা আর্ট অসিদি পুথোকলিবা আর্টিষ্ট অদুগী হৈশিংবগী চাং মতুংইন্না ফাইন নৎত্রগা মেকানিকেল মখল অনী অসিগী মরক্তগী অমা ওইবসু য়াই।

, থাক খরা হনথবা মখলগী — মেকানিকেল হায়না খঙনবা আর্ট অসিগী পান্দম, মসি ওইরক্লবগী মরমদি অদুক হাকনা পুংলু লুবা ওইনা লৌনদে। আর্ট মখল অসি সভ্যতানা অসুম হেংগৎলকপগা লোয়ননা মীওইবদা চঙদবা য়াদ্রবা চিঞ্জাক, লৈফম য়ুম-কৈ, শেৎন-ইন্নবা ফিরোল, চৎথোক-চৎশিনগী পাম্বৈ অসিনচিংবা কয়া অসি মহৌশানা দরকার ওইরকপদগী মখোয় অসি ফংনবা হোৎনরকপদগী পোকলকই, থোরকই। অসিগুম্বা পোৎশিং অসি পুথোরকলিবগী

পান্দমদি পোৎশিং অসিনা মীওইবদা পীরিবা কান্নবা — য়ুটিলিটি (utility) হায়বসিদগীনি। অসিগুম্বা পোৎশিং অসি শারকপা, পুথোরকপদা মখোয়দগী ফংবা কান্নবা ওইজবা হায়বসিনা খ্বাইদগী মরুওইবা পান্দম অমসুং হৌফম ওইবনা মখল অসিগী আর্ট অসিবু 'য়ুজফুল' (useful) আর্ট — কান্নবা পীবা, ওইবা আর্ট হায়নসু খঙনৈ। য়ুম অমগী, চৌকি অমগী নৎত্রগা করিগুম্বা কোল-লিকনচিংবগী মগুণসি পোৎশকশিং অসিবু খন্দুনা শারিবা, পুথোকলিবা পান্দম, অপাম্বা অদু পীবা ঙম্বা থুংহনবা ঙম্বা হায়বসিনা ওই। পোৎশিং অসি শেমশাদুনা পুথোরকপদা শীজিন্নরিবা মওং-মতৌ - ফোর্ম (form) হায়বসিদি মখোয়না পীরিবা, ফংহল্লিবা কান্নবা অদুগী মপানথোংগী শক্তমনি। অসিগুম্বা মশক অসি উৎলকপসিনা পোৎশিং অসিনা মীওইবগী মীৎ পেলহল্লি, পুক্রিংবু শুমহৎলি; অসিগুম্বা পেলহনবা, নুংঙাইহনবগী থবক অসিদা মপানথোংদা য়েকশিন-খোৎচিন্দুনা, মচু-মরাং কয়া তৈশিনবনা কান্নবা হেনগৎহনবগী মহুত্তা পোৎশক অদুগী ফজবা হেনগৎহনবগী মহুত্তা হেন্নদুম চিংথৈ, ফজবা হনথহল্লি।

ফাইন — অনানবা, ফজবা, অৱাংবা মখলগী আর্টকী চপ্ চাবা হৌরকফম অমদি মখল অসিগী আর্টকী পান্দম করিনো হায়বসিগী মরমদা আর্ট মখল অসিবু নৈনবা মীওইশিংগী মরক্তা খেৎনবা মোৎ কয়া লৈ। মীওইবনা ইন্দ্রি, কায়াৎশিং শীজিন্নদুনা নাকোংগী মতেং, পাম্বৈনা তাবা ঙম্বগী, মীৎকী মতেংনা উবা ঙম্বগী মতুংইন্না আর্ট হায়বসি অমুক মখল অনী থোক্লা য়েংবা য়াই। নাকোংনা তাবা অমসুং মীৎনা উবগী পাম্বৈ শীজিন্নবগী মতুংইন্না ওইরকপা আরকিটেকচর, স্কল্পচর, অয়েকপা লাই মখল অসিগী আর্ট অসিগা খোঞ্জেলগী আর্ট ঈশৈ-নোংমাই অমসুং শৈরেং হায়বদি সাহিত্যগী আর্ট অসিগা খেন্ননা লৌনৈ। মীৎনা পাম্বৈ ওইদুনা উরিবা, খঙলিবা মখল অসিগী আর্ট অসিদা উৎনিংলিবা, ফোঙদোকনিংলিবসি মপানথোংগী ওইবা মীৎনা উবা ঙম্বা, য়াবা পোৎশক - মেটরিয়েল অমগী মতেংনা উৎলি, ফোঙদোকই। য়ুম-কৈ শাবগী আর্ট আরকিটেকচর হায়বসিদা য়াওরিবা আর্ট অসি ফোঙদোকপদা, উৎপদা মপানথোংগী ওইবা মীৎনা উবা ঙম্বা মচাক - মেটর হায়বসিনা খ্বাইদগী মরুওই, য়ুম-কৈদু শারিবা মীশক - আরকিটেক্ট অদুনা

চেক, নূং, লৈঙোই, বিলামাটি ময়াম অদুবু আর্টকী ওইবা থাক্তা পুখৎতুনা মতিক-মগুণ হাপলিবনি। আরকিটেকচরগী মথংদা স্কল্পচর লৈ। মসিগীসু ফোঙদোক্লবা শীজিন্নরিবা মচাক অসি মপানথোংগী ওইবা পোৎচাকনি অদুবু নূং, উনচিংবদা হৎতুনা মূর্তি শারিবা মী স্কল্পটরদুনা মাগী আর্ট অদু ফোঙদোক্লবা, উৎনবা পাম্বৈ ওইরিবা নূং, অকনবা ধাতুনচিংবদুদা মানা মাগী আর্ট অদু ফোঙদোক্লবা শীজিন্নরিবা পোৎশকশিং অদুগী মশাদা য়াওজদবা অর্থ, ফজবা কয়া হাপচিল্লি, য়াওহল্লি। মথ্বাই পান্দ্রবা, য়াওদ্রবা উকক, নূং মতেক অমদা মহাক্লা মথ্বাই পানবা অহিংবা মীওই অমগী শাওং-শাবান হক্তুনা শেমগৎলকই, পুথোরকই। নূং, উনচিংবদা হক্তুনা শেমশাবা স্কল্পচরগী আর্ট অসিদগী লাই য়েকপগী আর্ট, য়েকলিবা লাইদুগী কেনভাসকী অপাকপা অমসুং অশাংবদমক য়াওবা স্পেস হায়রসি য়াওদবা অসিদদি লাই য়েক্লিবা মী অদুনা মেটরিয়েল ওইবা পোৎকা মওং-মতৌ, মচুনচিংবা মান্নবা ইখেন খেন্নদবা শক্তম অদু মচুগী মতেংনা পুথোরকই, উহল্লকই। মপানথোংগী মশক হায়রগদি খোঞ্জেল হায়বসিতনা ওইরিবা ঈশৈগী আর্ট অসিদনা ঈশৈদু শকলিবা মীদুনা খোঞ্জেলসি তোপ-তোপ্পা, তোখাইবা পুক্লিংগী ইহুল ফোঙদোক্লবা শীন্দোক-শীনজিন, শেমদোক-শেমজিন অনেম-অরাং তৌদুনা পুথোরকই অমসুং মদুনা ঈশৈ অদু তারিবশিংগী পুক্লিংদা ফাওহল্লিবা, পোকহল্লিবা পুক্লিং ইহুলশিংদু শাগৎলি। অরোইবদা, শৈরেং-সাহিত্য হায়বা মখলসিগী আর্ট অসিদদি উৎনবগী ফোঙদোক্লবগী পাম্বৈ অসি ৱাহৈ নৎত্রগা ৱাহৈ ময়াম পুনশিন্নদুনা শেম্বা খুদম - সিম্বোল হায়বসিনা পুক্লিংদা ভাব, ৱাখল কয়া-কয়া পোকহনবা, উৎপা ঙম্বা হায়বসিনা ওই।

অহানবদা আর্ট হায়বসি মপান্দা ফোঙদোক্লবা, উৎথোক্লবা উপায়, পাম্বৈ অমমম চংঙি, দরকার ওই। মপানথোংগী ওইবা শাদোং পাম্বৈ অসিদি আরকিটেকচরদা শীজিন্নরিবা নূং, চেকনচিংবশিং অসিগা লোয়ননা শৈরেং-সাহিত্যগী শাদোং ওইরিবা ৱাহৈগী খুদম - সিম্বোল অসিনচিংবনি। অনীশুবদা, আর্টশিংসিনা মীগী পুক্লিংদা চঙলকলিবসি, ফাওরকলিবসিগী মরুওইবা চঙলক্লবা, ফাওরক্লবা লম্বেলদি পোৎপু খঙবা উবা ঙম্বগী কায়াৎ-ইন্দ্রি মীৎ অমসুং খোঞ্জেল,

মখোল তাবা ঙম্বগী কায়াৎ-ইন্দ্রি নাকোংসিনা ওই। অহৃমশুবদা অমসুং খ্বাইদগী মরুওইবা আর্টতুবু ফোঙদোক্লবগী, উৎনবগী মপানথোংগী শাদোং অমসুং পুক্লিংদা ইহুল অদু ফাওহন্নবগী, খঙহন্নবগী লম্বেল ওইনরিবা অসিদি আর্টিষ্টতুনা মাগী আর্টতুবু য়েংলিবা মীশিং অদুগী পুক্লিংগা হোদোক-হোজিন তৌনদুনা ফাওননবগী কমিয়ুনিকেশনগী শাদোং, পাম্বেনি। মরম অসিনা, লাইশঙ কেথিদ্রেলদগীনা পরেং তরামরিনা শাবা শৈরেং সোনেৎ পৃম্নমক অসি সিম্বোলিকনি — খুদম ওইনা পুথোকপনি। হায়বদি, মখোয় অসিদা পুক্লিংদা খঙহন্নবা অমসুং পুক্লিংনা লৌশিল্লিবা, খঙলিবা মপানগী হকচাংগী কায়াৎ-ইন্দ্রিশিংনা খঙলিবা অসিগী মথক্তা গুণ অতৈসু য়াওরি। মথক্তা নৈনখ্রিবা ব্রাশিং অসিদগী ঐখোয়না চাউরাক্লা আর্ট হায়বসি করিনো হায়বদু মসি ফাওবদা অসুম্না তাকপা য়াই ঃ আর্ট হায়বসি অশেংবা, অওইবগী মশক অদু আর্টতুবু শেমলিবা, ইরিবা মীদুগী পুক্লিংগী ওইবা মতৌদা উৎপনি। (Art, then, is a representation of the real in its mental aspect.) আর্টপু অসুম্না তাকলিবসি ময়েক শেংনবগীদমক আর্টশিং অসি তোঙান-তোঙান্না লৌখৎলগা (ক) আর্ট অদুবু ফোঙদোক্লবা, উৎনবা মপানথোংগী পোৎচাক্কী মতৌ, যৃমফম (material basis); (খ) ইন্দ্রিশিংনা খঙবা, লৌশিনবা ঙম্নবগী আর্টশিং অসিনা শীজিন্নরিবা শাদোং, পাম্বৈ (the means); অমসুং (গ) আর্ট অদুনা পুক্লিংদা পীরিবা, ওইহল্লিবা অওইবা অদুগী মশক-মওং (mental aspect of the reality) হায়না লৌখৎতুনা নৈনবা য়াই।

আরকিটেকচরদা চঙলিবা পোৎচাক অসিদি খ্বাইদগী অপৌবা, অথোং-অমেং য়াওদবা পোৎচাকনি। আরকিটেকচরগীদমক নৃং, চেক, য়োৎ উনচিংবা মচাক চংঙি অমসুং পোৎচাকশিং অসিগা অতৈ অতৈ পোৎচাককা লোয়নরগা যৃম-কৈদু শাবদা শীজিন্নৈ। নুমিৎ মঙালগী ইথিল, মঙাল অমদি মমি, মচু, অকোয়বগী ইথিল, লৈরিবা মফম নৎত্রগা মহৌশাগী ফিবম পৃম্নমক অসি আরকিটেক্ত অদুগী অপাম্বগী মখা পোন্না মানা খুদুম চন্দুনা লৈবনা, ঐখোয়গী পুক্লিংদা ইথিল পোকহন্নবা, মমি তাহল্লক্লবা মহাক্কী অতৈ অতোপ্পা মীৎনা উবা

ঙম্বগী পাম্বে, শাদোং দরকার ওইদে। অতে অতে মথ্বাই পান্দবা পোৎশকশিংদা য়াওবা কন-কন লাউবা মওং-মতৌ অমসুং মচু অসি মহাক্না পুথোক্লিবা পোৎ অদুদা খিং-খিং লাউবা হিংবগী মতৌ অদু উৎপা নত্তবনা অদুম য়াওই। মানা শেম্নকলিবা মপান্দা উরিবা, শেম্নকলিবা পোৎশিং অসি অওইবা, অশেংবা মান্না উরবসু মখোয় অসি মাগী পুক্লিংগী মশক-মওং (mental aspect) নি। হায়বদি মানা পুথোক্লিবা, শেমলিবশিং অসি মাগী ব্রাখল, পুক্লিংগী মওং-মতৌ ফোঙদোকপনি। গোথিক কেথিড্রেল হায়না খঙনবা মরোং-মরোংবা, অব্রাংবা মতোলনচিংবা কয়া য়াওবা কেথিড্রেল অসি চুম্না মীয়ামগী লাই খুরুম্নফম লাইশঙ ওইবদা নত্তনা লাইশঙ অসিগী মওং-মতৌ, শারিবা নোমনা অসিনা মীওইবনা তুংকোইনা পুক্নি নুংশাংনা লৈবা পামজবগী আশা অদু উৎলি, ফোঙদোকই। কেথিড্রেল অসিদা য়াওরিবা অব্রাংবা, অচুম্বা মতোলশিং, ব্রাংলবা লূম্নবা য়ূমথক অদুবু পুরিবা অতিয়া পক্না থিংগৎলিবা য়ূম্বীশিং অসিদা উৎলিবা, ফোঙদোক্লিবা ব্রাখল, ভাব অদু মসিনি। কেথিড্রেলদু শারিবা আরকিটেক্ত অদুনা লাইশঙ অসিবু খৃষ্টান লাইনিংগী মফম অমনি হায়না শারগসু, কেথিড্রেল অসি শাবদা চঙলিবা মপানথোংগী পোৎচাকশিং অসিদি খঙবা উবদা লাকশিনবা য়াবা ওইবনা অউবশিংনা আরকিটেক্ত অদুনা শারিবা লাইশঙদুনা ফোঙদোক্লিংলিবা নুংগী ভাবশিং অদু থোইনা খঙলুদনা, য়েংলুদনা লাইশঙ অদুগী মপানগী মওং-মতৌ, শক্তম অদুনা মখোয়গী পুক্লিং চিংশিনবা য়াই।

স্কল্পচর — মূর্তি শাবগী কলাগী পোৎচাক্তি নূং নৎত্রগা ধাতুনি, পোৎচাক অসিবু তোঙান তোঙানবা পাম্বে শীজিন্নদুনা শেনীনা শাদোকই নৎত্রগা ছাচাদা হৈদোক্নুনা মথ্বাই পানবা নৎত্রগা পান্দবা পোৎ, জীবগী মওং ওইনা হৈদোকই। মূর্তি শাবা মী অমনা অসুম্না মানা শারিবা মূর্তি অদুদা লেঙ-ওৎপা, চৎহনবা হায়বা থৌওং অসি নত্তনা অওইবা, অশেংবা পোৎশক্কী মগুণ, মতৌ পূম্নমক য়াওহনবা ঙম্মী। অসিগুম্বা মূর্তি অদুদা মহাক্না মওং, মতুম ওইবগী মতৌ (form, solidity) অমসুং মানা পান্নগদি মানা মতৌ তমলিবা পোৎ, মীনচিংবদুগী মচু-মমেন অদুসু মান্নবা হাপ্পা য়াই। কনাগুম্বা লেঙ-ওৎতুনা চৎলিবা মীগী মতৌ

তমদুনা মূর্তি শারকপদদনি মানা মূর্তিদুবু য়েংলিবা মীগী মমীৎ অদু নমথাক তৌনবা অতৈ অতোপ্পা উপায়, থৌরাং শীজিন্নবসি। অসিগুম্বা মূর্তি শাবা মী অমগী মফমদা লেঙ-ওৎতুনা চৎপগী মওং, মতৌ অসি উৎপা, হাপ্পা ঙমদবা হায়বসি কলা মখল অসিগী মহৌশাগী ওইবা ৱাংলবা মশক অমা ওইবনিনা, স্কল্পচর — মূর্তি শাবা মীগী কলাদি মানা শারিবা মূর্তিশিংদু তোঙান-তোঙান, তোখাই-তোখাই শাবা অমা, মূর্তিদুগী থবাক ফাওবগী শক্তমদমক শাবা অমা নৎত্রগা মূর্তি মচা-মচা কাঙলুপ ওইনা পূন্না মান্ননা ইলেং লেংহন্দনা শাবা অমা অসুম্না কলা মখল অসিগী অথিংবসিগী অৱাৎপসিগী মনুংদা মহাক্না মূর্তিদু শারকই। অকুপ্পা, অচঙবা মচাক অদুমখৈদং হাপ্লগা য়ারিবমখৈ ইচম চম্বা মওংদা মহাক্না মূর্তিশিংদু শাই, মরম অসিদগী অমসুং চগন চগনবা নুং নৎত্রগা ধাতুদা ফিরোলগী লৈতেং, ফিজোলগী মওং-মতৌ হাপ্তুনা মূর্তি শাবা হায়বসি য়াম্না ৱাবনা, ওইতোক্তবনা মীওইবগী মূর্তিবু স্কল্পচরগী পোৎ ওইনা পুথোরকপদা খ্বাইদগী ফজবদি মচেৎ ওইনা নৎত্রগা মপুমদা ফি শেৎতবগী মওংদা শাবসিনা ওই। আরকিটেক্ত অমনা মানা শারিবা য়ুম-কৈ অদুদা উৎলিবা নুংগী, পুক্লিংগী ওইবা শক্তম, মগুণ অদু উৎপদগীদি স্কল্পচর মূর্তি শাবা অমনা মানা শারিবা মূর্তি অদুদা ফোঙদোক্লিবা, উৎলিবা নুংগী, পুক্লিংগী মশক অসিনা হেন্না ময়েক শেংই। লেঙদনা, লৈতাদুনা লৈবা মূর্তিগী মপানথোংগী শাওং-শাদাগী ফজবা, চংখোনবা উৎপনা মূর্তি শাবা আর্টকী থোইদোকপা বিষয়নি, অপাম্বনি।

কেনভাস, বোর্দ অমসুং অতৈ অতোপ্পা অপাকপা চেনচিংবগী লৈমাই শীজিন্নদুনা পুথোক্লিবা পেন্টিং-লাই য়েকপগী কলা অসিদদি লৈই অমসুং মচুগী পাম্বৈনা মতৌ তমদুনা য়েকলিবা পোৎশক অদুগী মশক-মওং, মতৌ অদু ফোঙদোকই, উহল্লি। লৈই অমসুং মচু অসি উবা ঙম্বা ইন্দ্রিগী কাযাৎ মীৎনা খঙবা ঙম্না উহন্নবগীদমক লাই য়েকপা মী অমনা মাগী আর্ট অদু ফোঙদোক্নবা মানা শীজিন্নরিবা পাম্বৈ, উপায় অদু শীজিন্নবদা হেন্না হৈশিংবা, চেকশিনবা দরকার ওই। মরাক, ময়ুং অমসুং অথাবা য়াওবা পোৎ-সোলিদ (solid) ওইবা অমা লাই য়েকপা অমনা মতৌ তমদুনা য়েকপদা মানা চিংলিবা লৈই অদু অমগা অমগগী

মরক্তা লৈনবা মরী — পরস্পেকটিবকী নিয়ম কাইহন্দনা চিংবা তাই, থাপ্পা মান্নদবা মফমদা লৈবা পোৎশিংগী মচু মহাক্লা অনকপা অমসুং অরাপ্পদগী য়েংলিবা, উরিবা মী অমগী শাওং-শাদা অদু মশেন-মরাং নৎত্রগা ময়েক শেংনা উবগী শক্তম অদুদা উহনবা তাই। অসুম্না চিংলিবা লৈইদু নিয়ম চুম্না অমসুং শীজিন্নরিবা মচুদুগী অচুম্বা, শোয়দবা মগুণ অদু পুথোক্তুনা শীজিন্নবনা লাই য়েকপা অমনা ইপাক পাকপা লৈমাই অমদা চীং-মানগী দৃশ্য নৎত্রগা কা অমগী মনুংগী শক্তম অসিনচিংবশিং অসি মীৎতা উহনবা ঙম্মী। লাই য়েকপগী কলাদদি য়েকলিবা, মতৌ তমদুনা পুথোরক্লিবা অয়েকপা লাই অদুনা উৎলিবা, ফোঙদোক্লিবা নুংগী ওইবা গুণ, অর্থ ময়েক শেংনা উৎপা হায়বসিনা মপান্দা মীৎনা উরিবা অয়েকপা লাই অদুগী শক্তমদগী হেন্না মরু ওই। অময়োমদা হায়রগা লাই য়েকপা অমনা মানা য়েকলিবা লাই অদু অওইবা মশক অদুগী ফিদমনফম ওইবা মওংদা — আইদিয়েলাইজদ ষ্টেটতা পুথোরকই — মানা য়েকলিবা লাই অদু পোৎ অমগী চুম্নগী মতৌ তম্বা নৎত্রগা মদু মান্নবা শিন্দোকপদা নত্তনা য়েকলিবা লাই অদুদা মানা খন্দোক-খনজিন তৌদুনা অনৌবা মীৎয়েং, অর্থ অমা পীনবা হোৎনৈ। অতৈ-অতৈ আর্টতা তৌবগুম্না লাই য়েকপা অমসু মানা য়েকলিবদুদা অওইবা, মতৌ তমলিবা পোৎতুগী মশক-মওং মাগী ওইবা পুক্লিংগী শক্তমদা পুথোরকই, মানা য়েক্লিবা লাই অদুনা অয়েংবশিংগী পান্দা ইন্দ্রিগী কায়াৎশিংদদা ফাওহনবা, খঙহনবদা নত্তনা মখোয়গী পুক্লিং অমসুং বুদ্ধিদসু ফাওহল্লি, খঙহল্লি, ইঙ্গিৎ পী।

মরাক, ময়ুং, অথাবা য়াওবা পোৎকী (মেটরিয়েল) ভাবতা লৌরগা ঈশৈ শকপা মী অমগী ঈশৈগী যূমফমদি, পোৎচাক্তি খোঞ্জেল হায়বসিনি। খোঞ্জেল হায়বসিদা য়াওরি মীওইবগী খোঞ্জেল, ঈশৈগী যন্ত্র কয়াগী মখোল; খোঞ্জেল অসিবু খোঞ্জেল ঙাক্তা নৎত্রগা ৱাহৈগা পূনশিল্লগা শক্তোকলকই, পুথোরকই, ঈশৈগী চৎনবী নিয়ম কায়হন্দনা, অনেম-অৱাং শেমদুনা, খাইদোক-খাইজিন তৌদুনা। ঈশৈ হায়বসি ৱাখল, লৌশিং ফোঙদোক্লবা ঙমখৈ লৈতবা, চমম্লবা মশক্কী পাম্বৈ অমনি হায়না লৌরবদি, অসিগুম্বা শেংদবা, চমম্লবা মানবা মতৌ অসিদা ঈশৈগী গুণ অদু য়াওই — অসিগুম্বা শকওংসিনা পুক্লিংগী তোঙান

তোঙানবা মমি তাহল্লি অমসুং মীওইবগী আত্মাগী থূপলবা কাচিন য়ৌনা থেংলুবা ঙম্মী। মরম অসিনা ঈশৈনা অঙাং, অহল, চাউখৎপা, চাউখত্তবা, লাইরিক হৈবা হৈতবা খায়দনা পূম্নমক্কী পুক্লিং শুমহৎলি। অদুবু ঈশৈ শকপা মীনা ঈশৈগী নিয়ম অমসুং শকলিবা অদুগী হৌনবী কয়াগী মথক্তা মানা শকলিবা ঈশৈ অদু নাকোংগী ইন্দ্রি অসিদা তাহন্নবা, ফাওহন্নবা করিগুম্বা উপাই, পাম্বৈ অমা শীজিন্নৈ।

যন্ত্র ময়াম পূনশিল্লগা কাঙবু ওইনা ঈশৈ শকপা সিমফোনিদা হৈশিংবা মীদা নোং-নুংশিৎকী মতৌ, মওং অমা মাগী সিমফোনিদুদা পুথোকউ, শকউ হায়বদা থোইনা অরুবা, অরাবা ওইরোই। নোং-নুংশিৎতুদা চেন্নরিবা অকনবা নুংশিৎতুগী উ উ ঙংবা মখোল অমদি মরক্তুদা য়াওরকলিবা নোংথাংগী অকিবা ফংবা মখোলগী মওং অসি সিমফোনিদা লাইনা মতৌ তম্বা য়াই। অহিংগী অমমবগী ফিজং হাইদোক্তুনা ঐখোয়গী মীৎতা ইরং লংনা উইহল্লিবা নোংথাংগী মীৎ থকহনবা মঙাল, নোং-নুংশিৎনা থোকহনবা, ওইহনবা অকি-শক্তম্নরবা চীংদুমগুম ব্রাংনা মথংদনা চপ য়ুংনা অরুবা মরেপ খঙদ্রবা মফমদা তাশিনখ্রিবা ঈথক-ঈপোমগী মতৌ অসি সিমফোনিদা হৈশিংবা অমনা খোঞ্জেল মখোলগী করম্বা মওংনা পূনশিল্লগা পুথোকপা ঙমগদগে? ঈশৈদা অসিগুম্বা থৌওং অসি মতৌ তমদুনা পুথোকপা ঙমদে। মিয়ুজিক — ঈশৈদা অয়েকপা লাইদগী হেন্না মীওইবগী পুক্লিং, আত্মাবু ঙক্না শুমহৎপা ঙম্বা য়াওরি মগুণ অমা।

আর্ট পূম্নমক অসিগী ফোঙদোক্লবা পাম্বৈগা মান্নদনা শৈরেং হায়বসিদনা ফোঙদোক্লবগী শাদোং, পাম্বৈ অসি মশক-মওং নাইবা পোৎচাক্লা (মেটরিয়েল) ওইদে। শৈরেংগী সুর, ছন্দ, অনুপ্রাসনচিংবদা য়াওরিবা ঈশৈগী মগুণ অদু লৌথোকখ্রবদি, শৈরেংনা মীৎনা উবা য়াবগী নৎত্রগা তাবা ঙম্বগী কায়াৎ ইন্দ্রিশিং অসিদা শৈরেং অদুবু শাগৎলক্লিবা ৱাহৈগী খুদম, মূর্তিশিংদুনা পুক্লিংদা য়ৌহন্নবা শীজিন্নৈ। শৈরেংদা য়াওরিবা ৱাহৈশিং অদু মশানা মীৎনা উবা নৎত্রগা নাকোংনা তাবা ঙম্বা ওইবনা শৈরেংদু পারিবশিংগী পুক্লিং য়ৌহন্নবা শৈরেংনা অতৈ পাম্বৈ শীজিন্নদে। মপানথোংগী প্রকৃতিগী দৃশ্য, পুন্সিগী ওইবা মশকশিং অসি শৈরেংদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অদুনা খুদম (সিম্বোল) ওইনা ফোঙদোক্লিবা, উৎলিবা অসিদি

মরুওই। শৈরেংনা মীগী পুক্লিংদা দক, শৎ হেক্তা পালহল্লি। পুক্লিংদা পোকহনবা মমি, লৈরোংশিং অসিনা কবিগী পামজবা পোৎচাকনি অমসুং কল্পনা — ইমাজিনেশন হায়বসি পোকহনবদা, শাগৎপদা ৱাহৈ - লোন হায়বসিগা মান্ননা শক্তি লৈবা শাদোং, পাম্বৈ অতৈ লৈতে। কবিনা ফোঙদোক্লিংলিবা অওইবদুগী (রিয়েলিটি) মতৌ তন্নকপদা কবিদা আর্ট মখল অসিগী মশাগী ওইবা ঙমখৈ অমগী মনুংদা লৈদুনা ফোঙদোকপা তাবনা মপানথোংগী মানা মাগী শৈরেংদা য়েকলিবা, শিংথারিবশিং অসিগী নুংগী, পুক্লিংগী ওইবা শক্তম খঙহনবা, শিংথাবনা আর্ট মখলসিগী মরু ওইবনি।

আর্ট অমসুং লিটরেচরগী লমদা কূপনা য়েংশিন্দুনা রায় পীনবগী মহোৎনা অসিবু ক্রিটিসিজম হায়না খঙনৈ। অচুম্বা রায় অমা মহাক্না নৈনরিবা আর্ট অদুগী মরমদা অফবা মগুণনা মসিনি, অশোয়বনা মসিনি হায়না উহন্নবা, খঙহন্নবা দরকার ওইবা লৌশিং, জ্ঞান লৈবা মীশক অদুবু ক্রিটিক হায়না খঙনৈ। অফ-ফত্তা, অচুম-অরান লেপ্পা রায় (জজমেন্ট) হায়বা ৱাহৈসি, ৱাহৈ অসিগী তোঙানবা অর্থ অসিদা আলেকজেনড্রিয়ান স্কোলার (৩০০-১৪৬ বি.সি.) হায়না খঙনবা পণ্ডিৎশিং অসিনা অহানবা ওইনা শীজিন্নবা হৌদোকখি। পণ্ডিৎশিং অসিনা লাইরিক অমবু লাইরিক অদুদা য়াওরিবা মচাক (মেতর), শীজিন্নরিবা ৱাহৈগী, লোনগী অরুম-অয়াং (একসেন্ত), ৱাহৈ পরেংগী শীন্দোক-শীনজিনগী মওং (সিনটেক্স), লাইরিক অদুদা য়াওরিবা শন্দোক্লা তাকলিবা, খঙহল্লিবা মওং (কোমেন্ত) অমসুং লাইরিক অদু কনানা ইবা অমসুং মদুগী মতিক চাবা মগুণ (ওথরশিপ অমসুং মেরিৎ) হায়না খায়দোক্নুনা নৈনরম্মী। মরম অসিনা ক্রিটিসিজম হায়বা ৱাহৈ অসি অহানবদা লাইরিকপু অফ-ফত্তা নৈনবদা ওইনা শীজিন্নরম্মী; হৌজিকসু ক্রিটিসিজম অমসুং ক্রিটিক হায়রগা সাহিত্যগী অফ-ফত্ত অমসুং মসিবু নৈনবা মী ওইনা লৌনরি। সাহিত্য নত্তবা অতৈ মখলগী আর্টকা মরী লৈনবা মতাংদদি ৱাহৈসিগী মমাঙদা চানবা ৱাহৈ হাপ্তুনা খুদম ওইনা, আর্ট ক্রিটিসিজম অসুম তৌনা হাপতুনা শীজিন্নে।

মী পুম্নমক্না নৎত্রবসু মহৈ-মশিং হৈরবা, সভ্য ওইরবা মী পুম্বনা য়ানরবা,

লৌনরবা মদুনা ঐখোয়গী লমচৎ-শাজৎপু লেপলিবা অচুম-অরানগী, অফ-ফত্তগী অকক্লবা নিয়ম (মোরেলিটি) কয়া লৈবগুম, ক্রিটিসিজমগীসু পুন্নমক্কী ওইনা য়ানবা নৎত্রবসু মী অয়াম্বনা য়ানবা মদুনা ঐখোয়না সাহিত্যগী মহাও, রস লেপ্পদা লমজিংলিবা নিয়ম খরা লৈ। ঐখোয়দা য়াওরিবা অচুম-অরান, অফ-ফত্তগী নিয়মনা ঐখোয়না তৌবা থবক-ইংখাংবু লাকশিন্দুনা ঐখোয় ইশা-ইশাবু নুংঙাইহনবগী তেংবাং ওইনদুনা লৈমিন্নবা য়ূমলোন-কৈরোন্নবগসু নুংঙাইনা হিংমিন্নবগী লমদা মতেং ওইনবগুম ক্রিটিসিজমগী জ্ঞান অসিনা ঐখোয়দা আর্ট অমসুং সাহিত্যগী মরমদা চুম্না খ্রাখল খলহনবা, য়েংবা ঙমহন্দুনা, আর্টশিং অসিনা অমদি মখোয়না মহুৎ ওইনা লৈরিবা পুন্সিগী অওইবা ময়াম অসিদগী কান্নবা ফংহল্লি। অচুম-অরান, অফ-ফত্তগী খ্রাখল, মীৎয়েং অসিদি মীওইবনা হিংদুনা লৈনবগী চঙবা, দরকার ওইবা কাচিন-কোয়া পুন্নমক ইশোক শোকপা হীরম ওইরবসু ক্রিটিসিজম হায়বসিদি মীওইবনা হিংলিবা পুন্সি অসিগা মরী লৈনবা শরুক মচেৎ অমতনি।

# ২ ঃ সাহিত্য

ঐখোয়না ইশা ইশাগী মপান্দা, ৱাংমদা লৈরিবা পৃথিবী অসিগী অওইবা মশক অসি মাইকৈ অনীদগী য়েংদুনা খঙবা ঙম্মী। ঐখোয়না য়েংলিবা মীৎয়েং অনী অদুদি পোৎপু পোৎশক্তুমক ওইনা মপানগী অতৈ মশক মওং হাপচিল্লুদনা য়েংবা, উবা - ওবজেকটিব ওইবা অমসুং য়েংলিবা পোৎ অদুদা য়েংলিবা, উরিবা মীদুগী মশাগী লন্নাই অপাম-পামদ ৱাখল হাপচিন্দুনা য়েংবা মীৎয়েং - সবজেকটিব অসিনি। মী অমনা তৃমদনা মিকপ থোক্তুনা লৈরিবা, হিংলিবা পুঙ্সিগী মিকুপ খুদিংদা মহাক্না মাগী অকোয়বদা, নাক-য়েৎতা লৈরিবা পৃথিবী অসি তোঙানবা লম্বী অনীদগী য়েংদুনা মশক খংঙি। মথ্বাই পানবা, পান্দবা, অহিংবা, হিংদবা মপানথোংগী পোৎশিং শা-উচেক, মী, উ-ৱা অসিনচিংবশিং অসিগা মতমগী পংখৈ অমদা মহাক্না শম্নরুবা, থেংনরুবা অদুনা পীবা ঈথিল অমসুং করিগুম্বদনা মপানথোংগী পোৎশকশিং মানা থেংনরুরিবশিং অসিগা মরী লৈনবা নংত্রগা করিসু মরী লৈনদবা মাগী পুক্লিংগী মমিদা, মূর্তি দা লাকথোক-লাকশিন তৌরিবসিনা মী অমবু বুদ্ধি তাবা, ভাব তাবা মীশক ওইহল্লকই। অদুনা মপানথোংগী পৃথিবী অসি ঐখোয়না মীৎয়েং অনীদগী য়েংদুনা, লৌশিন্দুনা খঙনবা হোৎনৈ। মীৎয়েং অনীমক অসিনা ঐখোয়না অওইবা, অশেংবা রিয়েল্টি হায়বসিদা য়েংঙি; পোৎপু খঙলিবা, উরিবা মীদুগী অপাম-পামদা য়াওহন্দনা পোৎশক্তুদমক ওইনা উবা, য়েংবগী মীৎয়েং ওবজেকটিব অসিদনা পোৎশক অদুগী মশাগী ওইবা মশক-মওং উহল্লি, অদুগা সবজেকটিব হায়বদি পোৎশক অদুদা য়েংলিবা, উরিবা মীদুগী অপাম-পামদ হাপচিন্দুনা য়েংবা, উবা মীৎয়েং

সবজেকটিব অসিদনা য়েংলিবা, উরিবা মীদুগী অপাম-পামদ মতুংইন্না অয়াম্বদা পোৎশক্কুগী মশক উৎলি।

ঐখোয়গী পুক্লিংদদা ফংলিবা, ফাওরিবা পৃথিবীসিগী মীৎয়েং, ব্রাখল হায়বদি ঐখোয়গী অনীংবা, অপাম্বা মতুংইন্না নিংশিংদুনা নৎত্রগা বুদ্ধি তৌদুনা মপানথোংদা লৈরিবা পোৎশিং অসিগী অমগা-অমগা ঈথিল পীনরিবা মমি, মূর্তি নৎত্রগা মোৎ অসি য়াম্না পাক চাউই। ঐখোয়না ক্লাস রুম অমগী মনুংদা ফমদুনা ক্লাস তৌরিঙৈদা ঐখোয়গী কায়াৎ - ইন্দ্রিশিং অসি ঐখোয়না ক্লাস তৌদুনা ফমলিবা কা অসিগী ফকলাং মরিনা ইকোয় কোয়শিনবা অসিগী মনুংদা ফাজিন্দুনা লৈ, অদুগা কাসিদা ফাৎলিবা থোঙনাওশিং অসিদা য়েংথোকখিবদা উরিবনা যূম-কৈ, উ-ব্রা অমসুং চৎথোক-চৎশিন তৌরিবা লম্বীগী মীশিং অসিতনি। অদুনা ঐখোয়না পুক্লিং অসি ক্লাস রুম অমসুং মসিগী থোঙনাওদগী উরিবা পোৎশিং অসিদগী হন্দোক্লগা, য়েংবা তোক্লগা ব্রাখল তৌরবদি ঐখোয়না যুগ কয়া কয়াগী অমসুং লৈবাক কয়াগী হায়বদি ঐখোয়না অমদি অতৈনা থেংনরকপা, খঙলকপা কয়া কয়াদুগী অমসুং পৃথিবীগী মরমদা খনবা, নিংশিংবা য়াই। মসিদি সবজেকটিব ওইবা মীৎয়েংনি অমসুং মীৎয়েং অসিদদি ঐখোয়গী পুক্লিং, ব্রাখল অসি ঐখোয়না লৈরিবা কা অদুদদা ফাজিন্দুনা লৈতে। মীৎয়েং অসিদদি ঐখোয়না হৌখ্রবা মমাংঙৈগী থৌদোক-ব্রাথোক ঐখোয়না থেংনখিবা, খঙখিবা, উখিবা কয়া কয়াদু নিংশিংদুনা হেন্না মরু ওইরিবনা যুগ কয়াদা, জাতি কয়া কয়ানা যূম-কৈ, আর্টকী ওইবা পোৎচৈ, চৎনবী অমসুং থোইদোক্লা মখোয়না পাঙথোক্লুবা থবকশিং অমসুং মোৎ, মীৎয়েংশিং অদু অইবা লাইরিক ওইনা নৎত্রগা খুৎই ওইনা থমলমলিবশিং অদুদা ওনশিন্দুনা খনবা য়াই। ঐখোয়গী জ্ঞান, লৌশিং ফংফম, লৌশিনফম ওইরিবশিংসিগী মনুংদগী সাহিত্য হায়বা মিংসিগী মনুং চল্লিবশিং অসিনা খ্বাইদগী কান্নবা, শক্তি লৈবা পোৎনি। আর্ট পূম্নমক মপানগী ওইবা পোৎ অওইবশিংবু নুংগী পুক্লিংগী ওইবা শক্তমদা পুথোক্তুনা উৎলি (mental aspect of external reality)। সাহিত্যগী খ্বাইদগী ব্রাংবা মচল ওইরিবা শৈরেং নত্তনা আর্ট পূম্নমক অওইবা পোৎশক্কী অশেংবদু - ওবজেকটিব আপসেক্ত ওফ রিয়েলিটি

উৎতুনা নুংগী মশকসি উৎপদা তেংবাংনবা হোৎনৈ।

ব্রাফমসি ঐখোয়না লাই য়েকপা মী অমনা মানা অয়েকপা লাই ওইনা পুথোরকপা লানগী দৃশ্য অমগা দৃশ্য অসিমক ইতিহাস ইবা মী অমনা শীংথাদুনা, ইদুনা পুথোরকপগা অনী অসিদা য়েংলিবা মীৎয়েং অমসুং পারিবশিংগী পুক্লিংদা পোকহনবা ব্রাখল অদুগী খেন্নবদু য়েংলগা খঙবা য়াই। লাই য়েকপা অমনা ওবজেকটিব ওইনা য়েকলকপা (করিগুম্বা খুদোংচাবা মফম অমদা লৈরম্লবদি ঐ ইশানা পূম্নমক উরম্বা য়াবা) লানগী দৃশ্য য়েকপা লাই অমা ঐগী লাইরিক পাফম কাগী ফকলাংদা থেৎলি। ফকলাংদা থেৎলিবা অয়েকপা দৃশ্য অসিদা লাই য়েকপসিনা উৎলি, ফোঙদোকলি — লান অদুগা মরী লৈনবা মীয়াম, নোংমৈ, থাঙ, তানচিংবগী অরংবা মশেক, মুনা মুনা কারিবা মৈখুগী চবুল-চবুল, লানদুবু লমজিং-লমতাক্লিবা কমান্দর অমসুং লোয়নবশিং অমদি লৈমায়দা লানদুদা শোক্তুনা তারবা সিফাইশিংগী ফিবম কায়রবা মূর্তি অসিনচিংবা কয়া। অয়েকপা লাইসিদা খরা হেন্না কৃপশিন্না য়েংলবদি সিফাইশিংগী য়ুনিফোর্মগী মচু, মখোয়গী মওং-মতৌ অসিনচিংবশিংসি উবা ফংগনি। অদুবু ঐনা উরিবা পূম্নমক অসি ঐগী মীৎসিনা উবা য়াবা অদুখক্তনি। লানগী অয়েকপা ঐনা য়েংলিবা, উরিবা লাই অসিংখু য়েংলিবসি তোক্লগা ঐনা মদুদগী করি ফংলবগে, খঙলবগে হায়র্না হংজরবদি ঐ ইশা য়াওরম্লবদি লান অসি কমদৌরমগদগে হায়বা ঐ খঙলে, ভাব তারে হায়না হায়গনি। অদুদগী ঐগী লাইরিক থমফমদগী লাই য়েকপদুনা য়েকলিবা দৃশ্য অদু শীংথাদুনা য়াওবা ইতিহাসকী লাইরিক অমা লৌরে, পায়রে। ইতিহাসকী লাইরিক্তু ফাকতোক্তুনা পারুবদদি ইতিহাস ইবসিনা ইরিবসিদা লান অদুগী মরমদা ইতোন তোঙানবা মশক অমা পী। অহানবদা, ইতিহাস ইবা মীসিনা লানগী থৌদোকসি মহাক মশাগী ওইবা লন্নাই মীৎয়েং — সবজেকটিব ওইনা য়েংবনিনা মাগী মীৎয়েংসি লম অমখক্তদগী য়েংদে নৎত্রগা অকক্লবা মতম অমখক্তগী মনুংদগী ওইদে। লান অসিগা মরী লৈনবা থৌদোক-ব্রাথোক পূম্নমক শোকনা নৈনদুনা, পন্দুনা ইরকপনিনা মহাক্লা ইরিবসিদা লান অদুগী শক্তম পূম্নমক উৎলি, য়াওরি। মানা ইরিবসিদা লানদু কদাইদা শোক্লখি, লান অদুদা শরুক য়ারিবা মীশিংগী মশীং

অমসুং করম করম্বা জাতিগী মীনো হায়বদু য়াওই, লান অদুনা ওইহল্লকপা খুদক্কী অমসুং তুংগী ফল, শোক্লরিবা জেনেরেলশিংগী মিং, মখোয়গী হৈশিংবা অসিনচিংবা কয়া কয়া অমসু য়াওই। লান অসিনা মসিগী মমাঙদা থোকখিবা অমসুং মতুংদা লাকপা থৌদোক-ব্রাথোক কয়া অমগা লৈনরকপা মরীসু উৎলি। অদুবু, মথক্তা পল্লিবা, পীরিবা ব্রারোলশিং অসি অমসুং লানসিদা য়াওরিবা সিফাইশিংনা য়ারিবা থৌদাংশিংদুগী মরমদা ইতিহাস ইরিবা মী অদুগী মশাগী ওইবা মোৎ ফোঙদোক্নুনা ইরবসু, উৎলবসু মহাক্না ইরিবা, উৎলিবা ময়ামসিদগী লানসিবু অয়েকপা লাই ওইনা য়েক্নুনা উহল্লিবা লাই য়েকপা অমনা ঐঙোন্দা লানসিবু মীৎতা শংশং উহনবা ঙমলিবা মসুম হায়নদি উহনবা ঙমদে। লানগী দৃশ্যসিবু য়েকলিবা য়েংলুবদা, উরুবদা ঐগী পুক্লিংদা অয়েকপা লাইসিবু হকথেংননা য়েংলিঙৈ মতমদুদা শংশংনা উবগী ব্রাখলসিখক্তা পোকহল্লবসু, মসিগী মরমদা ইরিবা ইতিহাস ইবা অমনা শীংথারিবশিং অদুদি পুক্লিংদা, ব্রাখলদা নৌহৌননা নীংশিংবদি লায়না থোকই, লানদুনা ঐগী পুক্লিং, ব্রাখলদা পোকহল্লিবা, ফাওহল্লিবা কয়াদু ওইহল্লকপদা মতম খরা শাংনা চঙলবসু, ঐগী পুক্লিংদা মদুনা পীরিবা ঈথিল অদুদি মতম কুইনগী ওইনা মপুং ফানা লৈহৌই। ইতিহাস ইরিবা মী অদুনা হায়রিবা, ইরিবা ব্রাফমশিং অসি ঐ ইশাগী লন্নাই ওইবা মীৎয়েংদগী মপানথোংগী পৃথিবীসিদা য়েংবা, খঙবা ওইবা য়াবনা ঐগী পুক্লিং, ব্রাখল অসিদা পৈশিন্দুনা থম্লগা লানসিগী মরমদা ইশাসি ঐগী হকচাংগী ইন্দ্রি কায়াৎশিংদগী তোঙান্না লৈরগা ঐনা অপাম্বা, অনীংবা মতমদা মসিগী মরমদা মীৎয়েং, ভাব অমা শাগৎপা ঙম্মী। লাই য়েকপা অমনা য়েক্লিবা লানদুগী দৃশ্য অমসুং ইতিহাস ইবা মী অমনা লান্দুগী মরমদা ইরিবা অনী অসিনা ঐঙোন্দা পীরিবা, পোকহল্লিবা ব্রাখল অসি মখাগী অসুন্না ফোঙদোকপা য়াই। লানগী অয়েকপা লাইদু উরগা ঐনা লান অদু মীৎসিনা উরে হায় অদুগা লানদুগী মরমদা ইতিহাসতা ইরিবদু পারুরগা লানদুগী ইতিহাস ইরিবা মীদুনা লানদুগী মরমদা লোইনমক ইরবনিনা, খঙহল্লবনিনা ঐহাক লানদুগী মরম পূন্নমক খঙলে, ভাব তারে।

লাইরিক ইবনা মাগী শাদোং ওইরিবা ব্রাহৈগী খুদমনা সিম্বোলনা

ফোঙদোক্লিবসি থৌদোক-ব্রাথোক্কী মপানগী ওইবা মশক্তু নত্তে, ইন্দ্রিনা লৌশিনবা, খঙবা পোৎকী মান্নবা মওং-মতৌ নত্তে, মদুগী মহুত্তা থৌদোক-ব্রাথোকশিং অসিগা মীগা লৈনবা মরী অমসুং মখোয় অসিনা মাগী পূক্লিংদা ফাওহল্লিবা, পোকহল্লিবা ভাব, ব্রাখলশিং অদুনি। মানা উরিবা যূম-কৈ, ফুরা-দলান, চীং তুরেল, পাৎনচিংবশিংদু উৎপা, খঙহনবা নত্তে, থৌদোক-ব্রাথোক, পোৎচৈশিংসিনা পীরিবা পান্দম, ব্রাখল অসিনচিংবশিংসিনা মাগী অমসুং মী অতৈগী পুক্লিংদা পীরকপা, পোকহল্লকপদু উৎপনি, ফোঙদোকপনি।

অপাকপা মীৎয়েংদা সাহিত্য হায়বসি, অদু ওইরবদি অচৌবা মীশিংগী পুক্লিং, ব্রাখলদা মপানথোংগী পোৎশক কয়ানা পোকহল্লকপা মীৎয়েং অমসুং মীশিং অসিনা শক্তমশিং অসিগী মরমদা খনবা, উবা, য়েংবা মীৎয়েংশিং অদুনি। মীওইবগী পুন্সিগী অমসুং মসিগা মরী লৈনবা থৌওং-থৌরম পূন্নমক অমদি মপান্থোংদা মীৎনা উরি, খঙলিবা তাইবংপান অসিগী শকলোন পূন্নমক অসি সাহিত্যগী বিষয়নি, হীরমনি। চঙ-চঙ থোকখ্রবা থৌদোক-ব্রাথোক, থাঙ্গৈশেংবা মীওই কয়ানা পাঙথোক্লম্বা থবকশিং অমসুং মখোয়গী মব্রা-মপাউ অদু সাহিত্যদা ইথোকপা, খঙহনবদা নত্তনা, মীওইবগী পুন্সিগী উরু-খঙলুবা কয়াদগী থোরকপা, পোকলকপা নুংগী ব্রা কয়াসু য়াওরি। অকক্লবা লমদম অমসুং মতম অমগী পংখৈদা লন্নাই মীওই কয়ানা পান্নম্বা, মখোয়গী অপাম্বা পোকহনখিবা ব্রাফম কয়াবু ইদুনা ফোঙদোকপদা নত্তনা মথং মথং অসুম চাং নাইনা মহৌশাগী থৌওংসিদগী খঙলকপা উরকপদগী শেমগৎ-শাগৎলকপা ময়ামগী ওইবা চৎনবী, হৌনবী কয়াসু সাহিত্যদা য়াওরি। অদুনা সাহিত্যনা মীগী পুন্সিদা য়াম্না মরুওইবা শরুক অমা লৌই। হকথেংনবা নত্তবা নাকোইননা সেকগুরী ওইনা বুদ্ধি, জ্ঞান পীঙম্বা খ্বাইদগী মরুওইবা, চাউবা মরুদি সাহিত্যনা ওইরি অমসুং মসিনা লন্নাই মীওই অমসুং জাতি কাঙলুপকী ওইবা অপূনবা এক্সপিরিয়েন্স ওইহন্দুনা ঐখোয় খুদিংদা পাকশন্না লৈরিবা মপান্থোংগী পৃথিবী অসিদা লন্নাইগী ওইবা মীৎয়েং পীরিবা অওইবা হায়বসি শেমগৎ-শাগৎলকপদা, ওইহল্লকপদা চাউরবা মতেং ওইনৈ।

লন্নাইগী ওইবা পুন্সি শেম-শাবদা, লাইরিকনা কয়া য়াম্না কদাই ফাওবা

মতেং ওইনবগে হায়বসি শম্না অমুক য়েংবা য়াই। সাহিত্যগী লামায়দা ঐখোয়না শিগ্রবা অচৌবা মীওই কয়াগা ঙাঙন-শানদুনা ৱারী শাই, প্লেটো, বুদ্ধ, এদিশননচিংবগা ৱারী-ৱাতাই তৌনৈ। পাকচাউরবা বেবিলোন, এথেন্স, রোম, আলেকজেন্দ্রিয়াগী লম্বী কয়াদা কোয়না চৎলুই, যুগ কয়া চঙনা শেমগৎ-শাগৎলক্লবা তেককায়দুনা উফুল ওনখ্রবা ফুরা-দলান কয়া-কয়া থেংনৈ; হৌগ্রবা মতমগী পুন্সিগী মশক অদু নৌহৌননা অমুক শেমশাদুনা য়েংলগা হৌজিক মতমগী মীওইবনা ফংলিবা, ওইরিবা চাওখৎপা মতৌগা চাংদম্নদুনা য়েংঙি। সাহিত্যদগী ঐখোয়না এরিষ্টোটলগী বুদ্ধি, জ্ঞান ফংঙি, য়ুক্লিদগী জোমিত্রিগী অকৃপ্পা ৱারোল তম্মি, যিশু খৃষ্ট অমসুং সেন্ট পোলগী অচুম-অরানগী ফজবা ৱাখল কয়া খঙবা ঙম্মী। সাহিত্য ইবা মীশিংনা মখোয় মখোয়না লৈরম্বা লৈবাক, লমদমশিং অদুবু মখোয়গী হৈশিংবদগী পুথোকপা মী কয়া কয়ানা খুন্দাহন্দুনা লৈহল্লি। শেংলবা নুমিৎকী মঙালনা চামথোক্লবা শংবানবা সমুদ্রগী ঈশিংনা কোয়শিনবা দ্বীপ ময়ামগী এজিয়ানগী লমদম হোমরনা ঐখোয়দা উহল্লি, শুক্লবা, মম্লবা অঙকপা পাতাল অমা দান্টেনা শেমদুনা ঐখোয়দা উহল্লি, মিল্টননা ইদেনগী লৈকোল উহল্লি, এলিজাবেথকী মতমগী ইংলণ্ড অমসুং দৃশ্য কয়াদগী হেন্না মীৎ থকহনবা, ফজবনা লৈতেংবা লমদম অমা শেমগৎলগা শেক্সপিয়ারনা মাগী কলমনা শেমগৎপা ইংলণ্ডদা চরিত্র কয়া লৈবদু উহল্লকই।

শৈরেং, ৱারেং ইবা অইবা মী খুদিংনা মখোয়গী অপাম্বদু ফোঙদোক্লবা ৱাহৈ শীজিন্নৈ — ৱাহৈখক্তনি মখোয়না শীজিন্নরিবসি। শীজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অসি ইথোক্লবা নৎত্রগা ছাপা তৌদুনা পুথোরক্লবদি ঐখোয়গী মীৎনা উদুনা ঐখোয়গী পুক্নিংবু চিংশিল্লি, অদুবু ৱাহৈ হায়বসি মতম পুম্নমক্তা ইথোক্তে, ছাপা তৌদে। ৱাহৈ হায়বসি চীন্না ঙাঙথোক্লবা, হায়দোক্লবদি মীওইবগী নাকোংনা তায়, তাবা ফংঙি, অদুবু ৱাহৈ হায়বসি ঙাঙথোক্তনা অদুম ৱাহৈ ওইনা থোইদোক্না ফোঙদোক্লুদনা লৈবসু য়াই। অদুদি ৱাহৈ অমগী মনুংদা য়াওরিবা অশেংবা মচাকসি করিনো? ছাপা ওইনা চেদা নমথোক্লবদি ৱাহৈগী তোপ তোপ্পা মশক অমা লৈ, নাকোংনা তাবদনা তোঙানবা মখোল অমদা তায়, পুক্নিংদনা ভাব, ৱাখল,

বুদ্ধিসিগা মান্নবা করিগুম্বা খরা ফাওহল্লি, খঙহল্লি। অদুবু ব্রাহে হায়বসিদি ছাপা নমথোকপদা ওইরিবা মশক, নাকোংদা তারিবা খোঞ্জেল, সুর অমসুং মসিনা পুক্লিংদা পীরিবা, ফাওহল্লিবা ভাব, ব্রাখলসিদগী মগুন্দা হেনবনিনা ব্রাহে হায়বসি খুদমনি, চাংজৌ নাইদ্রবা তাইবংগী ইপাকসিদা করিগুম্বদনা মীওইবদা ঈশ্বরগী মপাউ নৎত্রগা করিগুম্বদনা ঈশ্বরগী মফমদা মীওইবনা হায়জ-চৎচবা, চঙজবগী নোঞ্জ ব্রাহে পুবিরিবা শাদোংনি, পাম্বেনি। ব্রাহে অমদা শক্তাক ঙম্বা অমদি চাংজৌ নাইদ্রবা অর্থ কয়ামুক ফোঙদোকপা ঙম্বগী শক্তি লৈ, ব্রাহে অমদা অর্থ অমসুং খোম্লোক্কী ওইবা মগুণ, শক্তি অনীমক পূন্না লৈমিন্নে।

মশানা মশাবু ফোঙদোকচনবা খুদোংচাবসি সাহিত্যগী কলাকার অমদা হেন্না লৈ, ফংঙি। হেন্না ফংলিবা খুদোংচাবসি সাহিত্যগী কলাকার অমনা ঈশৈগী কলাকার, লাই য়েকপা মী, মূর্তি শাবগী কলাকারনচিংবদগী হেন্না ব্রাংবা, চাউবা পান্দম লৈবদগী নত্তে। মানা ফংলিবা খুদোংচাবদি মাগী পাম্বে ওইরিবা, মাগী কলাবু ফোঙদোক্লবা শাদোংসিগী লোইনাইদ্রবা খেন্নবা, মওং কয়া কয়াদা শীজিন্নবা য়াবদগীনি, অশেংবদি মাগী কলা ফোঙদোক্লবা পাম্বে ওইরিবা ব্রাহে হায়বসি কলাবু ফোঙদোক্লবা পাম্বে, শাদোং লৈরিবশিংসিগী মনুংদগী পাকচাউনা কোনশিনবা ঙম্বা অমসুং থোৎনৌবা মগুণদা, শক্তিদা খ্বাইদগী ব্রাংবা, অহেনবনি। লম্বীগী মতাইদা তাদুনা লৈবা নূংদুম অমা কান্নদ্রবা, করিসু নৎত্রবা মতুম অমা ওইনা উবা য়াই; অদুবু মশাদা খঙহৈবগী গুণ লৈরবা মূর্তি শাবা কলাকার অমগী মমীত্তদি নূংদুমদুগী মনুংদা ফুমদুনা লৈরিবা, য়াওরিবা মূর্তিগী মওং-মতৌ অদু উবা ঙম্মী, নূংদুমদুগী মশাদা য়াওরিবা অহেনবা কান্নদ্রবা মচাকশিং অদু মানা শেনীনা ককথৎ, শাদোক তৌরগা ফজরবা, নিংথিবা মূর্তি অমা শারকই, পুথোরকই। মানা শারকলিবা, পুথোরকলিবা মূর্তি অসি মানা নৌহৌননা শারকপা, শেম্লকপা নত্তনা মওং-মরিন নাইদবা নূংদুমদুগী মনুংদা ফাজিন্দুনা বন্দি ওইনা লৈরম্লবা মূর্তি অমবু থাদোকপিরক্নুনা ফজবগী মতৌগা লোয়ননা নীংতম্না শোর হোলহন্দুনা লৈহনবতনি। মসিগা মান্নবা মওংদা লম্বীনচিংবগী মতাইদা তা তাদুনা লৈরিবা নূংদুম কয়াগী মতৌগুম্না দিক্ষনারীদা য়াওরিবা ব্রাহৈশিংসি অর্থ য়াওদ্রবা

চগন্নবা, মওং-মরিল নাইদ্রবা ৱাহৈগুম উই অদুবু সাহিত্য হৈবা খওবা আর্টিষ্ট অমগী মিত্রংগী, জাদুগী মখূৎনা শোক্লুবদদি, থেংনরকপদদি ৱাহৈশিংসি ফজবগী, শুমহৎপগী মৈঙাল ওনথোরক্লুনা জগৎ পুম্নবু ঙালহনবা, ফজহনবা ঙমহল্লি। সাহিত্যগী আর্টিষ্ট অমনা শীজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অসি মপানগী শক্তমদদি দিক্সনারীদা য়াওরিবা ৱাহৈশিংগা ইমান মান্ননা উরবসু মখোয়সিবু অসুম্না ইচম চম্না য়েংবা, লৌবা চুমদে; কবিনা শীজিন্নরিবা ৱাহৈশিং অসি ছাপা নমদুনা উহল্লকলিবা, পুথোরক্লিবা ৱাহৈ চবুল ঙাক্তা নত্তে, নৎত্রগা মখোয় অসি নাকোংদা তাবদা নুংঙাইনা থোকপা ৱাহৈ কাঙলুপ ঙাক্তা ওইবসু নত্তে। শৈরেংনা তাবদা নাকোংদা নুংঙাইনা থোকহল্লবসু, হৌজিক্কী মতমসিদদি ছাপা তৌদুনা মখোয় অসিবু থম্লরবসু, কবিনা শীজিন্নরিবা ৱাহৈনা নুংগী নাকোং য়ৌখিদুনা, মসিদা চঙখিদুনা মীওইবগী আত্মাদা লূপশিনখিদুনা আত্মাবু হেন্না মমল লৈহল্লি, ফগৎহল্লি, মগুণ হেংগৎহল্লি; কবিগী ৱাহৈ হায়বসি শকপান্নবা পাম্বৈ, শাদোং ময়ামসিগী মরক্তগী খ্বাইদগী মপানগী শকওং য়াওদবা শাদোংনি, পাম্বৈনি অমসুং মসিদি মফম অমসুং মতমবু মুৎথৎলগা, লৈহন্দদুনা ঙমখৈ নাইদ্রবা লোইনাইদবগা মরী লৈনহনবা আত্মাগী ওইবা পোৎনি।

সাহিত্য হায়বসি মীওইবগী থোপনি। মী অমনা মাগী থোপতা মানা খঙলু-উরুবা থৌদোক-ৱাথোক কয়া, মানা তানশিঞ্জবা জ্ঞান কয়া, তানশিল্লিবা জ্ঞান অসিগী পরিংদা অনৌবা থেংনরকপা থৌদোক-ৱাথোক পূম্নমক্কী অর্থ হল্লিবা, খঙলিবা অসিগুম্না জাতি অমগী হৌখ্রবা মতমগী, হৌজিক্কী মশকপু জাতিদুগী সাহিত্যদা য়েক্লুনা ইদুনা থম্মী অমসুং অসিগুম্বা অইবশিং অসিদগী জাতি অদুগী মতম মতমদুগী মশক, ফিবম অদু খঙবা ঙম্মী। ইন্দ্রি কায়াৎশিংনা ফংহল্লিবা পীরিবা ৱারোলশিং অসি থোপকী মতেং য়াওদ্রবদি মী অমগী মফমদা শেংফাত্তে অমসুং মমল লৈতে, জাতি অমগী পুন্সিসু জাতিদুগী হৌখ্রবা পুন্সিগী মশক-মতৌ পূম্নমকসি সাহিত্যদা ফোঙদোক্লুনা, ইদুনা থনমদ্রবদি জাতি অদু চুম্নগী ইচম চম্না হিংদি মহিংবা জীবগী থাক্তা হন্থদুনা লৈগনি।

# ৩ ঃ অঙনবা মতমদা ক্রিটিসিজম

লাইরিকনা ঐখোয়গী পুন্সিদা, য়ামদ্রবদা ঐখোয় ঐখোয়না মী অমমম ওইবদা লৌরিবা য়ারিবা শরুক অসি, থৌদাংসি য়াম্না চাউই, মসিনা ঐখোয়বু পৃথিবী অসিগা শকখঙনহনবগী মরুওইবা পাম্বৈনি। লাইরিক হায়বদি অইবা সাহিত্য পূম্নমক্না ঐখোয়গা মপানগী তাইবংগা শকখঙনহনবদা মতেং ওইরবসু, লাইরিকনা ঐখোয়গী তেংবাং ওইনরিবসি করম্না ওইহল্লকপনো হায়বসিগী অপাকপা খেন্নবা খরদি ঐখোয় য়েংবা য়াই। লাইরিক কয়ানা পীরিবা কান্নবসি মসিখক্তনি হায়বা নৎত্রবসু মখোয়দা য়াওরিবা অচুম্বা, অওইবা মচাক - ফেক্ট হায়বসিনা মরু ওই। লাইরিক খরগী কান্নবনা মখোয়দুদা য়াওরিবা অচুম্বা, অওইবা মচাকশিং অসিনা মশা ওইনা লৈরগা, মখোয়শিং অসিবু ঐখোয়দা খঙহল্লকলিবা, ফোঙদোক্লবা ইরিবা মওং মেন্নর অদুনা ওই। মখল অনী অসিগী খেন্নবসি মসিনি হায়না খায়দোক্তুনা চাপ-চানা উৎনবা পাদম অমা লৈত্রগসু অহানবগী মখলগী লাইরিকশিং অসিদনা ঐখোয়দা পুন্সিগী অওইবদু উৎলি অদুগা অকোনবগী মখল অসিনা ঐখোয়দা পুন্সিগী মতৌ-মওং মশক পিকচর অদু পী। কাঙলুপ অনী অসিগী সাহিত্যদা সাহিত্যদুবু ওইনবা শাগৎলিবা মচাক মেটর হায়বসিগা সাহিত্যদুবু ফোঙদোক্লিবা, উৎলিবা, ইরিবা মওং মেন্নর হায়বসিগা মচল অনী অসি য়াওই অমসুং মচল অনী অসি লাইরিক অমগী মশাদা অথোই-অহেন নাইনা য়াওবা চাংগী মতুংইন্না ঐখোয়না নৌনা শেমশাবা, উহনবা সাহিত্যগী মই ক্রিয়েটিব হায়বসিগা অসুম চুম্না অইবা সাহিত্য হায়রগদা খঙনরিবা মই অসিগগী মরক্তা খেন্নবা থম্মী।

অনী অসিগী মরক্তা লৈরিবা খেন্নবা অসিগী মথৌ অমা ক্রিটিসিজম হায়বদি সাহিত্যগী মই অমগী মমল, ফজবা লেপ্পবা, য়েংলিবা মীৎয়েং রায়দা য়াওরি। মরম অসিদগী নৌনা শেমশাবা, উহনবা ক্রিয়েটিব নত্তবা মখলগী সাহিত্যনা মরুওইনা সাইন্সকী নীতি-নিয়ম পাম্বে শীজিন্নদুনা ই অদুগা ক্রিয়েটিব ওইবা মখলগী মইদনা আর্টকী নীতি-নিয়ম পাম্বেগী উপায় শীজিন্নে। লাইরিক্কী তোপ-তোপ্পা মগুণ লেপ্পদা খেন্নবা, মান্নদবা পাদম অনীখক্তা ওন্দুনা লেপ্পা তাই। ক্রিয়েটিব — নৌনা শেমশাবা, উহনবা মচাকসি খরদমক য়াওবা নৎত্রগা ইয়াওমক য়াওদবা হায়না। মরম অদুনা সাইন্সকী নীতি-নিয়ম মেথদ শীজিন্নদুনা ইবা সাহিত্যগী রায় পীবদি অকক্নবা বিষয়দুগী খঙহৈবা মীশক ওইরিবা বৈজ্ঞানিক নৎত্রগা ফিলোসোফর অদুনা ওই। অসি নত্তবা ক্রিয়েটিব ওইবা মইদদি অকক্নবা বিষয় হীরমগী জ্ঞান হায়বসি মশা ওইনা লৈ, নৈনরিবা ইরিবা, ফোঙদোক্লিবা মওং অদুতনা খ্বাইদগী মরুওইবা অমসুং আর্টকী নীতি-নিয়ম মেথদ শীজিন্নদুনা ইবা সাহিত্যগী মগুণ লেপ্পদদি আর্টিষ্টতনা চানবা, চূনবা ক্রিটিকনি।

চাউরাক্লা সাহিত্যবু খায়দোক্লিবা মখল, কাঙলুপ অনী অসিদা খেন্নবা মগুণ নৎত্রগা মমল অনী অসি য়াওবদা নত্তনা মান্নদবা, খেন্নবা গুণ অনী অসি কাঙলুপ অনী অসিগী মনুং চল্লিবা মখলশিং — সাইন্স, ফিলোসোফি, ইতিহাস, পুন্সি-রারী, ৱারেং, উপন্যাস অমসুং শৈরেংদা য়ান্ননা খেন্নবা চাংদা তিন্দুনা য়াওই। অসিদসু নত্তনা, ক্রিয়েটিব ওইবা সাহিত্য, চুম্নগী সাইন্স নত্তবা মই, সাহিত্যদুদা অওইবা, অশেংবা ফোঙদোক্লিবা, উৎলিবদুগী মথক্তা ইরিবা মীদুনা মাগী পুক্নিংগী হৈজবা শরুক কয়া হাপচিন্দুনা ইরকপা সাহিত্যদা মরুওইবা কান্নরবা মগুণ, মতৌ অমসু য়াওহল্লি।

অতৈ অতৈ আর্টশিংগা শৈরেংগা মান্নবা গুণ লৈরিবসি নুংঙাইবা পীবা ফজবগী নুংঙাইবা এসথেটিক প্লেজর পীবনি মসিদি হায়বদি, মপানথোংগী ওইবা কান্নবা, ওইজ-ওইথক ফংগনি হায়বগী নত্তবা মশা মথনতনা মতিক ওকচরবা, অপাম-মিহৌ য়াওদ্রবা দিসইন্টরেষ্টেৎ মখলগী মনুংঙাইনি। সাহিত্যদা খেন্ন খেন্নবা চাংদা য়াওবা সাহিত্যগী মচাক, মওং অমসুং পেলহনবা ঙম্বগী শক্তি হায়না তোপ-

তোপ্পা অমসুং থোইদোক-হেন্দোকপা পোৎচং অহুমসি য়াওই। পোৎচং খুদিংমক অমসুং লোইনমক খেন্নখেন্নবা চাংদা, মান্নদবা খেন্নবা মখলগী অমসুং মখল অমতগী মরক্তা মান্নদবা লাইরিকশিংদা য়াওবনা, খণ্ডহৈবশিংনা লাইরিকপু মীৎয়েং কয়াদগী নৈনদুনা লাইরিকশিং অসিগী মতিক-মগুণ মান্নদবা চাংয়েংনা লেপ্পবা হোৎনবা নৎত্রগা লাইরিক অমগী মরমদা ক্রিটিকশিংনা পীরিবা মোৎ অসি চমম্লদুনা ময়েক শেংদবা হায়বসি থোইনা ঙকনিংঙাই ওইদে। অদুবু মখোয়না অসুম্না হোৎনরম্বসিনা, হোৎনরমলিবা অয়াম্বনা মতম মতমগী মীৎয়েং উৎপা অরোইবা মশক উৎপা নৎত্রগসু ঙসি ঐখোয়না চুম্লবনি হায়না লৌনরবা শোয়দ্রবা নিয়ম কয়াদি মসিনা তাক্লম্মী, পুখোক্লম্মী। মসি খণ্ডননবা ঐখোয়না আর্ট অমদি সাহিত্যবু নৈনখিবা মীশিং অমসুং মখোয়গী মীৎয়েংনা ক্রিটিসিজমগী খোঙহৌদা লৌরম্বা শরুকতু নৈনদুনা য়েংবা য়াই।

# ৪ ঃ হেল্লেনিক ক্রিটিসিজম
# Hellenic Criticism

যিশু খৃষ্ট পোক্ত্রিঙৈ মমাঙ মঙাশুবা অমসুং মরিশুবা চহীচাগী মতমদা লৈরম্বা পণ্ডিৎশিংনা ক্রিটিসিজমগী লমদা য়েংলম্বা মীৎয়েং অসি য়াম্না মরুওইবা, অর্থ য়াম্না চেনবা মখলগীনি হায়না লৌনৈ। অসিগুম্বা অরুবা মতাংসিদা অথেনসনা মরুওইবা লাইরিক-লাইশু তম্বা অমসুং নৈনখোৎনবগী মফম ওইখি। প্লেটো অমসুং এরিষ্টোটল মতম অসিদা লৈরম্মী অমসুং ক্রিটিকেল ওইবা লমদা মখোয় অনীনা মরুওইবা ব্রাফম কয়া পুথোক্কুনা নৈনরম্মী। মতম অসিদা সাহিত্য অমসুং আর্ট হায়বসি normative হায়বদি চৎনবী নিয়ম, হৌনবীনচিংববু শক্তাক্কুনা নৈনবা, পুথোকপরা নৎত্রগা descriptive হায়বদি শন্দোক্লা, মচা খায়না উৎপরা হায়বসিগী মীৎয়েংদগী কন্না য়েৎনখি। অহানবগী, আর্ট হায়বসি নোরমেটিব হায়বদি চৎনবী, হৌনবী, নিয়মনচিংবা পুথোকপা, তাকপনি হায়বগী মীৎয়েং অসি প্লেটোনা কন্না হায়খি। প্লেটোনা আর্ট অমসুং সাহিত্যনা সামাজিক ওইবা থৌদাং পাঙথোক্কুনা লৈবাক অমগী প্রজাশিংগী লমচৎ-ব্যবহার শেমগৎপদা মতেং ওইনগদবনি হায়না লৌখি।

কবিদি লাইগী থৌইনশিন, লাইগী মীৎয়েংনা লমজিংলবা মীনি অমসুং লাইগা হকথেংননা লৈবা লাইগী মথৌ-মঙম পাঙথোকপদা খ্বাইদগী মতিক চাবা পুরোহিৎকুম খন্নরম্মী। অচৌবা শৈরেংদদি মদু পারিবা, তারিবশিংবু চুম্নগী থাজহন্দুনা নুংঙাইবা পীবদা নত্তনা অচুম্বা অমসুং বুদ্ধি-লৌশিং হায়বসি মীওইবদা ফজবা মওংদা অহিংবদৌনা পীবা ঙম্মী। এরিষ্টোফানেশকী মতম ফাওবদা কবি

হায়বসি সমাজবু হৈশিংহন্নবা মহৈ তম্বিবা মীশক অমা ওইনা খন্নরম্মী। এস্কাইলসকী (১০০৮-১০৮৮) "দ ফ্রোগস" হায়বা দ্রামা অদুদা কবিগা মানা ইরিবশিংদু পারিবশিং অদুগগী মরক্তা লৈনবা মরী অসি ওঝা অমগা মানা তম্বিরিবা ছাত্রশিংগা অনীগী মরক্তা লৈনবা মরীদুগা মান্নে হায়না তাকই। যুরিপিদিসসু কবিনা ইকাইখুম্নবগী খুবম ফংলিবসি মানা ইরিবশিংদুনা সমাজবু অফবা থাক্তা পুখৎপা ঙম্বগীনি হায়।

অমরোমদনা, এরিষ্টোটলনা কলা অমসুং সাহিত্যদা বৈজ্ঞানিক ওইবা মীৎয়েংদগী শৈরেংগী মহৌশা অমসুং মখল, মসিবু চাং নাইহল্লিবা, শেন্নরিবা নিয়মশিং অমসুং অচুম্বা, অশেংবা নুংঙাইনা হায়বদু মসিদগী কমদৌনা ফংগদগে হায়বসিগী মরমদা নৈনরম্মী। পাক্লা সাধারণ ওইনা এরিষ্টোটলনা শৈরেংগী নৈনবা, ক্রিটিসিজম, অককননা ইপিক শৈরেং অমসুং দ্রামা অসিগী মরমদা মনুং হুঞ্জিন্না কৃপ্না নৈনরম্বদা নত্তনা কল্পনানা পুথোরকপা সাহিত্যগী মায়োক্তা প্লেটোনা য়ানিংদবা কয়া উৎলমলিবা, ফোঙদোক্লমলিবা অদুগী পাউখুমসু মানা পীখি। মতম অসিদা লৈরম্বা সাহিত্য নৈনরোল — ক্রিটিসিজমদা মপুং ফাদবা, মচেৎ-মচেৎ ওইবগী মতৌ য়াওরবসু, মতম অসিগী সাহিত্য নৈনরোলগী লৈরম্বা মীৎয়েং অসিনা মতুং তারকপা যুগ কয়াগী ক্রিটিসিজমগী মীৎয়েং শাগৎলকপদা মরুওইবা, অচৌবা লমজিং ওইনখি অমসুং মতমসিগী পণ্ডিৎশিংগী লাইরিক কয়াদা য়াওরিবা নিয়ম, চৎনবী কয়ানা মতুং তারকপা মীরোলগী ক্রিটিকশিংগী শোয়ফদ্রবা লমজিং ওইনখি।

প্লেটো অমসুং এরিষ্টোটলনা মীহুৎ ওইনা লৌনরিবা হেল্লেনিক ক্রিটিসিজম হায়বসি খ্বাইদগী মশাগী ওইবা মগুণ, মতৌ য়াওবদা নত্তনা ইতিহাসকী ওইবা মীৎয়েংদগীসু খ্বাইদগী মরুওইবা অমসুং অচৌবা ইথিল পীবা ঙম্বা মখলগী ক্রিটিসিজমনি। মতমসিগী ক্রিটিসিজমদা মপুং ইফা ফাদবা, মচেৎ-মকায় ওইনা তৌবগী মওং য়াওই। মতম অসিগী ক্রিটিসিজমগী অশোনবা হায়বা তারবদি মতমসিদা গ্রীক লোন্দা লৈরম্বা লাইরিকশিং অদুদা নৈনবা অমসুং অতৈ অতৈ লোন কয়াদা ইরম্বা লাইরিকশিংগা চাংদম্নদুনা কমপরেটিব ওইবা মওংদগী নৈনদুনা

হেন্না পাকচাউবা মীৎয়েং লৈরমদবা অসিনি। অদুবু ক্রিটিকশিং অসিনা নৈনরগা নিয়ম কয়া পুথোক্কুনা শেমগৎলমলিবা সাহিত্য অদুদি পৃথিবীদা মতম অদুদা খ্বাইদগী মমিং লৈবা, ইনাক খুনবা লোনগী সাহিত্যনি অমসুং ক্রিটিকশিং অসিনা অসিগুম্বা লোনগী সাহিত্য অমসুং সাহিত্য অদু ইরকলিবা অইবশিং অদুগী মরমদা মনুং থীৎনা খঙবা ঙমখি অমসুং নৈনখি। মতম অসিগী ক্রিটিসিজমগী অৱাংপা অমদি সাহিত্যগী খংগৎলবা মই —(দ্রামা, শৈরেংনচিংবা খরগী মরমদা নৈনরম্বা নত্তনা অতৈ মই কয়াগী মরমদা নৈনরমদবা অসিনি।) এরিষ্টোটলমকসু লিরিক হায়না খঙনবা শৈরেং মখল অমসুং কোমেদি মখলগী দ্রামাগী মরমদদি ইনৈ নৈনরমদে, খরতমক পল্লগা তোক্লম্মী।

অৱাংপশিং অসি লৈরগসু হেল্লেনিক ক্রিটিসিজমগী মরুওইবা কয়া লৈ। প্লেটো অমসুং এরিষ্টোটল যুগ কয়াসি ক্রিটিসিজমগী লময়ানবা ওইনা লৈরি। প্লেটোগী শৈরেংদা য়েংলম্বা মীৎয়েং অমসুং মানা ইরম্বা কয়াদা মতুংদা লাকপা পিয়ুরিটানশিংনা শৈরেং অমসুং মসিগী অমাঙবা ওইবা ইথিলশিংগী মরমদা পুথোক্কুনা শৈরেংবু হুন্দুনা চৈনবগী মচাক কয়া ফংখি, অদুগা শৈরেংবু চুম্না য়েংজবা, পামজবশিংদনা প্লেটোনা হায়রম্বশিংসিদা মখোয়গী লমজিং ওইনবা অচুম্বা নিয়ম কয়াসু য়াওবা থেংনৈ। আর্টকা নেচরগা অনীগী মরক্তা লৈনবা মরী, কবিতা ইরকপগী খংঙমদ্রবা মতৌ-মওং, সাহিত্যগী মরুওইবা মখল অমসুং তোপতোপ্পা মথৌ, মরুওইবা দ্রামাবু ফাজিল্লিবা নিয়ম, ইপিক শৈরেংগী মওং-মতৌ অমসুং মসিগা ট্রেজেদিগা লৈনবা মরী, কবিনা শীজিন্নবা ৱাহৈ-ৱাতা অমদি ষ্টাইল অসিনচিংবগী মরমদা হেল্লেনিক ক্রিটিকশিংনা কৃপ্পা মমুৎ তানা নৈনখি। ইনসপিরেশন — কবিনা লাই তোংবগুম লৈবা মতৌ, মাইমেসিস — মতৌ তম্বা, কেথারসিস — শেংদোক-চুমথোকপা, ওরগানিক য়ুনিটি — অপূনবগী অহিংবগী ওইবা মওং, হেমারসিয়া — ট্রেজেদি থোক্লবগী খ্বাইদগী মরু ওইবা মচাক, অনীংবা পান্দম শোয়নবা, প্লোটপু দ্রামাটিক অমসুং ইপিককী ওইবা মওংদা শেমগৎ-শাগৎপা অসিনচিংবা ক্রিটিসিজমদা তঙাইফদবা ৱাহৈ কয়াসু মখোয়না শেমগৎলম্মী।

# ৫ ঃ প্লেটো

## (খৃ:মাঙ ৪২৭-৩৪৭)

খৃষ্টমাঙ ৪২৭ অদুব্রাইদা এথেন্সকী ফনা মমিং লৈবা মপা-মমাগী মচানুপা ওইনা প্লেটো পোকখি। মরী-মতাশিংগা খঙনবদগী নহা ওইরিঙৈদগী মাবু সোক্রেটিস হায়বা মমিং লৈরবা ফিলোসোফর অদুগা শকখঙনহনখি। হৌরকপদা শৈরেং কয়া ইখি অদুবু সোক্রেটিসকী ইথিলদগী শৈরেংশিং অদু মাঙহনখি অদুগা ফিলোসোফি অমসুং অংকদা মথাই য়াম্না য়াওখি। প্লেটো লৈবাক কয়ামুক্তা কোয়খি অমসুং এথেন্সনা শোক্লবা লান কয়ামুক্তা শরুক য়াখি। খৃষ্টমাঙ ৩৮৭ তা একাদমী অমা লিংখৎতুনা ছাত্রশিংদা ফিলোসোফি, অংক, নেচরেল সাইন্স, আইননচিংবা মহৈ তম্বিখি। "আইয়োন", "লাইসিস", "গোরগিয়াস", "সিমপোসিয়ম", "ফিদ্রম" অমসুং "রিপব্লিক" নচিংবা লাইরিক কয়া ইরম্মী। মহাক খৃষ্টমাঙ ৩৪৭ তা শিখি।

সাহিত্যবু সাহিত্য ওইনা নৈনরম্বা অহানবা অইবদি প্লেটোনি। অহানবা লম অসিদা খোঙদাবা ওইবনা অমসুং অফ-ফত্তা, অচুম-অরানগী — মোরেলিটিগী ৱাখলনা মাগী মরুওইবা অপাম্বা ওইখিবনা, সাহিত্যগী অহানবা অমসুংময়ামসিনা লৌনরিবা মগুণ হায়বদি হীরম, মচাক মেটর হায়বসিদা হেন্না পুক্লিং চঙখিবনা সাহিত্যগী হীরম, মচাক অসিগা মান্ননা মরুওই হায়না লৌনরিবা মওং অমসুং নুংঙাইবা পোকহনবা ঙম্বা মগুণ মেন্নর অমসুং প্লিজিং কেপাসিতি হায়বা অনী অসিদা প্লেটো কয়া থওইরমদে। মপানথোংগী ওইবা, অশেংবা মশক অসিবু পুথোক্কুনা উৎলিবা ইরিবা অদুদা য়াওরিবশিং অদুগা চানবা, মান্নবা,

চানদবা, মান্নদবা অদুগী মতুংইন্না সাহিত্যগী মই অমা নংত্রগা সাধারণগী ওইনা আর্টকী পোৎপু চাংয়েং তৌনবা প্লেটোনা হায়। আর্টকা অচুম-অরান, অফ-ফত্ত - মোরেলগা লৈনরিবা মরী অসিদা য়েংলগা প্লেটোনা সাহিত্য অমসুং আর্টকী খূৎশেম অনীমকপু মহাক্না অচুম-অরান, অফ-ফত্তগী অশেংবা, অচুম্বদু ফোঙদোক্নবা, উৎনবা পাঙ্খেনি, শাদোংনি হায়। সাহিত্যসু য়াওরিবা আর্ট হায়বসিগা অচুম-অরান, অফ-ফত্তগী মীৎয়েংগা মোরেলিটিগা অনী অসিগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অসি প্লেটোগী খ্বাইদগী মরুওইবা মীৎয়েংনি।

প্লেটো সাহিত্যগী লমদা অহানবা ক্রিটিকনি অদুবু সাহিত্যগা য়াম্না মরী লৈনবদগীদি মহাকতি ফিদমনফমগী ষ্টেট আইদিয়েল ষ্টেট অমা শেমগৎপদনা হেন্না মথ্বাই য়াওখিবা মীনি। মপাঙ্গল কনবা, ফিদম্নফম ওইবা ষ্টেট অমা শেমগৎপা হায়বসি প্লেটোগী অপাম্বনি, অদুনা অসিগুম্বা ষ্টেট অমগী প্রজা ওইবদা, শেমগৎপদা সাহিত্যনা পীরিবা ইথিল অমসুং লৌরিবা শরুক অদুদি মহাক কাউখিদে। ফিদম্নফম ওইবা সিটি ষ্টেট অমগী প্রজাদি প্লেটোনা হায়, পুক্নিবু কল্পনানা লমজিংদুনা য়েংদবা, অশেং অশেংবা, অওইবা মশক অদুদা য়েংবা, উবা ঙম্বা নুপা নুপীনা ওইগদবনি। মরম অসিনা মীওইবগী আত্মাগী কান্নদ্রবা, মমল য়াওদ্রবা শরুকপু মচিঞ্জাক হুল্লিবা, য়োকখৎলিবা (feed and strengthen the worthless part of the soul) কলা অমসুং সাহিত্যগী মায়োক্তা মহাক লৈখি, লেপখি।

মীৎয়েং অসোমদগী প্লেটোনা কলা অমসুং সাহিত্যবু য়ানিংদবদা নত্তনা, আর্ট অমসুং শৈরেং হায়বদি সাহিত্যগী ওইরিবা মওং নেচর অসিগী মায়োক্তা মরুওইবা ব্রাফম খরা পুথোকলম্মী। মীওইবনা থেংনরিবা, উরিবা তাইবংপান অসি অওনবা, অহোংবা লৈত্রবা খ্বাইদগী অরোইবা অওইবগী মশক অলটিমেৎ রিয়েলিটি অদুগী মমিনি। মসি নত্তবা অঁতে অঁতে লৈরিবশিং অসিদি মশক হোংঙি। মরম অসিনা জগৎ অসি থাঙ্গৈশেংবা, অশেংবা নত্তবা পোৎনি। আর্ট হায়বসি নমথাক্নি, মায়ানি — মরমদি খ্বাইদগী অরোইবা মশক অলটিমেৎ রিয়েলিটি অদুদগী আর্টতি থাক অনী থাপ্না হন্দোকলক্নবনি থাপতোরক্নবনি — আর্ট হায়বসি

মতৌ তমলিবা পোৎ অমদগী অমুক মতৌ তন্নকপনি। মখোয়না ইরিবা অদুদা হোংনাইদ্রবা অয়োইবগী শক্তমদু অলটিমেৎ রিয়েলিটি ওইদবা, চুমদবা মশক-মওং অমদা য়েক্লবা, ফোঙদোক্লবা হোংনবনা প্লেটোনা কবি হায়বসি অফবা নত্তে, ফত্তে হায়। লাইশিংগী অশোয়বা, অশোনবা কবিনা মানা ইবা ইপিক শৈরেংশিংদা উৎতুনা ফোঙদোকপনা অশোনবা কয়া মঙোন্দা য়াওই। মীৎয়েং অসোমদগীনি প্লেটোনা মানা পামলম্বা রিপব্লিক অদুদগী ব্রাংমদা কবি হায়বশিং অসি য়াওহন্দনা লোই থাদুনা থমগদবনি হায়রমলিবসি। কবি অমসুং মখল, মওং খুদিংগী শৈরেংগী মায়োক্তা প্লেটো লৈখিবদি নত্তে, পূন্নমকপু মহাক শুকয়া য়াখিদবদি নত্তে। লাইবু লৈশি-লৈথোন্দুনা থাগৎতুনা অমদি গ্রীসকী অকল-অথৌ কয়াগী মগুণ শিংথাদুনা ইবা শৈরেংশিংবুদি মহাক্না য়ানিংদবা তৌখিদে। কল্পনানা থল্লবা, মশক মওং ওলহল্লবা পারিবশিংগী পুক্লিংগী ইহুল, ব্রাখলবু ইমোশন অমসুং ফিলিংস পোকহনবা, হৌহনবা শৈরেংশিং অদুবুদি থাদোকপা তাই হায়খি।

শৈরেংনা অশেংবা, অওইবা রিয়েলিটি হায়বসিগী মশক মওং অদু ঐখোয়না মাঙদা উরিবা, থেংনরিবা মশক, মতৌ এপিয়ারেন্স অসি ফাওদোক্তুনা য়ৌবা ঙমদবদগী, ঙমদে হায়না লৌবদগী প্লেটোনা শৈরেংগী মায়োক্তা লৈ। অশেংবা, অওইবা রিয়েলিটি হায়বসি মখাগী অসিগুম্না মখল অহুম লৈব য়াই : (ক) খ্বাইগী অয়োইবা অওইবা মসিগী ভাব অমসুং মওং অলটিমেৎ রিয়েলিটি, (খ) মশা ওইনা লৈরিবা অওইবা সেকণ্ডরী রিয়েলিটি ঐখোয়না খঙলিবা, উরিবা তাইবংপান অমসুং (গ) মমি শেদো হায়বদি কবিনা শেমগৎ-শাগৎলিবা মশা ওইনা লৈরিবা অওইবা অসিগী মতৌ তম্বা মশক। প্লেটোনা মসিবু ফমুং অমগী খুদম পীদুনা তাকই। অইবা অমনা উনা শাবা ফমুং অমগী মরমদা ই নৎত্রগা লাই য়েকপা মী অমনা মদু রং থাই। অইবা নৎত্রগা লাই য়েকপা অদুনা মফম পূন্নমক্তা থেংনরিবা উ শূবনা শাবা চনবা ফমুং খরা উরম্বা য়াই। উ শূবা অদুনা মঙোন্দা ফমুংদুগী মওং-মতৌ, ব্রাখল পোকহনবা ফমুং অমগী ব্রাখল, ভাব পোকহল্লকলম্বা অথোইবা ফমুং অমগী মওং-মতৌ খল্লম্বা, ভাবনা লাকশিন্দুনা শাগৎলম্বা য়াই। খ্বাইদগী হৌশিংবা, লাম্বা লৈত্রবা শেম্বিবা অদুগী খুৎশেমগী মওং-মতৌ মমি

তমদুনা মতৌ তমদুনা শারকলিবা, চল্লকলিবা উ শূবদুগী মতৌ মওং অদু কবি নৎত্রগা লাই য়েকপদুনা অমুক মখোয়না ইরিবা, রং তৌরিবদুদা মতৌ তমলকপনি। ফমুং অমা চন্দুনা, শাদুনা পুথোরকলিবা থৌওং অসিদা ঈশ্বর, ফমুংদু চল্লিবা, শারিবা উ শূবা অমসুং ফমুংদুগী মরমদা ইরিবা নৎত্রগা মদুবু রং তৌরিবা মী অসুম ত্যয়না কলাকার অহুম য়াওরি।

কবিনা মানা ইরিবশিং অদুদা শাগৎলিবা, উৎলিবশিং অসি অশেংবা, অওইবা হায়বদুদগী থাপতোক্লা লৈরবা মমি ঙাক্তনি। অচুম্বা অমসুং অশেংবা হায়বদুগা কায়নরবা, মদুদগী থাপননা লৈরবা মদুগী ইংগিৎ৩মক উৎলিবা জীবনি মহাক্তি। মরম অসিনা শৈরেং হায়বসি ওইদবা মায়াদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎপনি। কবি নৎত্রগা মমি কয়া শাগৎতুনা মতৌ তমলিবা মীসিনা অশেংবগী মশক হায়বসি খঙদে, মহাক্লা খঙবদি মমিগী মশক-মতৌ অসিতনি। মায়া, ওইদবা মপানথোংগী শক্তম নৈনবনিনা মখোয়গী সামাজিক ওইবা হৌরকফম য়াওদে অমসুং মরম অসিনা মখোয়না আত্মাগী কান্নদ্রবা শরুককী মচিঞ্জাক হুন্দুনা য়োকখৎতুনা অথিংবা লৈত্রবা পুক্লিংগী সাধারণ পুন্সিদদি ঐখোয়না ইকাইফম থোকপা ইথক-ইপোম কয়া পুক্লিংদা পোকহল্লি, হৌহল্লি।

প্লেটোগী ব্রাখল, মীৎয়েংদা অচুম-অরান, অফ-ফত্তগী মোরেলিটিগী অকনবা ইথিল অপাম্বা লৈবনা ধর্মগী ওইবা শৈরেংগী অপাম্বা মঙোন্দা য়াম্না লৈখি। অফবা সাহিত্য হায়বসি নুংঙাইবদগী হৌরক্লগা বুদ্ধি, লৌশিংগী জ্ঞান ফংদুনা লোইশিল্লি (begins in delight and ends in wisdom) হায়না লৌনরবসু মসিনা করিগুম্বা মোৎ, ব্রাখল্লোন অমবু শন্দোকপদি নত্তে। আর্টনা ইংগিৎ তৌদুনা — সজেসটিব ওইনা খঙহন্নিংবা, ফোঙদোকনিংবদু খঙহল্লি মসিনা পুক্লিংবু অব্রাংবা থাক্তা পুখৎপা, য়ৌহনবা ঙম্বা ফজবগী নুংঙাইবা এসথেটিক প্লেজর পী। প্লেটোগী আর্টতা য়েংলম্বা মীৎয়েংসিগী মায়োক্তা য়ানিংদবা কয়া থোরকই অদুবু আর্ট হায়বসিগী মতৌ তম্বগী মচৎ-মতৌ তম্বা হায়বসিদা মতৌ তম্বা অমসুং খুদম ওইনা মহুৎ শিনবগী ইমিটেশন অমসুং রিপ্রেজেনটেশন ব্রাখল, মীৎয়েংসি ইহান হান্না পুথোক্লম্বা মীদি প্লেটোনি হায়না পূম্নমক্লা য়ানরি।

লিটেরেরী ক্রিটিসিজমগী লমদা প্লেটো হীরম কয়াদা থোইদোকখিবা মীশকনি। পিয়ুরিতান অমসুং কাঙলুপসিগী মীৎয়েংদা থাজবা কাঙবুনা শৈরেংগী মাঙনিংঙাই ওইবা ইথিল, মসিগী ফত্তবা শরুক অদু পুথোক্তুনা নৈনরকপদা প্লেটোগী মোৎ অসিনা খূৎলায় ওইনখি অদুগা ইনসপিরেশন — প্রতিভাগী মরমদা পীরম্বা মাগী মোৎ অসি য়ানিংবশিংনা সাহিত্য অমসুং কলাবু শৌগৎনবা খূৎলায় ওইনখি। মতৌ তম্বা মখলগী — মাইমেতিক আর্টপু মহাক্না তাথি-তাওইনা য়েংলম্বা মীৎয়েং অসি কাল্পনিক ওইবা সাহিত্যদা থব্রায় তাজবা কাঙবুদা শীংনরকপা মীৎয়েংনি অমসুং মীৎয়েংসিনা হেন্না থৌনা, মীৎয়েং থৌবা কাঙবুদা মখলসিগী সাহিত্যগী অতোপ্পা শক্তম, মওং-মতৌদা ওনশিন্দুনা নৈনহনবগী খুদোংচাবদু পীখি। মাগী মীৎয়েংদা য়াওরিবা অশোয়বা, মপুং ফাদবা মওংশিং অসি য়াওনা য়াওনা মহাক্না তুংগী মীরোলনা লুন্না খন্নবা মরুওইবা ক্রিটিকেল থিয়োরী খরা পুথোকলম্মী। ক্রিটিসিজমবু দর্শনগী ওইবা নৈনরোলদা থমদুনা মানা মীওইবগী পুক্নিংগী মহৌশা অমসুং মসিনা কমদৌনা থবক পাঙবগী থৌদাং লৌবগে হায়বসিগী মতাংদা য়েংশিল্লম্মী। অচৌবা, অব্রাংবা মখলগী কলা অমসুং সাহিত্য হায়বসিনা পুক্নিংবু অব্রাংবা থাক্তা পুখৎতুনা মীওইবগী অচুম-অরান বুদ্ধিগী কান্নবা মচাকতু পীগদবনি হায়না মানা থাজে।

# ৬ ঃ এরিষ্টোটল

## (খৃঃমাঙ ৩৮৪-৩২২)

৪২৭ - ৩৪৭

ষ্টেগিরা হায়বা মফম অদুদা খৃষ্ট মাঙ ৩৮৪ দা এরিষ্টোটল পোকখি। মহাকপু এথেন্সতা থাখি অমসুং চহি ১৭ শুবদা প্লেটোগী ছাত্র ওইখি। মাগী গুরু প্লেটোনা খৃষ্ট মাঙ ৩৪৭ তা শিবা ফাওবদা মহাক গুরুগী মনাক্তা লৈখি। অদুদগী মহাক এশিয়া মাইনরদা চৎখি, মফমদুদা প্লেটোবু য়াবা মী কাঙবু অমনা লিংখৎপা একাদমী অমদা ওজা ওইখি। চহি অনী মেরিন বাইয়োলোজি তম্লগা খৃষ্ট মাঙ ৩৪২ দা মেসিদোনগী আলেকজেন্দরগী টিয়ুটর ওইখি। খৃষ্ট মাঙ ৩৩৫ দা পেরিপেটেটিক স্কুল লিংখৎতুনা মসিদা খৃষ্ট মাঙ ৩২৩ দা ছাত্রশিংবু তম্বিখি অমসুং তোঙান-তোঙানবা হীরম কয়াদা লেকচর পীখি। খৃষ্ট মাঙ ৩২২ দা মহাক শিখি।

খৃষ্ট মাঙ ৩৩৫ দা পেরিপেটেটিক স্কুল লিংখৎতুনা ফিজিক্স, জুওলোজি, পোলিটিক্স, ইথিক্স, মেটাফিজিক্স, লোজিক, রিটোরিক অমসুং শৈরেং অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা হীরম কয়াগী মরমদা লেকচর কয়া পীবা হৌরকপদগী এরিষ্টোটলবু সাহিত্য সমালোচনাগী লমদা খ্বাইদগী মতিক-মঙাল লৈবা মীনি হায়না খঙনবা হৌরকই। গ্রীক অমসুং রোমান সংস্কৃতিনা মঙাল লৈনা য়াইফরিঙৈ মতমদা মহাকপু অচৌবা ওজা অমদি ধর্মগী লমজিংবা অমা ওইনা লৌনরম্মী, ময়ায়গী যুগ মিদল এজ হায়না খঙনবা মতমদনা মহাকপু ফিলোসোফর অমা ওইনা মমিং লৈখি। সাহিত্যগী অশেংবা ক্রিটিক অমসুং কবি অইবশিংদা লাইরিক ইবগী নিয়ম, আইন পীরম্বা, তাকলম্বা মী অমা ওইনা মাবু শকখঙনরকপসি রিনাসাঁগী মতমদনি।

প্লেটোনা শৈরেংবু য়াদবা অমসুং শৈরেংগী মায়োক্তা লেপলম্বা মোং অদু নবা, শৈরেংগীদমক্তা লেপখিবা, শৈরেং ঙাকশেনখিবা অহানবা মীশক এরিষ্টোল, প্লেটোগী ছাত্র অমনি। মানা ইরম্বা পংশাং শাংদবা, মচেৎ ওইনা তৌবা অমসুং মপুম ফাদবা লাইরিক "পোয়েটিক্স" হায়বসিদা ইহান হানবা ওইনা শৈরেং অমসুং ড্রামাগী মরমদা নৈনবগা লোয়ননা সাহিত্যগী চানবা, চাং মান্নবা নিয়ম, হৌনবী মহৌশা অমা পুথোক্লম্মী। মানা শৈরেং অমসুং ড্রামাগী তোঙান তোঙানবা মখল নৈনরগা সাহিত্য হায়বসিগী মনুং হুনজিনবা মশক্তা য়েংদুনা পোয়েটিক ক্রট হায়বদি কবিনা মানা ইরিবদুদা উৎলিবা অচুম্বা হায়বসিগী মরমদা নৈনৈ, আর্ট অমসুং মোরেলেটি — অচুম-অরান, অক্ষ ক্ত অনীগী থেন্নবা উৎলি অমসুং আর্টকী পনথুং, পান্দম নৈননবা হোৎনৈ। অদুবু পূন্না য়েংবদদি "পোয়েটিক্স" প্লেটোনা আর্টপু য়ারমদবা কয়া অদুগী পাউখুম ওইনা তৌই। প্লেটোনা শৈরেং অমসুং ড্রামা শম্না আর্ট হায়বসিবু হুন্দুনা হায়রম্মী, এরিষ্টোটলনা "পোয়েটিক্স" তা প্লেটোনা হুন্দুনা হায়রিবশিং অসিবু থেংননবা হোৎনৈ। প্লেটোনা ড্রামানা পোকহনবা লৈতাহন্দবা, ইপা পাখৎহন্দুনা, পুক্লিং ব্রাখল ইশোন শোম্বুহনবা ইথিলগী মরমদা হায়, এরিষ্টোটলনা মসিগী মায়োক্তা ড্রামা অমদি আর্ট হায়বসিনা অশেংবগী হকচাং ফগৎহনবা, পুক্লিং ব্রাখলবু শেংদোক্কুনা অনালাইকোকহনবা ঙম্বা ইথিল পী হায়।

"পোয়েটিক্স" তা এরিষ্টোটলনা মতৌ তম্বা - ইমিটেশন হায়বসি করিনো হায়না নৈনদুনা হৌই। মতৌ তম্বা - ইমিটেশন হায়বসি মানা হায় শৈরেং, মিয়ুজিক, জগোই, লাইয়েকপা, মূর্তি শাবা অসিনচিংবা আর্ট পূম্নমক্কী হৌনবীনি। ফাইন - অকৃপ্পা, অনানবা হায়না খঙনবা আর্ট পূম্নমক পূন্না লৌরগা আর্টশিং অসিগী থেন্নবসি মানা আর্ট অদুবু ফোঙদোক্লবা, উৎনবা শীজিন্নরিবা শাদোং - মেদিয়ম, পান্দম, পনথুং অমসুং মতৌ তম্বগী মওং অদুগী মতুংইন্না থেন্নবা উৎলি। আর্ট অমসুং সাহিত্য পূম্নমকসি মতৌ তমদুনা পুথোরকপা, উৎলকপনি হায়না মানা লৌই। পিকলিবা অঙাং অমনা মমা-মপাগী মরোল, মখোয়গী লোনচৎ পূম্নমক মতৌ তমদুনা খঙলকপা, হৈরকপগুম্না আর্ট হায়বসিগী হৌরকফমসু

মীওইবগী থবক-থনা কয়াগী মতৌ তম্বদগী ওইরকপনি অমসুং মসিগী পান্দম, পনথুংনা নুংঙাইবা পোকহনবা হায়বসিনা ওই।

মহৌশা — নেচরবু আর্টনা মতৌ তম্মী হায় এরিষ্টোটলনা। মঙোন্দদি মহৌশা - নেচর হায়বসি মপানথোংগী পৃথিবী, ঐখোয়গী মীৎনা উরিবা পৃথিবী, শেমশারবা পোৎচৈ কয়াগী পৃথিবী অসি নত্তে, নেচর - মহৌশা হায়বসি মঙোন্দদি অনৌবা মশক-মওংদা শেমশানিংবগী থৌইনশিন, জগৎসিবু ওইরক্লবগী নিয়ম অদুনি। (it is the creative force, the productive principle of the universe)। মতৌ তম্বা ইমিটেশন হায়বসি করিগুম্বা পোৎ অমগী মশক মওং অদু চুম্না, ইচম চম্না মতৌ মালহন্দুনা পুথোকরকপগী মহুত্তা মসিদি কলপনাগী নৌহৌনবা খূৎশেম ওইনা উহনবনি, মসিদি নৌহৌননা শেমশাবগী ক্রিয়েটিব থবকনি। অদুবু আর্টিষ্ট অমনা নেচর মহৌশাবু কমদৌনা মতৌ তম্বগে? এরিষ্টোটলনা মতৌ তমলিবা পোৎ অদুদা অওইবা, অশেংবা পোৎতুগী অওইবগা মান্নবা মশক, মতৌ তমগদৌরিবা অদুগা মান্ননা শিন্দোকপা লোন্না মশক নৎত্রগা মদুগী খুদম ওইবা মশক অদু মতৌ তমদুনা পীবা পামদে, মহাক্না পাম্বদি মতৌ তম্লিবদুনা আর্টিষ্ট অদুগী ইন্দ্রিগী কায়াৎশিংদা ফাওরকপা পীরকপা ভাব, ইহুলশিং অদু পুথোরকপদুনি, উৎলকপদুনি। মতৌ তম্বা আর্টকী খ্বাইদগী অৱাংবা ওইরিবা শৈরেং হায়বসিনা মীওইবগী পুক্সিদা য়াওরিবা, লৈরিবা পুম্নমক্কী ওইবা - য়ুনিভরসেলগী মশক অদু ফোঙদোকই। ফিদম্নফম ওইবা হায়বসি পোৎ খুদিংদা মপুং ফাদনা অদুম লৈ — আর্টিষ্ট অমগী মথৌদি মপুং ফাবাত্তনা লৈরিবা মশক অসি মপুং ফানা উৎথোকপনি, খঙহনবনি। নেচর মহৌশা হায়বসিসু মাগী থবক্তা মপুং ফাবা ঙমদে, মপুং ফাদ্রবা মহৌশাগী থবকসিবু আর্টিষ্টনা মাগী মপুং ফাদ্রবা পান্দম অমদি অশোয়বশিংবু চুমথোক্লবা হোৎনদুনা মহৌশাগী থবক অসি মপুং ফাহল্লি।

শৈরেংনা এরিষ্টোটলগী মতুংইন্না খ্বাইদগী ফজবা, ৱাংবা ক্রিয়েটিব - অনৌবা মশক-মওং শক্তম, গুণ য়াওনা উহনবা ঙম্বা আর্টনি হায়। মীওইবগী মহৌশা অমসুং পুক্সিদা য়াওরিবা, লৈরিবা পুম্নমক্কী ওইবা মশক, মচাক অদু শৈরেংনা

পুথোক্লবা হোৎনৈ। মীগী পুক্লিংবু মনিং তমহন্দুনা অমসুং অনৌবা ওইবা য়াবা মশক কয়া উহন্দুনা শৈরেংনা মীওইববু নিংতমহল্লি। মরম অসিনা শৈরেংনা ইতিহাসতগী মগুণদা ফবা হেল্লি অমসুং হেন্না ব্রাংবা মখলগী আর্টনি হায়না এরিষ্টোটলনা মোৎ পী, মরমদি, ইতিহাসতনা চুম্নগী অওইবা, অচুম্বদুতা উৎলি, শৈরেংদা অওইবা, অচুম্বশিং অসি য়াওরগসু মখোয় অসিবু হেন্দোক্কুনা, লানথোক্কুনা চৎখিবা ঙম্মী। কবিগী মথৌদি করি থোকখ্রবা, ওইখ্রবা হায়বদু হায়বা, ইবা নত্তে, করি ওইরকপা য়াবা হায়বদু ওইবা য়াবা নৎত্রগা দরকার ওইবা হায়বসিগী নিয়ম মতুংইন্না ফোঙদোকপনি। কবি অমসুং ইতিহাস ইবা অনীগী মরক্তা লৈবা খেন্নবসি অমনা মানা ইরিবদু শৈরেং ওইনা ছন্দ নাইনা ইবা অমনা চুম্নগী ব্রারেংদা ইবা অসিতনা নত্তে। ইতিহাস ইবা মী অমনা ইরিবদু ব্রারেংদা ইবদগী শৈরেংগী মওংদা ওন্থোক্কুনা ইরবসু মদু অদুম ইতিহাস ওইগনি। অনীসিগী মরক্তা শেংনা খেন্নহল্লিবদি ইতিহাস ইবনা থোকখ্রবা থৌদোক-ব্রাথোকপু ইবা অমসুং কবিনা মাগী শৈরেংদা করি থোরকপা, ওইরকপা য়াবগে হায়না ফোঙদোকপগী মীৎয়েং অসিদনি। (The true difference is that one relates what has happened, the other what may happen.) শৈরেংনা জগৎকী ওইবা মতাং - য়ুনিভরসেল ওইবা ব্রাফম নৈনৈ, ইতিহাসনা অখন্নবা, অকক্লবা ব্রাফমবু নৈনৈ, হৌখ্রবা থৌওং করি থোকখ্রবা, ওইখ্রবা হায়বসিগী মরমদা থোইনা থওইরুদনা শৈরেংনা করি ওইবা য়াবা, করি থোকপা য়াবা হায়বসিদনা হেন্না মরুওইনা নৈনৈ। শৈরেংদা য়াওরিবা, ফোঙদোক্লিবা অচুম্বা হায়বসিগা অওইবা ফেক্ট হায়বসিদা য়াওরিবা অচুম্বসিগা অনীসিগী খেন্নবা এরিষ্টোটলনা উৎলম্মী। পুন্সিসিদদি চুমদবা, শেংনা চুম্না থোক্তবা কয়াসু শৈরেংদা য়াওবা য়াই, শৈরেংনা নৈনবা য়াই। কবিনা মাগী কলাগী হৈশিংবনা ওইথোক্তবা মাল্লবা কয়াবুসু থাজবা য়াবা, ওইবা য়াবা ওইনা উহনবা ঙম্মী। শৈরেংদি ঐখোয়না তৌরিবা, পাঙথোক্লিবা ইমপিরিকেল অওইবা অদুবু চুম্নগী অমুক হন্না মান্নবা পুথোকপা, পুন্সিগী মমল য়াওদ্রবা করিসু নত্তবা কয়াসি উৎপা নত্তে। কবিনা ঐখোয়না খঙলি-উরিবা অসিদগী হেন্না শেংবা, খঙবদা ফজবা শক্তম অমা

পুথোক্লুনা উহল্লি। ঐখোয়দা পীরিবা কান্নবা হায়বসিংগী মীৎয়েংদগীদা ফাইন আর্ট হায়বসিগী চাং, মগুণ লেপ্পা চুমদে। ঐখোয়দা কান্নবা পীবা, ওইবা হায়বা মখলগী আর্টনা মপানথোংগী ওইবা কান্নবা খরা ফংহনবা য়াই, ঐখোয়গী বুদ্ধি অমসুং অচুম-অরানগী অপাম্বসু থুংহনবা য়াই। অদুবু ফাইন আর্ট হায়বসিনা ঐখোয়দা নুংঙাইবা পোকহল্লি, পোকহল্লিবা নুংঙাইবা অসিদি ঐখোয়দা কান্নবগী, ওই পনথুং অদুদি নত্তে। শৈরেংদগী ঐখোয়না ফংলিবা নুংঙাইবসিদি বুদ্ধিগী ওইবা মনুংঙাই অদু নত্তে, মসিদি থম্মোইগী, পুক্লিংগী ওইবা মনুংঙাইনি। ফাইন আর্টপু শেমলিবা, পুথোক্লিবা মী মশা অদুদা ফাওবা, ফংবা নুংঙাইবদু নত্তে এরিষ্টোটলনা ফাইন আর্টনা নুংঙাইবা পী, পোকহল্লি হায়রিবসি, অসিগুম্বা মখলগী আর্টনা মদুবু য়েংলিবা, পারিবশিংগী পুক্লিংদা পীবা নুংঙাইবা অদুনি মানা হায়রিবদি। ফিলোসোফর অমগী মফমদদি মানা নুংঙাইজরিবসি মানা খঞ্জবা, পুথোকচবা বুদ্ধি, লৌশিং অদুগীনি, অদুবু আর্টিষ্ট অমনা নুংঙাইজবনা মানা পুথোকচরিবা কলা-খূৎশেমদুদগী ময়াম্না ফংবা নুংঙাইবা অদুগীনি, করিগুম্বা খূৎশেম অদুবু পুথোক্লিবা আর্টিষ্টতুনা মাগী আর্ট অদুদগী নুংঙাইবা ফংজরবদি মহাক্না আর্টিষ্ট অমা ওইনা মশানা ফংবা নুংঙাইজবদুগী নত্তে, মাগী আর্ট অদুদগী নুংঙাইবা ফংলিবা ময়ামদুগী মরক্তগী মহাকসু অমা ওইরুবগীনি। প্লেটোগী মোৎ আর্ট হায়বসিনা মীওইবদা অচুম-অরান, অর্ফ-ফত্তগী লমদা তম্বিদুনা লমজিং ওইগদবনি হায়বসিগী ওন্নতৈন্নবদা এরিষ্টোটলনা আর্ট হায়বসি অচুম-অরান, অফ-ফত্ত খণ্ডহন্নবা, তম্বিনবা পোৎ অমা ওইরোইদবনি হয়খি কবি, আর্টিষ্টতি মাগী খূৎশেমদুবু পারিবা, য়েংলিবশিংগী থম্মোইদা, পুক্লিংদা ফজবগী, নিংথিবগী নুংঙাইবা পীগদবনি। মাগী খূৎশেম, মানা ইরিবশিং অদুনা পারিবশিংগী থম্মোইবু, পুক্লিংবু হেন্না মথ্বাই য়াওহন্দুনা থম্মোইগী ওইবা নুংঙাইবনা শক্তি হাপতুনা মখোয়দা অশেংবা অমসুং হেন্না ৱাংবা মখলগী নুংঙাইবা খণ্ডহন্নবা, পোকহনবনি।

"পোয়েটিক্স" তা এরিষ্টোটলনা ট্রেজেদিগী মরমদা মমুৎ তানা হায়রম্মী। "ট্রেজেদি হায়বসি অরুবা, মপুংফাবা অমসুং অকক্লবা মরেপ, মঙম য়াওবা আর্টকী লৈতেং মখল খুদিংগী লোন্না লীলাদুগী তোঙান-তোঙানবা শরুকশিংদা য়াওরবা

পাউ ওইনা তমদুনা ৱারী লীবগী মওং নত্তবা, থবক ওইনা পাঙথোক্নুনা উৎপা, মীনুংশি অমসুং অকিবা পোকহল্লগা পুক্লিংগী ইহুল অনী অসিবু চুমথদুনা শেংদোকপা থবক্কী মতৌ তম্বনি।" Tragedy, then is an imitation of an action that is serious, complete and of a certain magnitude; in language embellished with each kind of artistic ornament the several kinds being found in separate parts of the play; in the form of action, not of narrative; through pity and fear effecting the proper purgation of these emotions.

লৈতেং মখল খুদিং য়াওবা লোন হায়বসিদা ছন্দ তাল, চুনবা অমসুং ঈশৈ য়াওই। তোঙান তোঙানবা শরুক্তা তোঙান তোঙানবা মখল হায়বসিনা শরুক খরনা শৈরেংনা ফোঙদোকপা অতৈশিং অদুনা ঈশৈগী মতেংনা ফোঙদোকপবু খঙনৈ। করিগুম্বা ট্রেজেদি লীলা অমা য়েংলুরগা থিয়েটরদগী থোরকপদা নৎত্রগা শক্তি লৈবা ফজরবা উপন্যাস অমা পাবা লোইবদা ঐখোয়গী পুক্লিংদা অৱা-অনা পুম্নমক কোকপগী মতৌ অমা পোকই। লীলাদুদা উপন্যাসতুদা য়াওরিবা কল্পনাগী চরিত্রশিংদুগী খন্দুনা, নুংশিবা পোক্নুনা ঐখোয়দা পোকহনবা ৱাখলশিং অদুনা পুং খরদি ঐখোয়না ঐখোয়গী অৱা-অনা, খুদোংথীবশিং অদু কাউথোকই। মতৌ অসুম্না ঐখোয় ইশা ইশাগী পুন্সিগা অতৈ অতোপ্পগী পুন্সিগা চাংদম্নদুনা য়েংবদগী পোক্লকপা অসিনা ইশা ইশাগী হিংলিবা পুন্সি অমসুং লাইবক অসিদা তাইশিন্নহল্লি, চঙজহল্লি অমসুং পুন্সিগী অর্থবু হেন্না ময়েক শেংনা খঙহল্লি।

এরিষ্টোটলনা ট্রেজেদিনা মীনুংশি অমসুং অকিবগী পুক্লিংদা পোকহল্লকপা ইহুল অনী অসি চুমথোক্নুনা শেংদোকহল্লি কেথারসিস থোকহল্লি হায়রিবসিগী মতাংদা মখাগী মীৎয়েংশিং অসি খন্নদুনা য়েংবা য়াই।

(১) চুমথোক্নুনা শেংদোকপা কেথারসিস হায়বা ৱাহৈ অসি হোমিয়োপেথিক লাইয়েংগী প্রমাণ অমনি। ঐখোয়না হকচাং নুংঙাইত্রগা, পুকনচিংবদা নুংঙাইতবা পোক্লগা হিদাক চারগা নুংঙাইতবদু কোকখিদুনা হকচাংসি

মহৌশাগী নুংঙাইবা ফিবম অদুদা লৈহনবগুম ট্রেজেদি য়েংবদা ঐখোয়দা
পোকহল্লিবা মীনুংশি অমসুং অকিবগী পুক্লিংগী ফিবম অসি অরোইবদা, ঐখোয়গী
পুক্লিংদগী চুমথোকখিদুনা শেংদোকখিদুনা পুক্লিংবু হান্নগী, মহৌশাগী ওইবা ফিবম,
মতৌ অদুদা লৈহল্লি। ট্রেজেদিনা পুক্লিংদা পোকহল্লিবা ইহুলশিং অসি মতম পুম্বদা
কোক্তুনা অসুম লৈবগী মহুত্তা, অহেনবা শরুক অদু চুমথোকখিদুনা,
শেংদোকখিদুনা মীওইবগী মহৌশাবু শেংদোকই। ষ্টেজদা শান্নবা ট্রেজেদি লীলা
অমা য়েংবদা ভাবোকক্কী পুক্লিংদা হৌরকপা, পোকলকপা ইহুল অদু মী অমগী
পুক্রচিংবা নুংঙাইতদুনা শেংদোকপা, চুমথোকপা য়াবা হিদাকনা শেংদোক-
চুমথোকপগুম লীলা মখল অসিনা শেংদোক-চুমথোকই। জোন মিল্টননা
"সেমসন এগোনিষ্টস" কী ৱাহৌদোক্তা মমাংঙৈদা ইরম্বা ট্রেজেদি হায়বসিনা
প্লাইদগী চাউবা, অচুম-অরান উৎপা অমসুং কান্নবা পীবা শৈরেংনি, অদুনা পুক্লিংদা
মীনুংশি অমসুং অকিবগী ইহুল হৌহল্লগা ইহুলশিং অসিদগী পুক্লিংবু শেংদোকই,
চুমথোকই হায়রম্মী। (calm of mind, all passions spent)

(২) থম্মোই, পুক্লিংগী ইথিলনা সেন্টিমেন্টেলিজম হায়বসিনা নিয়ো-
ক্লাসিকেল মতমদদি ট্রেজেদিনা পোকহল্লিবা মীনুংশি হায়বা ইহুল অসিদগী হেন্না
য়রুওইনা খন্নে অমসুং কেথারসিসপু এলোপেথিক লাইয়েংগী নমুনাদা য়েংনখি।
জোন ড্রাইদেন অমসুং সামুয়েল জোনসননা পরিং অসোমদা কন্না নৈনখি।
মীওইবগী পুক্লিংগী অপাম্বা ইহুল পেশন হায়বসিনা থবক পুন্নমক হৌরক্লবগী
মুমফমনি অদুবু ইহুলশিং অসি শেংদবা, অমোৎপা কয়া য়াওই অদুনা শেংদবা,
অমোৎপশিং অসি মীনুংশি অমসুং অকিবা হায়বা অনী অসিনা শেংদোকপা চংঙি।

(৩) এফ. এল. লুকাশ অমসুং হরবর্ট রিদকুম্বা ক্রিটিকশিংনদি
কেথারসিসপু মীওইবগী পুক্লিদা খুদোংথীহনবা, ৱাহনবা পীবা অদুবু
খাদোকখিনবা, চৎথোকহনখিনবা, ইথাই পীখিনবা খোংলম ওইনা লৌই।
মশেংবা পুক্লিদা অশোয়-অঙাম থোকহন্দনা মীনুংশি অমসুং অকিবা হায়বসি
লায়নবা য়াদে, অনী অসিবু পুরাপুরী মপুং ফানা নমথবা হায়বসি ওইথোক্তে
চৎত্রগা অফবসু নত্তে। মরম অসিনা ট্রেজেদি লীলানা ইহুল অনী অসিবু

পোকহন্দুনা খুদোংথীবদি ওইহন্দনা অমাং-অতা থোক্তনবা হাপ্পা সেফটি ভাল্ব ওইনে। অসুম্না মীনুংশি অমসুং অকিবগী অমাং-অতা থোকহন্দবা নিংতম্বা অসিগী মতুং অৱাবা কোকপা হায়বসিনা তারকই।

(৪) হৌজিক মতমগী মনোবিজ্ঞান — সাইকোলোজিগী মীৎয়েংদা নৈনদুনা আই. এ. রিচার্দস্না হায়, ট্রেজেদিদা পোকহল্লিবা অকিবগী ইহুল লাপ্পা হন্দোক্তুনা, চেনথোকনিংবগী পুক্লিংগী থৌইনশিন (impulse to retreat) অমসুং মীনুংশিগী ইহুল চঙজ-হায়জনিংবা, নোল্লুকচনিংবগী থৌইনশিন (impulse to approach) অনী অসি তোংশিন-য়ানশিন্নদুনা পূন্না লৈহল্লি। অসুম্না ইহুল অনী অসি য়ানশিন্নদুনা মান্নবা চাং অমদা লৈহনবসিনা পুক্লিং অসি মশানা লৈতানা মান্নবা চাং অমদা লৈহল্লি।

(৫) নীতি শাস্ত্র - অফ-ফত্তগী ethical, লমচৎ-ব্যবহারগী মীৎয়েংদগী য়েংদুনা লীলাদা উৎলিবা অৱা-অনা অসি আত্মাবু মীওইবগী পুন্সি অমসুং নংলিবা অৱা-অনা ময়ামসি দার্শনিক ওইনা ধর্ম-কর্মগী ৱাখললোমদা লৈশিন্দুনা য়েংনবা হেন্না ময়েক শেংহনবা, ঙানথোকহনবা থৌওংনি হায়না য়েংবসু য়াই।

কেথারসিসতা এরিষ্টোটলনা য়েংলম্বা মীৎয়েং অমসুং মানা লৌরম্বা অর্থদু লৌখৎতুনা য়েংসি। ধর্মগী ৱাখলদা কা হেন্না লুপ্তুনা পামশিনবদগী মীমান্নদবা ঙাউরি-ফৈরি তৌরবা মীবু ঈশৈ তাহন্দুনা মাগী ঙাউরি-ফৈরি তৌবা মতৌ অদু লাইয়েংবা, ফহনবা ঙম্মী হায়না এরিষ্টোটলনা হায়। অসিগুম্বা মীসি মহৌশানা লাই তোংবনি হায়না লৌনদুনা মাগী মশা, হকচাংদা ঈশৈগী ইথিল, শাফু অদু য়েহল্লগা, পীরগা মঙোন্দা ফাওরিবা, লৈরিবা ধর্মগী ময়াই অদু কোকহল্লি। অসুম তৌবদগী মীদু মাগী হান্নগী মহৌশাগী ফিবমদা দাক্তরনা লাইয়েংবদগী নৎত্রগা মশা শেংদোক্লবা, চুমথোক্লবা হিদাক চাবদগী অমুক মহৌশাগী ফিবমদা হনজিল্লকপগুম তৌই। মীনুংশি অমসুং অকিবা পোককনবা মহৌশানা পুক্লিং নৌগনবা মীশিংদি মতৌ অসিগুম্বা থৌওং অসি থেংনগল্লি, মায়োক্লগল্লি। মসি মশক-মওংদা মান্নদ্রগসু থৌওংর্দদি মান্নবা শেংদোক-চুমথোকপগী নিয়মগী মথা

পোন্না লৈ। এরিষ্টোটলগী মোৎ অসি অনা-লায়েংগী পথাপতুনি হায়না লৌরগদি কেথারসিসনা ওইহল্লিবসি, থোকহল্লিবসি ট্রেজেদি লীলানা ভাবোকশিংদা মীনুংশি অমসুং অকিবগী ৱাখল অসি পোকহল্লগা ভাবোকশিংগী পুক্লিংদা পোকলিবা নারিবা অমসুং অৱাবা ওইহল্লিবা পূম্নমকতু শেংদোক-চুমথোক্তুনা মাঙহল্লি হায়বসিনি। প্লেটোগী মীনুংশি অমসুং অকিবা হায়বা পুক্লিং ইহুল অনী অসি ইতোৎ তোৎশিন্নদুনা লৈ অমসুং ইহুল অনী অসিদ্রা লুপ্তুনা লৈরবদি অওইবা পুক্সিদা খুদোং থিনিংঙাইনি হায়বা মীৎয়েং অসিদা এরিষ্টোটলসু য়াই। ইহুল অনী অসি নমশিন্দুনা থম্বসু খুদোং থিনিংঙাইনি অদুনা মখোয় অসিবু শেংদোকপা অমসুং চুমথোকপা তঙাই ফদবনি। এসথেটিক্স হায়বদি ফজবগী মীৎয়েংদগী হায়রগদি অৱা-অনাদগী মীনুংশি অমসুং অকিবা অনীসি কোকহন্দুনা আর্টকী থোঙদা পুথোক্তুনা উৎলকপদা নুংঙাইবা ওইহল্লি। ট্রেজেদিনা ঐখোয়দা মী অমনা মানা ফংবা য়াবা অশোয়বা, মরাল অদুদগী হেনবা, হেন্না লূম্বা দন্দি ফংবগীদমক্তা মীনুংশি পোকহল্লি, ঐখোয় ইশা ইশাবু মরালদগী হেন্না লূম্বা দন্দি ফংলিবা মীদুগা মান্নে খন্দুনা অকিবগী ইহুল অসি পোকহল্লি। ইহুলশিং অসি পোকহনবনা ট্রেজেদিনা ঐখোয়গী পুক্লিং, আত্মাবু হেন্না পাকথোক-চাউথোকহল্লি।

অরুবা থৌদোক-ৱাথোক, থৌরমগী মতৌ তমদুনা ট্রেজেদিনা মীনুংশি অমসুং অকিবগী পুক্লিং ইহুল পোকহল্লগা ইহুলশিং অসি শেংদোক-চুমথোকই হায়বসিগী মতুংইন্না থৌদোক-ৱাথোক, থৌরম খরদি ট্রেজেদিগী মনুং চনবা য়াদে। ধর্ম লৈবা, পুন্য চেনবা অফবা মী অমনা নুংঙাই-য়াইফরম্বদগী অৱা-অনা তারকপা অসি ট্রেজেদিদা উৎপা মতিক চাদে, মরমদি মসিনা মীনুংশি অমসুং অকিবা পোকহনবগী মহুত্তা ঐখোয়দা চুম্নদা নুংঙাইতবা পোকহল্লি, ৱাহল্লি। অশোয়বা য়াওদ্রবা মরাল লৈত্রবা মী অমা তমথিরবা লাইবক্কী মখুত্তা তাদুনা অৱা-অনা কয়া নংবা য়াই। অদুবু অসিগুম্বা চরিত্র অমদা ড্রামাটিক কনফ্লিক্ট হায়বদি ড্রামাগী ওইবা মৃকনবা, থেংগাইনবা অদুদি য়াওদে। মীয়ামনা য়ানরবা, মশাদা অশোয়বা য়াওদ্রবা, লৈত্রবা মরৈবাক নীংবা মী অমগী ৱারীদি ইপিক শৈরেং অমগী চানবা, অফবা হীরম ওইবা য়াই অদুবু ট্রেজেদি লীলা অমগী চানবা, অফবা হীরমদি নত্তে।

ট্রেজেদি লীলাদা ঐখোয়না মী হায়বদু ওইবা মী অমা য়েংনিংঙি, ফত্তবা মীসু য়েংনিংদে, অশোয়বা, মরাল য়াওদ্রবা, লৈত্রবা লাইগুম্বা মীসু য়েংবা পামদে, ঐখোয়না য়েংনিংবদি, পাম্বদি অশোয়বা অমসুং মশাদা অশোনবা কয়া লৈবা, য়াওবা মীদু য়েংনিংবনি। এরিষ্টোটলনা ট্রেজেদিগী অফবা প্লোট ওইনবগীদমক্তা মখাগীশিং অসি য়াওহল্লোইদবনি হায়; (ক) অফবা মী অমা নুংঙাই-য়াইফরম্বদগী অৱা-অনা নংদুনা লাইরবা উৎলোইদবনি, (খ) ফত্তবা মী অমবু নুংঙাইরকপা, য়াইফবা ওইরকপা উৎলোইদবনি, (গ) য়াম্না চংফংনা ফৎত্রবা মী অমবু নুংঙাই-য়াইফবদগী অৱা-অনা নংলকপসু উৎলোইদবনি। মশাদা অশোয়বা, অশোনবা য়াওবা মীসিনা ঐখোয়দা মীনুংশি অমসুং অকিবগী ইথিল অসি পোকহল্লি অমসুং অশোয়বা, অশোনবা অসিবু এরিষ্টোটলনা হেমারসিয়া hamartia হায়না কৌই। হেমারসিয়া - অশোয়বা, অরানবা হায়বসি অচুম-অরান, অফ-ফত্তগী নৎত্রগা ৱাখলগী, বুদ্ধিগী (moral or intellectual) নৎত্রগা অনীমক ওইবা য়াই। শেক্সপিয়ারগী "জুলিয়স সিজর" দা ব্রুটসনা অৱা-পোলোই নংখ্রিবসি মহাক্কা থবক্কী পুক্সিদা - প্রেকটিকেল পুক্সিবু মশক খঙবা ৱাৎপদগীনি, মগোন্দা অফবা ৱাখল ৱাৎপদগী, লৈতবদগী নৎতে; মেকবেথনা কা হেন্না আশা চাউরুবদগী, হেমলেটনা ৱাখল কা হেন্না খনজিন্দুনা খল পুবা ঙমদবদগী, ওথেলোনা পঙনা নুংশিরুবা অমসুং মীবু কা হেন্না থাজরুবদগী অমদি কিং লিয়ারনা মশাবু কা হেন্না থাজবা অমসুং অহল ওইরকপগী বুদ্ধি, লৌশিং শোইরোমলক্নুনা শাউবা হেনমনবদগী অৱা-পোলোই নংখি। চরিত্রশিং অসিগী অশোয়বা, অশোনবশিং অসিগীদমক ঐখোয়গী পুক্নিংদা মীনুংশি অমসুং অকিবা পোকপদা নত্তনা ঐখোয়সু মখোয়গী অৱা-অনা অদুদা শরুক য়ামিন্নদুনা ৱার্মিন্নে। মী হাৎপদা হালেংদ্রবা মেকবেথপু উবদা ঐখোয়দা শাউনিংবা, হংগোইবা পোক্কে, ঐখোয়দা পোকলকলিবা ট্রেজেদিগী ওইবা অকিবদু হেন্না ঙক্লা অকিবা ওইহন্দুনা মাগী অশোয়বা, মরাল পুম্নমক কাউথোকখিদুনা ট্রেজেদি অসিগী অরোইবদা মেকবেথনা ঐখোয়গী মীনুংশি ফংবা ওন্মী।

ট্রেজেদি ওইনবগী মরুদি এরিষ্টোটলগী মোত্তা চরিত্রদুগী লমচত্তা য়াওই

হায়। মহাক মশাগী অশোয়বা মরালনা মাগী লৈখা তানবগী মরম ওই। চরিত্রদুনা মানা মায়োক্লরিবা, থেংনরিবা ফিবমশিং অদুগা য়ানদদুনা থেংগাইনদুনা পুন্সিগী মচিং-মশোল কয়াগা মূক্লদুনা লৈ। মহাক মশাগী মরমচত্তা য়াওবা অশোয়বশিং অমসুং মানা থেংনরিবা ফিবমশিং অদু মানা শোঞ্জবনা মায়োকননা শীংনবা, থেংনবা ঙমদবদগী অৱা-অনা নংদুনা লৈখা তাই। মহাক অসি লাইবক্লা শান্ননিংবা মওংদা শান্নবিবা মী অমা ওইরবা, মহাক অসি মপুংফানা ফত্তবা মী অমা ওইরবা নৎত্রগা ফত্তবা মচেৎ অমতা পকত্রবা মীশক ওইরবদি মাগী লৈখা তাবনা ঐখোয়দা পুক্লিংগী ইহুল পোকহনবা ঙমলোই। স্কোট জেমসনা হায়, "মশানা হায়রিবা, তৌরিবা থবক অদুদগী হেন্দোক্তনা, পৈথোক্তনা চৎচবা, লৈজবা মী অমা অৱা-অনা নংবা য়াই, অদুবু মসিদা লৈখা তারিবসি মহাক নত্তে, চরিত্র অমনা মানা থেংনবদা ৱানা থোক্লবা ফিবমশিংগী অৱা-অনা, নোং-নুংশিৎকা মায়োক্লরকপদা ট্রেজেদি ওইনবগী মচাক য়াওদে। করিগুম্বদা লাল্লুদবা, করিগুম্বদসু শোয়বা লানবা য়াওখিদবনা যীশু খৃষ্টগী পুন্সি অমসুং শিবদা ট্রেজেদি য়াওদে।" ফত্তবা মী অমনা অৱা-অনা খুদেংথীবা কয়াদগী লানথোরক্তুনা নুংঙাই য়াইফরকপা, অফবা ওইরকপা হায়বগী থৌওং অসিসু ট্রেজেদিগী মীৎয়েং, পান্দমগা চানদে, ওন্ন-তৈনৈ। চংফংনা ফৎত্রবা মী অমনা লৈখা তারকপা, মাঙলকপা উৎপসু ট্রেজেদিগী ৱাখল্লোনগী ওন্ন তৈনবনি। অসিগুম্বা মখলগী ৱারীনা ঐখোয়গী অফ-ফত্ত, অচুম-অরানগী ৱাখলবুদি পেলহনবা য়াই অদুবু ঐখোয়দা মীনুংশি অমসুং অকিবদি পোকহন্দে। মতিক-মপা চানদনা অৱাবা, খুদোংথীবা নংবদগী ঐখোয়দা মীনুংশি পোকই, ঐখোয় ইশাগুম্বা মী অমগী মরাইবক থীবা উরুরগা অকিবা পোকই। মথক্কী ৱাফম অসিদগী এরিষ্টোটলনা শেংনা অফবা ওইরবা মশাদা পূন্যগী মগুণ থন্না য়াওবা অমসুং য়ৌনা ফৎত্রবা মী — মখল অনী অসিগী মীওইশিং অসি ট্রেজেদি লীলাগী হিরো ওইবদা মতিক চাদে হায়। নাকল ঙমখৈ অনী অসিগী মরক্তা মপুং ওইনদি অফবা, অচুম্বা, মানা ৱারিবা, লৈখা তারিবদুদি মানা লঙলুবা পাপ নৎত্রগা মশাগী অমোৎপদগী ওইরকপা, থোকপা নৎত্রগা করিগুম্বা মশাগী অশোয়বা, অরানবা খরদগী ওইরকপা মী, চরিত্রসু লৈ। মরম অসিনা এরিষ্টোটলনা

অসি চৎনদবা ওইরে। দেমোক্রেসিগী ফিদমনা অসুম অসুম শন্দোরকপগা লোয়নননা অচৌ-অশাংনা ট্রেজেদিগী হিরো ওইহনবা অমসুং মখোয়গী অৱা-অনাতবু ট্রেজেদিদা উৎপগী মওং অসি হোংলক্কুনা লীলা য়েংলিবা ভাবোকশিংগা হেন্না নকশিন্নরিবা, মখোয় মশাগা অমতনি হায়না শক্তাকপা য়াঁরবা ভাবোক্কী পুক্লিংবু হেন্না চিংশিনবা ঙমলিবা মীচমগী পুন্সিগী অৱা-অনা উৎপা ট্রেজেদিদা হেন্না পুক্লিং চঙনরকলে। লেসিং অমসুং মিস সারা সিমপসননা হায়, "অৱা-অনা নংলিবা, খুদোংচাদবা মায়োক্লরিবা ট্রেজেদিগী চরিত্র অদুনা ঐনা লৈরিবা মওং, ঐনা লৈরিবা থাকসিগা হেন্না নকশিন্নদুনা মান্নরিবমখৈ মানা ঐগী মীনুংশি ফংবা ঙস্মী।" মীবু মী ওইনা উৎপনা হৌজিক মতমগী ট্রেজেদিগী ইফুৎনি, মী অমনা পুন্সিদা লৈরিবা থাক অমসুং মীদুনা অৱাংবা থাক্তা লৈবা ইমুং-মনুংদা পোক্লুবা হায়বসিদি ট্রেজেদিনা পীরিবা অৱা-অনাগী ৱাখলসি হেন্না লুশিলহন্নবগী চুম্নগী মতেং ওইবতনি।

এরিষ্টোটলনা ট্রেজেদিদা মতৌ তমদুনা উৎকদৌরিবা একশন-থবক, থৌদোক-ৱাথোকতু অরুবা, লূম লূম লাউবা ওইগদবনি হায়, হায়বদি মতৌ তমলিবা থবক্কু চীংলেম্বা অমসুং পুক্লিং, ৱাখলদা মমি তাহনবা ঙম্বা (noble and impressive) ওইবদা নত্তনা হিরোদুবু অৱা-অনা কয়া নংহন্দুনা মদুনা মমৈদা মাবু শিহনবা, মাঙহনবা একশন ওইগদবনি। ট্রেজেদিগী একশনদু মশানা মপুং ফারবা লীলাদুদা উৎলিবা পূম্নমক খঙবা য়াবা পূম্নমক য়াওরবা অমসুং উৎলিবদুনা লোইরে, মখা চৎথনিংঙাই অমুক লৈত্রে হায়বা অসুম্না ওইগদবনি। উৎলিবা একশন অদু মপুম ওইবা হায়বদি অহৌবা, ময়াই অমসুং অরোইবা হায়বসি লৈগদবনি হায়। উৎলিবা একশনদু অকক্লবা পাক চাউবা, মরেপ (magnitude) য়াওগদবনি হায়বদি য়াম্নসু শাংবা, য়াম্নসু তেনবা ওইরোইদবনি। য়াম্না পিকপা পোৎসু মীৎনা উবদা নিংথিনা ফজনা মওং তানা পোৎতুগী শরুকশিংদু শেংনা উবা ঙমদবা অমদি পংচাউদা চাউথিবা পোৎসু মীৎনা অমুক্তদা লাকশিন্দুনা উবা ঙমদবনা ফজবনি হায়না লৌবা ঙমদে। মরম অসিনা লীলাদা উৎলিবা অশাংবসি ভাবোককী নীংশিংবা ঙম্বগী অশাংবা মনুংদা ওইগদবনি। মতৌ তমদুনা উৎলিবা

থবক, থৌদোক-ৰাথোক অদুগী অপূনবা য়ুনিটি লৈগদবনি হায়বদি উৎলিবা থৌদোক-ৰাথোক্তু মপুম ওইবা অমতমক ওইগদবনি। অসুম্না প্লোট শেম্বদা য়াওরিবা মচাকশিং অদু পূনশিন্দুনা অমতা ওইহনবসি য়াম্না মরু ওই, মরমদি, মচাকশিং অসিগী শরুক অমতং লৌথোকখ্রবা নৎত্রগা হোংদোক-হোংজিন তৌরবদি অপূনবগী মতৌদু মওংদু কায়গনি।

দগী প্লোট হায়বসি এরিষ্টোটলগী মতুংইন্না অচম্বা (simple) অমসুং অরুবা, চনৈনবা (complex) হায়না অনী থোক্না খায়রম্মী। অচম্বা প্লোট হায়বসিদদি থোক্লিবা থৌদোক-ৰাথোক প্লোটতুদা করিগুম্বা অহোংবা, অওনবা য়াওদনা উৎপা অদুবু খঙনৈ। অরুবা, চনৈনবা কমপ্লেক্স হায়না খঙনবা অসিদদি প্লোট অদুদা গ্রীক ৱাহৈদা পেরিপেটি (peripeteia) হায়বদি লীলাদুগী হিরোদুগী পুন্সি অমসুং মরাইবক্তা অহোংবা, অওনবা (reversal) লাকপা নৎত্রগা এনাগনোরাইসিস (anagnorisis) হায়বদি মহাক্কী পুন্সিদা অহোংবা, অওনবা লাক্লে হায়বসি খঙলকপা (discovery) নৎত্রগা মচাক অনীমক অসি পূন্না য়াওই। পেরিপেটি হায়বসি লীলাদুগী মনুংদা য়াওরিবা, উৎলিবা মওং-মতৌ অদুগী ওন্নতৈনবদা মদুসু ওইবা য়াবা, দরকার ওইবা (probable or necessary) মথং-মনাউ নাইনা চত্থরকপা থৌরম ওইনা থোকপা ওইগদবনি অদুগা এনাগনোরাইসিস হায়বসিনা খঙলমদবদগী খঙলকপা, উরমদবদগী উরকপগী মওংসি লীলাদুগী হিরো অদুদা পোকলকপবুনি। "নিংথৌ ইদিপস" তা পাউ পুবা মীদুনা চমম্নুনা তৌফম খঙদনা লৈরবা ইদিপসতা মানা তারগা, খঙলগা নুংঙাইজগনি খন্দুনা মহাক্কী অশেংবা মশক অদু তাকলুবনা মদুগী ওন্নতৈনবা ফল ওইহনখি। অহুমশুবা মচাকনা অৱা-অনা নংবা, মাঙতাকপগী অকিবা থৌদোক ষ্টেজদা শিবা নাবা অসিনচিংবা উৎপনি।

অফবা, অশোয়বা য়াওদ্রবা প্লোটতি হীরম অমখক্তদা শাগৎপা ওইগদবনি। প্লোট অদুদা উৎলিবা হিরো অদুগী ট্রেজেদি অদু লাইবকনা, খুজিন-খুৎনানথোক্তগী নৎত্রগা মাগী মশাদা য়াওবা লিচৎ-শাজৎকী অমোৎপদগী ওইরকপা নত্তনা মশাদা য়াওবা অরানবা ৱাখলদগী ওইরকপা ওইনা উৎকদবনি।

লীলাদুবু পারিবা অমসুং য়েংলিবশিংদা মীনুংশি অমসুং অকিবা পোকহন্নবা প্লোট অদু শেমগদবনি। মীনুংশি অমসুং অকিবগী ইহুলসি মীৎতা শংশং উহনবা দৃশ্যনা (spectacle) পোকহন্নরা হোৎনরোইদবনি। মীত্তা শংশং উহনবা দৃশ্যগী মতেংনা মীনুংশি অমসুং অকিবা পোকহন্নবা পাম্বে ওইনরিবা দ্রামা ইরিবা মীদু অফবা দ্রামা ইবা মী নত্তে। ট্রেজেদিগী প্লোটসি কমপ্লিকেশন (complication) হায়বদি চয়েৎনবা হৌরকপা অমসুং দিনুমাঁ (denoument) হায়বদি চয়েৎনবদু উৎতুনা খণ্ডহল্লকপা হায়না শরুক অনী থোক্লা লৈগনি হায় এরিষ্টোটলনা। প্লোট অদুগী হৌরকপদগীনা অফবা নৎত্রগা ফত্তবা মাইকৈদা হোংদুনা, ওন্দুনা চৎপা মতাং অদু ফাওবা কমপ্লিকেশন অদুগা দিনুমাঁ হায়বনা অসুম্না হোংলকপা মতাংদগী লীলা অদু লোইবা ফাওববু খণ্ডনৈ।

ট্রেজেদি অমা শাগৎপদা প্লোট, কেরেক্তর, দিকশন, থোৎ, স্পেকটেকল অমসুং শোং (plot, character, diction, thought, spectacle, song) হায়বা মচাক তরুক অসি চংঙি। প্লোট - ৱারী, চরিত্র - মী, দিকশন - লোন, থোৎ - ৱাখলগী মচাক, স্পেকতেকল — মীৎনা উনবা দৃশ্য অমসুং শোং-ঈশৈ-নোংমাই মচল তরুকসিনা পূল্লগা ট্রেজেদিগী মশক শেমগৎলি।

মচল তরুকসিগী মনুংদা এরিষ্টোটলনা প্লোট হায়বসিদা খ্বাইদগী মরুওইবা মীৎয়েং থনম্মী। ট্রেজেদিগী পোলোইদি মতৌ তম্বনি, মীগী মতৌ তম্বা নত্তে, তমলিবা মতৌসিদি পুন্সি অমসুং থবক্কীনি অদুগা পুন্সি হায়বসি থবকনা শেমবনি, শাবনি। কেরেক্তর হায়বসিনা মীগী মগুণবু খণ্ডনৈ অদুগা মী মীদুনা তৌরিবা পাঙলিবা থবক্কুগী মতুংইন্না নুংঙাইবা নৎত্রগা মদুগী ওন্নতৈনবদু ওই। মরম অসিনা কেরেক্তর হায়বসি একশনগী মশা ওইনা, মখা পোন্না লৈ। থৌদোক-ৱাথোক, প্লোট হায়বসিনা ট্রেজেদিগী পোলোইনি। একশন নৎত্রগা প্লোট হায়বসি য়াওদ্রবদি ট্রেজেদি লীলা ওইবা য়াদে, কেরেক্তরদি য়াওদ্রবসু য়াই। ৱাহৈ-ৱাতা, মচাক নিংথিনা শুরবা মীয়াম তান্নবা ৱাঙাং, ভাষণ পরেং অমা লেংশিন্দুনা থল্লগা ট্রেজেদিগী ময়াই য়াওবা লীলা অমা ওইহনবা য়াদে। পুক্লিংগী ইহুল পোকহনবা হায়বসি পেরিপেটি অমসুং এনাগনোরাইসিস হায়বা মচল অনী অসিগা পূলহল্লগা

ওই অমসুং প্লোটকী মরুওইবা মচাকনি। মরম অসিনা প্লোটনা ট্রেজেদিগী থৱাইনি, কেরেক্তরনা মশা ওইনা অনীশুবদা লৈ হায়রিবনি।

প্লোটনা ট্রেজেদিগী মথৱাইনি, কেরেক্তরনা মশানি হায়না লৌরিবসি এরিষ্টোটলনা মাগী মমাঙ অমসুং মানা থেংনরিবা মতমগী লীলাগী মতাংদা চুম্লবসু হোংলকলিবা মতমগী মীৎয়েং মতুংইন্না মসিবু য়াদবা মী কয়া থোরকই। গ্রীক ট্রেজেদিগী কেরেক্তরশিং অসি ভাবোকশিংনা খঙবা, মখোয়দা নৌনা মশক তাকনিংঙাই ওইদবা, মখোয়গী লমচৎ-শাজৎতু অকক্লবা পংথৈ অমগী মনুংদা লৈবা ইখঙ-খঙনবা মী ঙাক্তনি; মরম অসিনা দ্রামা ইবা মী অমনা মখোয়বু মাগী অনিংবা, অপাম্বগী মতুংইন্না শেমদোক-শাদোকনবগী নিংতম্বদু মঙোন্দা লৈতে। কেরেক্তরশিং অসি টাইপ হায়না খঙনবা মখল অমগী ছাচা, নোমনা ওইবা, মশা মশাগী তোঙানবা লন্নাইগী শকওং য়াওদবা ওইবনা মমায়দা মায়খুম উপতুনা উৎলি অমসুং লন্নাইগী ওইবা মতৌদু উৎহন্দে। মরম অসিনা লীলাগী নুংঙাইবসি থোকলিবা থৌদোক-ৱাথোকশিং ভাবোক্তদি অনৌবা নৎত্রবশিং হান্ননা খঙলবশিং অদু মওং তানা, ফজনা শীন্দোক-শীনজিন তৌবদা লৈ।

অদুবু ইংলণ্ডদা রোমান্টিক দ্রামা হায়না খঙনবা মখলগী দ্রামাসি ১৬ শুবা চহীচাগী লোইশিল্লকপা অদুৱাইদা থোরকপদগী মশাগী লন্নাইগী শক্তম উৎপা চরিত্রনা মরুওইনা য়াওবা লীলা কয়া ইনরকপদগী লীলা মখল অসিদা য়াওরিবা চরিত্রশিং অসি অহিংবা মীশক ওইনা য়েংনবা, নৈনবা হৌরকখি। অসিগুম্বা লীলাশিং অসিদা চরিত্রশিং অসি অসুম মথং মথং চাউখৎলকপা, মখোয়দা শক্তি অমসুং ফিবমগী পোৎলুম্না ননবদগী হোংলকপা কয়া উৎলি। হেমলেট, ফোলষ্টাফ, ইয়াগোনচিংবা শেক্সপিয়ারগী দ্রামাগী চরিত্র কয়াবু ১৯ শুবা খৃষ্টগী চহীচাগী পণ্ডিৎশিংনা অহিংবা, লুতোংনা শাবা মীওইগুম য়েংদুনা নৈনরম্বসি মীৎয়েংসিগা মরী লৈনৈ। এরিষ্টোটলনা দ্রামাগী চরিত্রশিংসি দ্রামাদুগী জগৎতদা লৈদুনা অহিংবা ওইবনি অমদি মখোয়না পাঙথোকলিবা থবক, মখোয়না ঙাঙলি-শারিবশিং অসি দ্রামাগী প্লোটকী উচন মনুংদগী তোখাইনা খাইদোক্তুনা থম্বা য়াদে হায়রিবসি দ্রামাগী চরিত্রবু অহিংবা, লুতোংনা শাবা মীনি হায়না য়েংনরিবা মীৎয়েংসি

লৌদনবা চুমথোক্লবা মীৎয়েংনি। এরিষ্টোটলনা হায়রিবসি হৌজিক মতম অসিদা ইনরকলিবা ছাচা ছাচাগী কেরেক্তরশিং — টাইপ, সমাজগী তোঙান তোঙানবা থাক অমসুং মীৎয়েং মহুৎ শীন্দুনা য়াওবা সামাজিক দ্রামাশিং অসিনা চুম্মী হায়বা উৎলি। হৌজিক মতম অসিগী ক্রিটিক অমনদি এরিষ্টোটলগী ফজরবা, অচৌবা নিয়মশিং অদু শীজিন্নবদা ঐখোয়না লৈরিবা মতম অসিগী হৱা-নুংশিৎকা চানদ্রে, মহাক্তি জগৎসি অপূনবা ওইনা পুন্সি অমসুং লৈরিবা থাকশিং অসিগী অশেংবা মশক অসি ঙাকনা লৈনরিঙৈদা ইরম্বনিনা হায়রি। হৌজিক্তি পূম্নমক অসি লুতোংনা শাবা হকচাংগুম মাঙগ্রে, থাইনগী মমাংঙৈগী চৎনবী, য়েংনরম্বা মমল, নিয়ম পূম্নমক্কী শক্তি, মপাংগল মাঙখিদুনা সমাজসি মীয়াম্না পূনশিন্দুনা শেম্বনি হায়বসি খন্নদনা তোখাই, তোঙান তারবা লন্নাই মীওইশিংগী চোইখোম ওইরে অমসুং জগৎ অসিনা মান্নদবা, তিন্নবা য়াদবশিং অসিদগী মখা চত্থবা ঙমদনা লেপ্পুনা লৈরবনি হায়না লৌনরে। পুন্সিসি করিনো, মীওইবসি করি ওইগনি, নৎত্রগা মীওইবনা তোপ্পা তোঙান তাদুনা লৈরবা পৃথিবীসি করি ওইগনি হায়বসিগী মরমদা কনামতনা করিসু মাঙজৌননা হায়বা ঙমদে।

প্লোট অমসুং কেরেক্তরগী মথংদা থোৎ (thought) হায়বদি অকক্লবা ফিবম, তাঞ্জা অমদা হায়বা, ফোঙদোকপা য়াবা মরী লৈনবা, চানবা ৱাফম হায়বসি লাকই। এরিষ্টোটলনা হায়, থোৎ - ৱাখল অমবু চাননা, চূননা ফোঙদোকপা ঙম্বা হায়বসি মীয়াম মাঙ থোক্কুনা ৱা নিংথিনা ঙাঙবা হৈবা মী অমসুং সুর, ছন্দ, তালনচিংবগী জ্ঞান ফজনা লৈবা মীশিংগী থবকনি, অদুনা হীরম অসিদদি অইবা, কবিশিংগী লমর্জিং মখোয়না ওই। ঙাঙলিবা ৱা স্পিচ হায়বসি মহাক্লা ঙাঙলিবা মীশক অদুগী অপাম-পামদ ফোঙদোকপা অফ-ফত্ত, অচুম-অরান উৎপা অদুগা করিগুম্বা অকক্লবা ৱাফম অমবু চুম্মী নৎত্রগা লাল্লি হায়না উৎপা নৎত্রগা চুল্লবা ৱাফম অমবু শন্দোক্লা খঙহন্দুনা তাকপা হায়না অনী থোক্লা য়েংবা য়াই। অকোনবগী কাঙলুপ — ৱাফম অমবু লাল্লি চুম্মী তাকপা নৎত্রগা শন্দোক্লা খঙহনবা হায়বসিনি থোৎকী মনুং চল্লিবদি। দিকশন (diction) হায়বদি খঙহন্নিংবা, ফোঙদোকনিংবা ভাব, অর্থদু খংগৎলবা ৱাহৈগী মনুংদা হাপচিন্দুনা

পুথোকপা, পীবা হায়বসিদি শৈরেং অমসুং ব্রারেংগী মওংদা ইবা অনীমক্তা মান্নে। দ্রামাদা দিকশন হায়রগা ঙাঙগদৌরিবা ব্রাদু ঙাঙথোকপগী হায়দোকপগী মতৌ (delivery) অদুবুনি। মীয়াম মাঙদা থোক্তুনা ব্রা ঙাঙবা অমসুং মহৈ অসিবু মমুৎ তানা খঙ হৈবা মীশিংগী হৈনজবীনি মসিদি। দিকশন হায়বসিনা ব্রাহৈ-ব্রাতা, লোনবু খঙনবগা লোয়নমা ব্রাহৈ-ব্রাতা, লোনদুবু খল্লগা মফম চানা শীন্দোক-শীনজিন তৌদুনা থম্বা, হাপ্পা অমসুং মদু শীজিন্নবদা হৈশিংববুনি। এরিষ্টোটলনা দিকশনগী মনুংদা য়াওরিবা ব্রাহৈ-ব্রাতাসি অচম্বা অমসুং অনী লোঙবা (simple and double) হায়না খায়দোক্লগা ব্রাহৈ, লোনশিং অসি চৎনরিবা, খরা তাম্না লৈখ্রবা (current or strange), প্রমান ওইবা নৎত্রগা লৈতেংগীদমক ওইবা (metaphorical or ornamental), নৎত্রগা নৌনা শেমদুনা পুথোরকপা, শেম-শাদুনা শাংদোকহল্লবা, শূপচিলহল্লবা, মশক-মওং হোংদোক্লবা, শেমদোক্লবা (newly coined, lengthened, contracted, altered) হায়না খন্দোক্তুনা য়েংলম্মী। দিকশন নৈনবদা ষ্টাইলগী ব্রাফম থোরকই। ষ্টাইলদি তশেং তশেংবা, চনৈ-খনৈদবা অমসুং অনেম্বা থাক্কী ওইরোইদবনি। ময়াম্না খঙনদবা ব্রাহৈ-ব্রাতা শীজিন্নবনা ব্রাহৈ মখল অসিদি প্রমাণ-পাষ্টেগী ওইনা তৌবনা নৎত্রগা ময়াম খ্বাইনা শীজিন্নবদগী তোপনা মসি য়াওবা ষ্টাইল অদু অব্রাংবা, ফজবা থাক্তা পুখৎলি। অদুবু অসিগুম্বা ব্রাহৈ-ব্রাতা ঙাক্তা শীজিন্নদুনা হাপ্পুনা ইবা ষ্টাইলদুদি পাখোংগুম্না চমম্লবা ওইরকই, মরমসিনা ময়ামনা খঙনবা অমদি খঙনদ্রিবা ব্রাহৈ-ব্রাতাসি শীজিন্নদুনা ফোঙদোকনিংলিবদু ময়েক শেংনা ফোঙদোক্তুনা অব্রাংবা থাক্তা পুখৎনবা হৈশিংনা য়ানশিন্নদুনা শীজিন্নগদবনি। অদুবু খ্বাইগী চৎনবী, হৌনবীগা মান্নদবা তোঙানবা মতাং খরদদি সাধারণ ওইনা ময়াম্না শীজিন্নরিবা ব্রাহৈ-ব্রাতা তোপতোপ্পা মশক অমা পীবা ঙম্মী। প্রমাণ-পানথৈ শীজিন্নবা হৈবসি অচৌবা মগুণ অমনি। দ্রামাদা চঙলিবা মঙাগুবা মচাক্তি মীৎতা উহনবা দৃশ্য (spectacle) হায়বসিনি। মীৎতা উহনবা দৃশ্য অসিগীসু পুক্নিং, থম্মোইদা ইথিল পীবা ঙম্বা শক্তি লৈ অদুবু দ্রামাগী চঙলিবা মচাকশিংগী মনুংদগী মসিনা খ্বাইদগী আর্টকী মতৌ ব্রাৎপা অমসুং শৈরেংগী কলাগা

মরী লৈনদবা পোৎনি। মতৌ তমদুনা মীৎমাঙদা একটরশিংনা পুথোক্তুনা শান্নদুনা উৎত্রবসু দ্রামাগী মগুণ অমসুং ফজবদুদি অদুম ৱাখলদা, পুক্লিংদা ফাওবা য়াই। মীৎ থকহনবা দৃশ্য ষ্টেজদা শেমশাদুনা উৎপা, পুথোকপা হায়বসিদি কবিগী হৈশিংবা আর্টকা মরী লৈনবদগী ষ্টেজ শেমশাবা হৈবা মীগী হৈশিংবগা হেন্না মরী লৈনৈ।। দ্রামাগী অরোইবা মচাক ওইনা এরিষ্টোটলনা ঈশৈ-নোংমাই (song) হায়বদি খোঞ্জেল অমসুং খোংনবা যন্ত্র কয়ানা পীবা নুংঙাইবসিনি হায়। দ্রামা ইবা মী অমনা মানা ইরিবা দ্রামাদু অকক্লবা মতাং অমদগী ইবা হৌগদবনি। অসুন্না মতাং অসিদগী ইবা হৌরকপসিনা মখা শমথরক্তুনা দ্রামাদুগী ময়াইগী শরুক য়ৌরক্কনি অমসুং মদুগী মখা চত্থরকপদগী অরোইবা হায়বদুদা লাক্কনি। হৌরকপা, ময়াই অমসুং অরোইবদা থোকলিবা, উৎলিবশিংদু অমগা অমগা মরী লৈনবা থৌদোক-ৱাথোক ওইগদবনি। হায়বদি দ্রামাগী মনুংদা য়াওরিবা শরুকশিং অদু অমগা অমগা লেংলি-পাল্লিবা জীব, পোৎচৈশিংদা শরুক অমগা শরুক অমগা অমসুং মখোয়সিগা জীব, পোৎচৈদুবু ওইহল্লিবা অপূনবা মপুম ওইবা মশক অদুগা লৈনরিবা মরী ওরগানিক য়ুনিটি লৈবা অদুগুম্না মরী লৈনহনগদবনি। দ্রামাদুদা য়াওরিবা, উৎলিবা খুদিংমক পান্দম অমখক্কীদমক ওইগদবনি দ্রামাদুগী থৌদোক-ৱাথোক চরিত্র পূম্নমক পনথুং, পান্দম অমা উৎনবা, ফংনবা ওইগদবনি। দ্রামাদুগী শাগৎলিবা, ওইরিবা শক্তমদু লেংলি-পাল্লিবা জীব, পোৎচৈবু শেমশারিবা মওংগুম্না শরুকশিংদু দরকার ওইবা অমসুং চানবা, চূনবা মরী লৈনহন্দুনা, থমদুনা চুম্নগী মেশিনগী মওংদা শরুক অমবু অতোপ্পা শরুক অমদা হেক্তা নপশিন্দুনা, হাপচিন্দুনা শেমবা ওইরোইদবনি। মসিবুনি এরিষ্টোটলনা য়ুনিটি ওফ একশন হায়রিবসি অমসুং কনা কনাগুম্বনদি দ্রামা অমগী মনুংদা অৱাঅনা, নুংশুক-নুংজানবা উৎপা থৌদোক-ৱাথোক্কা, হরাও-তয়াম্বা উৎপা থৌদোক-ৱাথোককা অনী অসি হায়বদি ট্রেজেদি অৱা-অনা উৎপা লীলা ওইরগা লীলাদুদা অৱা-অনাগী থৌদোক-ৱাথোক্তমক উৎপা, কোমেদি হরাও-তয়াম উৎপা লীলা ওইরগনা হরাও-তয়ামগী থৌদোক-ৱাথোক্তমক উৎতুনা অনী অসি পুনশিন্নবা য়াদে হায়না লৌনৈ। য়ুনিটি ওফ একশন হায়রিবসিনা খণ্ডহল্লিবসি পণ্ডিৎশিং

অসিনা মসিনি হায়। এরিষ্টোটলনা য়ুনিটি ওফ একশন হায়বদি ড্রামাদা উৎলিবা অৰা-অনাগী থৌদোক-ৱাথোকসি অমখক্তা ওইবা মপুম ওইবা ওইগদবনি, ড্রামাদুগী তোঙান-তোঙানবা শরুকশিংদু শোয়দনা ওইদবা য়াদ্রবা, থোক্তবা য়াদ্রবা (necessity) হায়বসিগী নিয়মনা পুনশিন্দুনা অপূনবা মশকতুগী মখা পোন্না লৈহনগদবনি হায়। ওন্নতৈনবা মতৌগী থৌদোক-ৱাথোক অনীবু ড্রামা অমদা পুন্না য়াওহন্দুনা ইবসু মানা য়ারমদে।

"পোয়েটিক্স" তা য়ুনিটি ওফ টাইম হায়বদি উৎলিবা মতমগী অপূনবা মশক হায়বসিগী মরমদা অমুক্তং পল্লম্মী। ইপিক শৈরেং অমসুং ট্রেজেদি অনীসিগী খেন্নবা অসি অতৈ-অতৈ খেন্নবগী মরম লৈবশিংগী মরক্তা অনীসিগী অশাংবা মান্নদবসিসু অমনি। ট্রেজেদিদা উৎলিবা থৌদোক-ৱাথোকসি হেক য়ারিবমখৈ নোংমগী ওইরিবা নুমিৎকী খোঙচৎসিগী মনুংদা থোকপদমক উৎনবা হোৎনৈ, মসিগী খোঙচৎ মনুংদা থোকলিবসিদগী খরা হেন্না উৎলবসু করিগুম্বা য়াওরবসু, অদুগা ইপিক শৈরেংদ্রা য়াওরিবা থৌদোক-ৱাথোকসিদি মতম অসুকী মনুংদা থোকপা, ওইবদমক ইগদবনি, উৎকদবনি হায়বগী অকক্লবা লৈতে। ৱাফমসি এরিষ্টোটলনা য়াম্না লুনা লৌরমদবগুম তৌই। গ্রীক ট্রেজেদি খরদি মতমগী অকক্লবা পংখৈগী মনুংদা ইনরম্মী, খরা অমনা পংখৈ অসি ঙাকলমদে। য়ুনিটি ওফ প্লেশ হায়বদি ড্রামা অমদা উৎলিবা থৌদোক-ৱাথোকশিং অদু অহৌবদগী অরোইবা ফাওবদা থোকলিবা মফম হোংদনা মফম অমতদা থোকপা ওইনা উৎকদবনি হায়বসিদি এরিষ্টোটলনা মাগী "পোয়েটিক্স" তা পল্লমদে; য়ুনিটি অসিগী মীৎয়েংসিদি নিয়ো-ক্লাসিকেল ক্রিটিকশিংনা য়ুনিটি ওফ টাইম - মতমগী অপূনবা মশক হায়বা অসিদগী মতুংদা কোন্না লৌথোক্নুনা পুথোরকপনি। গ্রীক ড্রামাদা কোরস হায়না খঙনবা লীলা নিংথিনা, ভাব তানা য়েংবা ভাবোক্তী কাঙবু অম্না লীলা হৌবদগী লোইবা ফাওবা, ড্রামাদুগী মরক্তী শরক শিরকপা মতাং মতাংদা মখোয়না মায়কৈ হোং হোংদুনা লৈরগা শকপা ঈশৈনা হোরকপা মতাং মতাংদু মেনশিন্দুনা ড্রামাগী লাই দাইয়োনিসসকী মন্দিরগী মমাঙদা লৈ। অসিগুম্বা চৎনবী অমসুং ড্রামাগী য়াওদবা য়দ্রবা মচাক ওইরিবা কোরসকী ফমফম, লীলা উৎলিঙৌদা

মখোয়না ষ্টেজ মথক্তুদা ফমদুনা লৈরিবা ফিবম অসিদগী য়ুনিটি ওফ প্লেশ - মফমগী অপূনবগী মতৌ ঙাকপসি তঙাইফদবা ওইরকপনি।

"পোয়েটিক্স" কী মতাং অমদা এরিষ্টোটলনা কোমেদি লীলাগী মরমদা শন্না পল্লম্মী অদুবু মাগী "পোয়েটিক্স" সি মপুম ওইনা মপুং ফানা ফংদবদগী কোমেদিগী মরমদা নৈনবসি থিবা ফংদ্রবা, মাঙখ্রবা মতাংদুদা, শরুক্তুদা য়াওরম্বা য়াই হায়না থাজনৈ। অথীবা হায়বসিগী চুম্নগী খাইদোরকপগী মশা, শরুক অমনি হায়না লৌরগা কোমেদি লীলা হায়বসি হনথবা মখল, মতৌ হায়রগা ফত্তবা হায়বসিগী মপুং ফাবা অর্থমক্তদি লৌদনা (Comedy is . . . an imitation of characters of a lower type, – not however, in the full sense of the word, bad, the ludicrous being merely a subdivision of the ugly.) অন্না-অনা পীবদি নত্তবা মাঙতাক্লবগী মতৌদি নত্তবা অশোয়বা, অথীবা খরা কোমেদি লীলাদা উৎলি। কোমেদি লীলাদা মীওইবগী অপঙবগী মশক, মতৌ অসি উৎলি, দোষ লৈবা মরালবু পুথোক্তুনা উৎপা নত্তে, উৎলিবা অদুনা য়েংথি-হংগোইবা মলোম, ফত্তবা ব্বাখল লৈহন্দনা, পোকহন্দনা নোকহল্লি অমসুং থৌদোকশিংদুগা মরী লৈনবশিংদুদসু অন্না-অনা পোকহন্দে। কোমেদি লীলাদা মীওইবদা য়াওরিবা অপঙবগী মতৌ অমসুং ছিদ্র, অশোয়বা অমসুং মপুং ফাদবা মতৌ, মওং কয়াসি পুথোক্তুনা উৎলি, লকনৈ। অশোয়বা, অন্নাৎপশিং অসি অন্না-অনা পীনবা, অমাং-অতা থোকহন্নবা উৎপদি নত্তে, নোকহন্নবা উৎপনি। মীওইবগী পুন্সি অমসুং লমচৎতা য়াওরিবা নাত্তে চাদবা, অশোয়বশিংসি কল্লক-য়েংথিবা, ফত্তবগী ব্বাখলগা লোয়নননা উৎতনা নুংঙাইবা, ংবা মওংদা উৎলি। কোমেদি লীলানা মলোম, ফত্তবা পুকচেল পোকহল্লোইদবনি, তুক্কচবা, হংগোইবগী ব্বাখল পীরোইদবনি। উৎলিবা, হায়রিবা পুম্নমক অমেঙবা, নুংঙাইবা মওংদা লৌনদুনা মীওইবনা অমনা অমগী অপঙবা মতৌদুদা ওনশিন্নদুনা ব্বাব্বা নোকমিন্নবা ঙমহনগদবনি।

৫. ইপিক শৈরেং অমসুং ট্রেজেদিগা লৈনবা মরীগী মতাংদা এরিষ্টোটলনা কুপ্পা নৈনৈ। ইপিক ব্বারী লীবগী মওংদা ছন্দ অমতদা ইবা মসিগা ট্রেজেদিগা

মান্নবা কয়া লৈ। অনীমক শৈরেং ওইনা খরা হেন্না ৱাংবা থাক্তা লৈবা মীগী মতৌ তর্মদুনা ইবনি, প্লোট, কেরেক্তর, য়াওরিবা হীরম অমসুং শীজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতাদা মান্নৈ অমসুং উৎলিবা থৌদোক-ৱাথোকসু মান্নৈ। ইপিক শৈরেংদা এঁকশন-হীরম অমতমক উৎকদবনি, হৌগৎলকপা, ময়াই অমসুং অরোইবা য়াওদুনা হীরম অদু মপুম ওইবা, মপুং ফাবা ওইগদবনি। ইপিক শৈরেং শাগৎলিবা মওংগা ইতিহাস শাগৎলিবা মওংগদি খেন্নৈ, মান্নদে ইতিহাসনা মতম, যুগ অমগী থৌদোক-ৱাথোক পূম্নমক অমগা অমগা মরী লৈনদ্রবসু খোমজিন্দুনা ইশিল্লি। ইতিহাসতদি হীরম অমতমক উৎতে, ইরিবা মতমদুদি মতম অমতগী ওইরবসু। ট্রেজেদি লীলাগী মখল লৈবগুম ইপিক শৈরেংগীসু মখল - অচম্বা - সিমপল অরুবা, চনৈনবা কমপ্লেক্স হায়বসি লৈ, মদুদা ইরিবা হীরম অমসুং ফোঙদোকলিবা ৱাহৈ-ৱাতা অদুসু ট্রেজেদিদা তৌবগুম চিংলেম্বা, ফজবা ওইগদবনি। ইপিক শৈরেংদা ইরিবা কবি অদুনা মহাক মশাগী ওইবা ৱাফম অমসুং মহাক মশাবু য়ারিবমখৈ ফোঙদোক্তনবা, হায়দনবা হোৎনগদবনি।

ছন্দ, ৱারী লীবগী মওংদা ইবা অমসুং শাংবদা ইপিক শৈরেংনা ট্রেজেদি লীলাদগী খেন্নৈ। ট্রেজেদি লীলাদা উৎলিবা থৌদোক-ৱাথোক্তি অকক্লবা মতমগী পংখৈ মনুংদা থোকপা অদুতমক ওইগদবনি অদুগা ইপিক শৈরেংগী থৌদোক-ৱাথোক্তি অসিগুম্বা অকক্লবা মতমগী পংখৈ মনুংদা লৈবগী অথীংবসি লৈতে। ইপিক শৈরেংগী মরুওইবা হীরমদুগী পাকচাউবা মরেপ য়াওরবসু শৈরেং মখলসিগী তোপতোপ্পা মতৌ তম্নবা শীজিন্নরিবা শাদোং, উপায়সিনা অতৈ অতোপ্পা মতাং, হীরম্ম কয়াবুসু কোনশিন্দুনা পাকথোক-চাউথোকহন্নবগী খুদোংচাবা হেন্না লৈ। ট্রেজেদিগী খোঙচৎতি মথং মথং চখুরকপা লৈইগী পরেংগী (linear and consecutive) খোঙচৎনি, খোঙচৎসিদা ট্রেজেদি ইরিবা মীনা তোঙান তোঙানবা থৌদোক-ৱাথোক কয়া মান্নবা মতম অমতদা চপ মান্ননা থোকই হায়বসি উৎপা ঙমদে। ইপিক শৈরেংদি ৱারী লীবগী মওংদা ইবনিনা থৌদোক কয়া মান্নবা মতম অমদা থোকই হায়না উৎহনবা যাই। শৈরেংসিগী খোঙচৎতি পাকথোক-চাউথোকনা শন্দোকই। ইপিক শৈরেংদা পামলিবা পান্দমদু চীংলেম্না ফংহনবদা

পারিবশিংগী পুক্লিংবু ব্রারীদুদা তোঙান তোঙানবা মচাক, মচল হাপচিন্দুনা পোখাহনবা ওস্নগী খুদোংচাবা অমা লৈ। চপ মান্নবা থৌদোক-ব্রাথোক অমথক্তমক উৎপনা, উহনবনা পুকনিং, ব্রাখলদা য়েংনিংদবা লেথোকপা পোকহল্লি অমসুং লমসোমদা ট্রেজেদিগী খুদোংচাদবা লৈ।

ইপিক শৈরেং ইবদা কবিনা ওইবা য়াবা ওইথোক্তবা (probable impossibility) হায়বসিনা ওইবা য়াদবা ওইবা য়াবা (improbable possibility) হায়বসিদগী হেন্না পামফম থোকই। ট্রেজেদি অহিংবা মীওইনা ষ্টেজদা থোক্তুনা মতৌ তমদুনা উৎপনিন্না, ইপিক শৈরেংগী মতৌ তম্বগী মওংসিনা হেন্না নিংতম্বা অমসুং পাকথোক-চাউথোকপা ওস্মী। খুদম ওইনা লীলা অমদা পিল্লবা ষ্টেজ মথক্তা এক্টর অমবু কোইতান তান্নবগী দৃশ্য অমা উৎলবদি নোকনিংগনি, ফাগি মানগনি অদুবু থৌদোক অসিমক ইপিক শৈবেংদা শীংথারকপদদি নোকনিংবা, ফাগি মানবগী মওংসি য়াওরোই।

ইপিক শৈরেং অমসুং ট্রেজেদি অনী অসিগী মরক্তা করম্বনা হেন্না মগুণ লৈনা চাউবগে হায়বগী মতাংদা এরিষ্টোটলনা হায় — ইপিক শৈরেংদি হেন্না চাউখৎপা লাইরিক-লাইশু হৈবা ভাবোক কাঙলুপনা পাম্নবনা, শৈরেং মখলসিগী পান্দমদুসু ট্রেজেদিদা তৌবগুম ষ্টেজদা হকচাংগী শাথেক, ব্রাঙাং-শাঙাংনা ট্রেজেদিগী আর্টসি ফোঙদোকপগুম নত্তবনিনা অমদি ট্রেজেদিবু পাম্বা ভাবোকসি ইয়ান য়ান্নবা চাউখৎপা অমসুং মীচম লোইনমক তোৎনবনিনা ইপিক শৈরেংনা ট্রেজেদিদগী চাউবা অমসুং মগুণ লৈবা হেল্লি হায়না মী কয়ানা লৌনৈ। মোৎ অসি এরিষ্টোটলদি য়ানিংদে অমসুং ট্রেজেদি লীলাগী মগুণ পুথোক্তুনা হায়রম্মী। ভাবোক্কী অপাম্বা, য়ানিংবা ফংনবা ট্রেজেদি লীলানা ষ্টেজদা মীৎ-মায়, হকচাংগী অতৈ শরুকশিং লেঙওৎতুনা উৎলিবসি কবিগী আর্টকী শরুক অমা নৎতে, মসিদি লীলা উৎপগী (histrionic) মহৈগা মরী লৈনবা শরুকনি। মসোমদগী য়েংলগা ট্রেজেদিনা হেন্না মগুণ ব্রাৎপা আর্টনি হায়বসি চুমদে। ইপিক শৈরেংগুম্না ট্রেজেদি-লীলাসু ষ্টেজদা উৎতুনা শান্নদ্রবসু পাবদদসু মতিক-মগুণ, মহাউদু ফংবা য়াই। ট্রেজেদি অমগী মনুংদা ইপিক শৈরেংগী অচঙবা মচল লোইনমক য়াওই, ঈশৈ-

নোংমাই, মীৎনা উবা শংশংবা দৃশ্যসু য়াওবনা পুকনিংদা ময়েক শেংনা উহনবা ঙম্মী। ট্রেজেদিদা উৎলিবসি অকক্লবা মতমগী পংখৈগী মনুংদগী ওইবনা মসিদা য়াওরিবা থৌদোক-ৱাথোকশিংসি উৎপদা হেন্না কৃংশিন্না, হোপ-হোপ লাউহন্দনা, ইফা ফাদোকহন্দনা উৎপা য়াই অমসুং মদুদগী ফংলকপা ফল, পান্দম অদুসু কৃংনা, চঙ-চঙ লাউনা ফংবা য়াই। ইপিক শৈরেং ইবশিংনা মতৌ তমদুনা ইরকপদা থৌদোক-ৱাথোকশিং অদুগী অমতা ওইনা পুনশিনবগী মতৌ (unity) ৱাংলি। ইপিক শৈরেংদা উৎলিবা থৌদোক-ৱাথোকশিং অসি মশীং য়াম্না য়াম্মী অদুনা কবিনা তোঙান-তোঙানবা থৌদোকশিং অসিদা মান্ননা য়েংবা ঙমদে। আর্টকী মগুণসি, ময়াইসি মহৌশানা আর্ট অদুগী হোপ হোপ লাউদনা কৃংশিন্না উৎপগী (concentration) মওংদুগী য়াম্না মখা পোল্লি; অসিগুম্বা ইকোম কোমদনা, হোপ হোপ লাউহন্দনা থৌদোক-ৱাথোকপু পংপাক্তা পাকথোকহন্দনা পুন্না কৃংশিন্না উৎপসি ট্রেজেদি লীলাদনা ইপিক শৈরেংদগী হেন্না ফজনা উৎপা, পুথোকপা য়াবনা ট্রেজেদি লীলানা আর্টকী তোপ-তোপ্পা পান্দম অদু হেন্না শেংনা, ফজনা ফোঙদোকপা, উৎপা ঙম্মী। মরম অসিনা ইপিক শৈরেংদগী ট্রেজেদিনা আর্টনা উৎনিংলিবা পান্দম অদু ফংহনবদা হেন্না মগুণ লৈবা, অফবা আর্টনি।

রিটোরিক (rhetoric) অলংকার হায়বদি ঙাঙথোক-ইথোরকপদা মীগী পুক্লিং শুমহৎনবা, অথোৎ-অমেং, চানবা প্রমাণ-পানথৈ অসিনচিংবগী মহৈগী মরমদা এরিষ্টোটলনা তাংকক অহুম য়াওবা মতাং অমদা নৈনরম্মী। অহানবগী মতাং অনীদনা মসিগী হীরম, বিষয়দা নৈনৈ অহুমশুবা অদুনা কলা মখলসিগী হৌনবী, নিয়মনচিংবগী মরমদা নৈনৈ। রিটোরিক অলংকার শাস্ত্রগী পান্দমদি থেমদুনা, হায়ন-তক্লবা (persuasion) নত্তে, হায়ন-তক্লবা য়াবগী উপায়, পাম্বৈ পূম্নমক পুথোকপনি। (its main aim being not persuasion, but an attempt to discover all the available means of persuading.) মী অমনা ঙাঙলিবা ৱাগী মতৌ, পান্দমসি ঙাঙলিবা ৱাদুবু তাগদৌরিবা ভাবোক অদুগী মখলগী মতুংইল্লি। ভাবোক হায়বসি মহৌশানা মরুওইবা মখল অহুম — আইনগী কোর্টকী ভাবোক, মীয়াম পূনবা ভাবোক

অমসুং ঙাইহাক ঙাইহাক্কী, মতম মতমগী ওইনা পূনবা ভাবোক হায়না খাইদোকপা য়াই, মরম অসিনা রিটোরিক — অলংকার শাস্ত্রনা ব্রা ঙাঙবা, ইবা হায়বসিগা মরী লৈনবদা ব্রায়েনশঙনচিংবদা মরৈ য়েৎনদুনা ঙাঙনদুনা, চেকশিন্না খন্ন-নৈনদুনা ঙাঙনবা অমসুং ইবনচিংবদা লৈতেং হাপ্তুনা ইবা অসুম হায়না নৈনবা তাই। (forensic, deliberative and epideictic). ব্রারেংগী মই, ষ্টাইলনা শৈরেংগীদগী তোপ্পী, ব্রারেংগী মরুওইবা মগুণদি চৎনরিবা, ময়ামনা খঙনবা, শীজিন্নবা ব্রাহৈ-ব্রাতাগী মতেংনা শেংনা, তরু তরুনা ফোঙদোকপা হায়বসিদা লৈ। চীংলেম্বা হায়বসি ঙকলপ তৌবা, ইখঙ খঙনদবা অমসুং অয়ুক-নুমিদাংগী পুস্নিদা তোরো-খদানদুনা শীজিন্নদবা ব্রাহৈ-ব্রাতা শীজিন্নবদগী ফংবসু য়াই অদুবু অসিগুম্বা ব্রাহৈ-ব্রাতাসিদি ময়াই ওইনা শীজিন্নবদগী হেনজিনবদি চুমদে। অসিগুম্বা মান্নবা মখলগী পান্দমসু বুদ্ধি-লৌশিংগী নুংঙাইবা ফংনরিবা প্রমাণ-পানথৈ ওইবা লোন শীজিন্নবনা ফংবা য়াই অমসুং মশানা ফজবগী মগুণ য়াওজরবা ব্রাহৈ-ব্রাতা হাপচিনবনসু ফজবসি হেংগৎহনবা য়াই। ঙাঙবা, নৈনবদা খিং খিং লাউনা ময়াক লৈহনবা হায়বসি মহৌশানা প্রমাণ-পানথৈ অমদি অতৈ অতৈ হৈশিংবা কয়া আর্টকা লোয়নননা খুদম ওইনা হায়রবদা মান্নবা চাংদম উৎপা (metaphor), ওন্নতৈনবা মান্নদবা উৎপা (antithesis), মফোঙদোক্কী শং-শং উহনবা ঙম্বা মওং (vividness), অর্থ অনী লৈবা ব্রাহৈ (pun) শীজিন্নবা, হেন্না হায়জিনবা (hyperbole) অমসুং থব্লাই পান্দবা জীবশিংবু মথ্বাই হাপচিন্দুনা অহিংবা মালহনবা হায়বসিনা পীবা ঙম্মী। শৈরেংগী তালগা খেন্নরবসু ব্রারেংদসু তাল হায়বসি মরু ওই, মসিনা ইরিবদুদা চাং মান্নহনবা, চাশিন্নবগী মওং ওইহল্লি।

ভাবোক্কী মতুংইন্না ঙাঙবা, ইবগীসু তোঙান তোঙানবা ষ্টাইল লৈ। মরৈ য়েৎনবগী ষ্টাইল ফোরেনসিক আইন হায়বসিদদি ফোঙদোকনিংলিবদু শেংনা, চুমদ্রিং ফোঙদোকপগা লোয়নননা অতৈ ব্রাফৈ ফৈদোকলুদবা হায়বসি ওইনবা হোৎনগনি; মমুৎ তানা চেকশিন্না খন্ননৈনবা মওং অসিদনা শংশংনা থৌনা লৈনা পামলিবা পান্দমদু পাক-শন্না ফংনবা হোৎনগনি, মখল অসিদদি অকৃপ্পা খঙবদা লুবা, ব্রাবা মখলগী মইদি চন্নদে; ইপিদেকটিক (epedeictic) হায়না খঙনবা

অসিদনা ময়াই ওইবা মীৎয়েংনা লমজিংদুনা লৈতেং য়াওবা, তরু-তনানবা ফজবা মওংদা পুথোক্নুনা পুক্লিংগী ফিবম, মতৌ উৎনবা হোৎনগনি; মখল পূন্নমক্কী মইশিং অসিদা আর্ট হায়বসি শরাশন্না মকা ফোংনা উৎথোক্তনা, ফোঙদোক্তনা লোৎশিন্দুনা লৈহনগনি, অমসুং ময়াই ওইবা চাং থম্বা পুবা হায়বসিনা লমজিং ওইগদবনি।

মপুক্লিংদা মাঙজৌননা খন্দুনা লেপ্লবা মোৎ অমসুং মশাগী ওইবা লন্নাই মোৎনা মাঙওইননা লমজিং ওইবদগী নিংতম্না লৈদুনা এরিষ্টোটলনা সাহিত্যগী মচং ওইবা মশক অমসুং মখলশিংগী মরমদা খঙনিংবনা লাঙতক্নুহন্দুনা কলা মখলসিগী ইফুৎ অদু পুথোকলম্মী, উৎলম্মী। লেঙদ্রবা, হোংবা লৈত্রবা লন্নাই মোৎকী মমি শুকয়াও য়াওহন্দনা মহাক্কী লৈবাক অদুদা ফংলম্বা সাহিত্যগী মতেং অমসুং প্রমাণনা মানা হায়রমলিবা নিয়মশিং অসি শেমগৎপা ঙমখি। প্লেটোনা শৈরেং অমসুং দ্রামাগী মায়োক্তা শীরম্বা মরাল, দোষশিংদু মরম চুম্না মানা ঙাকথোকপা ঙমখিবদা নত্তনা, মহাক্না ক্রিটিসিজম — সাহিত্য নৈনরোলগী য়ুমফমসু থোল্লম্মী। সাহিত্য হায়বসি মশানা তোপ তোপচবা অমসুং মখল খুদিংমক্তা থেংনবা ঙ্কাখল, বুদ্ধিগী মহৈ ওইবা নুংঙাইবা হায়বসি পীননবা নিংতম্বা পোৎশক অমনি। কবিগী মতৌ তম্বা হায়বসি খন্দোক-খঞ্জিন, লৌথোক-লৌশিন কয়া তৌরগা ফংলকলিবা মচাকশিং অদু মওং তানা শেমগৎ-শাগৎতুনা মীওইবগী পুন্সি অমসুং হৌনশা নৎত্রগা পুন্সিগী মওং-মতৌ, পান্দমসি ফিদম্নফম ওইবা মশক্তা উৎপনি, উহনবনি। নৈনবদা মানা দ্রামাবুসু ময়েক শেংনা নৈনরম্মী, দ্রামাগী মনুংদসু ট্রেজেদি হায়বা লীলা মখল অসি মাগী মতম অদুদা ওইরম্বা মশক্তা কাচিন-কোয়া য়ৌশিন্না নৈনরম্মী। কোমেদি লীলাগী মরমদসু য়াম্না শাংনা নৎত্রবসু মহাক্না খরা হায়রমলিবা অসিনা লীলা মখলসিবু খঙবা, নৈনবগী মতিক চারবনি। ইপিক শৈরেংবু ট্রেজেদিগা লোয়ননা নৈনদুনা আর্ট মখল অনী অসিগী মতিক-মগুণ নিংথিনা পুথোক্লম্মী। এরিষ্টোটলগী মতমদুদা কন্না খঙনরম্বা ঙ্কারেংদি মীয়াম মাঙদা ঙ্কা ঙাঙবদা শীজিন্নবা মখলগী ঙ্কারেং মওংদুনি, মরম অদুনা মখল অসিগী ঙ্কারেংগী মওং-মতৌসু মহাক্না নৈনরম্মী।

"পোয়েটিক্স" তা এরিষ্টোটলনা হায়রমলিবা, শেন্নমলিবা নিয়মশিং অসি হোংবা য়াদ্রবা, শেমদোক-শেমজিন য়াদ্রবনি, মখোয়সিনা অরোইবনি হায়না মহাক্না লৌরমদে। মাগী মতুংদা লাকপা অখণ্ড-অহৈশিংনা লাইরিকসি কৃপশিন্না নৈনদুনা, ৰাফম কয়ামুকপু শন্দোক্না তাকপগা লোয়ননা চৎনবী, হৌনবী মওং অমদা শেমগৎলকখি। অসুম্না শেমগৎলকপসিনা পিক্তক তৌবা লাইরিকসি ড্রামা, ইপিক শৈরেং অমসুং সাধারণ ওইনা খণ্ডনরিবা শৈরেং হায়বসিগী হোংবা য়াদ্রবা, মখোয়সিবু পুল্লিবা নিয়মগী লাইরিক অমা ওইরকখি। মহাককুম্বা অচৌবা ক্রিটিসিজমগী নিয়ম মওং তানা পুথোক্লম্বা মীশক অমগী ইথিলদগী নানথোক্লুনা মতম, যুগ অমদা পুথোক্লম্বা করিগুম্বা নিয়মনা ফনা চুম্বা, মনুং হুনজিনবা ওইরবসু মতম মতমগী মতুংইন্না ওল্লকলিবা, চাউখৎলকলিবা সাহিত্য হায়বসিবু অসুম পুন্দুনা থম্বা য়াদে, চুমদে হায়না লৌনরকই। হৌজিক্কী মতমসিদদি মতমসিগী সাহিত্যবু শক্তাক্লবা শোয়দ্রবা লমজিংবা ওইনা মহাকপু অমতা ঙায়বা মীশকনি হায়না লৌনদ্রে। ক্রিটিসিজমগী লমদা এরিষ্টোটলগী মোৎ, মীৎয়েং কয়া য়ানিংদবা য়াই, মাগা মোৎ খেন্নবা য়াই অদুবু ক্রিটিসিজম হায়বসি করিনো খণ্ডগে হায়রবদি এরিষ্টোটল য়াওদনদি ওইথোক্তে হায়না লৌনি। অদুবু মহাক্না সাহিত্য নৈনবগী লমদা লৌরমলিবা মমল য়াম্লবা শরুকসিবুদি কনানসু থওইনা তৌদবা ঙমদে। এরিষ্টোটলগী সাহিত্য নৈনবগী মওংসিদি সাহিত্যগী আর্টিষ্ট অমগী মওংদা নৈনবদগীদি বিজ্ঞানগী হেন্না ওইবা মওংনি। চম্না, ইশেং শেংনা অমসুং অর্থ কয়া মনুংদা লোত্তুনা, ফুমদুনা ইরিবা মাগী ক্রিটিকেল ষ্টাইল অসিনা মরক মরক্তা টি.এস. এলিয়টকী ষ্টাইল নিংশিংহল্লি; রোমান্তিক ক্রিটিকশিংগী অতৈ অতৈ ৰাখল, মীৎয়েং কয়ামুক ইকোং কোংশিনবা পোকহনবা (evocative) ভাবোক্কী পুক্লিংবু কল্পনানা মচিঞ্জাক ওইহনবা মীৎয়েংদদি মহাকসি মশকমচু য়াওদবা, করিসু থোইনা মমল য়াওদ্রবা মীশক অমনি। অদুবু ঐখোয়না কাউরোইদবদি অচুম্বা হায়বসিদি পোৎয়ান য়াওদ্রবা ইশেং শেংবনি, অচুম্বদি মশকমচু লৈতেং অমসুং মশাগী অরংবা, অঙৌবা মচুগী ফিজোলদা ঙানজবনি।

প্লেটো অমসুং এরিষ্টোটলনা মহুৎ শিন্দুনা খণ্ডনরিবা হেল্লেনিক ক্রিটিসিজম

হায়বসি মতম অমদা শ্বাইদগী মশাগী ওইবা মীৎয়েং পীবা, লৈবা অমসুং ইতিহাসকী ওইনা মরুওইবা অমদি ইথিল পীখিবা অমনি। লোন অমখক্তগী সাহিত্যদা য়ুম্ফম ওইদুনা নৈনবা অমসুং লোন কয়াগী সাহিত্য কোনশিন্দুনা নৈনবগী অপাকপা মীৎয়েং লৈতবা অসিদি মসিগী অশোনবনি। অদুবু ক্রিটিসিজমগী মীৎয়েং শাগৎলিবা লোন অসিগী সাহিত্যদুদি শ্বাইদগী মরুওইবা, ইনাক খুনবা লোন্নি, অমসুং নিয়মশিংসি পুথোকলমলিবা মীওইশিং অদু লোন অসিগী অইবা অমসুং লোন অসিদা ইরম্বা লাইরিকশিংদু মমুৎ তানা নৈনখিবা, খণ্ডখিবা মীশক ঙাক্তনি। মরম অদুনা মীওইশিং অদুনা শেমলম্বা, পুথোকলম্বা নিয়মশিং অদু চুম্বা তাবনি। মীশকশিং অসিনা শেম্লম্বা নিয়মশিংদা য়াওরিবা অৱাৎপা হায়ববু সাহিত্যগী মরম, হীরম খরখক্তমক শোকলম্বা অমসুং অতৈদি শোক্তনা থনম্বসিনি; এরিষ্টোটলমকসু লিরিক মখলগী শৈরেংগী মরমদদি করিমতা পল্লমদে, অমসুং কোমেদি মখলগী লীলাগী মরমদসু ইপন পল্লমদে। অসিগুম্বা অৱাৎপশিংসি লৈরবসু যুগ কয়া প্লেটো অমসুং এরিষ্টোটল ক্রিটিসিজমগী মরুওইবা থৌইনশিন পীবা মীশক ওইরি। প্লেটোনা হায়রম্বা অমসুং মানা ইরম্বা কয়ানা পিয়ুরিটানশিংনা শৈরেং অমসুং মসিগী অমাঙবা ইথিল কয়াগী মরমদা হুন্দুনা ঙাঙনবগী মচাক ওইনৈ, অদুগা শৈরেংবু শেংনা পামজবা, মসিগীদমক্তা লেপচবা কাঙবুদনা ফজবা, চানবা শৈরেংগী আর্টকী মহৌশা অমসুং শৈরেংবু মুন্না খঙনবগী নিয়ম, লমজিং ফংঙি। মহৌশা অমসুং আর্ট অনীগী মরক্তা করম্বনা হেন্না মরুওইবা, কবিনা অনৌবা খুৎশেম পুথোরকপগী অঙকপা, খঙঙমদ্রবা মতৌ, সাহিত্যগী তোপতোপ্পা মথৌ, মরুওইবা দ্রামাগী মশক লেপ্পা, ইপিক শৈরেংগী মরুওইবা মচাক অমসুং শৈরেং মখল অসিগা ট্রেজেদি লীলাগা লৈনবা মরী, কবিনা শীজিন্নবা ৱাহৈ-ৱাতা অমসুং ইবগী ষ্টাইল অসিনচিংবা কয়াগী মরমদা হেল্লেনিক ক্রিটিকশিং অসিনা কৃপ্পা নৈনরম্মী। ক্রিটিকশিং অসিনা ক্রিটিসিজমদা শীজিন্নবা লোন ইনসপিরেসন (inspiration) কবিনা লাই তোংদুনা ঙাওবগুম্বগী মতৌ, মাইমেসিস (mimesis) মতৌ তম্বা, কেথারসিস (catharsis) শেংদোক-চুমথোকপা, ওরগানিক য়ুনিটি (organic unity) উ-ৱা, অহিংবা থৱাই পানবা পোৎচৈ,

জীবশিংগী মরক্তা শরুক মচেৎকা মপুমগগী মরক্তা থানবা য়াদনা লৈনরিবা মরী, হেমারসিয়া (hamartia) মী অমদা য়াওবা অশোনবা, অরানবা অশোয়বা, দ্রামাটিক অমসুং ইপিক ওইনা শেমশাদুনা প্লোট পুথোকপা মওং (dramatic and epic structure) অসিনচিংবা কয়া হৌদোক্লম্মী। অলংকারগী মরমদা তোঙান তোঙানবা ভাবোক্কীদমক্তা শীজিন্নগদবা অলংকার অমসুং ব্রারেংগী মওং অসিনচিংবশিংগী মরমদা মখোয়না পীরম্বা মীৎয়েং অদু হৌজিকসু সম্মান তৌনরি।

# ৭ ঃ গ্রেকো-রোমান ক্রিটিসিজম
# Graeco-Roman Criticism

খৃষ্ট মাঙ ৩ শুবা চহীচা লোইশিল্লকপদা গ্রীককী মতিক মগুণ অমসুং সংস্কৃতি শিথরক্তুনা মরাই চাইথবা হৌরকখি। এথেন্সপু মরুওইবা সংস্কৃতিগী মফমনি হায়না য়েংনরম্বদু অসুম অসুম মাঙশিল্লকপগা লোয়ননা আলেকজেন্দর দ গ্রেৎনা মায় পাক্লা লান ঙমদুনা চঙশিল্লকপদগী হেল্লেনিজম অসিসু লমদম অসিদগী মমি শাম্বা হৌখি। গ্রীকনা খুদুম চল্লবা লৈবাকশিংদা মসিগী ইথিল ফংখি, সাহিত্য অমসুং ক্রিটিসিজম নৈননবা থায়নগী অখণ্ড-অহৈশিংনা পুথোক্লম্বা নিয়ম কয়াদু অনৌবা যুগ অদুগী মীৎয়েংদগী শেমদোক-হোংদোক্তুনা অতোপ্পা অনৌবা মফম কয়া অমা শেমগৎলকখি। খ্বাইদগী মতিক-ময়াই লৈবা মফম অমদি হেলেনিষ্টিক হায়না খঙনবা কলচর অসিগী হৌফম ওইরিবা ইজিপ্তগী আলেকজেন্দ্রিয়া হায়বসিনি। মপানথোংগী ওইবা অরং-অরাক, মীৎ থকহনবা ষ্টাইল অমসুং ইরিবা, ফোঙদোকলিবা হীরমদগী ফোঙদোকপগী মওং মেন্নর হায়বসিদনা হেন্না ময়েক শেংনা য়াওবা মতম অসিগী সাহিত্য অসিনা মরাই চাইথরকপা অমসুং থাক হন্থরকপগী খুদমনি। ক্রিটিসিজমসু গ্রামারিয়ান, রেটোরিসিয়ানশিংগী মখুত্তা তাখিদুনা তোঙানবা মায়কৈ অমদা চৎখি।

মতাং অসি গ্রেকো-রোমানগী যুগ হায়না খঙনৈ; লেটিন সম্রাজ্যগী কোনুং ওইবা রোমনা সাহিত্য অমসুং ক্রিটিকেল ওইবা মওংগী অনৌবা নৈনফম ওইদুনা গ্রীক অমসুং লেটিন সাহিত্য নৈনবা মীওই কয়ানা অনৌবা মীৎয়েংদা আর্টশিং অসিবু নৈনবা হৌখি। মতম অসিগী সাহিত্য নৈনবা মীশিংগী লমজিংদি গ্রীককী অইবশিংনা ওইখি, মতাং কয়াদা মখোয়না গ্রীককী অইবশিং অদুনা ইরম্বশিং

অদুগা মখোয়না ইরিবশিংদুগা মান্ননবা অদুগা ঙন্নগনা গ্রীককী অইবশিং অদুদগী হেন্দোক্লা ইনবা হোৎনখি। মতম অসিগী মরুওইবা ক্রিটিকশিং — সিসেরো, হোরাস, কুইন্টিলিয়ান, লোঞ্জাইনসনচিংবনা ভাব তাদনা ইপণ্ড পণ্ডনা অরিবা নমুনা, ছাচাবু পংইন্দা ইন্দুনা ইবগী মহুত্তা মরমদমগী ওইবা মগুণ অমসুং শক্তিবু হেন্না থৌগৎপা অমসুং মপাঙ্গল কলহনবা পামখি। থায়নগী হৌখ্রবা মতমদা ইরম্বশিং অদুবু শকখণ্ডবগা লোয়ননা থাগৎলবসু মরমদমগী ওইবা মতিক-ময়ায় অদুবু থৌগত্তুনা অনৌবা জাতিগী ওইবা সাহিত্য অমা শেমগৎনবগী অপাম্বা অইবশিং অসিদা লৈখি। হোরাস, সিসেরো, কুইন্টিলিয়াননচিংবা ক্রিটিকশিং অসি মপুং ফাবা কমপ্রিহেনসিব ওইবা অমসুং মশাগী মরন্নাই ওইবা অনৌবা মীৎয়েং পুথোকলমদে হায়বসি চুন্নবসু, অদুবু মখোয়না অরিবা মতমগী নিয়ম হৌনবীশিংদু অনৌবা, হেন্না ময়েক শেংবা মওংদা শেমদোক্কুনা মখোয়গী সাহিত্য অমসুং ক্রিটিসিজমগী মীৎয়েং উৎখি। "ওন দ সব্লাইম" ইরম্বনি হায়নরিবা লোঞ্জাইনসকী লাইরিক অসিদা নৈনরিবা মীৎয়েং অসি পাকচাউদে হায়নরগসু মানা লাইরিকসিদা সাহিত্যগী মই অমবু অৱাংবা থাক্কীনি হায়বসি ওইহন্নবা পীরিবা নিয়মশিং অসি কৃপ্পা নৈনবদা নত্তনা সাহিত্যনা কমদৌনা অপাবশিংগী পুক্নিংবু অচম্বা মীৎয়েং ৱাখলদগী ৱাংমা লালহনখিদুনা অতোপ্পা ৱাখল, পুক্নিংগী লমদা পুদুনা চৎপা ঙমহনবগে হায়বদু উৎলি।

গ্রেকো-রোমান ক্রিটিসিজমদা রোমানশিংগী মশাগী ওইবা মতিক-ময়াইদা চাউথোকচবা মতৌ অমা য়াওই। রোমানশিংগী পুক্নিংদা য়াওজরবা মতৌ, পামজবনা মখোয়গী ক্রিটিসিজমগী মীৎয়েংদা রিটোরিসিয়ানশিংগী মীৎয়েং হেন্না উৎতুনা গ্রীককী নমুনানা লমজিং ওইখি। মখোয়না অথিংবা লৈতনা, অফং অফংবা কয়াগী মতৌ পংতমদা তম্বগী মহুত্তা হৌখ্রবা মতমগী নমুনাশিং অসিনা লমজিং ওইনরগা মখোয়গী মীৎয়েং অমসুং সমাজগা চূননা চাননা সাহিত্য ইনবা হোৎনখি। মতৌ অসুম্মা মখোয়না সাহিত্যগী অৱাংবা থাক, চৎনবী অমা শেমদুনা ক্রিটিসিজমগী মাইকৈদদা নত্তনা সাহিত্য ইবগী লমদসু অনৌবা লমজিং লমতাক অমা পীখি।

মতম অসিগী ক্রিটিকশিংনা য়ামদ্রবদা লোন অনী খণ্ডহৈবা মী ওইবনা চাংদম্নবা মওংগী কমপরেটিব ওইবা মওংগী নৈনবসি হৌখি অমসুং মখোয়না হৌখ্রবা মতমদা ইরম্বা অমদি মাঙলোমদা মীৎয়েং থমদুনা নৈনবা ঙম্বসিনা হিষ্টোরিকেল মেথদ হায়র্বাদি ইতিহাসকী ওইবা মীৎয়েংগী নৈনবা মওং অসি পুশিল্লকখি। ৱারেংগী ষ্টাইলগী মরমদা মখোয়না পাকশন্না নৈনরম্বা, ইবদা শীজিন্ননবা লোন, ৱাহৈ অনৌবা শেম্বা হৈবা, মীরমগী লোন পূদুনা শীজিন্নবা হৈবা, অরিবা ৱাহৈ-ৱাতা কয়া শীজিন্নরকপা, আর্টকী তোঙান-তোঙানবা মওং কয়া পুথোরকপা পৃম্নমক অসিনা য়ুরোপকী ক্রিটিসিজমদা য়ামদ্রবদা মখা তারকপা য়ুগ অনীদা মখোয়গী অকনবা ইথিল পীবা ঙমখি।

# ৮ ঃ হোরাস
## (খৃ:মাঙ ৬৫-৮)

অগষ্টস সিজরনা রোমগী লৈবাক মনুংগী উংখৎনবা পূন্নমক লোইশিন্দুনা লৈবাক মরা তপ্না লৈরবা মতমদা রোমগী সভ্যতা অসি মতম অদুদা সনাগী যুগ হায়না খঙনখি। মতম অসিদা লৈরম্বা সাহিত্যগী লমদা ময়ামনা খঙনবা মীশকনি হোরাস। হোরাস — কুইন্টস হোরাসিয়স ফ্লাকশ (Quintus Horatius Flacus) ভেনুসিয়াগী মনাক্তা খৃষ্ট মাঙ ৬৫ দা পোকখি। মহাক অফা-অপুন লৈতনা আশা চাউনা হিংবা নুপা অমগী মচানুপানি, এথেন্স অমসুং রোমদা মহৈ-মশিং তমখি। খৃষ্ট মাঙ ৪৪ দা ব্রুটসকী কাঙবুদা য়াওদুনা ফিলিপাইদা লান শোক্রবা য়াওখি। লানফমসিদা ব্রুটস মায়থীবা ফংলবদা মহাক্না বোমদা হল্লকপদা মপাগী লনথুম পূন্নমক সরকারনা মৎখিরম্মী। হোরাস নীংবা কায়খি অদুবু কেরানীগী থবক অমা ফংখি অমসুং শৈরেং ইবা হৌখি। ভর্জিল অমসুং ভারিয়সনা মাগী শৈরেংদু মশক খঙবিদুনা আর্ট অমসুং লিটরেচরবু য়োকখৎপিবা মেকিনাসকা শকখঙনহনখি। সেবাইন ফার্ম হায়বদু পীদুনা মেকিনাসনা মাবু লাইরবদগী কনবিখি অমসুং হোরাস পুক্লিং লৈতানা সাহিত্য নৈনবা হৌখি। রোমদা মমিং লৈবা সাহিত্যগী মী অমা ওইনা মহাকপু খঙনরকখি, মহাক্না সেটায়ার (satire), ওদস (odes) অমসুং ইপিশল (epistle) হায়না খঙনবা সাহিত্যগী মইশিং অসি ইরম্মী। খৃষ্ট মাঙ ৮ দা মহাক শিখি।

এরিষ্টোটল শিখিবদগী গ্রীক আর্ট অমসুং সাহিত্যগী মরায় চায়থবা হৌরকখি। মথংগী চহি ২০০ রোমদি এরিষ্টোটলনা পুথোকলম্বা সাহিত্যগী থিয়োরিশিং অদুগা

চাংদম্নবা য়াবা অতৈ থিয়োরি থোইদোকপা পুথোক্লরক্তে। ক্রিটিকশিংনা গ্রামার অমসুং অলংকার নৈনবদা চঙশিনখিদুনা মপানথোংগী ফোর্ম অমসুং টেকনিকেল ওইবা মশক্তদা নৈনখি। মতম অসিদা থোকলকপা সাহিত্যদি করিসু য়াওদে, ইচম চম্বা মখলগীনি, মতম অসিগী সাহিত্যগা হোমরগী মতমদা ইখিবা সাহিত্যগা মগুণনচিংবদা চাংদম্নবা য়াদে। সাহিত্যগী মরুওইবা মখল ইপিক অমসুং ড্রামা পংই ইনরকখিদ্রে; হন্নথবা, অপিকপা মখলগী ইপিগ্রাম (epigram) - অর্থ লৈহন্না তেন্না তেন্না ফোঙদোকপা মই, ইলেজি (elegy) - অৱা-তেংথা শৈরেং, আইদিল (idyll) - অচম্বা হীরমদা ইবা শৈরেং, পেষ্টোরেল (pastoral) - খুংগং, চীংমাননচিংবগী অচম্বা পুন্সিগী মরমদা ইবা শৈরেং, দাইদেকটিক (didactic) - পাউতাক্কী ওইবা অসিনচিংবা মখলগী মইশিং অসিনা হেন্না থৱাই য়াওনা ইনখি। অশেংবা, শিংথাবা য়াবা, অচুম্বা মখলগী সাহিত্যগী ক্রিটিসিজমদি মতম অসিদা ইনরকখিদে, থোরকখিদে।

মহৈ-মশিং, লাইরিক-লাইশু তম্বসু মতম অসিদা গ্রীসতগী রোমদা হোংলক্তুনা অয়াম্বনা গ্রীসতা হেন্না থৱাই য়াওনখি। খৃষ্ট মাঙ ৮৫ দা জেনেরেল মারিয়সনা এরিষ্টোটলনা ইরম্বশিং অদু এথেন্সতগী রোমদা পুরকখি। রোমদা ভর্জিল থোরকপদগী সাহিত্য অমসুং হোরাস লাকপদগী ক্রিটিসিজমদা অনৌবা শকলোন লাকপা হৌখি।

হোরাস কবিনি, ক্রিটিকনি। হৌজিক্কী মতমদদি কবি অমসুং ক্রিটিক কয়াদা মানা হৌদোক্লম্বা ক্রিটিসিজমগী থিয়োরিশিং অদুগী অশেংবা কান্নবদুগী মহুত্তা মানা পীরম্বা ইতিহাসকী ওইবা ইথিলদুনা হেন্না লুনা লৌনরে। ইংরাজী অমসুং য়ুরোপকী লোন কয়াগী কবিশিং, ক্রিটিকশিংনা দান্টেদগী হৌরগা বিদা, বোইলো, পোপনচিংবা কয়ানা মহাকপু ক্রিটিককী গুরুনি, লমজিংবনি হায়না লৌনখি।

হোরাসকী ক্রিটিসিজমগী মচং ওইবা ৱারোলদি মানা ইরম্বা "আরস পোয়েটিকা" *(Ars Poetica)* নৎত্রগা "ইপিশল টু পিসোস" *(Epistle to Pisos)* হায়বসিদা য়াওই। "আরস পোয়েটিকা" হায়বা লাইরিকসি মথৎ মনাও চাং নাইনা, হায়রিবদু শেংনা, চুম্না থমদুনা, শীন্দুনা ইবা লাইরিক নত্তে। স্কেলিগরনা

লাইরিকসিবু আর্ট য়াওদনা ইবা আর্টনি হায় (Art written without art.) লাইরিক অসি মওং তানা, মথং মনাও নাইনা শীন্দুনা ইদবদগী মী কয়ানা মসিবু অশোয়বনি হায়না পুথোকলবসু, "আরস পোয়েটিকা" দা ফোঙদোকলিবসি শরুক অহুম থোক্লা খায়দোক্লগা ফোঙদোকলিবা ৱারোলদু নৈনবা য়াই। অহানবা শরুক পোয়েসিস (poesis) হায়বসিদা হীরম, বিষয়গী ৱা নৈনৈ; পোয়েমা (poema) হায়বা অনীশুবা শরুকসিদা শৈরেং ইবগী নিয়ম, হৈশিংবগী, শৈরেং কমদৌনা ইগনি, শৈরেং ইবদা ইনগদবা হৌনবী, নিয়মশিংগী মরমদা হায়; অহুমশুবা পোয়েটা (poeta) হায়বা শরুকসিদনা কবি ওইবদা চঙবা মগুণ, মাগী মথৌ অমসুং মাগী পান্দমগী ৱাফম নৈনৈ।

অপাবশিংদা পাউতাক পীবা অমসুং নুংঙাইহনবা হায়বসি শৈরেংগী পান্দমনি হায়না হোরাসনা লৌই। মহাক্তি মরুওইনা ক্লাসিকেল ওইবা সাহিত্যগী মীৎয়েংদা থাজবা মীনি অদুনা অওইবা, অশেংবা হায়বসিনা সাহিত্যদা লৌরিবা শরুক অদুদা মাগী মীৎয়েং লৈখি। অদুগা সাহিত্যদা পারিবশিংবু পেলহন্নবা, নুংঙাইহন্নবা অমদি কান্নবা পীনবা গুণ অসিসু য়াওগদবনি হায়না মহাক্না থাজখি। মহাক্না হায়, কবিগী পান্দমদি অপাবশিংদা কান্নবা পীবা নৎত্রগা নুংঙাইবা, পোকহনবনি, হায়বদি নুংঙাইবগা কান্নবগা অনীসি পূন্না ফংহনবনি। খণ্ডগন-উগনবা মীনা লায়না খঙবা ঙমদুনা পুক্লিংদা ময়েক শেংনা থম্বা ঙম্লবা হায়রিবা, ফোঙদোক্লিবদু শম্না ফোঙদোক্কদবনি। করিসু কান্নদবা মচাক্তি পুক্লিংদগী অদুম হেক্তা চেনথোকখি। নুংঙাইহন্ননবা, পেলহন্নবগীদমক নৌনা শেমগৎ-শাগত্তুনা হাপচিনবা, পুথোকপশিংদু অচুম্বা হায়বসিদগী য়াম্না থাপতোকহল্লোইদবনি; পুক্লিংদা হেক্তো পংখল খল্লকপদু দ্রামাদা হাপচিন্দুনা থাজহন্নবা হোৎনগনু। অহল ওইবা কাঙবুনা কান্নবা মচাক য়াওদবা শৈরেংবু পামদে, অকল-অথৌ পামজবশিংনা কন্না অথিংবা পীবা মওংগী মইবু থওইনদে। অপাবশিংদা মতম অমতদা নুংঙাইবা অমসুং কান্নবা পীরবদি, কবিনা মানা ইরিবদুদা ফজবগা কান্নবগা অনীসি য়ানশিন্নদুনা য়াওহল্লবদি *(dulce et utile)* ইরিবদু মী খুদিংনা য়ানিংঙি, পাম্মী।

ইচম চম্বা মীয়াম্না খঙনবা ৱারম "আরস পোয়েটিকা" দা য়াওই অদুবু

লাইরিকসিদা ইমুম চম্বা ৱারমশিংসি য়াওবগী মথক্তা সাহিত্যগী মনুং হুনজিনবা ৱারম কয়াসু য়াওরি। কল্পনা - ইমেজিনেশন মসিনা কবিগী পুক্লিং, ৱাখলবু লমজিংদুনা সাহিত্য ইরক্লবগী থৌইনশিন শীরিবা অসিগী মায়োক্তা মহাক লৈবা নত্তে, মহাক্তি কল্পনাগী তয়াং তয়াংবা চূপলি য়াওদবা, লম হেনবা মতৌ অদুবু য়ানিংদবনি। আর্টকী পোৎশক অমগী মশাগী ওইবা অপূনবা মশক অমা লৈগদবনি, মপুম ওইবা মশক্কু শাগৎপদা চঙলিবা মচেৎ মচেৎ, মশাশিংদুগী অপূনবা পান্দম অমা লৈবা তাই। হোরাসনা হায়, য়াম্না শমজিন্না ফোঙদোক্কে হোৎনরবসু ফোঙদোকনিংলবদু চমম্নদুনা ইশেং শেংদে, পুক্লিং হুনা, লেমনা চাউনা উৎনিংলবা, ফোঙদোক্লিংলবসু ৱাজাও ঙাঙবা তাদুনা তোকই, নোংনুংশিৎপু কা হেন্না কিমনবা মীনা চেকশিনমনবা অমসুং কিমনবদগী লৈমায়দা উপ্রাক্লা শীৎতুনা চৎলি; অদুগা মানা ইরিবা হীরমদু ইফা ফাদোক্কুনা মখল-মথেল পংহাপ্তা হাপচিল্লবসু উমং য়েকপদা ঈশিংদা লৈবা দোলফিন হায়বা ঙাদু নৎত্রগা সমুদ্রগী ইথক মরক্তা লমলক্কী শওম হাপচিন্দুনা পুথোরকই।

অইবা অমনা মানা ইরিবদুদা ইনগদবা নিয়ম হোরাসনা শিংথাদুনা তাকলম্মী। কবিনা ইরিঙৈ মতমদা খন্দোক-খনজিন তৌবা কয়া অমসু লৌথোকখিবগী, থাদোক্লম্বগী থবকসি তৌগদবনি। অইবা মীনা চানবা, অচুম্বা ৱাহৈ-ৱাতা মানা ইরিবদুদা শীজিন্নবা খনবা হৈগদবনি। মতমগী মতুংইন্না ৱাহৈ হায়বসিগী অর্থ ওল্লকই, হোংলকই, মরমদুনা ইরিবা মীশিংনা ৱাহৈ অমগী খ্বাইদগী নৌবা অর্থদা মীনা শীজিন্নবদু খঙবা তাই। ৱাহৈ শীজিন্নবগী মতাংদা অইবা মীনা চেকশিনবা, ভাব তাবদা নত্তনা মহাক্লা ইবা মতমদা শীজিন্নরিবা ছন্দ, মিটরদুসু মুন্না খঙগদবনি, তোঙান তোঙানবা কবিতাগী মওংদা খেৎন খেৎনবা মিটর শীজিন্নবগী চানবা, চূনবা কাউরোইদবনি। মিটরগী মরমদা খঙগে, তমগে হায়রবদি অঙনবা মতমগী, থাইনগী অইবশিংদগী তমগদবনি, য়েংগদবনি। শৈরেং, দ্রামাদা অপূনবা, য়ুনিটি হায়বসি লৈবগুম চারিত্র অমা শাগৎলকপদসু চানবা (consistency) হায়বসি ঙাকনা থমগদবনি। শৈরেং নৎত্রগা দ্রামাদা হৌখ্রবা মতমদা লৈরম্বা অইবশিংনা পুথোক্কুনা য়েকলম্লবা, শীজিন্নরম্লবা শকখঙনরবা চরিত্রশিং অদু শীজিন্নগদবনি।

হোরাস ক্লাসিসিষ্ট অমনি, মাগী মীৎয়েংদি সাহিত্য হায়বসি কান্নবা পীবা পোৎশক অমা ওইগদবনি হায়বসিনি। "আরস পোয়েটিকা" দা মহাক্না সাহিত্যগী তোঙান তোঙানবা মখলগী হৌনবী নিয়ম তাকলম্মী, উৎলম্মী। হৌখ্রবা পরমপরা - ট্রেদিশনবু থাজদুনা মখোয়গী খুদুং ইনগদবনি, মখোয়না ইরম্বশিংদু মুন্না কৃপ্পা নৈনরগা মদুগী মতৌ তমদুনা ইগদবনি হায়না মহাক্না অইবশিংদা হায়রম্মী।

ফজববু - এসথেটিক্সপু নৈনবগী লমদা হোরাসনা শীংথানিংঙাই ওইনা অহেনবা করিসু হায়রমদ্রবসু, মাগী অচম্বা ময়াম্না খঙনরবা মীৎয়েং অমসুং হৌখ্রবা মতমদা লৈরম্বশিংনা ইরম্ববু মমুৎ তানা নৈনগদবনি হায়বসিনা নৌনা ইরকলিবশিংদা কল্পনা — ইমেজিনেশন হায়বসিগী ইঙাও ঙাওবা, লেপ্পা লৈতনা কোইপাই পাইবগী মতৌ অসি য়াচল হাপ্তুনা লাকশিনবা, কা হেলহন্দবগী কান্নবদুদি শোয়দনা উৎলম্মী, অদুনা ইদুনা ফোঙদোকপা হায়বসিদা নিয়ম নাইবা, থম্বগী মরুওইবদু উৎলম্মী। ফজবা আচার ব্যবহার ঙাকপা, থম্বা, চাং নাইনা মথং মনাও নাইহনবা অমসুং খলচাং মান্নহনবা (docorum, order and proportion) হায়বসি ঙাক্লা থমগদবনি অমদি মতাং চানা মফম চানা ৱাহৈ হাপ্তুনা শীজিন্নদুনা ফোঙদোকপা হৈগদবনি। অদুনা হোরাসপু করিগুম্বদসু চৎনবী, নিয়ম ঙাক্লা কায়হন্দনা ইবগী মওং, নৈনবগী মওং - ফোরমেলিষ্টিক ক্রিটিসিজম হায়বসি হৌদোকলম্বা মীনি হায়নৈ। হোরাসতি ইবগী, ফোঙদোকপগী হৌনবী নিয়মদতা চুম্না পাম্বা মী ওইবদা নত্তনা ইরিবা হীরম, বিষয় অমসুং কল্পনাগী লমদসু মাগী অপাম্বা উৎখিবা মীশক অমনি।

সাহিত্যগী খেন্নবা, তোঙানবা পান্দমশিংনা য়ানদদুনা মূক্লরকপা নৎত্রগা সাহিত্যগী শক্তি, মপাঙ্গল অসিনা পানবিবা, য়েংশিনবিবা, থিংবিনবা য়াওদনা মকোক মমৈ খঙদনা পংচৎ চৎলক্তুনা ইয়েৎ য়েৎশিন্নরবা মতম অদুদা হোরাসকুম্বা ক্রিটিক অমগী কান্নবসি খঙলকই। কাঙলুপকী পুন্সিদা সাহিত্যগী থৌদাং হোরাস নিংথিনা খঙখি, মাগী মতমদা লৈরম্বা কবি শাজিন্নবা কয়ানা ইনিংবগী অঙাওবা ইথিলদা তাউখিবা মহাক উখি, অসিগুম্বা সাহিত্যসিবু হেল্লেনিক হায়না খঙনবা মতম অদুদা খ্বাইদগী অৱাংবা থাক য়ৌখিবা গ্রীক অইবশিংনা ইরম্বা মওংদুদা

লমজিংদুনা পুনবা মরুওইবা দায়ীত্ব অসি মহাক্না লৌখি। মঙোন্দদি সাহিত্য হায়বসি খ্বাইদগী ৱাংবা ফিদম ওইখি অমসুং অসিগুম্বা সাহিত্যগী নিয়মশিংদু ঙাকপনা সাহিত্যগী মুক্তিনি। অদুবু মাগী মহৌশা অমদি পুক্নিংগী মতৌদি হেল্লেনিক মতমদা লৈরম্বা সাহিত্যগী লুরবা অঙকপা খংঙমদ্রবা অকুপ্পশিং অদুগী মনুং হুনজিন্দুনা য়েংশিনবা, খঙলুবগা চানদে, মাগী মীৎয়েংদি মপান্দা উরিবা ইবগা মরী লৈনবা শেমশাবা (craftsmanship) হায়বসিগী অকুপ্পশিং অদুগী অরোনবা মশকশিংদু পুথোক্লবা, ভাক্লবা হোৎনবদনা হেন্না চানখি। নমুনা অমগী মতৌ তম্বা হায়বসি জাতি অমগী সাহিত্যগী মশাগী ওইবা মগুণ, শক্তিবু হেন্না মগুণ লৈবা, ফজবা হেনবা নমুনা অমনা নমহৎখিবনি হায়না লৌরোইদবনি হায়না মানা লৌখি। মখোয়না ইরম্বা হীরমদু শিন্দোক্তুনা পুথোক্লগা, ইথোক্লগা অফাওবা গ্রীক অইবশিংগী লাম্বা ওইবা নৎত্রগা মতুংইনবা অইবা ওইবা য়ারোই। তৌগদবদি মখোয়না তাকলম্বা নিয়মশিং অদু ইনবনি। কলাগী ওইবা মশক থোকহন্নবা অমসুং ইবগী মহৈ হায়বসি মখোয়দগী তমগদবনি। হীরম, বিষয়দদি মখোয়গী অৱাংবা, ফজবা খুদমগী মতৌ তম্লগা জাতিগী ওইনা নৌনা পুথোকপা হৈগদবনি।

হোরাসনা য়েংলমলিবা মীৎয়েংসিদা য়াওরিবা অশোয়বা কয়া য়াওরবসু নৌনা ইবা হৌগৎলকপশিংদদি মানা পুথোকলম্বা নিয়মশিং অসিগী কান্নবা য়াম্না লৈখি। ইবগী মরমদা মানা পুথোক্লম্বা নিয়মশিং অসিগা মহাক্কী শম্না, তেন্না অর্থ চেলহন্না ইবগী মওং, মচি ওইবা থৌর থৌরবা পাউরৌ থন্না য়াওহনবা, ফাগি অমসুং নোক্নদুনা ওন্নতৈনবা অর্থ পীবা ৱাহৈ-ৱাতা - আইরনি শীজিন্নবা হৈবা অমসুং চৎনবী, হৌনবী নিয়ম্না শৈরেংবু পুনশিন্দুনা থমহন্দবগী মতৌ অসিনা খৃষ্টগী ১৮ শুবা চহীচা লোইশিল্লকপা ফাওবদা খ্বাইদগী অকনবা ইথিল অমা ওইখি। মানা শীজিন্নরম্বা পাউরৌ কয়া হৌজিক্তি চৎনদ্রে, মীনা থওইনদ্রে অদুবু মানা হায়রম্বা কবি অমনা ইরিবদু তুংকোইনা লৈহনগে, পাম্নহনগে হায়রবদি মীচমগী মোৎতগী নিংতম্না লৈদুনা, খ্বাইদগী ফবা, অৱাংবা নমুনা নৈনবদা চোকথদনা, নিংহন্নদনা, ৱাখল অমসুং হীরমদা পুকচেল শেংবা উৎতুনা ইবদনা ওইগনি হায়রম্বসিদি চৎনবা য়ানা চুম্না লৌনরি।

# ৯ ঃ লোঞ্জাইনস

"ওন দ সব্লাইম" ইরম্বা মীশক্কী অশেংবা মশক মমিং চপ চানা খঙবদা লুনা থোকই। লাইরিকসি খৃষ্টগী মতুং অহানবা চহীচা নৎত্রগা অহুমশুবা চহীচাদা ইরম্বরা হায়বসিসু শেংনা খঙনদে। ১০ শুবা চহীচাদা ফংবা খ্বাইদগী ঙনবা লাইরিকসিগী খৃৎইদনা দাইয়োনিসিয়স নৎত্রগা লোঞ্জাইনস হায়না খঙনবা অগষ্টান যুগ হায়বা অহানবা খৃষ্টগী চহীচাগী মতম অদুদা লৈরম্বা শকখঙনরবা আলংকারিক — ক্রিটিক হালিকরনাসসকী দাইয়োনিসিয়স (Dionysius of Halicarnassus) হায়বদুনা ইরম্বনি নৎত্রগা কুইন জেনোবিয়াগী (Queen Zenobia) মন্ত্রী ওইরম্বা পামিরাগী কেসিয়স লোঞ্জাইনসনা (Cassius Longinus of Palmyra) ইরম্বনি হায়না থাজনৈ। অলংকার শাস্ত্রদা মমিং লৈবা মীনি দাইয়োনিসিয়স অদুবু মানা ইরম্বনি হায়না লৈরিবা লাইরিকশিংদা ব্রাখল অমসুং ফোঙদোকপগী মওংদা "ওন দ সব্লাইম" গা থোইদোক্লা মান্নবা য়াওদে। "ওন দ সব্লাইম" দা য়াওরিবা নিয়ো-প্লেটোনিক ওইবা মীৎযেং অসিনা পণ্ডিৎ কয়া মরুওইনা আর. এ. স্কোট জেমসনা লাইরিক অসি ইরম্বা মীসি কেসিয়স লোঞ্জাইনসনি হায়না থাজে। রেনিসাঁ মতমগী অইবশিংনা লৌনবসু মোৎ অসিনি। অদুবু লাইরিক অসিগী মনুংদা য়াওরিবা মচাকশিং অসি য়েংলুরগদি মোৎসিগী ওন্নতৈনবদা লৈ। খৃষ্টতুং অহানবা চহীচাদা লৈরম্বা হোমরদগী সেসিলিয়স ফাওবনা ইরম্বশিংদগী লাইরিক অসিদা ব্রাহং কয়া য়াওরি, অদুগী মতুংদা লৈরম্বা অইবা অতৈ অমতগী ইরম্বদগীদি য়াওদে। অদুনা লাইরিকসি ইরম্বা মীসি খৃষ্টগী অহানবা চহীচাদা রোমদা লৈরম্বা গ্রীককী অলংকার শাস্ত্র হৈবা মীশক অমা ওইরমগনি।

অসিগী মথক্তা লাইরিক অসিদা সেসিলিয়সকী "ওন দ সব্লাইম" হায়বা লাইরিকসি ইকুই কুইদনা ফোঙলকপনি হায়। হৌজিক লৈরিবা টেক্সট অসিদি ফ্রানসিস রোবর্টেল্লোনা থেংনদুনা ইহান হান্না পুথোকলম্বনি, মপুম লাইরিক্তুগী শরুক খরতনি অমসুং ১৫৫৪ দা বেশন হায়বা মফমদুদা ফোঙখিবনি। ইংরাজীদা অহানবা ওইনা ১৬৫২ দা হোলনা অদুদগী পুলটেনিনা মথংদা ১৬৮০ দা হন্দোকখি। ১৮৯৯ দা দব্লু. রাইস রোবর্টসনা ইংরাজীদা হন্দোকপা অসিনা খ্বাইদগী ফজবনি হায়না লৌনৈ।

পোষ্টুমিয়স টেরেনটিয়ানস (Postumius Terentianus) কৌবা মমগা হান্নবা পূন্না নৈনমিন্নখিবা সেসিলিয়াসনা (Caecilias) ইবা "ওন দ সব্লাইম" গী মরমদা লোঙ্গাইনসনা মাগী লাইরিকসি চিঠিগী মওংদা (epistolary) মাগী মরূপসিদা ইবনি। অহানবদা হৌগৎলকপদা লোঙ্গাইনসনা হায়, ব্রাংচাউনা, চিং লেমনা ফজবা হায়বসি আর্টকী ঙমখৈ ব্রাংমদা লৈবা মহৌশাগী ওইবা খুদোলনি মী অয়াম্বগী মফমদদি; লাইপোককী অসিগুম্বা মহৈসি তোয়না শেন্নবা অমসুং থৌগৎপিবা দরকার ওই, অহেনবা ফজবা চাং, মওংদা ফোঙদোক্নুনা কান্নবা ফংনবা অইবা মী নৎত্রগা মীয়াম মাঙদা থোক্নুনা ব্রা ঙাঙবা হৈবা মী অমগী মশাগী লোয়নজরক্লবা মগুণ অদু অচুম্বা লমদা শীজিন্নবগী খ্বাইদগী ফবা খূৎলাইদি মরাইবক ফবা লনথুম লৈবা মী অমগী মরন-মথুমদু ঙাক-শেন্দুনা মাংহন্দনা থম্নবগীদমক অচুম্বা, অফবা লমজিং, পাউতাক দরকার ওইবগুম, লাইপোক্কী গুণ অসিসু অমাঙ-অতা থোক্তনবা আর্ট হায়বসি দরকার ওই। শীংথানরিবা কবি, অইবশিংবু মীথোই মীহেনবা ওইহন্দুনা শিদবা মিংচৎ ফংহল্লিবা সব্লিমিটি (sublimity) হায়বসি ইবদা য়াওরিবা থোইদোকপা, মপা লৈতবা গুণ অমনি। ফজবা, অব্রাংবা থাক্কী ব্রাহৈ-ব্রাতা, লোন্না ভাবোক্তা ওইহল্লিবসি মদুদা থাজৌ, য়াউ হায়না থেম্বা নত্তে, মখোয়বু মখোয়গী পুক্লিংবু থুমহৎতুনা অতোপ্পা ব্রাখল, পুক্লিংগী লমদম অমদা পুদুনা চৎপা, পুক্লিংবু ওলহনবনি (transport)। ইশা ইশাগী অপাম্বা, পুক্লিংবু থাজনবা থেমহৌরিবশিংসিদি মহৌশানা ঐখোযনা থিংবা ঙম্মী, অদুবু অব্রাংবা থাক্কী ফজবা চীংলেম্বা মতৌনদি পুবা, খাঙবদা ব্রাবা শক্তি

অমগা লোয়ননা অতাবা মী খুদিংমকপু খুদুম চন্দুনা লৈ। শেমশাবা হৈবগী মহৈনা ইরিবা, ফোঙদোক্লিবদু শেমশাগৎনবা কন্না হোৎনৈ অদুগা মতাং চানা খংঙান ঙানথোরকপা সল্লিমিটিনা মমাঙদা লৈরম্বা পোৎ খুদিংমকপু নোংথাংগুম্না পুমঙান ঙালহন্দুনা ৱা ঙাঙবা মী - ওরেটর অমগী শক্তিবু মরাঙ কায়না খুদক্তা মপুং ফানা উহনবা ঙম্মী।

“ওন দ সল্লাইম” গী অহানবা তাংকক তরুক্তা অশেংবা, অচুম্বা সল্লাইম ওইবা হায়বসিগা শেংদবা, ওইদবা সল্লাইম হায়বসিগা অনী অসিগী মরক্তা খেন্নরিবদু লোঞ্জাইনসনা উৎলি। শেংদবা, শাজিন্নবা সল্লাইমগী অহানবা মওং, মতৌ হেঞ্জিন্না কামখৎপা, চাউথোকপা (tumidity) হায়বসি ৱাহৈ-ৱাতা, লোন্দা শীজিন্নবদা য়াওই। হকচাং অমসুং ইবদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা, লোন্দা হেঞ্জিন্না চাউথোকহন্দুনা অরেম্বদা কামখৎলিবা, পোমখৎলিবসি ওইদবা ঙাক্তনি, মসিনা ঐখোয়গী অপাম্বগী ওন্নতৈনবা ওইহল্লি। ময়ামনা হকচাংদা ঈশিং কা হেন্না তুংশিন্দুনা লৈবদগী অনাবা ওইরবা মী (dropsy) অমদগী মাগী মশাদু কামখত্তুনা নোয়না উরবসু মঙোন্দগী হেন্না কংবা ফাওবসি লৈতে হায়নৈ। মথংদা ইবদা য়াওবা দোষ কান্নদবা, অঙাং মানবা (puerile) হায়বসি সল্লিমিটিগী ওন্নতৈনবদা লৈবা অশোয়বনি। অশোয়বসিদি হৈশিংঙি হায়না মহৈ উৎচনিংবশিংনা হৈশিংবা উৎনিংবা, তৌশিন্নবা কয়া মখোয়না শীজিন্নবা ৱাহৈ-ৱাতা, লোন্দা অকেঅমৌ উৎনিংবদগী মদুগী ওন্নতৈনবদা মখোয়না ইরিবদুনা তইং তইংবা মতৌ ওইহল্লকপদুনি। শাজিন্নবা সল্লাইমগী অতোপ্পা মতৌ অমদি ইরিবা হীরম অমসুং থৌদোক থোকলিবা মতা অদুগা চানদবা মওংদা পুক্নিংগী ইহুল, ইথক ফোঙদোক্তুনা অতৈ অতোপ্পা মীশিংদা চোকথবা পোকহনবা হায়বসিনি। অসিগুম্বা অথীবা, তাংজবগী মওংগী সাহিত্যদা য়াওবা অশোয়বশিং অসি ওইরকপগী অমতা ঙাইবা মরমদি মতম মতমদুগী পাম্নবা, চৎনবনি হায়না লৌনবা অনৌবা ভাব, ৱাখল অদুতবু ফোঙদোক্নবা হোৎনবদগীনি।

সল্লাইম ওইবগী মরুওইবা হৌফম মঙানি।

(ক) অহানবা অমসুং খ্বাইদগী মরুওইবদি অচৌবা, অৱাংবা ৱাখল, ভাব

(lofty thought) লৈনবগী, শাগৎনবগী শক্তি লৈবনি;

(খ) অকনবা, থব্বাই য়াওবা থম্মোয়, পুক্লিংদগী ব্রাখল শক্তি পীবা ইহুল পোকই (vehement and inspired passion);

(গ) অলংকার নিংথিনা শেম্বা, শীজিন্নবা হৈবা, মসিবু ব্রাখলগী অলংকার অমসুং লোন নৎত্রগা ফোঙদোকপা মওংদা য়াওবা অলংকার হায়না অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই;

(ঘ) ব্রাহৈ-ব্রাতা, লোন চুম্না নিংথিনা খনবা হৈবা, প্রমাণ-পানথৈ মতাং চানা শীজিন্নবা অমসুং শীজিন্নরিবদু শব্দোক্লা ফোঙদোকপা ওম্বগী শক্তি লৈবা;

(ঙ) চিং লেম্না, শব্দোক্লা তাকপা ওম্বা মই অমদা ইবা হৈবা অসিনি।

সব্লাইমগী হৌফম ওইরিবা মরম মঙাসিগী মনুংদগী অহানবগী অনী অসিদি পোকপদগী য়াওরক্লবা মহৌশাগী গুণনি লেমহৌরিবা অহুম অসিনা তমলুবা, নৈনরুবদগী হৈরকপা মহৈনি।

সব্লাইমগী হৌরকফম ওইরিবা অহানবা অচৌবা অব্রাংবা ব্রাখল হায়বসি ফংগে হায়না নিংলগা, তান্নবা, ফংবা য়াদবা গুণনি, মসিদি পীথোরকপা, হান্নना য়াওজরক্লবা গুণনি। অদুবু হেক য়ারিবমখৈদি ঐখোয়না সব্লাইম ওইবা ব্রাখল খন্দুনা ফজবা, পুকচেল ব্রাখল চেন্নবা, লৈহন্নবা হোৎনগদবনি। অনেম্বা, হনথবা থাক্কী ব্রাখল তৌদুনা লৈরবদি অচৌবা, অঙকপা, নিংথিবা করিসু পুথোকপা, থোকহনবা ঙমদে। ফজবা, অব্রাংবা ব্রাখলসি অচৌবা নমুনা, খুদমগী মতৌ তম্বা, ব্রাখলদা কল্পনাগী শক্তি লৈবা অমসুং মতাং চাবা ফিবম তাঞ্জা চুম্না, মশক খঙনা খন্দোকপা ওম্বদা লৈ। পুক্লিং, ব্রাখলদা অকনবা, অচৌবা ইহুল, ইথক লৈবা হায়বসিগী মরমদদি লোঞ্জাইনসনা কৃপ্না নৈনদনা অতোপ্পা লাইরিক অমদা নৈননবা থনম্মী। ব্রাফমসি মহাক্লা মনুং হুঞ্জিন্না নৈনরমদ্রবসু অশেংবা, অচুম্বা পুক্লিংগী ইহুলদগী হেন্না ব্রাংবা, ফজবা খোঞ্জেল, খোনথোক লৈতে, মসিবু মফম চানা, মতাং চানা পুক্লিংগী লাই তোংলবা শক্তমদা ফোঙদোরকপদদি, মীদুনা ঙাঙলি-শকলিবদুদা পুক্লিং লাংবা, মথুম-মরাং হৌবগী মওং য়াওই। মীনুংশি, অব্রাবা,

অকিবনচিংবা পুক্লিংগী ইহুল খরসি সল্লাইম ওইদে হায়না মানা লৌথোক্লবসু, অথবা, শক্তি লৈবা, নুপা থোকপা অকনবা ইথক ইপোমগুম্না হৌরক্লুনা ঐখোয়বু থোক থোক নোমদুনা হাইহৎপা ঙম্বা পুক্লিংগী ইহুল, ইথকপুদি মহাক্না য়ারম্মী। অলংকার হৈনা চুম্না শীজিন্নবা হায়বসিনা ইরকপদা সল্লাইম ওইহল্লি। শীজিন্নরিবা অলংকার অদু য়াওই হায়বসি ঐখোয়দা শেংনা মকা ফোংনা খঙহন-উহন্দবনা খ্বাইদগী মতীং লৈবা হেল্লি। সল্লাইমগা পুক্লিংগী ইথক ইহুলগা অনীসি ময়াই চমন্নহল্লি। নুমিৎকী অরংবা মঙালদা মুৎশি মুৎশিবা মৈঙাল পুন্বা মঙাল থোকপা উদনা মম্বগুম, অলংকারগী হৈশিংবা পূম্নমক ইকুপ কুপশিল্লিবা সল্লিমিটিগী মঙাল অদুদদি অলংকারশিংসি উবা ফংদে। মতৌ অসুম্না আর্ট অমসুং মহৌশা অনীসি নক্লনা মরী লৈনদুনা কান্নবা মরী অমা ওইরকই। মহৌশাগী মতৌ অমা আর্টতা য়াওরবদি আর্টতু মপুং ফাই অদুগা মহৌশাসু আর্টপু লোৎতুনা থম্বা ঙম্লবদি ময়াক হেংগৎহল্লি। পুক্লিংগী অকনবা, অথৌবা ইহুল, ইথক্কী মখা পোন্দুনা অলংকার লৈবনা হেন্না মগুণ হেল্লি, নৎত্রবদি অলংকারনা ইথক, ইহুল অসিবু নমহৎতুনা থম্মী। চানবা, চূনবা ৰাহৈ-ৰাতা খন্দুনা শীজিন্নবনা তারিবা, পারিবশিংগী পুক্লিং চিংশিন্দুনা নুংঙাই মরাং হৌহল্লি, অসিগুম্বা ৰাহৈ-ৰাতা খন্দুনা শীজিন্নবা হায়বসি ইরিবদুদা চিংলেম্বা, ফজবা, থোৎ নৌবা, শক্তি অমসুং অতৈ অতৈ মগুণ কয়া য়াওহন্দুনা মথ্বাই য়াওদ্রবা পোৎতা অহিংবগী শাজৎ খোঞ্জেল হাপ্পা ঙম্মী। ফজবা ৰাহৈ-ৰাতা হায়বসি অশেংবগীদি ৰাখলগী অরংবা মঙালনি। অদুবু ফজবা চিংলেম্বা ৰাহৈ-ৰাতাসি মফম পূম্নমক্তা, করিসু লৈতবা অচম্বা হীরম অমদা হেক্তা পংশিদা শীজিন্নরবদি মপুং ফারবা অৱাংবা ট্রেজেদিদা উপ্পবা মায়খুম অঙাংমচা অমদা উপ্পিবগুম থোক্কনি। লৈতেং তৌদুনা, থোৎ নৌনা ইবা ফোঙদোকপদগী ইচম চম্না ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লুনা ইবনা হেন্না ফজবসু লৈ। প্রমাণ-পানথৈ হায়বসি ৰাখলদা পুক্লিংগী ইহুল মতিক চানা লাক্লুনা ইথকশিং অসিনা থিংবা ঙমদ্রবা ইপোম ওইরক্লবা মতম অদুদা শীজিন্নগনি। ইথোরকপদা অৱাংবা থাক্কী মগুণ য়াওবা মই ওইহনবা হায়বসি সল্লাইম ওইবা মখলগী মই ওইহন্নবগী মরুওইবা মচাক অমনি। "ওন দ সল্লাইম" দা হীরম অসি কূপ্না নৈনরমদ্রবসু ৰাহৈ-ৰাতা,

লোন্দা-পুদা মতাং চানা ফজনা চূনবা, চানবা য়েংদুনা, হাপ্তুনা ইবনা পারিবশিংগী পুক্নিংবু শুমহৎপদা নত্তনা মখোয়গী ৱাখলদা থাজবা, য়ানিংবা হায়বসি ৱাদনা পোকহনবা ঙম্মী। মীওইবনা শীজিন্নবদা য়াওরিবা ৱাহৈগী সুর, ছন্দ, অমেঙ-অথোৎকী মগুণ, শক্তি অসিনা তারিবা, পারিবশিংগী নাকোংদা মখল কয়াগী ফজ-নুংঙাইবা খোঞ্জেল তাহনবদা নত্তনা পুক্নিং-ৱাখলদসু মখল কয়াগী মতৌ-মওং কয়া পোকহল্লি, শেমগৎহল্লি। মীওইবনা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতা, লোন হায়বসি চুম্না ৱাহৈ, লোন অদুগীদমক্তা শীজিন্নবা নত্তে, করিগুম্বা পান্দম অমা ফংনবা উপায় ওইনা শীজিন্নবনি।

মীগী পুক্নিংদা ফাওরকলিবা ৱাখল অমসুং পুক্নিংগী ইহুল অনী অসিগী মরক্তা নক্নবা, থাদোক্নবা য়াদবা মরী অমা লৈনগদবনি হায়না মহাক্না লৌই। ইরিবা, ফোঙদোক্লিবদুগী অফ-ফত্ত, মায় পাকপা, পাক্তবদি মদুনা তারিবা, পারিবশিংদা পীরিবা ইথিল অদুনা লেপকনি। অইবা মীশক অমনা মানা হায়নিংলিবা, ফোঙদোকনিংলিবা হীরমদু মাগী ৱাখলদা ফাওবদা নত্তনা মাগী পুক্নিং, থম্মোইদসু মদু ফাওগদবনি। অচৌবা, অফবা, মগুণ লৈবা আর্টতি সল্লাইম ওইগদবনি। সাহিত্যনা কলা খৃৎশেমগী ফজবগী অয়ৌবা থাক য়ৌরবদি, পারিবশিংবু মখোয়না য়েংজরিবা মীৎয়েং, ভাব অদু হোংহন্দুনা বুদ্ধি হায়বসিগী কান্নবা থোইনা লৈহন্দনা বিষয়, হীরম অমবু নোংথাংগী অরংবা মঙালগুম্না পুমলং লংহন্দুনা শক্তি অমনা পুদুনা, চিংদুনা চৎলি।

"ওন দ সল্লাইম" দা ক্রিটিককী মতৌ অসি মরুওইবা থৌদাংনি হায়না নৈনৈ। সাহিত্যদা পীরিবা রায়সি মমুন ফারবা বিদ্যা, মহৈমশিংগী অরোইবা মহয়নি। (Judgement in literature is the final fruit of ripe scholarship.) লাইরিকসিদা লোঙ্গাইনসকী সাহিত্যদা লৈরিবা অপাকপা মীৎয়েং অমসুং হীরম কয়াদা পাকশন্না খঙহৈবদু ফোঙদোকপদা নত্তনা, মাগী মীৎয়েংগী অচুম্বা মওং অমসুং মতম কুইনা, তুং কোইনা সাহিত্যনা মীঙোন্দা অপাম্বা পোকহন্দুনা লৈরিবসিগী অথূপ্পা অমদি হৌফম ময়েক শেংনা নৈনরম্মী। সল্লাইম ওইবা মগুণ য়াওবা মহাক্না খংগৎতুনা উৎলিবা অইবশিংগী খৃৎই অমদি

মখোয়সিগী মইশিংসি সন্নাইম ওইরিবগী মরম মহাক্লা পীরমলিবসিসু মরুওইবা ঙাক্তনি। লোঞ্জাইনসনা শীজিন্নরম্বা, লৌখৎলম্বা নিয়ম অসি তুংদা এস. টি. কোলরিজনা অফবা, অচুম্বা ক্রিটিসিজম হায়বসি ইরিবা, ফোঙদোকলিবা অমগী মগুণ ফোঙদোকপদা নত্তনা, অফবা মখলগী খুৎই অমা কমদৌনা পুথোক্কদগে হায়বগী নিয়মসু তাকপনি হায়বসিগী অফবা খুদম ওইনা লৌনৈ।

ক্লাসিকেল অমসুং রোমান্টিক মীৎয়েংগী ক্রিটিসিজমদা থাজবা কাঙবু অনীমক্লা লোঞ্জাইনসপু মখোয়গী ব্রাখললোন উৎপা ক্রিটিকনি হায়না লৌই। আর্টপু নেচর - মহৌশাগা পুল্লগা সাহিত্য ইরকপদা অশোয়বা য়াওদবা মপুং ফাবা হায়বদু ওইহনগদবনি হায়বা মাগী অকনবা মোৎ, খুদম চনবা য়াওদ্রবা, ইফা ফারবা রোমানটিকশিংগী কল্পনাগী ইহৌ, অনৌবা উৎলিবনি, পুথোকলিবনি হায়বগী মতৌদা ঙাওচৎনবা পুম্নমক অসি লোঞ্জাইনসনা য়ানিংদবা রোমান্টিসিজমগী মতৌনি। অদুবু রোমানটিসিজমগী ওইবা পুক্লিংগী ইহুল লৈবা ক্রিটিক অমনি লোঞ্জাইনস অমসুং মাগী রোমানটিসিজম অসিদি লাক্ল-ফানবা য়াদ্রবা মনিংতম্বগী মহত্তা হেন্না চাং নাইবা দিসিপ্লিন অমগী লমজিংগী মখা পোনবনি হায়না লৌনৈ। লোঞ্জাইনসকী ষ্টাইলদা রোমানটিকশিংগী মচু কয়াগী মীৎ থকপা, পুক্লিং শুমহৎপা মওংগী ফজবা, অনৌবা কয়াদু য়াওই, অদুবু চেকশিন্না, দিসিপ্লিন অমা ঙাকনা চৎপনা মঙোন্দা রোমানটিকশিংগী কা হেনবা মনীং তম্বনা লমজিংবা মতৌ অদুদি য়াওদে। অচৌবা, মমিং লৈবা অইবা কয়াগী মইদা য়াওরিবা সন্নাইম ওইবা মওংগী ফজবা কয়াদু লৌশিল্লগা মশাগী ওইবা হৈশিংবা, ফজবা কয়া য়াওহন্দুনা অঙকপা ফজবনা থল্লবা ব্রারেং কয়া মহাক্লা ইরকখি। মহাক প্লেটো অমসুং এরিষ্টোটল অনীমককী হৈশিংবা খঙবা, শক্তি লৈবা ক্রিটিক অমনি। লোঞ্জাইনস ক্লাসিসিজমগী য়ুমফমদা খোঙফম চেংনা লেপ্পা রোমানটিক ক্রিটিক অহানবনি। ক্লাসিসিজমদা য়াওরিবা খ্বাইদগী অহেনবা ফজবশিংদু লৌশিল্লগা ক্রিটিসিজমগী অনৌবা মীৎয়েং পুথোকলম্বা মীশকনি। মীগী পুক্লিংবু অনৌবা থব্রাই হাপ্পা ঙম্বগী শক্তি - ইনসপিরেশন অমসুং পীথোরক্লবা আত্মাগী মতিক-ময়াই (greatness of soul) হায়বসিনা ইবদা কান্নরিবা, লৌরিবা থৌদাংদু

মহাক থওইদবা নত্তে অদুবু অসিগুম্বা গুণশিং অসি হৌখ্রবা মতমদা লৈরম্বা অইবা, কবিনচিংবা কয়াগী ফজবা মতৌ অদু তমদুনা ময়াই হেংগৎহনবা তাই। মাগী মীৎয়েংদা লোঙ্গাইনস ক্লাসিসিজমগী অমসুং রোমানটিসিজমগী খ্বাইদগী অফবা শরুকসিং অদু পূন্না য়াওবা ক্রিটিকনি।

# ১০ ঃ জোন দ্রাইদেন
## (১৬৩১-১৭০০)

জোন দ্রাইদেন খৃষ্ট কুম ১৬৩১ দা পোকখি, কেমব্রিজগী ত্রিনিটি কলেজদা লাইরিক তমখি। নহা ওইরিঙৈদগী শৈরেং অমসুং দ্রামা ইখি, ময়াম্না শকখঙনরক্নুনা ১৬৬২ দা রোয়েল সোসাইটিগী মেম্বর ওইখি। ১৬৬৮ দা দেবনাগুগী মহুৎ ওইনা মহাক পোয়েৎ লোরিয়েৎ ওইখি; ১৬৮৫ দা চার্লস II না নিংথৌ ওইরবদা মহাক কেথোলিক অমা ওইখি। ১৬৮৮ দা গ্লোরিয়স রিভোলিয়ুশন থোক্লবদা মহাক ফম তাখি অমসুং ১৭০০ দা শিখি।

১৬ শুবা খৃষ্টগী চহীচাগী ময়ায়গী মতমদগী নিয়ো-ক্লাসিসিজম হায়না খঙনবা ফ্রান্সতগী হৌরকপা সাহিত্যগী মীৎয়েংসিনা য়াম্না পাম্নবা, চৎনবা সাহিত্যগী মীৎয়েং ওইনখি। ইটালি অমসুং ফ্রেনচকী নিয়ো-ক্লাসিসিজম অনী অসিগী মরক্তা ইটালিগী অসিনা হেন্না অপাকপা, লৈবাকমচা তাবা মীৎয়েং উৎলি, ফ্রেনচকী অসিনা হেন্না হোংদোক-হোংজিন য়াদে, মীৎয়েং পাকচাউদে, অহানবগী অসিনা হৌখ্রবা মতমগী চৎনবী, হৌনবী কয়াবু ইকাইখুম্নরবসু মদুদা নপচদুনা তাংজবী মীনাইগুম্নদি লৈতে, অকোনবগী ফ্রেনচকীসিনা হৌখ্রবা মতমগী চৎনবী পূম্নমকপু ইকাইখুম্নবদা নত্তনা সাহিত্যগী অরোয়বা পংথৈদি মখোয়সিতনি হায়না লৌই, ইটালিগী নিয়ো-ক্লাসিসিজমনা অনৌবা কয়াবু তরামনা ওকই অদুগা ফ্রেনচকী নিয়ো-ক্লাসিসিজমনা অনৌবা মওং, মতৌ, মীৎয়েং হায়বসিদা ইয়া য়াদে। মখোয়না হৌখ্রবা মতমদা লৈরম্বা কয়ানা ইরম্বা অমসুং মখোয়না ঙাক্লম্বা নীতি নিয়ম কয়ামুক অদুগী মতুংইন্না

চৎলম্মী। অদুবু এলিজাবেথকী মতমগী সাহিত্যদি ক্লাসিকেল নিয়মশিং অসি ইন্দনা ইরকখিবা সাহিত্যনি। মতম অসিদা ইংরাজী সাহিত্যদা অঙকপা, ফজরবা পোৎথোক কয়া মশক উখি। অদুবু রেষ্টোরেশন যুগ হায়না খঙনদুনা নিংথৌ চার্লসনা ফ্রান্সতগী হল্লক্তুনা ইংলণ্ডগী নিংথৌ ওইরকপদগীদি জাতিসিগী মীয়ামগী পুক্লিংগী ফিবম, মীৎয়েং অসি হোংলক্তুনা নিয়ো-ক্লাসিসিজমগী চৎনবী, নিয়ম কয়াদু চেকশিন্না অমসুং কায়হন্দনা ঙাক্তুনা চৎনবগী যুমফম থোনবা হৌখি। অকে-অমৌ অমসুং নুংঙাইথোকপগী পুন্সি মরেল অমদা তাউদুনা লৈরবা নিংথৌগী অঙম-অথৌ অমসুং মীয়ামনা সাহিত্য অমসুং কলাগী মতাংদদি নিংথৌনা হায়বদুনা অরোইবনি, মহারানী এলিজাবেথকী মতমদা ইরম্বা সাহিত্যবু য়াম্না চাওখৎত্রিবা, হনথবা মতমদা লৈরিঁঙেদা ইবা মখোয়না য়াম্না কেনা-মৌনা হিংলিবা মতম অদুগী অপাম্বগা চানদবা, ওন্নতৈনবা সাহিত্যনি হায়না খন্নবা মতমনি। মখোয়গী অনৌবা মীৎয়েংসিগা চানবা গুণ, মতৌ লৈবা, তনান তনানবা, থোইনা অরুবা মরেপ য়াওদ্রবসু ইশেং শেংনা উবা ফংবা, য়াবা, চাং নাইবা অমসুং হেনজিন্দবা অখাকপা থম্বা, লৈবা মখলগী সাহিত্য অমা পাম্লবা হৌরকখি। মতম অসিদা ফ্রান্সকী ইথিল অসি কন্না চঙলকখি। অকক্লবা চৎনবী, নিয়ম কয়া কয়া মতম অসিগী দ্রামা, শৈরেং অমসুং অতৈ সাহিত্যগী মই কয়াদা শোয়দনা ঙাক্তুনা, ইন্দুনা ইবা তাখি; হায়রিবা চৎনবী নিয়মশিং অসি ইন্দবা মইশিং অদুবু হনথবা থাক্কী খূৎইনি হায়না লৌনখি।

রেষ্টোরেশনগী যুগসি ইংলণ্ডদা ক্রিটিকেল ওইবগী অকনবা মতম অমনি, মতমসিদা লৈরম্বা ক্রিটিকশিংগী মরক্তা অমগা অমগা য়ানদে, মোৎ খেৎনৈ। হৌখ্রবা মতমগী অরিবা মীৎয়েংদা পাম্বা কাঙবুগা অনৌবা মতমগী অনৌবা মীৎয়েংদা থাজবশিংগা, ফ্রেনচ অমসুং ইংলণ্ডগী দ্রামা ইবশিংগী মরক্তা লৈবা মান্নদবা মওং, এলিজাবেথান অমসুং জেকোবিয়ান মতমগী কল্পনাগী চাং য়াম্না য়াওরবা সাহিত্যগী লাম্বা ওইরকলিবা অনৌবা সাহিত্যগী মীৎয়েং; এলিজাবেথকী মতম অমসুং ময়ায় যুগকী 'চাওখৎপা' ৱাৎলিবা মতমদা ফংবা মশক, মওং চুম্না নিংথিনা শাদোক-শেমদোক্ত্রিবা মুক্তাশিংদগী (rough diamonds)

রেষ্টোরেশনগী মতম অসিদা লৈরিবা মীশিংনা হেন্না ফজবা, নিংথিবগী খণ্ড হৈবগী মগুন্দা হেল্লি হায়বনচিংবা ব্রাফমশিং অসিনা মৃক্রবগী মচাক ওইহনবদা নত্তনা ক্রিটিসিজমবু অনৌবা লম্বী অমদা পুনবা হোৎনখি। অসিগুম্না চমম্লবগী মরক্কী তাঞ্জা অসিদা অপাকপা অমসুং অশেংবা মীৎয়েংগা লোয়ননা মশাদা অতৈ লম কয়াগী খণ্ড হৈবা জ্ঞান লৈরবা মহৌশাগী পীথোরকপা লৌশিংসু লৈরবা ক্রিটিকেল ওইবা লমদাংদা ইকুপ কুপশিন্দুনা লৈরিবা অমম্বদু হাইদোকপ্রগা অনৌবা চৎনবা য়াবা ক্রিটিসিজমগী লম্বী অমা য়াৎতুনা লম অদোমদা মখা তানা চৎথনবগী লম্বী জোন দ্রাইদেননা য়াংলম্মী। মতম অদুগী বোইলু (Boileau), কোরনেইল (Corneille) নচিংবা ফ্রান্সকী ক্রিটিকশিংনা ইরম্বা পূম্নমক নিংথিনা খণ্ডবদা নত্তনা মহাক মতাং খরদদি মখোয়গী মোংকী মতুং ইনখি; অদুবু মানা ইরম্বা খ্বাইদগী শীংথানবা য়াবা ক্রিটিকেল ব্রারেংশিংদদি মবৈবাক ইংলণ্ডগী সাহিত্যগী মতাংদা অতৈ লৈবাক্কী প্রভাব য়াওহন্দনা নীংতম্লা অমসুং মরৈবাক নুংশিবগী অপাকপা মীৎয়েংগী লমজিংদা মমুৎ তানা ইখি। মসিনা মহাকপু অতৈ অতৈগী মরক্তগী লমসিদা মাঙজিন থাবা মী অমা ওইহনখি। মহাক্লা ক্রিটিকেল ওইবা ব্রারেং কয়া তোঙান তোঙানবা হীরমদা ইরম্মী, পূম্নমক চপ মান্ননা মগুণ লৈবা অব্রাংবা থাক্কীনি হায়না লৌনদ্রবসু।

খ্: কুম ১৬৬৫ দা ইরগা ১৬৬৮ দা ফোঙখিবা "এসে ওফ দ্রামাটিক পোয়েজি" *(Essay of Dramatic Poesy)* হায়বসি দ্রাইদেননা ক্রিটিসিজমগী লমদা ইরম্বশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী শীংথানবা মমিং চৎপা লাইরিকনি। ইরিবগী মওংদি সিসেরোনা ইরম্বা দাইয়েলোগ *(Ciceronian Dialogue)* কী মওংদা ইবনি। ব্রারী-ব্রাতাই শাবগী মওংসিদা মীশক মরিখক য়াওই। অহানবা ব্রা ঙাঙলিবা ক্রিটেস (Crites) হায়বসিনা থায়নগী অরিবা মোৎ, ব্রাখল্লোনবু য়াই, শৌগৎলি; য়ুজেনিয়স (Eugenius) হায়বসিনা দ্রাইদেনগুম্লা কলা হায়বসি মাঙলোমদা চঙশিনবা, চাওখৎলকপগী খোঙথাং (progress) হায়বসি লৈ হায়না থাজে অমসুং এলিজাবেৎ মতমগী ইংরাজী দ্রামাগী মথক থোংবা অহেনবা মগুণশিং অদুবু শীংথাই; লেসিদিয়স (Lesidius) হায়বসিনা ইংরাজী দ্রামাদগী

ফ্রেনচগী ড্রামাবুনা এলিজাবেৎ মতমগী ড্রামানা রেষ্টোরেশন মতমগী অঙনবা শরুক্তা লৈরম্বা ড্রামাদগী হেন্না পাম্বা উৎলি; ৱারী-ৱাতাই শাবসিদা য়াওরিবা ড্রাইদেনমকনি হায়না লৌনরিবা নিয়েন্দর (Neander) হায়বসিনা ফ্রান্সকী ওইবা ড্রামাগী মায়োক্তা ইংরাজীগী ড্রামাবু শৌগৎখি অমসুং বেন জোনসন (Ben Jonson), বুমোন্ত, ফ্লেৎচর (Beaumont and Fletcher), অমসুং শেক্সপিয়ারবু ৱাংনা থাংগৎতুনা হায়, অদুবু ড্রামাদা খোঙ্থোক মান্নবা ৱাহৈ (rime) শীজিন্নববুদি শৌগৎলি। ৱারী-ৱাতাই অসিদা ক্রিটেসনা মহাক্কী মতমদা লৈরিবা অইবশিং অসি মখোয়না লৈরিবা মতম অদুগী মমাংগী যুগকী চীংলেম্বা ফজবা মতৌদু নৎত্রগা হৌখ্রবা থায়নগী মতমগী মতৌদু অমতা য়ৌবা ঙমদ্রে হায়। অচুম্বা অশেংবা শৈরেং হায়বদু মখোয়না মাংথোকলে, শৈরেংগী আত্মা ওইরিবা প্রকৃতি (Nature) হায়বসি মখোয়না ইরিবা অমতদা য়াওদ্রে। ক্রিটেসকী ৱাফমসিদা গ্রীক অমসুং রোমান অইবশিংবু ইকাই খুম্নবা, ব্যবহার ওইনা যুজিনিয়সনা মখোয়দা পুমকৎ কৎথোকপদি য়ানিংদে। মহাক্না লৈরিবা মতমগী অইবশিংবু হংগোইনা খনবা অমসুং মরৈবাকপু অদুক হনথনা তোন্না খন্দুনা মখোয় অসি ইবগী লমদদি থায়নগী হৌখ্রবা মীরোলনা ইরম্বগা মান্নবা ঙমদবনি মরম খরদদি মখোয়দগী ফাওবা হেন্না ফজনা ইবা ঙমদবশিংনি হায়বা মীৎয়েংসি মহাক্তি য়াখিদে।

"এসে ওফ ড্রামাটিক পোয়েজি" হায়বসিদা মীশক মরিখকনা টেমস তুরেলদা হি তোংদুনা চৎপদা শানবা ৱারী-ৱাতাই অদু য়াওরি। মসিদা য়াওরিবা ক্রিটেস হায়বসি অশেংবা পূন্সিদা ড্রাইদেনগী মবাই ওইবা সার রোবার্ট হোৱার্দনি, য়ুজেনিয়সনা ড্রাইদেনবু শৌগৎপিবা, পুকনিং থৌগৎপিবা পেট্রোন লোর্দ বুখর্ষ্টনি, অহুমশুবা মীশক লিসিদিয়স হায়বসিনা মতমদুগী বুদ্ধি লৌশিং লৈবা নহা সার চার্লস সিদলি হায়বসিনি অমসুং নিয়েন্দর হায়রিবা মরিশুবা মীশকসিনা ড্রাইদেন মশামকনি। চরিত্র মরি অসিনা অইবশিংনা পুন্সিদা য়েংলিবা, লৌরিবা মান্নদবা খেন্নবা মীৎয়েং মরিগী মোৎ অদুগী মীহুৎ ওইনা উৎলি। ক্রিটেস হায়বসিনা হৌখ্রবা থায়নগী মতমদা ইরম্বা ড্রামাগী মতিক মগুণবু ৱাংনা খনবা অমসুং ক্লাসিকেল যুগকী মতুং তারকপদা খন্নবা য়াবা অফবা মখলগী ড্রামা অমতা ইরক্তরে হায়বা

মোৎ লৈবা ক্লাসিসিষ্টনি। ক্লাসিকেল কাংলুপকী নিয়ম মহাক্লা কন্না শৌগৎখি অমসুং অসিগুম্বা ক্লাসিকেলগী নিয়মশিং অসি ইনবতনা মতমগী ড্রামাগী মিংচৎ থম্বা ঙমগনি হায়না মহাক্লা থাজখি। ক্রিটেসনা ক্লাসিকেল য়ুনিটি ঙাক্কদবনি হায়, ১৭ শুবা চহীচাগী ড্রামাদা হিরোইক কপলেৎ অমসুং পরেংগী অরোইবদা খোনথোক মান্নবা ৱাহৈ শীজিন্নবগী মওং rhymed verse অসিবু য়ানিংদে। য়ুজিনিয়সনা হৌজিক মতম হায়বসিগী মনুংদা ইরিবশিং অদু ৱাংনা থাংগৎলি, মদুগী মায়কৈদা লেপ্পী অদুবু ড্রামাগী লমদা ক্লাসিকেল মীৎয়েংদা লৈরিবা নিয়মশিং অদুবুদি মহাক য়াদবা তৌদে। হৌজিক্কী মতম হায়বসিগী মনুংদা ইরিবা মীশিংসিনা ক্লাসিকেলগী নিয়মশিং অদু চপচানা শেংনা ইন্দুনা ইবা মীনি, থায়নগী মতামগী অইবশিংনা মখোয়না ইরিবা ড্রামাগীদমক মখোয়না শেমজবা নিয়মশিং অদু তত্তনা কাউথোকই হায়না মানা লৌই। লিসিদিয়স নিংথৌ চার্লস II গী তুংইনবা মীনি, ফ্রান্সকী ড্রামাদগী ইংরাজীগী ড্রামানা মতিক মগুণ হনথৈ হায়না মহাক্লা লৌখি। ক্লাসিকেল নিয়মগী পরিংদগী য়েংলকপদা মহাক্লা শেক্সপিয়ারগী ড্রামাবু প্লোট শেমগৎপদা ইকোম কোম্মী অমসুং য়ুনিটি অহুম হায়দুনা লৈরিবা অদু ঙাকতে হায়বগীদমক্তা নুংঙাইতবা ফোঙদোকখি। ড্রাইদেন্নি হায়রিবা নিয়েন্দরনা মীশক অহুমসিগী মোৎ অদুগী পাউখুম পীখি অমসুংএলিজাবেথান অমদি জেকোবিয়ান মতমগী ড্রামাগী ফজবা মগুণশিং অদুবু ৱাংনা থাংগৎখি। মাগা লোয়নননা চৎমিন্নরিবা অতোপ্পা মীওই অহুমদুনা ক্লাসিকেল ওইবা মীৎয়েংদগী সাহিত্যবু য়েংলিবা মতৌদুগী অশেংবা, চপচাবা মতৌসি খঙবা অমসুং লৌশিনবা ঙমদ্রে হায়না মানা লৌখি। ক্লাসিকেল নিয়মদা থাজবা কাঙবুনা ড্রামাদা য়ুনিটি অহুম ঙাক্লা ইগদবনি হায়রিবসি ইনবতনা ড্রামা অমা মায় পাকহনবা য়ারোই। অসি নত্তবা ড্রামা অমদা চঙদবা য়াদবা মচাক অতৈ অতৈ — ফাগি-জুগাই, পুকনিংগী ইহুল, চরিত্র অমসুং উৎলিবা থৌদোক-ৱাথোকশিংদু অহিংবা পুন্সিগী মতৌ মানবা হায়বনচিংবশিং অসিসু দরকার ওই। ট্রেজেদি লীলাদা অরোইবদা খোনথোক মান্নবা ৱাহৈ শীজিন্নববু অমসুং শেক্সপিয়ারনা মাগী ড্রামাদা ক্লাসিকেল য়ুনিটি হায়না লৈরিবসি ঙাক্লমদববুসু মহাক্লা য়াই।

মীওই মরিসিনা দ্রামাগী মরুওইবা সংজ্ঞাবুদি য়ানরগা সংজ্ঞাসিনা মখোয়গী খন্ন-নৈনবদুগী থিয়োরিগী য়ুমফম ওইনে। দ্রামা হায়বসি শোয়দ্রবা অমদি অহিংবগী মতৌ য়াওবা মীওইবগী মহৌশা-নেচরগী মশক অমনি, মসিদা পুন্সিগী পুক্লিংগী অপাম-পামদ ইহুলশিং অমসুং পুক্লিংগী ফিবম মওং উৎকনি, অদুগা মখোয়শিং অসিগী মখা পোল্লিবা মীগী মরাইবক্তা থোরক্লিবা অহোংবশিংদু ভাবোক্কী নুংঙাইনবা অমসুং কান্ননবা উৎতুনা ফোঙদোক্কদবনি।... A just and lively image of human nature, representing its passions and humours, and the changes of fortune to which it is subject, for the delight and instruction of mankind. দ্রামাদা উৎলিবা, য়েকলিবা মীশক চরিত্র অদু অহিংবা মীগী মতৌ মানগদবনি হায়বসি দ্রাইদেননা কন্না থাজখি। দ্রামাগী মনুংদা য়াওরিবা, উৎলিবা থৌদোক-ৱাথোকশিংগী অপূনবা মশক - য়ুনিটি ওফ একশন - হায়বদি প্লোট, দাইয়েলোগ অমসুং কেরেক্তরনা মতাং অমদা পূন্না উনফম ওইরিবসি ঙাক্কদবনি হায়না দ্রাইদেননা হায়। লাই য়েকপা মী অমনা মানা য়েকলিবা লাইদুগী অচুম্বা মীৎয়েং, শক্তম - পরস্পেকটিবকী লমজিংদা লাই য়েকপগুম দ্রামা ইবা মী অমনসু তোঙান তোঙানবা মচাকশিং, ফোর্সশিং অদুনা পূন্না তিন্নরদুনা অপূনবা অমতা ওইবা মপুম ওইবা ফল অমা পীরিবা মশক্কু খঙদুনা উদুনা দ্রামাবু য়েংনবা হোৎনগদবনি। প্লোটকী অপূনবা, অমতা ওইবা মতৌ — unified plot হায়বসিনা লীলা অমগী য়ুমফমনি, প্লোটসিনা হৌফম ওইরগা অমদি মসিদগী থোরক্কুনা কেরেক্তরশিংদুবু থৌইনশিন পীরিবা মীৎয়েং, ৱাখল পূন্নমকসি ওইরকই অদুগা উৎলিবা, ফোঙদোকলিবদুদি মতম অদুগী, মীওইশিং অদুগা চানবা, লৈবাক্কুগী, লমদুগী চূনবা, থাক অদুগা চানবা, কেরেক্তরশিংদুগী মতিক-মপা ওইবা ওইহনগদবনি হায়না দ্রাইদেননা হায়। অসুন্না কেরেক্তরশিং অদুগী ৱাঙাং-শাঙাং হায়দোক-তৌথোরকলিবা অদুনা মখোয়গী মীৎয়েং, মতৌগা চান্নরগা মদু ফোঙদোক্লবা ৱাহৈ, লোন হায়বসি মদুগা চানবা ওইনা লাকই। অসুন্না দ্রামাগী শক্তমসি প্লোটনা য়ুমফম ওইরগা দ্রামাগী অতৈ মচাকশিংদুনা মসিগী মথক্তা মথং মথং লোনখৎতুনা হাপচিল্লক্লগা অরোইবা

মতোনদুনা লোন নৎত্রগা ফোঙদোক্লবা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ-ৱাতানা ওইহন্দুনা পিরামিদকী মওংদা শাগৎলি।

প্রাকটিকেল কোমনসেন্স হায়বদি মীয়াম্না লৌনরিবা, খণ্ডনরিবদুবু থবক ওইনা পাঙথোক্নুনা, পুথোক্নুনা উৎপা ঙম্বা হায়বসি দ্রাইদেনগী ইংরাজী ক্রিটিসিজমদা পীরম্বা অচৌবা লমজিং অমনি। "প্রেফিস টু দ ফেবলস" হায়বসিদা মহাক্না হোমরগা ভর্জিলগা, ওভিদকা চোসরগা লৌখৎতুনা চাংদম্নদুনা নৈনবগী লম্বী অমা উৎলম্মী। মখল অসিগী নৈনবগী মওংসিনা মহাক্না কমপেরেটিব ক্রিটিসিজম হায়বসিগী লম্বী য়াৎলম্মী। দ্রাইদেননা ক্রিটিসিজমগী লমদা ইরম্বা মরুওইবা লাইরিকশিংদি মথাগী অসিনি ঃ

১। "এন এসে ওফ দ্রামাটিক পোয়েজি" — ১৬৬৭
২। "দিফেন্স ওফ দ্রামাটিক পোয়েজি" — ১৬৬৮
৩। "এসে ওন দ্রামাটিক পোইট্রি ওফ দ লাষ্ট এজ" — ১৬৭২
৪। "এপোলোজি ফোর হিরোইক পোইট্রি" — ১৬৭৭
৫। "প্রেফিস টু ট্রোইলস এন্দ ক্রেসিদা" — ১৬৭৯
৬। "প্রেফিস টু এলিবিয়ুন এন্দ এলবানিয়োনস" — ১৬৮৫
৭। "দিসকোর্স কনসর্নিং দি ওরিজিন এন্দ প্রোগ্রেশ ওফ সেটায়ার" — ১৬৯৩
৮। "প্রেফিস টু এইনিদ" — ১৬৯৭
৯। "প্রেফিস টু ফেবলস" — ১৭০০

ডা. সামুয়েল জোনসননা দ্রাইদেনবু ইংলিস ক্রিটিসিজম হৌদোকলম্বা অপোকপনি হায়না শীংথারম্মী। জোর্জ সেন্টসবেরিনা ইংরাজী দ্রামাগী চৎনবী অমা শেক্সপিয়ারনা হৌদোকলম্বগুম দ্রাইদেননা ক্রিটিসিজমগী চৎনবী হৌদোকলম্মী হায়রম্মী। বেন জোনসননা উৎলম্বা অপাকপা মীৎয়েংগী লিবরেল ক্রিটিসিজমগী মওংদুদা দ্রাইদেননা ক্রিটিসিজমবু পুনবা হোৎনখি, মঙোন্দা য়াওবা ক্রিটিকেল ওইবা মীৎয়েং, মাগী ৱাখল অসি পাকচাউবগা লোয়ননা অতৈ মোৎ কয়াবুসু য়াবা কোনশিনবগী মতৌ য়াওই অমসুং মাগী মমাঙদা লৈরম্বশিংদগী

হেন্না নোঞ্জবা অমদি হেন্না লৈবাকমচা তাবগী মতৌ অমা মঙোন্দা য়াওই।

লন্নাইগী ওইবা অপাম-পামদ, য়ানিংদবা কয়াদগী নীংতম্না লৈবা ঙম্বা, অপাকপা ৱাখল, মীৎয়েং লৈবা হায়বসি অশেংবা, অচুম্বা ক্রিটিক অমগী মগুণনি হায়না লৌনৈ। হায়রিবা গুণশিংসি মী অমদা পূন্না লৈবসি তাঙনা থোকই অদুবু দ্রাইদেনদদি গুণশিং অসি লৈ। মহাক্না হৌদোকলম্বা প্রাকটিকেল ক্রিটিসিজমগী মওংসি মতুংদা লাকপা মতম কয়াদা কান্নরবা লমজিং ওইনৈ। অকিবা লৈতনা নীংতম্বা লৈবা, মওং অমসুং মতৌ কয়াদা ফোঙদোকলিবা সাহিত্যগী মমল - ভেলুজবু ময়েক শেংনা খঙবা, অশেংবা সাহিত্যগী গুণশিংবু তশেংনা খঙনা নুংশিবা, তোঙান তোঙানবা যুগ অমসুং জাতিশিংগী সাহিত্যবু মুন্না খঙবা, কমপরেটিব, এনালিটিকেল, হিষ্টোরিকেল, সাইকোলোজিকেল মখলগী ক্রিটিসিজমগী মওং-নমুনা মুন্না খঙবগা লোয়ননা অশেংবা সনাবু য়ানশিন্নবা শেংদবদগী মশক খঙদোকপা ঙম্বা গুণশিং অসি সাহিত্যগী বিচারদা য়াওগদবা গুণনি। মশাদা অনৌবা খুৎশেম-ক্রিয়েটিব ওইবগী শক্তি লৈবা প্রাকটিকেল ওইবা নিয়ো-ক্লাসিক ক্রিটিকনি দ্রাইদেন। অফবা, অৱাংবা সাহিত্যনা অহানবদা অপাবশিংদা নুংঙাইবা পোকহল্লগা অদুদগী পাউতাক পীবগী থবকসু পাঙথোক্কদবনি হায়না মহাক্না লৌই। মহাক নিয়ো-ক্লাসিসিষ্ট ওইরবসু অকক্কবা থাজনবী, চৎনবী দোগমা অমনা পুন্দুনা থম্বা মীদি নত্তে। মহাক অপাকপা মীৎয়েংদা থাজবা মীনি, বেন জোনসনগা লোয়ননা দ্রাইদেননা ইংলিশ ক্রিটিসিজমগী লমদা কোমনসেন্স হায়বদি মীয়াম্না য়ানবা খঙনবা মওংগী মীৎয়েংসি পুশিল্লকখি, কোরনেইলগী নিয়ো-ক্লাসিক ফ্রেঞ্চ দ্রামানা য়ুরোপ অমসুং ইংলণ্ডগী ভাবোকশিংগী পুক্লিংবু ইশুম-শুমহৎখ্রবা মতমদা শেক্সপিয়ারগী মগুণবু ৱাংনা থাংগৎতুনা মায় পাকপগী ফিরাল ৱাংনা পাইহল্লম্বা ইংলিশ জাতিগী ওইবা অহানবা জাতীয় ক্রিটিকনি দ্রাইদেন। মাগী ক্রিটিসিজমগী মীৎয়েংদা চৎনদ্রবা হৌখ্রবা মতমগী ওইবা মতৌ অমসুং ময়ামনা ইখঙ খঙনরবা ৱাফম কয়া য়াওই, মসি অশোয়বনি হায়না উৎনৈ। মহাক্কী মতমদুগী চৎনবী কা হেন্না মহৈমশিং হৈবা উৎপগী অশোয়বসু মঙোন্দা য়াওই, শকখঙ-মায়খঙনরবা অইবশিংগী নীতি-নিয়মদা কা হেন্না থাজবগী

অশোয়বসু লৈ। অদুবু অসিগুম্বা অশোয়বশিং অসিনা থাদা মায়হিং কারবসু থাগী মঙাল, ফজবদি মাঙদবগুম ড্রাইদেননা ক্রিটিসিজমগী মতাং কয়াদা মাগী মই কয়াদা উৎলিবা বুদ্ধি, জ্ঞানগী অরংবা শরুক অদুবুদি খুমজিন্দুনা, লোৎশিন্দুনা থম্বা ঙমদে। ক্রিটিকেল ভেলুগী অমদি মসিগা মরী লৈনবা নিয়ম, চৎনবীগী লমদা অহোংবা, অওনবা কয়া লাক্লবা মতম অমদা মহাক্না অশেংবা মীৎয়েং অমসুং ব্লাখলগা লোয়ননা ক্রিটিসিজমবু অব্রাংবা, অচুম্বা লমজিং অমা পীরম্মী। মাগী লমজিং অসিনা শেংদবা অমম্বা পুক্লিং অমসুং অচুম্বা বুদ্ধিগী শক্তিনা লমজিং ওইরিবা তুংগী মীরোল কয়াদা ক্রিটিসিজমগী লমদা চুম্না চৎহন্দুনা সাহিত্যবু মশক খঙনা নৈনবা অমসুং মগুণ লেপ্পগী লমজিং পীরম্মী।

# ১৯ঃ রোমানটিক ক্রিটিসিজম

খৃষ্ট কুম ১৮০০ দা ৱিলিয়ম ৱার্দসৱার্থকী "প্রেফিস টু লিরিকেল বেলাদস" ফোঙলকপদগী ইংলিশ ক্রিটিসিজমদা অনৌবা খোঙথাং অমা হৌরকখি। রোমানটিক ক্রিটিসিজম হায়না খঙনবা মখলগী ক্রিটিসিজমগী মতম অসি কুইদনা তেন্না খৃ: কুম ১৮০০ দগী ১৮২৫ অসিৱাই ফাওবগী মতম অসিদদা কন্না লৈরম্মী হায়নৈ, মতাংসিগী ক্রিটিসিজমদা কবিতাগী হৌনবী মহৌশা অমসুং মসিগা মরী লৈনবা হীরম কয়াদা চাউনা অহোংবা লাকপগী ৱা কন্না খন্নৈনখি। চুম্না ক্রিয়েটিব লিটরেচরগী মতাংদদা নত্তনা ক্রিটিকেল ওইবা ৱাখল অমসুং নৈনবগী মতাংদসু ইংলণ্ডনা য়ুরোপকী কাঙলুপ খুদিংগী মাঙজিন থাবা লমজিংবা ওইদুনা থিয়োরিতিকেল অমসুং জুদিসিয়েল ক্রিটিসিজমদা মরুওইবা মচাক কয়া পীবা ঙমখি।

রোমানটিক হায়বা ৱাহৈসি ইংলণ্ড, ফ্রান্স অমসুং জর্মনীদা মতাং মতাংগী ওইনা তাঞ্জাগী মতুংইন্না শীজিন্নবা ৱাহৈ ওইনা লৈরবসু, খৃ: কুম ১৮০০ অদুৱাইদা মেদাম দি ষ্টেল (Madame de Stael) অমসুং এ. দব্লু. স্লিগেলনা নৈনবা ৱারেংশিংদা শীজিন্নরকপদগী অককুবা অর্থদা শীজিন্নবা হৌরকখি। রোমানটিক শৈরেং লাকপদগী শৈরেংগী অনৌবা মশক অমা হোংলকপগুম, ইংলিশ লিটেরেরী ক্রিটিসিজমদসু অনৌবা মীৎয়েং, গুণ অমসুং মপাঙ্গল কয়া পুথোকনরকুনা ক্রিটিসিজমগী ওইবা মই কয়া থোরকপদগী মসিবু রোমানটিক ক্রিটিসিজম হায়না খঙনরকখি।

ইংলিশ ক্রিটিসিজম হৌগৎলকপদদি লোন অমসুং ষ্টাইলগী হীরমনা ইকুপ কুপশিন্দুনা মরুওইনা হিয়ুমেনিষ্টিক হায়বা লম অসোমদা চঙশিল্লম্মী। রিনাইসাঁ

অমসুং নিয়ো-ক্লাসিকেলগী মতমদসু মীৎয়েং অসিদা অহোংবা লৈরমদে, অঙনবা মতমসিদা শৈরেংগী হৌরকফম, মসিগী প্রভাব হায়বনচিংবা মরুওইবা ব্রাফমশিং অসিদা থোইনা লুনা য়েংনরুদে, খন্নরুদে। ১৭ শুবা চহীচাগী ময়ায়দগী ফ্রেনচকী ইথিলদগী রিনাইসাঁ ক্রিটিসিজম থাদোক্লখিদুনা নিয়ো-ক্লাসিকেল ক্রিটিসিজমনা মহুৎ শিল্লকখি।/য়ানরবা চৎনবী নিয়মবু থুগাইদনা ইনবা, পুকচেল, মীৎয়েং খৃজিনবগী মতৌসি শেংনা উখি। ফ্রেনচকী অইবশিংনা লেপলম্বা ইবগী চৎনবী, নিয়মশিং অদু চেৎনা কায়হন্দনা ইনবা হায়বসিনা অনৌথা ব্রাখল, মীৎয়েং পুথোকপদগী হেন্না লুনা লৌনরম্মী। অদুবু ১৮ শুবা চহীচাগী অরোইবা চহী ৩০ মুক্তা রোমানটিসিজমগী পংকন কন্দবা খোঞ্জেল তাবা ফংবগা লোয়ননা মীৎয়েং অসি মকা ফোংনা থোরক্কদবগী মতৌ অদু উৎপা হৌরকখি।

নিয়ো-ক্লাসিকেলগী মতমদসু পাকচাউবা, লিবরেল ওইবা ব্রাখলগী ইচেল অমা ফুমদুনা লৈরম্মী। অসিগুম্বা অপাকপা মীৎয়েং-লিবরেলিজম অসিদি ফ্রেনচকী মতম কয়া মখা থারবা মীগুম্না নিয়ম, আইন থাদোক্তনা ইন্দুনা নপতুনা লৈবগী, চৎপগী মতৌদু হৈনদবা নীংতম্বা মীৎয়েং পামজবা ইংরাজী জাতিগী শিংলিদা য়াওরিবা মতৌসিদগী ওইরকপনি। ইংলিশকী শিংলিদা য়াওরিবা নীংতম্বা, অপাকপা লিবরেল ওইবা মীৎয়েং, মতীং অসিগা লোয়ননা লোঞ্জাইনসকী অকনবা ইথিল অমসু লাকখি। ১৬৭৪ দা ফ্রেনচতা হন্দোক্তুনা লোঞ্জাইনসকী "ওন দ সব্লাইম" ফোঙলকপদগী হেন্না হেন্না খঙনরক্তুনা মওং কয়াগী ক্লাসিসিজমগী প্রভাবনা কা হেন্না লাকহত্তুনা শাথীরবা মতৌ ওইরক্লবা মতমসিদা লাইরিক অসিনা মেঙনা ইংনা তপথহনবগী ইথিল অমা পীরকখি। ১৮ শুবা চহীচাগী সাহিত্য নৈনবগী ব্রারোল অমসুং ফজবা নৈনরোল - এসথেটিক্সকী অয়াম্বা শরুক্তি লোঞ্জাইনসকী নিয়মগী মতুংইন্না তৌনখি।

১৮ শুবা চহীচাগী অনীশুবা তংখাইদা পৃথিবীগী মফম কয়াদা রাজনীতিগী নীংতম্বা ফংনবগী অকনবা খোঙহৌ চঙশিল্লকখি - নীংতমবগীদমক থেংনখিবা আমেরিকাগী নীংতম লান অমসুং ফ্রেনচ রিভোলিয়ুশননা মসিগী সাক্ষিনি। অসুম্না বুদ্ধি অমসুং ব্রাখলগী লমদসু কনাগুম্বগী মখা পোন্দনা নীংতম্না লৈবগী মতৌ

অসি পাকশন্না শন্দোরকপগা অনৌবা মীৎয়েংসি ইংলণ্ডসু পাকশন্না পাম্নরকখি। মীৎয়েং পরিং অসিদগী এরিষ্টোটল, হোরাস, বোইলুনচিংবা হৌখ্রবা মতমদা লৈরম্বা মী কয়াগী মোৎ, মীৎয়েংবু নৌহৌননা য়েংশিনবগা লোয়ননা পণ্ডিৎশিং অসিগী অৱাৎপশিং পুথোক্লরকখি। ডা. সামুয়েল জোনসননা অরিবা, থায়নগী নীতি-নিয়মশিংবু শীংনরদুনা হায়খি — অনৌবা লাইপোক খুদিংমকনা মাঙদা খণ্ডন-উনরমদবা অনৌবা খরদি পুথোরকই — (every new genius produces some innovation) অমসুং মহাক্না মীগী মতৌ পংতমদা তম্ববু য়ানিংদনা অসিমসু হায়খি — হৌজিক ফাওবদা মীতৌ তম্লগা করিগুম্বদা অচৌবা ওইখিবা মী য়াওদ্রি — (no man as yet ever became great by imitation.)

ছাচা, নমুনা অমগী মতৌ-মওংদা ইরকপা সাহিত্যগী মইবু ১৮ শুবা চহীচাগী লোইশিল্লকপা চহী কয়াদা মসিগী মমাঙদা পাম্লনা তৌরম্বগুম থোইনা পাম্নরক্রে, ইনরক্রে। রোমানটিক ওইবা ৱাখল, মীৎয়েংগী পূনশিল্লকপা মতৌ অমা লাকপগা লোয়ননা অনৌ অনৌবা সাহিত্যগী মই — বেলাদ, রোমান্সনচিংবশিংসি চঙশিল্লকপা, পাম্নবা হৌরকখি। মশাগী ওইবা ৱাখল, মীৎয়েং য়াওদনা মীখা পোন্না মীগী, অতোপ্পগী মতৌ পংতমদা তম্বা থাদোক্লরকলে — শৈরেং অমসুং ক্রিটিসিজমদসু চপমান্ননা অনৌবা ৱাখল, মীৎয়েং পুথোকপা, ফোঙদোকপগী থৌনা অসি হেন্না হেন্না পাম্নরকখি।

মতমসিদা ময়ায় যুগ — মিদল এজ হায়না খঙনবা মতমগী ঈশৈ-নোংমাই, বেলাদ অমসুং রোমান্স হায়না খঙনবা মখলগী ৱারী-ৱাতাই কয়া অসিবু নৌহৌননা পুথোরক্লুনা পাম্নবা হেল্লকখি। বিশোপ পরসিগী "রেলিকস", "ওসিয়ান" নচিংবা লাইরিকশিং ফোঙলকপদগী অঙকপা, থৌনা ফবগী মতৌ য়াওবা সাহিত্যগী মইসিদা হেন্না হেন্না পুক্লিং চঙনরকখি।

অনৌবা মীৎয়েং, ৱাখল্লোনশিং অসিগা ইরোইননা ১৮ শুবা চহীচাগী অরোইবা তংখাইদা ফজবা হায়বসিগী মহৌশা অমসুং কলাগী খূৎশেমনা পোকহল্লিবা, ফাওহল্লিবা মনোবৈজ্ঞানিক — সাইকোলোজিকেল ওইবা মশক

অসিগী মরমদসু কন্না খন্ননৈনবা হৌরকখি। ফজববু নৌহৌনা খন্নরকপগী মীৎয়েংসিগী লমজিংবদি ইংলণ্ডদা ইদমন্দ বর্ক (Edmund Burke) না ওইখি, লেসিং (Lessing), হর্দর (Herder) অমসুং গেটেনা (Goethe) জর্মনীদা এসথেটিক - ফজবগী নৌহৌনা য়েংবা মীৎয়েংসিগী মাঙজিন থাখি অমসুং ইমানুয়েল কান্ট (Emannuel Kant), স্লিগেল (Schlegel), সেলিং (Schelling) নচিংবা পণ্ডিৎশিংগী দার্শনিক ওইবা ৱাখলদগী ফংবা মচাকনা অমুক্কা হেন্না মথৌনা হাপখি। মতম অসিদা ইতিহাসকী ওইবা মীৎয়েং — হিষ্টোরিকেল আউৎলুক হায়বা অনৌবা মীৎয়েং অমসু পান্নরকখি। গিব্বনগী লাইরিক "দ দিক্লাইন এন্দ ফোল ওফ দ রোমান এমপায়ার" হায়বসিদা য়াওরিবা কল্পনাগী শক্তি অমসুং শক্তি অসিগী মতেংনা ইতিহাসকী থৌদোক-ৱাথোক, মতম অমসুং মীওইশিংবু অনৌবা শকফম, মশক-মচু অমসুং মতৌদা উহনবা ঙম্মী হায়বদু কন্না নৈনরকখি। ক্রিটিসিজমদা মতম অসিদা অনৌবা অকনবা ইথিল পীখিবা লাইরিক অমদি টোমাস ৱারটনগী 'হিষ্ট্রি ওফ ইংলিশ পোইত্রি" (Thomas Warton : *History of English Poetry*) হায়বসিনি.

অনৌবা মখল অমসুং লম্বী অমা থিনরিঙৈ অসিদা মতম মতমগী ফোঙবা চেফোঙশিংনা মখোয়গী মীৎয়েংদগী হান্ননা লৈরম্লবা নিয়ম অমসুং চৎনবী কয়াবু শীংনরকখি। "দি এদিনবর্গ রিভিয়ু", "দ ক্বার্টর্লি " নচিংবা চেফোঙশিংদা ইরকপশিংনা সাহিত্য হায়বসি মী মীদুগী লন্নাইগী ওইবা পুক্লিংদা তারিবা মমি অমসুং অপাম্বদুগী মতুংইন্না লেপকদবনি, বিচার তৌগদবনি হায়বগী দাবী অসি তৌরকখি। "দি এদিনবর্গ রিভিয়ু" গী ইদিটর জেফ্রিনা মাগী চেফোঙসিদা উৎলিবা লন্নাইগী ওইবা পুক্লিংদা তারিবা মমি অমসুং অপাম্বগী মতুংইন্না সাহিত্যবু বিচার তৌগদবনি হায়বসিগী মতাংদা রেনে ৱেল্লেক (Rene Wellek) না হায়রি : জেফ্রি রোমানটিক মীৎয়েং লৈবা মীনি, শেক্সপিয়ার, কিটস, বাইরন অমদি সার ৱাল্টর স্কোটকী মতাংদা মানা ফোঙদোকলিবা ৱাখলসিনা মাবু অতৈ ক্রিটিকশিংদগী তোঙান্না লৈহল্লি। সাহিত্যদা চৎনবা শাজৎ-লমচৎপু অমসুং অচুম-অরান ঙাকনা ইন্নবা য়াম্না কন্না মানা হায়, মাগী ক্রিটিসিজম দর্শনগী ওইবা য়ুমফম ৱাৎলি অদুবু

মানা লৌরিবা ইতিহাসকী ওইবা শরুকসিদি থওইদবা চুমলোই। 10 - 3

ব্রাখলগী মীৎয়েং অমসুং মীৎয়েংসিবু ফোঙদোক্লবা লৌরিবা অনৌবা উপায়সিদা য়াওরিবা, ফোঙদোকলিবা নীংতম্বা হায়বসিনি রোমানটিক ক্রিটিসিজমগী মরুওইবা ব্রাদি। যুগ কয়া কয়া এরিষ্টোটল নৎত্রগা হোরাসকী মোৎ মতুংইন্না শৈরেং-সাহিত্য হায়বসি মতৌ তম্বনি, নৎত্রগা নৌনা পুথোরকপা পোৎনি হায়না শক্তাক্লবসি চৎনবী, হৈনবী অমা ওইনা লৈরকখি। নিয়ো-ক্লাসিসিষ্টশিংনা অঙনবা মতমদগী মহৌশাগী ওইনা চৎনরক্লবা ব্রাহৈশিং অসিগী অর্থ অসি ওনথোকনা পিকশিন্না, খূজিন্না লৌনরকপদগী মখোয়না সাহিত্যদা য়েংলিবা মীৎয়েংসি মল্লবা, খুৎনাং চারবা মতৌ অমা ওইরকখি। রোমানটিক ক্রিটিসিজমবু য়াবা, পাম্বশিংনা মীওইবনা হিংলিবগী শরুক পূম্নমক ইখোন খোনজিল্লকলিবা নীংতম্বা হায়বসিগী মাইকৈদগী য়েংদুনা শৈরেংগী অনৌবা সংজ্ঞা পীনবা হোৎনখি। কলাগী জগৎতা মীওইবগী পুক্নিংগী ইহুল - ইমোশন অমসুং কল্পনা - ইমেজিনেশন হায়বা অনীসি ফোংনা শকখঙনরকপগা লোয়ননা অনৌবা শক্তি, মপাঙ্গল লৈখৎলকপা হৌখি। অদুগা ব্রার্দসব্রার্থনা শৈরেংবু শক্তি লৈবা ক্লৈং-ব্রাখলগী মতোমতা চেনথজরকপা ইচেলনি, শেলীনা কল্পনা ফোঙদোকপনি অমসুং কোলরিজনা মীওইবগী জ্ঞান, ব্রাখল, পুক্নিংগী খোঁরাংবা, ইহুল অমসুং লোনগী শাৎকাইরকলিবা মনম নুংশিবদুনি হায়না তাক্লগা অরোইবদা নুংঙাইবা পীবা অদুবুনি হায়না মশক তাকই। অরিবা মতমদগী লৈরক্লবা সাহিত্যগী চৎনবী নিয়মশিংদু পুরাপুরী হুন্দোক্লখিদ্রবসু অসুম অসুম থওইনরক্লে, অরিবগী চৎনবীদা সাহিত্যবু মওং-মতৌদা খায়দোক্লুনা য়েংনবদু চৎনদ্রে, সাহিত্যগী মওং অমসুং নমুনা অনৌবা মওং-মতৌ কয়া থোকলকখি। কল্পনা য়াওনা অনৌবা খূৎশেম পুথোরক্লিবা পূম্নমক অমসুং লৌথুপ-লৌকোই য়াওদবা পুক্নিংগী অশেংবা ব্রাখল উৎতুনা ইরিবা পূম্নমক অফবা মখলগী সাহিত্যনি লৌনৈ অদুগা মসিগী ওন্ন-তৈনবদনা মতম শাংনা চৎনরক্লবা ছাচাদা নমুনাদা হৌখ্রবা যুগকী লোন, ব্রাহৈ-ব্রাতা শীজিন্নদুনা ইরকপশিং অদুদি থোইনা অমুক নাচুংনরুদ্রে।

নিয়ো-ক্লাসিকেলগী চৎনবী, থাকসি মকায় মকায় তৌবকপদগী মতম খবদি

চমন্না লৈরুরবসু রোমানটিক ক্রিটিকশিংনা অনৌবা নিয়ম পুথোক্কুনা ক্রিটিসিজমগী অনৌবা লম্বী অমা য়াৎপা ঙমখি। অসিগুম্বা ক্রিটিসিজমগী অনৌবা মীৎয়েংসি শেল্লকপদা কল্পনা - ইমেজিনেশন হায়বসিগী চাউরবা শরুক অমা লৈ। কল্পনা — ইমেজিনেশন হায়বসি হৌজিক্তি শৈরেংগী মরুওইবা, শৈরেংগী আত্মাবু থব্রাইবু খিং খিং লাউনা হিংহুল্লিবা শক্তি অদুনি হায়না লৌনবগা লোয়ননা ক্রিটিককী মথৌদি কল্পনানা মতৌ করম্না মথৌ পাঙথোকপগে হায়বসি খঙবা, উবা, পুথোকপদা লৈ হায়না লৌনরকখি, খন্নরকখি।

কোলরিজ, হেজলিৎ অমসুং লেমনচিংবা ক্রিটিকশিংনা মাগী দ্রামাদা কল্পনা মতিক চানা য়াওহন্দুনা ফজনা শীজিন্নবা হৈবগীদমক শেক্সপিয়াববু ব্রাংনা থাংগৎখি অদুবু ১৮ শুবা চহীচাগী অইবশিংদি মসি শীজিন্নবা হৈখিদে। অসুম্না অশেংবা পুক্নিংগী ইহুল - ইমোশন হায়বসি শৈরেংগী থাদোকপা য়াদ্রবা মচাকনি, মরমদি মসি ব্রাৎলবদি পীনিংংলিবা আপীল অদু ময়েক শেংদে অমসুং ইমেজিনেশনসু খৌ পাঙবদা অপনবা ওই। সাহিত্যনা নুংঙাইবা নৎত্রগা পাউতাক পীবা ওইগদবনি হায়বগী মতম শাংনা লৈরক্লবা চয়েৎনবসিসু কোলরিজগী সাহিত্যনা নুংঙাইবা পীবগী মতেংনা পাউতাক পী হায়বসিনা লোইশিনখ্রে। যুগসিগী রোমানটিক থিয়োরিদা লোঙ্গাইনসকী ব্রাখল, মীৎয়েংগী মমি তাই অদুবু ক্রিটিকশিংনা চঙশিল্লকলিবা খোঙথাং অসিদা মখোয়গী ওইবা তোপতোপ্পা মতৌ অদুদি ময়েক শেংনা য়াওই।

শৈংরেংগী ব্রাহৈ-ব্রাতা, লোন অমসুং শৈরেং লেংবগী মওংদা মতমসিদা অনৌবা মশক-মওং কয়া হৌদোকখি। হোংদোক-হোংজিন য়াদনা চৎনবী অমগী মখা কন্না পোন্না লৈখিবদগী ১৮ শুবা চহীচাদা শৈরেংগী ব্রাহৈ-ব্রাতা, লোন হায়বসি মচু য়াওদ্রবা পোৎশক অমা ওইখি। অসুম্না শৈরেংগী লোন্দা-পুদাসিবু য়ানিংদনা ব্রার্দসব্রার্থনা শৈরেংগী লোন্দা-পুদা অমসুং মীয়াম্না অযুক-নুমিদাংগী পুন্সিদা শীজিন্নরিবা ব্রাহৈ-ব্রাতা, লোন অনীস্সিগী মরক্তা লৈবা অহাঙবা, অহোংবদু তাইশন্নবা হোৎনখি। ইবগী ষ্টাইল অমসুং ইবদা শীজিন্নরিবা মিটরগী লমদসু মতমসিদা নৌহৌননা য়েংশিন্নরকখি।

১৮ শুবা চহীচাদগী ১৯ শুবা চহীচা চঙলকপদা ক্রিটিসিজমগী মীৎয়েংদা সাহিত্যবু মতৌ তম্বা পোৎনি, (mimetic) হায়না লৌনরম্বদগী ইরিবা মীদুগী মশাগী ওইবা ৱাখল, মীৎয়েংদগী থোরকপা - সবজেকটিব ওইবা ভাব ফোঙদোকপনা হেন্না মরুওইবনি হায়বগী মীৎয়েংসি হেন্না ময়েক শেংলকই। নিয়ো-ক্লাসিকেল ক্রিটিকশিংনা সাহিত্যবু সমাজগী ৱাখল মীৎয়েংগা চানবা, চূনবা অমসুং অচুম-অরানগী অশেংবা মশক্তা মরী লৈননা য়েংনবা, নৈননবা হোৎনরবসু, অনৌবা মীরোলগী রোমানটিক ক্রিটিকশিংনদি সাহিত্যবু, শৈরেংবু কবিদুগী পুক্নিং অমসুং মাগী পুক্নিংনা মতৌ করম্না থৌবাংবগে হায়বসিগা মরী লৈননা য়েংবা হৌখি। সেকন্দরী ইমেজিনেশননা করি তৌবা ঙম্বা, মসিগী মগুণ নৈনবনা শৈরেংগী মিত্রং অসি খঙনবা নৈনফম ওইখি কোলরিজদনা, কিটসনা কবিগী খুৎশেমসিবু কবিদা য়াওরিবা নেগেটিব কেপেবিলিটি হায়বসিনা ওইহনবনি হায়।

বার্দসৱার্থ অমসুং কোলরিজগী মমাঙদা লৈরম্বা সার ফিলিপ সিদনি নত্তনা কনাগুম্বা ইংরাজী ক্রিটিক অমতনা মনুং হুনজিন্না য়েংদুনা শৈরেং হায়বসি কবিনো, শৈরেংগী অশেংবা আপীলসি করিদা য়াওই হায়বনচিংবা মরুওইবা ৱাহৎশিংসি হংদুনা মসিগী চপ চাবা পাউখুম পীনবা হোৎনখিদে। শৈরেংগী মরুওইবা মহৌশা হায়বসিগী মরমদা জর্মন অমসুং ইংরাজীগী দর্শন - ফিলোসোফিদগী থৌইনশিনগী মতেংনা অনৌবা থিয়োরি শাগৎলকপসিনি রোমানটিক ক্রিটিসিজমগী মতীংদি। রোমানটিক ক্রিটিসিজমগী তুংদা আই. এ. রিচার্দস অমসুং টি. এস. এলিয়ট না অসিগুম্বা ক্রিটিসিজমগী অনৌবা য়াওল অমা পুরকখি।

রোমানটিক ক্রিটিকশিংনা মশাগী লন্নাইগী ওইবা মীৎযেং, পুক্নিংদা ফাওরকপা কয়াদা য়ুমফম ওইদুনা সাহিত্যবু নৈনরকপসিসু মরুওইবা মচাক অমনি। মতম নাইনা ফোঙবা চেফোঙশিংদা লন্নাইগী ওইবা পুক্নিংদা ফাওরকপদু নৈনবগী শরুক য়াওই। ইমপ্রেসনিষ্টিক ক্রিটিসিজম - লন্নাইগী পুক্নিংদা ফাওরকপা কয়াদা য়ুমফম ওইবা ক্রিটিসিজম অসি মতুংগী মতম কয়াদা হেন্না পাম্নরকখি, পাক-চাউনা শন্দোরকখি, অদুবু মতাং অসিদসু মখল অসিগী ক্রিটিসিজম অসিগী কান্নবা, মরুওইবদুদি অদুম খঙনখি

রোমানটিক ক্রিটিসিজমগী খ্বাইদগী ফজবা মইদা ক্রিয়েটিব ওইবা — নৌনা শেমলকপগী মতৌ য়াওই। নৈনদুনা ইরিবা ক্রিটিকশিংনা শৈরেং, সাহিত্য ইরিবা কবি, অইবশিং অদুগা ফিবম, থাক অমতদা লৈ। ইরিবা কবি অদুগী পুক্লিংগী ফিবম, ব্রাখল অদুবু মুন্না খঙদুনা উরুরগা মখোয়না অফ-ফত্তা নৈনদুনা পুথোরকই। ক্রিয়েটিব - নৌনা শেমদুনা পুথোরকপা মইদা কল্পনা - ইমেজিনেশন হায়বসি শোয়দনা য়াওবগুম কোলরিজ, হেজলিৎ, লেমনচিংবনা ইরম্বা ক্রিটিসিজমগী মইদা ক্রিয়েটিব ওইবা সাহিত্যগী মতিক-মগুণ মরাং কায়না য়াওই। যুগ অসিদা থোকখিবগুম, ওইখিবগুম ক্রিটিসিজম অমসুং ক্রিয়েটিব ওইবা মখলগী মই অনী অসিগী মরক্তা লৈরিবা অহাঙবদু মায় পাক্লা শমজিন্নবা মমাঙগী মতম অমতদা ঙমখিদে।

# ১২ ঃ ৱিলিয়ম ৱার্দসৱার্থ

## (১৭৭০-১৮৫০)

ৱিলিয়ম ৱার্দসৱার্থ কম্বরলেন্দগী কোকরমাউথতা খৃঃ কুম ১৭৭০ দা পোক্লখি, হোকসেদ গ্রামার স্কুলদা লাইরিক তম্বা হৌরকখি, মমৈদা সেন্ট জোন'স কলেজ, কেমব্রিজদগী বি. এ. পাস তৌখি। ফ্রান্সতা খৃঃ কুম ১৭৮০ অমসুং ১৭৯১ দা চৎখি। সামুয়েল টেলর কোলরিজগা য়াম্না চান্নখি অমসুং ১৭৯৮ দা মখোয় অনী পুন্না "লিরিকেল বেলাদস" হায়বা শৈরেংগী লাইরিকসি ফোঙখি। ১৮০৪ দা মেরি হৎচিনসনগা লুহোংখি, ১৮৪৩ দা ইংলন্দগী পোয়েৎ লোরিয়েৎ ওইখি। মহাক ১৮৫০ দা শিখি।

পুক্নিংগী ইথক, ইন্থল হায়বসি কল্পনা — ইমেজিনেশন হায়বসিগী মখা পোলহন্দুনা থোরকপা খুৎশেমনি হায়না মরী লৈনহন্দুনা ৱার্দসৱার্থনা শৈরেংগী মহৌশাগী মরমদা অনৌবা মীৎয়েং অমা পীখি। শৈরেংদা শীজিন্নরিবা কবিগী ৱাহৈ-ৱাতা, লোনগী মতাংদা পুমনৌ নৌবা ৱাফম মহাক্না হৌদোক্লম্মী, ৱাফমসিদা মানা য়েংলিবা মীৎয়েংসিদা য়াদবা মী কয়াসু থোরকখি। মহাক্না শৈরেংগী হৌকম, শৈরেংনা করমনা পারিবশিংগা ভাব, ৱাখল ফাওনবা অমসুং শৈরেংনা পীরিবা অরোইবা ইথিল অসিনচিংবগী মরমদা কয়া নৈনরম্মী। ৱাফমশিং অসিদা মানা হায়রিবশিং অসিদা য়ানিংদবা কয়া লৈবা য়াই, মাগী মীৎয়েংসিদা অৱাৎপা কয়া অমদি মইদা য়াওরিবা অরংবা দর্শন — ফিলোসোফিগী মচাকশিং অদু য়াওদ্রবসু শীংথানরবা রোমানটিক ক্রিটিক অমদি ওই ৱার্দসৱার্থ।

কনাবু কবি কৌগদগে হায়বা ৱাহংসিগী পাউখুম ৱার্দসৱার্থ মশানা মখাগী

অসুম্না পী। কবি হায়বসি মীয়াম্না তাননবা, খঙননবা ব্রা ঙাঙলিবা মী অমনি; মশাদা খীং খীং লাউবা থোৎনৌবা পুক্লিংগী মশক লৈবা মীয়ামদা য়াওই হায়না খন্নরিবসিদগী মীওইবগী মহৌশাবু হেন্না খঙজিন-উশিনবা হেন্না মপুং ফাবা পুক্লিং লৈবা মীনি; মশাদা ফাওরকপা ব্রাখল অমসুং পুক্লিংগী ইহুলদা অমদি মী অতৈদগী হেন্না মশাদা ফাওরক্লিবা হিংবগী শক্তি, থৌনাদা নুংঙাইবা পোকচবা মীনি। He is a man speaking to men; a man, it is true, endowed with more lively sensibility, more enthusiasm and tenderness, has a greater knowledge of human nature and a more comprehensive soul, than are supposed to be common among mankind: a man pleased wiht his own passions and volitions and who rejoices more than other men in the spirit of life that is in him. কবিগী কূপশিন্না য়েংবা, খঙবা ঙম্বা মগুণনা মী অমসুং মহৌশা অনীবু শোকনা খঙবা, উবা ঙম্মী অমসুং ঈশিং নংত্রগা কংফালগী লমদা করিগুম্বদা লৈরাদ্রবা মঙাল অদুবু ফাজিন্দুনা লৌশিনবা ঙম্মী। (catch the light that never was on sea or land.) ইন্দ্রিগী কায়াৎশিংদা ফাওরক্লিবা ব্রাখলগী মমিনা মাবু লৈতাহন্দে অমদি পুক্লিং লৈতারকপা মতমদদি ব্রাখল তৌদুনা পুক্লিং লাংহল্লিবদু ফাথবা ঙম্মী।

কবিনা মাগী শৈরেংদা ফোঙদোক্লিবা, ঙাঙলিবসি মী অতৈনা তানবনি, শৈরেং হায়বসি মী অমসুং মহৌশাগী মূর্তিনি। কবিদি উকিল, মাইবা নত্তে, মহাক্তি ময়াম্না খঙনরিবা ফিলোসোফরসু নত্তে, মহাক্তি মী অমসুং মহৌশাগী অচুম্বা, অওইবা মশক্তু উৎতুনা, মী অমসুং মহৌশানা মাগী পুক্লিংদা পোকহল্লক্লিবা ইহুল, ব্রাখলদু চপচানা ফোঙদোক্তুনা মীওইবদা নুংঙাইবা পীরিবা মীনি। শৈরেংদি নুংঙাইবনা হৌরগা জ্ঞান, লৌশিংনা অরোইবা পনথুং ওই। এরিষ্টোটলনদি শৈরেংগী মথৌ করিনো হায়বসি ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লমদে। অদুবু ব্রার্দসব্রার্থনদি নুংঙাইবা পীবা হায়বসিনা শৈরেংগী পনথুংনি হায়না কন্না মোৎ পীরম্মী। নিয়ো-ক্লাসিকেল কাঙবুনসু অচুম-অরান, অফ-ফত্তা ব্রাখলনা হেন্না

মরুওইনা খন্নদুনা শৈরেংগী পনথুংদি নুংঙাইবা পীবনি হায়বসি অদুক হাকনা কন্না খন্নরমদে। ৱার্দসৱার্থনা মাঙজিন থানা পুখৎলক্লিবা নুংঙাইবা পীবনা শৈরেংগী পান্দমনি হায়দুনা মসিবু য়াম্না মরুওইনা লৌনরিবসি রোমানটিক মীৎয়েংগী অচৌবা খোঙথাং অমনি। শৈরেংতনা পারিবশিংদা মফমদা করিগুম্বা অৱা-নুংঙাই পোকহনবা ঙমগদবনি, কবিগী পুক্লিংদা ফাওরিবা অৱা-নুংঙাইগী মতৌ অদুমক শৈরেংনা পারিবশিংদসু ফাওহনবা ঙমগদবনি। মাগী পুক্লিংগী ইহুল অমসুং জ্ঞাননা কবিনা পাক চাউরবা মীওইবগী সামাজিক সম্রাজ্য অসিবু পুনশিনবা, খোমজিনবা ঙমগদবনি।

শৈরেং করম্না পোক্লকই, ইরকই হায়বসিদা ৱার্দসৱার্থনা শৈরেং হায়বসি পুক্লিংগী মপাঙ্গল কল্লবা ইহুল, ৱাখলগী কোম্না মশানা পাথজরকপা, চেনথজরকপা ইচেলনি, অচিকপদা লৈরগা নৌহৌননা নীংশিলকপা পুক্লিংগী ইহুলনা মসিগী হৌরকফম ওই হায় ঃ spontaneous overflow of powerful feelings; it takes its origin from emotion recollected in tranquillity . . . "প্রেফিস টু পোয়েমজ" (১৮১৫) (১) উবা, খঙবা অমসুং শন্দোক্না উৎপা (observation and description), (২) পুক্লিংদা ফাওবা, খঙবা ঙম্বা (sensibility), (৩) পুক্লিংদা মমুৎ তানা খনথবা (reflection), (৪) কল্পনা তৌবা (imagination and fancy), (৫) নৌনা পুথোকপা (invention) অমসুং (৬) রায়, বিচার পীবা (judgement) থাক তরুকসিগী মতুংইন্না শৈরেং ওইরকই, পোক্লকই হায়না মহাক্না তাকই। ৱার্দসৱার্থনা ইমেজিনেশন হায়বা অসি করিগুম্বদনা ১৮ শুবা চহীচাদা লৌনরম্বা অর্থদা লৌই অদুবু ১৮১৫ গী "প্রেফিস" অসিদদি মনোবৈজ্ঞানিক সাইকোলোজিকেল ওইবা অর্থদা লৌই।

শৈরেংগী ৱাহৈ-ৱাতা, লোনগী মতাংদা ক্লাসিকেল অমসুং রোমানটিক স্কুলগী মীৎয়েং মান্নদে। ক্লাসিকেল স্কুলনা লৈবাক মচা তাবা, মহৈ মশিং হৈতবা মীগী, মীয়াম, মীচম মরক্তা ঙাঙনবা ৱাহৈ-ৱাতা, লোন অদু নত্তবা মখলগী লোন ইবদা শীজিন্নবা পাম্মী; অদুগা রোমানটিক স্কুলনা মহৌশাগী ওইবা, পুক্লিংগী

অশেংবা মতৌ য়াওবা মীয়াম্না ঙাঙনরিবা লোন, ৱাহৈ-ৱাতা শীজিন্নবা পাম্মী। হোরাস, বেন জোনসন, দ্রাইদেননচিংবা নিয়ো-ক্লাসিসিষ্টশিং অসিনা অহানবা মখলগী লোন, ৱাহৈ-ৱাতাসি পামখি। অনীশুবা মখলগী লোন, ৱাহৈ-ৱাতাসিনা রোমানটিক কাঙবুগী পামজবনি।

১৭৯৮ গী অহানবা "লিরিকেল বেলাদস" কী এদভরটিজমেন্টতা শৈরেংদা শীজিন্নবা নিয়ো-ক্লাসিকেলগী লোন্দা-পূদা অসিগী মায়োক্তা মহাক্না অহানবা ওইনা য়ানিংদবা, পামদবা ফোঙদোকখি। ১৮ শুবা চহিচাদা শীজিন্নরম্বা, চৎনরম্বা মচি য়াওদ্রবা অনৌবা মতৌ পীবা ঙমদ্রবা শৈরেংগী ৱাহৈ-ৱাতা, লোনবু মহাক্না য়ানিংখিদে। মখলসিগী লোন্দা-পূদাবু মহাক্না ফত্তবা, ময়ান-তুয়ান তৌববা, মওং কায়রবা অরেম্বদা পংলংদা মরংবা লোননি হায়না শীংথারম্মী। রোবার্ট বর্নস অমসুং ৱিলিয়ম কুপরনা শীজিন্নবা অচম্বা অহিংবা পুন্সিগী মতৌ য়াওবা লোন, ৱাহৈ-ৱাতা চাংয়েং তৌদুনা শীজিন্নবা হৌখি। মহাক্কী শৈরেংশিং অসি মরুওইনা ময়ায় অমসুং অনেম্বা কাঙলুপতা লৈবা মীশিংনা ৱারী-ৱাতাই শাবদা ঙাঙনরিবা, শীজিন্নরিবা লোন, ৱাহৈ-ৱাতাসিনা শৈরেংগী নুংঙাইবদু কদাই ফাওবা পীবা ঙম্বগে হায়বদু খঙদোক্লবা ইবনি হায়খি। অগষ্টান মতমগী পান্দা লংনা উহনবা, হামচৎনরবা অপঙবা মানবা ৱাহৈ শেম্বা অমসুং ফোঙদোকপগী মওং অদুবু য়ানিংখিদে। মহাক্না ময়েক শেংনা মাদি মানা ইরিবা শৈরেংশিংদা মীনা, মীচম্না ঙাঙনরিবা লোন, ৱাহৈ-ৱাতাদুমক মতৌ তমদুনা লৌশিন্দুনা ইরিবনি হায়।

নিয়ো-ক্লাসিকেল অইবশিংনা শীজিন্নবা লোন, ৱাহৈ-ৱাতাবু মহৌশা অমসুং মীওইবগী মচৎ, মতৌদগী তোখাইনা তাই হায়বগীদমক্তা ৱার্দসৱার্থনা য়ানিংখিদে। উচেকনা তম্লু-লাক্লুবা তৌদনা হেক্তা ঈশৈ শকপগুম কবিসু মসিগা পাংখকনি, কবিগী শৈরেংদা মতাং চাদনা মহৈ উৎনবগী তৌশিন্নবগী নৎত্রগা য়েকশিন-খোৎচিন, তৈশিন্দুনা লংহন্নবগী মফম লৈতে। অচম্বা অমসুং খুংগং পুন্সিগী মীওইশিংনা শীজিন্নবা লোন, ৱাহৈ-ৱাতাদু মহাক্না শিজিন্নবা পামখি মাগী শৈরেংশিংদা, অসিগুম্বা লোন্দা-পূদানা অচম্বা পুক্নিংগী ইহুলবু ফোঙদোকপদা হেন্না চূননা, চানৈ হায়না খনবদগী। মহাক্কী শৈরেংশিংদা অচম্বা, খুংগং পুন্সিবু

খংগৎতুনা ই, মরমদি অসিগুম্বা ফিবমদ: মহৌশাগা তোৎন-তিন্নদুনা হিংলিবা মীশিংগী মরক্তা থম্মোয়গী মরুওইবা ইথক-ইপোমসি মপুং ফাজনবা মচাক্তু লৈ, অপন-অৱাক ইয়াও য়াওদনা হেন্না চুমদ্রিং ওইবা মতীং লৈবা লোনদা মীশিংসিনা মখোয়গী পুক্লিং, অপাম্বা ফোঙদোক্লে, ঙাওনৈ। খুংগং পুন্সিগী মওং-মতৌ কায়দা অসি অসিগুম্বা ঐখোয়দা তৎন-থানবা লৈতনা য়াওরিবা পুক্লিংগী হৌফম ওইরিবা ইথক, ইহুল অসিদগী ময়োল চোংলকপনি, খুংগং পুন্সিগী ওইবা থবক-ইনথাং শিল্লমদগী মসিগী মতৌসি লায়না খঙবা ঙম্মী, ফিবম অসিদনা মীওইবগী পুক্লিংগী ইথক ইহুলসি মহৌশাগী ফজবা অমসুং লেঙদ্রবা মশক্কা লৈমিন্নে, লোয়নৈ। অসুম্বা মীশিংসিনা পুংজা খুদিংগী ফজবা লোনগী থোরকফম ওইরিবা খ্বাইদগী হেনবা পোৎশকশিংগা মরী থম্নদুনা লৈ, সমাজদা মখোয়না লৈরিবা থাক অমসুং তিন্নতোৎনবগী মাইকৈদসু পাকশন্না তিন্নতোৎনবা তৌরুদবনা অতৈগা, সমাজগী নাপলনা ফাপুন্দবনা মখোয় মখোয়গী পুক্লিংগী ৱাখল, অনীংবশিংদু ইচম চম্বা কোইথোক-শন্দোক্তবা ৱাহৈ-ৱাতা, লোন শীজিন্নদুনা ফোঙদোকই। শৈরেং হায়বসি পুক্লিংগী অকনবা ইথক ইহুলবু মশা মতোম্মতনা পাথজরকপা চেনথজরকপনি হায় ৱার্দসৱার্থনা মরম অসিনা মহাক্না মীচমগী মশা মতোম্মতগী থোকচরকপা লোন, ৱাহৈ-ৱাতাদু লৌরিবনি, য়ারিবনি। শৈরেংগী লোন্দা-পুদাসি চুম্নগী মীচম্না ঙাঙনবা লোন, ৱাহৈ-ৱাতা ওইবদা নত্তনা শেংনা ইন্দ্রিগী জ্ঞাননা লৌশিনবা, ফংবা য়াবসু ওইগদবনি। থায়নগী কবি শৈরাংবা অশৈবশিংনা প্রমান-পাম্বৈগী ওইবা লোন শীজিন্নদুনা মহৌশাগী ওইবা মওংদা শক্তি লৈনা ইরম্মী, শরুম্মী। অকনবা পুক্লিং নুংনাংবগী ফিবমদা মীওইবনা প্রমাণ-পাম্বৈগী মতেংনা পুক্লিং ফোঙদোকই। ৱার্দসৱার্থ খুন্নুংগী ওইবা ফোক মখলগী শৈরেংবু কন্না য়ারম্বা মীনি। "প্রেফিস টু লিরিকেল বেলাদস" তা মহাক্না মখাগী ৱাফমশিংসি পল্লি :

(১) শৈরেংদা শীজিন্নরিবা লোন্দা-পুদাগা মীয়াম্না ঙাঙনশানবদা য়াওরিবা পুক্লিংগী ময়ায় কারবা, শেংদোক্লবা লোন্দা-পুদাগা অনীগী মরক্তা মরুওইবা খেন্নবা করিসু লৈতে।

(২) ৱারেংদা শীজিন্নরিবা লোন্দা-পুদাগা ছন্দ নাইবা মওংদা শীজিন্নরিবা

লোন্দা-পুদাগা মরুওইনা খেন্নবা করিসু লৈতে।

ব্রার্দসব্রার্থনা হায়, লব্রাই-থব্রাই, খুংগংগী পুনিসদা হিংদুনা লৈরিবশিংনা মহৌশাগী শক্তিশিংগা হকথেংননা লৈমিন্নবনা মখোয়দা অকনবা পুক্লিংগী ইহুল ফাওবা ঙম্মী। ঙমখৈ নাইবা অপিকপা নাকয়েৎ অকোয়বা অমগী পুন্সিদা হিংবনিনা মখোয়গী পুক্লিং, থম্মোয়দা ফাওরকপা ইথিল কয়াসু হেন্না কন্না, কুংশিন্না ফাওরকই। চাওখৎপগী, লৌশিংগী মরৈমরাংগী মতৌ য়াওদবনা, খুংগং পুন্সিদা হিংলিবা মীশিংদা ফাওরিবা, লৈরিবা পুক্লিংগী ইথক ইহুলশিংসি হেন্না মপুংফাবা, চূনবা মওংদা নিংথিনা পুনশিন্দুনা শেমগৎপা য়াই। ব্রার্দসব্রার্থনা খুল্লক-লৈরক্তা মথোং-মরম খঙদবা মীশিংনা পংঙাঙ ঙাঙনবা লোন অদুবু পংথা থাগৎপা নত্তে, মহাক্লা য়ানিংবদি খ্বাইনা শীজিন্নরিবা, ঙাঙনরিবা লোন্দা য়াওরিবা লৈবাক মচা তাদবশিং অদু য়াওহন্দ্রবা লোনদুনা পুক্লিংগী ইথক, ইহুলবু হেন্না ব্রাংবা, ফবা মওংদা পুখৎপা ঙম্বা লোন, ব্রাহৈ-ব্রাতা অদুবুনি।

মরম অহুমখক পীদুনা কোলরিজনা ব্রার্দসব্রার্থনা শৈরেংগী লোন, ব্রাহৈ-ব্রাতাদা লৌরমলিবা মোং অসিবু য়ানিংদবা উৎলম্মী। অহানবদা, ব্রার্দসব্রার্থনা ব্রারেং অমসুং ছন্দ নাইবা মই অনীদা শীজিন্নরিবা লোন, ব্রাহৈ-ব্রাতাগী মরক্তা খেন্নবা লৈতে হায়বসি মহাক্লা য়াদে। অনীশুবদা, কনাগুম্বা কবি অমনা মাগী শৈরেংদা ব্রাহৈগী-লৈরোং, মূর্তি-ইমেজ অমা নীংথিনা, ফজনা মওংতানা শিজিন্নরম্বা নৎত্রগা শীজিন্নরমদবা য়াই। অতৈ কবি, অইবশিংনা শিজিন্নখিবা ব্রাহৈগী-লৈরোং, মূর্তিবু হন্না শিজিন্নরকপসি হন্না শীজিন্নরকলিবা কবি অদুগী অশোনবা নত্তে; ব্রাহৈগী লৈরোং, মূর্তিশিং অসি কবি খরনা মায়পাকনা শীজিন্নখিবা য়াই, খরা অমনা মায় পাক্তনা শিজিন্নবসু য়াই। অহুমশুবদা, লাইরিক হৈবনা লাইরিক হৈতবদগী হেন্না কবি অমা ওইবদা তেংবাং ওই। খুংগংগী মীশিংগী মরক্তা পংঙাঙ ঙাঙনবা লোন, ব্রাহৈ-ব্রাতাশিং অসি শৈরেংগী ওইনা শিজিন্নবদা চানদবা, চূনদবা য়াই, মখল মওং খরগী মহৈমশিং হৈবা হায়বসি শৈরেং থোরক্লবা, ওইরক্লবা অমসুং শৈরেংগী মগুণ খঙনবগীদমক তঙাইফদে।

ক্রিটিক অমা ওইনা কোলরিজনা লৈরিবা থাক অদুগুম ব্রার্দসব্রার্থতি ব্রাংনা

লৈতে। রেনে বেল্লেকনা বার্দসবার্থপু মরক্কী ওইবা থাক্তা লৈবনি হায়। ১৮ শুবা চহিচাদা চৎনরম্বা হরবর্ট রিদকী বাহৈদা পাইরক-পাইখুদা বাখলবু হৈশিংনা ফোঙদোকপগী মই— wit writing হায়বসিবু শীংনদুনা শৈরেংগী হীরম অমসুং ফোর্ম — মওংগী অনৌবা মশক অমা পুথোরকখি। বিলিয়ম বেকনা পুক্লিংদা ফাওরক্কিবা ইহৌনা — ইনস্পিরেশননা শৈরেংগী মচং ওইবা মচাকনি হায়না লৌবগুম বার্দসবার্থতদি কবিনা শৈরেং ইরক্লবগী মচাকসি মরুওইনা শক্তি, মপাংগল লৈবা পুক্লিংগী ইহুল, অথিংবা য়াওদনা মশানা ফোঙদোকচরকপা নৎত্রগা চিকনা, ইংনা শৈরেং ইবদা শীজিন্নগদবা লোন, বাহৈ-বাতা, ছন্দ অমসুং শৈরেংনা পুক্লিংদা ফাওহল্লিবা মহাও অসিগী মরমদা হায়বমলিবশিংসি তোপ তোপ্পনি।

খল, চাং পুবা ঙমদবসি, বাৎপসি বার্দসবার্থকী ক্রিটিকেল মীৎয়েংগী অশোয়বনি, অবাৎপনি। মানা হায়রম্বা খুদিংদা অনৌবা বা কয়া য়াওই হায়বসি অচুম্বনি, অদুবু হেন্না হেন্না হায়বগী অশোয়বদি য়াওই। মশাগী মহৌশাগী ওইবা ফোঙদোকপগী ষ্টাইলবু য়ানিংদবা কনাসু লৈরোই অদুবু বার্দসবার্থনা চাউখৎতবা, লৈবাক মচা তাদবা খুংগংগী, লবাই-থবাইগী মীনা শীজিন্নবা, ঙাঙনবা লোন, বাহৈ-বাতাদুতনা কবিগী পুক্লিং ফোঙদোক্লবা লোননি, বাহৈ-বাতানি হায়বসিদি খরা হেনমনবনি। অসুম্না পুক্লিংগী ইথক ইহুনতনা কবিগী খুৎশেমগী মপা লৈতবা হৌফমনি, য়ুমফমনি হায়বসিসু খরদং হেনজিন্না থোকই। বার্দসবার্থনা ক্রিটিসিজমগী লমদা ইরম্নসি পংয়াম য়ামদে, মাগী মীৎয়েংসি নৌনা থোক্লবসু অয়াম্বদা পেন্নিংঙাইদি ওইদে। অদুবু ক্রিটিক ওইবগী খ্বাইদগী বাংবা থাক্তা লৈত্রবসু মহাক শীংথানরিবা ইংরাজী ক্রিটিক অমা ওইনদি খঙনৈ।

# ১৩ ঃ সামুয়েল টেলর কোলরিজ
## (১৭৭২-১৮৩৪)

সামুয়েল টেলর কোলরজি দেবোনশায়রগী ওটরি, সেন্ট মেরিদা ১৭৭২ দা পোকখি, খ্রাইষ্ট হোসপিটাল অমসুং যিসস কলেজ, কেমব্রিজদা লাইরিক তমখি। ১৭৯৪ দা দিগ্রিনচিংবা অমতা লৌদনা কেমব্রিজ থাদোকখি। ১৭৯৯ দা শৈরেংগী লাইরিক অমা ফোঙখি, ১৭৯৮ দা ৱার্দৱার্থকা পূল্লগা "লিরিকেল বেলাদস" ফোঙখি। শৈরেং অমসুং ফিলোসোফিগী মরমদা লেকচর কয়ামুক পীখি, ১৮১১দা শেক্সপিয়ারগী মরমদা লেকচর মথং মথং পীখি। ১৮৩৪ দা মহাক শিখি।

কোলরিজ ১৭৯৫ দা ৱার্দসৱার্থকা শকখঙনখি অমসুং ১৭৯৮ দা মখোয় অনী পূল্লগা "লিরিকেল বেলাদস" হায়বা শৈরেংগী লাইরিকসি ফোঙলকখি। "বাইয়োগ্রেফিয়া লিটেরেরিয়া" দা মানা মরুওইবা মতাং, ৱাফম কয়া অমসুং ৱার্দসৱার্থকী শৈরেংগী অৱাংপা, অশোয়বশিংদুগী মরমদা ইখি। কবি অনীসি পূল্লগা ইংলন্দদা রোমানটিক রিভাইবেল রোমান্টিসিজম নৌনা শাফোংলকপা হায়বসি হৌদোক্লুনা মতম অদুগী কবি অমসুং পন্দিৎশিংগী লমজিং ওইবা ৱা কয়া হৌদোকখি। যুগ কয়াদগী লৌনরকলিবা মতৌ তম্বা — ইমিটেশন হায়বদিনা শৈরেংগী মচংনি হায়বসি থাদোকলগা ৱার্দসৱার্থনা শক্তি লৈবা পুক্লিংগী ইথক, ইহুলনা শৈরেং ওইরকপগী মরুওইবা মরমনি হায়না লৌখি। কল্পনা — ইমেজিনেশনগী ৱাফমসু মানা পল্লম্মী অদুবু শেংনা, মপূং ফানদি হায়রমদে। কোলরিজসু শৈরেংদা পুক্লিংগী ইথক, ইহুল য়াওই হায়বসি য়াই অদুবু মাগী

মীৎয়েংগী মরুওইবদি ক্রিয়েটিব ইমেজিনেশন — ইমেজিনেশনগী অনৌবা শেমগৎ-শাগৎপা ঙন্বা শক্তিদা কন্না থাজরম্বা অসিনি। পুক্লিংগী ইথক, ইহুল অমসুং কল্পনাদা কন্না থাজরম্বদগী কবি অনীসিনা ক্রিটিকেল মীৎয়েংদা, লমদা অনৌবা লম্বী অমা য়াৎলম্মী।

মহাক্কী শৈরেং ইবগী মগুণ হন্থরক্লবা মতমদা কোলরিজনা ক্রিটিসিজমদা মায় ওনশিল্লকখি হায়না থাজনৈ। মহাক্না জর্মনীদা মতম খরা লৈরিঙৈদা লমসিগী মেটাফিজিক্স — জ্ঞান, অচুম্ববু নৈনবগী দর্শনবু য়াম্না পামখি, কান্ট, এ. দব্লু. স্লিগেল, ফিকটে অমসুং সেলিংনা ইরম্বা দর্শনগী ওইবা মইশিংদা পুক্লিং লূপখি। আই. এ. রিচার্দসনা কোলরিজবু সেমানটিক্স — লোনগী, ৱাহৈগী মনুংদা য়াওরিবা অর্থ পুথোকপা, নৈনবগী বিজ্ঞান হৌদোক্লম্বা মাঙজিন থাবা মীনি হায়রম্মী। জর্মন ফিলোসোফর অমসুং ক্রিটিকশিংদগী ফংলকপা জ্ঞাননা মহাকনা ইংলিশ ক্রিটিসিজমদা কল্পনা — ইমেজিনেশন অমসুং মনোবিজ্ঞান — সাইকোলোজিগী লমদা মীৎয়েং অসি পুশিল্লকখি। কোলরিজদি অককপবা নিয়ম অমা নাইনা পরিং অমদা ইবা অমসুং ঙাঙবা হৈনদে। ৱাফম অমা ইবা, ঙাঙবা হৌরম্লগা ময়ায়দা খংহুন হন্দোক্লম্লগা অতোপ্পা ৱাফম অমদা অমুক চৎথবসি মাগী হৈনবীনি। মাগী ক্রিটিকেল ওইবা ৱাখল, মীৎয়েং য়াওবা লাইরিকশিংদি "বাইয়োগ্রেফিয়া লিটেরেরিয়া" (১৮১৭), "লেকচর্স ওন শেক্সপিয়ার", "এনিমা পোয়েটে", "টেবল টোক" অমসুং "কনফেসনস ওফ এন এনক্বাইরিং স্পিরিট" অসিনি।

ইমেজিনেশন অমসুং ফেনসি হায়বা ৱাহৈ অনীসি কোলরিজগী মমাংদগী শীজিন্নরকই অদুবু ৱাহৈশিং অসিনা পীরিবা অর্থদি ময়েক শেংদনা লৈরকই। অয়াম্বনা ৱাহৈ অনীসিগী অর্থ ইমান মান্ননা লৌনৈ। ১৮ শুবা চহিচা ফাওবদা ফেনসি হায়বসিনা হেন্না শক্তি লৈবা ৱাহৈনি হায়না লৌনরম্মী। ১৮ শুবা চহিচাদা লোক, হিয়ুম, হার্টলিনচিংবা ফিলোসোফরশিংনা ইন্দ্রিগী কায়াৎশিংনা খঙলি-তারি-উরিবশিং অদু খঙবা য়াবা মূর্তি ওইনা পূনশিনবগী, অমতা ওইশিনহনবগী থবকসি ইমেজিনেশননা পাঙথোকই হায়না লৌখি। ইমেজিনেশনবু মেশিনগুম্না লৌবা, য়েংবা মীৎয়েংসিগী মায়োক্তা লৈখি। "বাইয়োগ্রেফিয়া লিটেরেরিয়া" দা

শৈরেং অমসুং ইমেজিনেশনগী মরমদা কোলরিজনা ফোঙদোক্লম্বা মীৎয়েংদু য়াওই। লাইরিকসিগী অহানবা তংখাইদা জ্ঞানগা মরী লৈনবা মেটাফিজিক্সকী ৱা অমসুং দর্শনগী ৱা অমদি ফজবা হায়বসিগী মরমদা মাগী মীৎয়েং য়াওই। অনীশুবা শরুক্তি ক্রিটিকেল ওইবা ৱাফমগী মরমদা নৈনৈ, লাইরিকসিগী ১৩ অমসুং ১৪ শুবা শরুকশিং অসি মরুওই। ১৩ শুবা শরুক্তা মহাক্না ইমেজিনেশনগী মরমদা ই অদুগা ১৪ শুবা শরুক্তনা শৈরেংগী মরমদা নৈনৈ।

ইমেজিনেশন হায়বসি প্রাইমারী অমসুং সেকন্দরী হায়না য়েংবা য়াই। প্রাইমারী ইমেজিনেশন হায়বসিনা মানা হায়রম্মী মীওইবনা খঙলি-উরিবা পুম্নমক অসিগী খুৎফানি, পাম্বৈনি। সেকন্দরী ইমেজিনেশন হায়বসি অহানবগীসিগী খোনথাংনি, মসিগী মথৌ অমসুং থবক পাঙবগী থৌওংদা খরা খেন্নবা উরবসু। সেকন্দরী ইমেজিনেশননা অনৌবা খুৎশেম পুথোক্লবা খঙলি-উরিবা পুম্নমকসিবু তোৎশিন্দুনা পূনশিলহল্লি, অমুকসু মচোই মচোই, ইচাই চাইখাই অমসুং য়ানিথোক-য়ানশিন তৌই, অসুম্না অনৌবা পোৎশক অমা শেমগৎলকই। ফেনসিনা অরেপ্পা, হোংবা, অওনবা লৈতবা অমসুং অকক্লবগী ৱাফমদদা চানে, লৌনৈ। মসি মফম অমসুং মতমগী চাং অমসুং মতমগী চাং নাইবদগী নানথোক্লবা মসিগী অফা-অপুন য়াওদ্রবা নীংশিংবা হায়বসিগী মওং অমনিগী ইমেজিনেশন হায়বসি প্রাইমারী নৎত্রগা সেকন্দরী হায়না য়েংবা যাই। প্রাইমারী ইমেজিনেশননা পানগী পোৎচৈগী শক্তমবু মওং চুম্না চাং অমদা খঙবা, উহনবা ঙম্মী। মসিগী মতেং নত্তনদি ঐখোয়না পোৎচৈশিংসি খঙবদা, উবদা অমগা অমগা ইয়েং য়েংশিন্নদুনা মথোং-মরম খঙলোই। ঐখোয়না প্রাইমারী ইমেজিনেশনগী তেংবাংনা ঈশ্বরগী খুৎশেমগী থৌওং অমসুং অপূনবা মশকসি খঙবা ঙম্মী। প্রাইমারী ইমেজিনেশন হায়বসি মী খুদিংমক্তা মওং অমদা য়াওবা, লৈবা জ্ঞানগী শক্তি অমনি অদুবু খরা কৃপশিন্না মপাঙ্গল য়াওহন্না শিজিন্নরগদি, মশক উৎলকপদদি মীওইবদা অঙকপা পোকহন্দুনা অৱাংবা থাক্কী ফজবা, অঙকপা-সন্নাইম হায়বদু খঙবা, উবদা তেংবাংই। ইন্দ্রিগী কায়াৎশিংদা ফাওরকলিবা তারকলিবা মমিশিং অসিগী চমম্নবা মতৌসিবু ফিবম, মওং তানা শেমগৎপদা প্রাইমারী অমসুং সেকন্দরী

ইমেজিনেশন অনীমকসি মান্নরা লৌবা য়াই। সেকুন্দরী ইমেজিনেশননা মশানা মতোমতগী ওইনা থবক পাঙথোক্তনা মীওইবগী অনিংবা, অপান্বগী মখা পোন্না থবক তৌবা অসিনা অনীসিগী মরক্তা লৈবা মরুওইবা খেন্নবনি। পুকনিংদা তারকলিবা, ফাওরকলিবা ৱাখলগী মমিশিংদু মসিনা অনৌবা খুৎশেম অমা পুথোক্লবা চূপশিল্লি, ইশন শন্দোকহল্লি। হায়বদি আর্টকী অনৌবা খুৎশেম অমা পুথোরকপা হায়বসি মাঙদা তারিবা, থেংনরিবা মওং চাদ্রবা অথীবা অমসুং চজিক ওইরবা মশক কয়াসি য়াওহন্দ্রবা অমদি ফাজিন-পুনশিন্দুনা শেমদোক্লবা, লাকশিল্লবতদা ওইথোকই। আর্টকী ওইবা থৌওং পুন্নমক্কী হৌফম, য়ুমফমদি সেকন্দরী ইমেজিনেশন হায়বসিনি।

পোৎ পুন্নমকপু অমতা ওইনা উবা ঙম্বা অমসুং কলাগী ওইবা ফজবা নিংথিবা মতৌদা উহনবা, খণ্ডহনবা হায়বসিনি ইমেজিনেশনগী থৌদাংদি। ওন্নতৈনবা, য়ানদবা, চানদবা মওং-মতৌশিংবু চাংদা থম্বা নৎত্রগা য়ানহনবা, চূংশিন্নহনবা, চাশিন্নহনবগী থৌ অসি মসিনা পাঙথোকই। মরুওইনা অমতা ওইবা অপূনবগী মশক অমা য়াওরগসু প্রাইমারী অমসুং সেকন্দরী ইমেজিনেশন অনী অসি থাক, চাং অমসুং থৌ পাংবগী মওং অনীসিদা মান্নদে, খৈন্নে। ইমেজিনেশন অমসুং ফেনসি অনীগী মরক্তা লৈবা খেন্নবনা চাং-দিগ্রিদদা নত্তনা মখলদসু খৈন্নে। পুক্লিং ৱাখলদা তারকলিবা মমিশিং অদুবু নাক নাক্তা তোঙান তোঙান থম্বগী থৌদমক ফেনসিনা তৌই অদুগা ইমেজিনেশননা মমিশিং অসিবু অমগা অমগা তিন্ন-তোৎশিন্নদুনা মপুং ফাবা অনৌবা মশক অমদা পুথোরকই। লেংদবা, অকক্লবা পোৎশক অমসুং ৱাখলগী লমদতা ফেনসিনা মথৌ তৌই, লো ওফ এসোসিয়েসনগী মতুংইন্না, ইমেজিনেশন্নদি অপূনবা ৱাখলগী মশকতগী অমগা অমগা য়ান্নহনবা, চাশিন্নবা হায়বসি ওইথোকহল্লি। ফেনসি হায়বসি হৈশিংবগী শক্তিনি, ইমেজিনেশনা থোইদোকপা লাইপোককী গুণনি। ফেনসিদি মরুওইবা নীংশিংবা — মেমোরি হায়বসিগী মখা পোল্লি। ফেনসিদি মেকানিকেল — মেশিনগী মতৌগুম্বনি, ইমেজিনেশন্না আর্ট অমসুং মহৌশাবু ওইরবসু মদুগী নুংদা চেল্লিবা অপূনবগী মতৌ ওইনা লৈরিবা শক্তি অদুবু খণ্ডনৈ।

কবিনা কমদৌনা মাগী শৈরেং, খুৎশেম অদু পুথোরকপগে, শেন্নকপগে হায়বসিদা কোলরিজনা মথাই য়াম্না য়াওনা য়েংশিনখি। কবিনা শৈরেং ইবা, অনৌবা খুৎশেম অমা পুথোরকপা হায়বসি মীওইবগী মহৌশা — নেচরগা চেৎনা মরী লৈনবনা, মসিদা য়ুম্ফম ওইবনা কোলরিজনা মীওইবগী পুক্নিং, মসিগী মতৌ মনোবিজ্ঞান — সাইকোলোজিদা মনুং হুনজিন্না য়েংশিনখি। ১৮ শুবা চহিচাগী কবি, পন্দিৎশিংনা কবিনা ইদুনা পুথোরকলিবা খুৎশেম, শৈরেংশিং অদুখক্তমক য়েংনৈ, নৈনৈ, অতৈ অতোপ্পা হীরমদা ফাদোক্নুনা য়েংলুদে। অদুবু কোলরিজদি শৈরেংগী হৌরকফম, মরু অদু থিনবা, পুথোক্লবা হোৎনখি। করিগুম্বা শৈরেং অমা ফজব্রা, থীব্রা, অফবরা, ফৎতবরা হায়বা অসোমদা গুণ অমসুং দোষকী ওইবা মীৎয়েংদগী নৈনবা নত্তে ম্নানা য়েংলম্বদি। মানা হায়, কবিনা মীওইবগী পুক্নিং ব্রাখলদা লৈরিবা পাঙ্গল, শক্তি অদু মশাগী মতিক চাবা মগুণ অমসুং থবক পাঙথোকপা ঙম্বগী থাক মতুংইন্না অমনা অমগী মখা থাহন্দুনা পূন্না থবক পাঙহল্লি। “লিরিকেল বেলাদস” কী ১৪ অমসুং ১৫ শুবা চেপ্তরশিংদা শৈরেং করিনো অমদি কবিগী ওইবা মশানা য়াওজরক্লবা গুণ-জিনিয়স হায়বসিনা করিনো হায়বসি মপুংফানা নৈনৈ। ১৪ শুবা শরুকসিদা “লিরিকেল বেলাদস” ফোঙবগী মরম পীরগা লাইরিকসিদা য়াওরিবা মানা ইবা শৈরেংশিংসিদা অমরোমদা থাজনররোইদবা কয়াসু কল্পনা — ইমেজিনেশননা মশক ওহ্তোক্নুনা থাজহন্নবা, থাজবা পুরক্লবা তৌবসি মাগী শরুকনি হায়। হায়বদি কল্পনা — ইমেজিনেশন হায়বসি কবিগী থানবা য়াদ্রবা, থৌদোক-ব্রাথোক কয়াবু অনৌবা, অঙকপা, ফজবা মশক-মচুদা উহনবা ঙম্বা শক্তিনি হায়না লৌই। কোলরিজনা শৈরেংবু অসুম্না মশক তাকই ঃ বিজ্ঞানগী ওইবা মইগা খেন্নবা অচুম্বা খঙহনবা, উৎপা নত্তবা নুংঙাই পীবনা, ফংহনবনা হকথেংনবা পান্দম ওইবা ইবগী মওং অমনি শৈরেং হায়বসি অতৈ কাঙলুপকী মইদগী শৈরেংনা অপূনবা মপুমগী ওইনা মদুগী মনুংদা য়াওরিবা শাগৎপদা চঙলিবা মচাকশিংদুবু ময়েক, মশক শেংহন্দুনা খঙহনবা, পুথোরকপদা খেন্নে।

কোলরিজনা নুংঙাইবা পীবা, পোকহনবনা শৈরেংগী পান্দমনি হায়বসি

য়াম্না ময়েক শেংনা ফোঙদোকলি। এরিষ্টোটলগী মতমদগী হৌরদুনা অচুমবা নংত্রগা পুনসিগা চানবা অওইবা অচুম্বা উৎপা, ইবনা মতৌ তম্বা আর্টকী থিয়োরী ওইনা লৌনরকলিবা মোৎ অসিবু য়াদবা মীৎয়েংনি। শরুক মচেৎ মচেৎশিংনা মপুম অদুগা তিনশিন্নদুনা পূনশিল্লগা মচেৎ তাদ্রবা অপূনবা মপুম অমা শেমগৎলকই শৈরেংনা হায়বনিনা কোলরিজনা লৌরিবা কল্পনা — ইমেজিনেশনগী অরুম্বা মীৎয়েং অমা মসিদা য়াওরি। "লিবিকেল বেলাদস" কী ১৫ শুবা চেপটরদা মহাক্না কবি অমগী চেনগদবা, গুণবু নৈনরম্মী। কবি ওইবা মীদা ঈশৈ-নোংমাইদা নুংঙাইবা ঙম্বা অপাম্বা লৈগদবনি, ঈশৈ-নোংমাইদা অপাম্বা, নুংঙাইবা পোক্তুবা মীদি কবি ওইবা য়ারোই। কবি খুদিংনা মহাক মশাগী ওইবা থৌদোক-ৱাথোক্তগী তোংঙান্না লাপনা লৈবা খঙলক-উরকপা কয়াদগী মানা ইরিবা শৈরেংদুগী হীরম খনগদবনি। ইরিবা মীগী পুক্লিং, ৱাখল, অপাম-পামদ উৎপা, ফোঙদোকপা দরকার ওইদে শৈরেংদা মী মীগী মশাগী ৱাফম অমসুং অপাম-পামদনা মচাক ওইবা য়াদে। কবিনা মুন্না মনুং হুঞ্জিন্না য়েংশিনবা, উশিনবা ঙমগদবনি, অসিগুম্বা মতৌসিনা ইমেজিনেশন পোকহন্দুনা শৈরেংদু শেমগৎলকপদা ওইথোকহল্লি। ফিলোসোফর অমা ওইদ্রবদি অচৌবা কবি ওইবা ঙমদে, মরমদি শৈরেং হায়বসি মীওইবগী জ্ঞান, ৱাখল, বুদ্ধি, পুক্লিংগী ইথক ইহুন, লোন পুন্নমক অসিগী শক উৎতুনা শাৎতোকলকপা নৈনম চেনবা খুৎশেমনি।

হৌজিক অসিদা কুপ্না খায়দোক খায়দোক্তুনা নৈনবা মখলগী — এনালিটিকেল হায়না খঙনবা ক্রিটিসিজম অসি কোলরিজনা হৌদোক্লম্বনি। আই. এ. রিচার্দসনা হৌজিকসিদা চৎনরিবা, পান্নরিবা ৱাহৈ, লোনগী অর্থ পুথোক্তুনা নৈনবা — সেমানটিক ক্রিটিসিজম হায়বসি কোলরিজনা হৌদোক্লম্বনি হায়। মানা ক্রিটিসিজমবু বিজ্ঞান অমা ওইনা শেমগৎখি, মশানা অমসুং মমান্নবা কবিশিংনা নৈনরুবদগী ফংলকপা জ্ঞাননা থিজিনবগী মচাক ওইনদুনা অহানবা ওইনা মানা লাইপোক্কী গুণ-জিনিয়স অমসুং আর্টকী লেঙদ্রবা, খ্বাইগী ওইবা মতৌসি খঙহল্লম্মী হায়না হরবার্ট রিদনা হায়। কোলরিজগী কবিতাগী, ইমেজিনেশনগী

মীৎয়েং, ব্রাখল অসি জর্মন ফিলোসোফরশিংদগী মরুওইনা সেলিংদগী লৌবনি হায় রেনে ৱেল্লেকনা । করিগুম্বা হীরম অমবু মপুংফানা নৈনবগী মহুত্তা কোলরিজদি নৈনরিবদুগী ময়াইদা অতোপ্পা হীরম অমসু অমুক পুশিল্লকুনা নৈনবগী হৈনবীসি তোয়না উৎলি। মরম অদুনা মানা নৈনরম্বশিং অসি মপুংফাদবা মচেৎ মচেৎ ওইনা তৌবা শরুকনি হায়না লৌনৈ। কবিতাবু ফিলোসোফিগা নকশিন্নহনবদা নত্তনা মহাক্না ক্রিটিসিজমবু ফিলোসোফিগী শরুক অমা ওইহল্লম্মী। অনৌবা খুৎশেম পুথোকপদা ইমেজিনেশননা মরুওইবা শক্তি ওইবগুম অৱাংবা থাক্কী ক্রিটিসিজমদসু ইমেজিনেশননা মরুওইবা শক্তি ওইনৈ।

ক্রিটিসিজমদা মনোবিজ্ঞান — সাইকোলোজিগী থৌদাংবু মানা পুথোকলম্মী। ইমেজিনেশন অমসুং ফেন্সি মশক তাকপদা মানা সাইকোলোজিগী জ্ঞান, পাম্বৈনা তাক্লবা হোৎনৈ।

রোমানটিককী মীৎয়েং, মশক অসি শেংনা নিংথিনা মাগী শৈরেং অমসুং ক্রিটিকেল ওইবা মইশিংদা ফোঙদোকই। হীরম অমতদা তংতানা মথ্বাই চঙনা লৈশিন্দুনা মমুৎ তানা উৎপা ঙমদবা অসি মাগী অশোয়বনি হায়না লৌনৈ। মাগী মরুওইবা মোৎ, মীৎয়েং খরদি শম্না শম্না, মচেৎ ওইনা ফোঙদোকপগী হৈনবী মঙোন্দা তোয়না লৈবসিনি, মসিনা মাগী মোৎ, মীৎয়েংদু ইশম শম্নহন্দনা উহল্লি। মাগী ষ্টাইলসু ৱারী-ৱাতাই শাবা, পূন্না ফম্মিন্নদুনা তাথোক-তাশিন তৌবগী মওংনি, অদুনা তোয়না খরক খরক পনবগী মতৌ য়াওই। অদুবু মচেৎ ওইনা তৌবা, ৱারী-ৱাতাই শাবগী মতৌ য়াওবা মানা ইরিবসিদা অপাবশিংনা মমল য়াম্লবা লৌশিংগী, বুদ্ধিগী অরংবা য়াওবা শরুক কয়া থেংনবদি শোয়রোই। মাগী ৱাখল, মীৎয়েংদা জর্মনগী ইথিল কয়া য়াওরবসু, ইংলন্দগী মশাগী ওইবা মগুণ উৎপা খ্বাইদগী শিংথানবা ক্রিটিকতি কোলরিজনি।

# ১৪ ঃ পি. বি. শেলী

## (১৭৯২-১৮২২)

পি. বি. শেলী সসেক্সকী ফিল্ড প্লেশতা খৃঃ কুম ১৭৯২ দা পোকখি। ওক্সফোর্দ য়ুনিভরসিটিদা ছাত্র ওইরিঙৈদা 'দ নিসেসিটি ওফ এথেইজম' হায়বা ৱারেংসি ইরুবগীদমক মহাকপু তাম্বোকখি। শেলী রিভোলিয়ুশনবু কন্না থাজবা মীনি, মতম খরা আইয়রলেন্দদা চত্তুনা আইয়রলেন্দগী নীংতম্বগীদমক্তা লালহৌরিবশিংবু পুক্নিং থৌগৎনবা হোৎনখি। ১৮১৩ দগী শৈরেং অমসুং ড্রামা ইবদা মথ্বাই লূপখি। মহাক্কী অহানবা নুপী শিথ্রগা মেরি গোদৱিন লৌদুনা পুন্সিগী ওইনা ইংলন্দ থাদোক্লুনা চৎখি। ১৮২২ জুলাইদা মরুপ অমগা হি তোংদুনা চৎপদা লেগহোর্ন মনাক্তা মহাক ইরাক্লদুনা শিখি।

শৈরেংগী শেংলবা ৱাফমবু থৱাই য়াওনা ঙাকশেন্দুনা ইরম্বা ফিদমদা ঙাওজবা প্লেটোনিষ্টনি শেলী। ১৮২১ দা ইখিবা মাগী ৱারেং ''দিফেন্স ওফ পোইট্রি'' হায়বসিদা রোমানটিসিজমদা থাজবদা নত্তনা মানা শৈরেংগী শক্তি, তৌবা ঙম্বা গুণশিং অদু শেংনা ফোঙদোকই। ইমেজিনেশন অমসুং মসিগী পোৎথোক ওইরিবা কবিতা হায়বসি মরু অমসুং মহৈ থন্না জুম জুম পাল্লিবা অহিংবা পাম্বী অমনি হায়না মানা লৌই অদুগা খন্দোক-খঞ্জিন তৌদুনা বুদ্ধি শিজিন্নদুনা মরম চাবা উৎপা মই হায়বসিনা অইংবগী লায়না তারবা, খামদেক্লবা নিংথমথাগী অকংবা উশাগুম্বনি। শেলীনা ইরম্বা ৱারেংশিংসি দব্লু. বি. য়িৎসনা শৈরেংগী য়ুম্ফম হায়বসিগী মরমদা ইংরাজীদা ইবা খ্বাইদগী ফজবা ৱারেংনি হায়, হরবার্ট রিদনসু

মোৎ অসিমক পীরম্মী। রেনে বেল্লেকনা মাগী ৱারেংসিবু ১৯ শুবা চহিচাদা বিষয় অসিবু খুদুম চন্নবা ইরকপা ৱারেংনি অমসুং জি. ৱিলসন নাইটনা ইংরাজী লোনগী খ্বাইদগী মরুওইবা মশাগী মীৎয়েং উৎপা ৱারেংনি হায়না শীংথাই।

টোমাস লব পিকোকনা 'ফোর এজেস ওফ পোইট্রি' হায়বা ৱারেং ওলিয়রগী "লিটরেরী মিসেলেনী" (১৮২০) হায়বদুদা ফোঙলক্লুনা শৈরেংবু করেম-কথাইনদুনা নোক্লরকপগী ৱাফমদগী শেলীনা মাগী 'দিফেন্স ওফ পোইট্রি' হায়বা ৱারেংসি ইখিবনি। চাওখৎলবা কাঙলুপতা য়াওরিবা তংখাই অমা লৈবাকমচা তাদবা, চাওখত্তবা মীনি হায়না কবিবু অদুগা শৈরেংবুনা নৌরিবা লৈবাকমচা তারবা সমাজগী বুদ্ধি লৌশিং য়াকাইহল্লিবা পুক্লিংগী অয়াকপা খোঞ্জেলনি হায়না পিকোকনা থীরপ হায়। পিকোকনা মাগী ৱারেং অসিদা যুগ মরিখক পন্দুনা নৈনৈ। পিকোকনা মাগী ৱারেংসিদা পল্লিবা যুগ মরিদুদি য়োৎ, সনা, লুপা অমসুং শেঞ্জেংগী অসিনি (iron, golden, silver and brass)। করিগুম্বা লোন অমগী ইতিহাসতা কবিশিংনা পামজবদগী ইতিহাস ইবা মী, ধর্মগী গুরু, অচুম-অৱান খঙহনবা অমসুং ধর্মগী ওইবা পাউজেল পীবা, শন্দোকপা অসিনা অহানবগী মতম, য়োৎকী যুগ অদুনি। ইংরাজীগী শৈরেংগী ইতিহাসতদি জিয়োফ্রি চোসর য়োৎকী যুগতা লৈরম্বা মীনি। ময়ায়চনবা যুগ — মিদল এজগী মতমবু পিকোকনা য়োৎকী যুগ — আইরন এজ হায়না লৌই। হোমর অমসুং শেক্সপিয়ারগী মতমবু মহাক্লা সনাগী যুগ — গোলদন এজনি, জোন দাইদ্রেন অমসুং আলেকজেন্দর পোপকী মতমবু লুপাগী যুগ — সিলভর এজ অমসুং পিকোক মশানা হিংদুনা লৈরিবা মতমবু শেঞ্জেংগী যুগ — ব্রাস এজ হায়না শীংথারম্মী। মাগী মতমসিদা শৈরেংদা শিথরকলিবা, হনথরকলিবসিগী মরমদি মানা মতমদুগী মীশিংনা বুদ্ধি, বিজ্ঞান অমসুং লৌশিংবু মেশিনগুম্না খন্নদুনা, লৌনদুনা শৈরেংদগী মখোয়সিবুনা হেন্না লুনা খন্নরকপগা, য়েংনরকপদগী থোরকপনি হায়না লৌই। শেলীগী ৱারেংসিগী লোইশিল্লকপদা পিকোকনা শৈরেংবু চৈরিবসিগী ৱাফম য়াওই অমসুং মাগী মরৈ ওইনা তৌবা ৱা কয়াদুনা পিকোককী মীৎয়েং, মোৎ অদুবু য়ানিংদে হায়বদু ফোঙদোকই। অদুবু শেলীগী ৱারেং অসি শৈরেংগী হৌরকফম, শৈরেংনা

কোনশিল্লিবা শরুক অমদুং থৌদাংগী মরমদা সাধারণ ওইনা নৈনবা, তাকপা ওইনা চংথরকখি।

শেলীগী ব্রারেংসি শরুক অহুমথোক্লা খায়দোকপা য়াই। অহানবা শরুক্তনা শৈরেং করিনো হায়বা মশক তাকপা মাগী মোৎ য়াওই। তর্ক ওইবা বুদ্ধি, ব্রাখলগা কল্পনা — ইমেজিনেশনগা অনীগী মরক্তা খেন্নবা পুথোক্তুনা উৎলি। শৈরেংবু মহাক্লা কল্পনাগী শাফোংনি, উৎলকপনি হায়না হায়। মতম পূম্বদা শৈরেংগা নুংঙাইবগা লোয়নদুনা চংমিঁম্নে। মীওইবদা শৈরেংনা লৌশিং, জ্ঞান পী, লৌশিং, জ্ঞানসি নুংঙাইবদগী ফংলকই। অমম্বা মরক্তা লৈদুনা, তোংদুনা মশাগী অচিকপদু মতোমতা শীংথাদুনা পুক্লিং থৌগৎনা নুংশিনা শৈশকলিবা খোইনিংনি কবিদি, তারিবশিংনা মশক্তি উবা ফংদ্রবা শৈশকপা অমগী নুংশিরবা খোঞ্জেলনা ইশুম শুমহৎপিরবা কদাইদগী নৎত্রগা করিগীদমক্তা শকলকলিবা ঈশৈনো হায়বদি খঙঙমদনা পুক্লিং নৌহন্দুনা মরাং হৌহনবিরবা ভাবোকনি। কোলরিজ নত্তনা ইংলিস ক্রিটিকশিংগী মরক্তা শেলীগুম্না শৈরেংদা ইমেজিনেশনগী মরমদা কন্না শীংথারম্বা মী লৈতে। তর্কগী ওইবা জ্ঞান অমসুং কল্পনা অনীসিগী মনুংদা অহানবগীসিনা পোকলিবা ব্রাখলশিংগী মরক্তা অমগা অমগা লৈনবা মরীদুবু খঙহল্লি, অনীশুবসিনা মশাগী মশকমচু শঙজিন্দুনা উহল্লবা পুক্লিংগী মশক অদুনি। শেলীনা লৌরিবা ইমেজিনেশনগী অর্থসিদা প্লেটোনিক ওইবা হায়বদি অব্রাংবা ফিদমগী ওইবা মতৌদু য়াওই। ইমেজিনেশনগী মতেংনা কবিনা ইন্দ্রি— কায়াৎশিংনা খঙলি-উরিবশিং অসিগা ফিদমগী তাইবংপানগা অনীগী মরক্তা মরী থম্নবা, ফাওনহনবা ঙমহল্লি। কবিনা মসিগী মমি শেমগৎতুনা ওইদবা কয়া পুথোকপগী মহুত্তা মহাকনা মপূংফাদ্রবা শক্তম অদুবু মপূংফাবা ওইনা শেমদুনা উহল্লি। ইমেজিনেশননা তোঙান তোঙানবা উপায়, পাম্বৈ শিজিন্নদুনা মখল কয়াগী থৌওং পাঙথোকই। থৌওংসি পাঙথোক্লবা খ্বাইদগী চানবা উপায়দি, পাম্বৈদি শেলীনা হায় লোন্না ওই। হৌখ্রবা থৌদোক-ব্রাথোক, ব্রাখলগী তুংনফমনি লোন হায়বসি, ছন্দ, তালগী মতেংগা লোয়ননা মসিনা ইমেজিনেশনগী মথৌ পাঙবদা তেংবাংই। ইনস্পিরেশন — অনৌবা শেমগৎ-শাগৎনিংবগী ব্রাখলনা কবিগী

খুৎশেমদা য়ারিবা লৌরিবা থৌদাংগী মতাংদসু শেলীগী মীৎয়েংদা প্লেটোগী মীৎয়েংগী মমি তাই। ইনস্পিরেশন হায়বসি প্লেটোনা কবিগী পুক্লিং খুদুম চন্নবা মপান্দগী লাকপা, চেনশিল্লকপা থৌওং অমা ওইনা লৌবা, উবা অদুগা শেলীদনা মসিগী হৌরকফমদি নুংগী ওইবনি, মীদুগী পুক্লিংগী মখা পোনবনি হায়না লৌবসিনা মখোয় অনীগী মীৎয়েংদা খেন্নবা উৎলি। শেলীনা ইনস্পিরেশননা মাওথানা লাকই, মসিনা ইমেজিনেশননা থৌবাংবা ওম্নবা মচাকশিং পী হায়না লৌই। শৈরেংদি মানা হায়, ব্রাখল পরিং চুম্না খম্বগী— রিজনিংগী থৌওংদু নত্তে, অনীংবা, অপাম্বগী মতুংইন্না থবক পাওথোক্কে খন্না নমদুনা শিজিন্নবা য়াবা শক্তি অদু নত্তে। কনাগুম্বনা মহাক শৈরেং ইগে হায়রগা হেক্তা ইবা য়াদে, অফাওবা মমিং লৈরবা কবিশিং ফাওবনা মসুম তৌবসি ওইথোক্তে। শৈরেং ইরিঙৈগী কবিগী পুক্লিংদি মশক মওং লেপঙমদ্রবা, উঙমদ্রবা অকোয়বদা লৈরিবা নুংশিৎপু ঙাইহাক, মিকুপ খরদং তেন্না ইঙান ঙানহল্লম্লগা লোথরক্লবা, শিথরক্লবা অচাকপা মৈতালগুম্বনি, অসুম্না শক্তি, শাৎপা লোইরক্লবা লৈ অমগী মচু শিথরকপা, হোংলকপগুম্বনি, ঐখোয়গী খঙবা, উবা ঙম্বগী মতৌসিনা মসিনা ওইরক্লিবা অমসুং মসিদগী মাঙখ্রিবসি খঙবদা ওইথোক্তে।

সমাজ অমসুং কবিতা অনীসিগী লৈনরিবা মরী অসি শেলীনা কাউথোক্তে। পৃথিবীসিদা অচৌবা, অফবা সাহিত্য পোকখিবা, থোকখিবা মতমসি অচুম-অরানগী, ধর্মগী ব্রাখলবু ব্রাংনা লৌনবা, ঙাক্ল চৎনবা, লুনা খন্নবা মতম ঙাক ওইখি, থোকখি হায়না মানা হায়রম্মী। অমোৎপা শেঙ্গা-থুমজানা থল্লবা, মচোমপাক নাইদবা অচোপঅরেম খঙনদবনা পাকশন্না লৈরবা মতমদা সাহিত্যগী অব্রাংবা মগুণদু মাঙথরক্কুনা থাক হনথরকতুনা, শিখরকপগী মতৌ উৎলকই। হৌনলোনচৎকী নীতিনা— ইথিক্সনা তৌবগুম কবিতানা অচুমচুমদা, অফফত্তগী পারা অপানননা তম্বিদে, তাকপিদে। অদুবু য়াম্না কৃপ্না নৌনা খঙঙমদবা মওংদা কবিতানা মীওইবগী পুক্লিংবু শেংদোক্কুনা পূন্য হায়বদু পাম্বা নুংশিবা পোকহল্লি। ফজবা, নুংশিবা অমসুং পূন্য হায়বসি শেলীনা মান্ননা লৌখি অমসুং কবিতানা মখোয়সিবু য়োকখৎলি হায়না লৌই। কবিতাগা পুন্সিগা খায়দোকনবা য়াদে হায়না

লৌই। সমাজনা মাঙলোদা চাওখৎপগী লম্বীদা খোঙ থাংজিন্দুনা চঙশিল্লিবমখৈ, শেলীনা হায় সাহিত্য অমসুং কলা হায়বসি মপূংফাবগী থাকতু ফংবা, য়ৌবা ঙম্মী। মীওইবগী ইতিহাসকী ইচেলবু ভাব তানা খঙবা শেলীনা থায়নদগী হৌরদুনা দান্তেগী মতম ফাওবদা ওইরিবা কবিতাগী খোংগুল লীরগা খৃষ্টানগী সমাজদা কবিতানা পীরিবা চৈথেং, নুপা নুপীগী লম্নাইগী অমসুং সামাজিক ওইবা নীংতম্বা হায়বসিগী মতাংদসু পল্লম্মী। ইতিহাসকী ইচেল হায়বসি, শেলীনা হায়, অসুম মখা চথনা শাংথনা চেন্দুনা লৈ, শৈরেং হায়বসি বুদ্ধি, জ্ঞান অমসুং নুংঙাইবগী ঈশিংনা অসুম লেপ্তুনা চেলহল্লিবা ঈশিং চাইবীনি, মীশক অমনা যুগ অমনা লাইগী ওইবা ঈচেলগী লনসি ময়েং তাহন্দুনা খকহনখ্রবসু অতোপ্পা ইচেল অমনা মদুগী মখা শমথরকই, অনৌ অনৌবা মরী শেম্লকই, মদুনা উবা ঙমলুদ্রবা, লাকশিনবা ঙমদ্রবা নুংঙাইবগী হৌফম ওই।

ব্রারেংসিগী অরোইবা শরুকসি কবিতাগী মরমদা য়াম্না মরীকচুম্না থাগৎপনি হায়নৈ। শেলীনা কবিতাবু খ্বাইদগী অব্রাংবা থাক্তা থম্মী, মাগী মফমদদি কবি হায়বসি লোন অমসুং ঈশৈ লেংবা মী ওইবদা নত্তনা, মহাক অসি হিংবগী কলা হায়বসি পুথোকপা, হৌদোকপা মীনি, ওঝানি অমসং লমজিং-লমতাকপনি। পূম্নমক্কী মরু শৈরেংনা ওই, জ্ঞান, বিজ্ঞান পূম্নমকপু মসিনা ইকোন কোনশিল্লি। শেলীদদি মীওইবগী সংস্কৃতি — কলচরগী খ্বাইদগী ফজবা মশক্তি শৈরেংনি, খ্বাইদগী ফবা, নুংঙাইবা মিকুপকী রেকোর্দনি। মীওইবগী মরক্তা অওনবা — রিভোলিয়ুশনগী ব্রাখল পুরক্কুনা ঐখোয়গী পুক্সিদা অওনবা, অহোংবা পুরকপা ঙম্বনিনা মীওইবগী অরোইবা চঙজফমদি কবিতানি। অচৌবা কবিদি মীয়ামগীদমক্তা লেপখিবা মীনি। কবিতাগী খোঞ্জেলদি লাল্লাউগী খোঞ্জেল ওইরিবা যন্ত্রগী মখোলনি। কবি হায়বসি পৃথিবীগী শকখঙবিদ্রবা আইন শেম্বা মীনি।

# ১৫ ঃ ভিকটোরিয়াগী যুগ

১৮৩৭ তা মহারানী ভিকটোরিয়ানা সিংহাসন কাখি, অদুবু মানা সিংহাসন্দা কান্দ্রিশঙে চহি ১০ মুক্কী মমাঙদগী অহোংবা কয়া লাক্কদৌরে হায়বগী মমি উবা হৌরকখি। অকনবা পুক্লিংগী ইহুল অমসুং ইমেজিনেশনগী ইথক অমা মতমসিদা লাকখি। অদুবু ইহৌসি পংকুই কুইনা শাংনা লৈখিদে। ফ্রান্স, ইটালী, জর্মনীনচিংবদগী হেন্না ঙংখৎনা রোমানটিক্কী ইহৌসি ইংলন্দদদা শিথরকখি। রোমানটিসিজমগী মীৎয়েংদগী ভিকটোরিয়ান যুগকী ব্রাখল, মীয়েং লাকপগী চাওরবা মরমদি মতমদুগী দর্শন অমসুং বিজ্ঞাননা ওইখি। রোমানটিক মীৎয়েংদগী পোকখিবা সাহিত্যগী হৌফম জর্মনগী মেটাফিজিক্সনা লমজিং পীরবসু ইংলন্দদা মসিগী মমি অসুম শামলক্তুনা ১৮৩০ গী মতুংদগীদি শিথখরে। বাইয়োলোজিগী লমদা চার্লস দারবিনগী অনৌবা মীৎয়েং, মরুওইনা মাগী থিয়োরি ওফ ইভোলুশননা মতমদুগী ব্রাখলদা অচৌবা অওনবা অমা পীরকখি। মসিনা রোমানটিসিজমগী ইথিলবু হনথহনখিদুনা সাহিত্যদা রিয়েলিজম — থোকলি-ওইরিবা চঙ চঙ লাউবা অওইবগী মরমদা ইবা, নৈনবা হৌরকখি। অসুম্না বিজ্ঞানগী লমদা মথং মথং পুথোক্লরকপা কয়ানা মতমসিগী ব্রাখল, মীৎয়েংদা অহোংবা কয়া পীরকখি।

মতমসিদা বিজ্ঞানগী ব্রাখল অমসুং বুদ্ধিদা যুম্ফম ওইবা রেশনেলিষ্টিক ফিলোসোফিগী চৈথেং কন্না লৈরবসু রোমান্টিক অমসুং আইদিয়েলিষ্টিককী ভাবসি পুংমুৎ মুৎখিবদি নত্তে। ফ্রেঞ্চ ফিলোসোফিদগী মেটরিয়েলিষ্টিক অমসুং রিয়েলিষ্টিক মীৎয়েংগী লমজিং লাকখিবগুম জর্মন মেটাফিজিক্সতগী রোমানটিক অমসুং

আইদিয়েলিষ্টিক মীৎয়েংদগী ৱাখল লমজিং লাকখি। মহারানী ভিকটোরিয়ানা ১৯০১ দা শিখিবা মতম অসি ফাওবগী মরকসিদা ইংলন্দদা নত্তনা য়ুরোপ শিনথুংনা অকনবা ইহৌ অনীখক কন্না চিংখাইনরকখি। ইহৌসিগী অকনবা চিংখাইনবসি ভিকটোরিয়া মতমগী ইংলন্দদনা হেন্না কন্না থোকখি। বিজ্ঞানগী চাওখৎলকপা খোঙথাং, পানগী লনথুম হেংগৎলকপা, ইন্দষ্ট্রিনা হেন্না মরাং কায়বা, নুংঙাই-য়াইফবা ওইহল্লকপদা কন্না আশা তৌবা অইবা অমসুং ৱাখল খনবা মী কয়া লৈখি। মেকোলে, জোন ষ্টুআর্ট মিল, চার্লস দারৱিন, অলদস হক্সলি, ফ্রেদরিক হেরিসন, জোন মোর্লি অমসুং হরবার্ট স্পেনসর কাঙলুপসিদা য়াওবা মীশক্তি। মখোয়সিগী ওন্নতৈনবা মীৎয়েংদা লৈখি, টোমাস কারলাইল, কার্দিনেল নিয়ুমেন, জোন রস্কিন, মেথিয়ু অরনোল্দ, ৱাল্টর পেটর, অর্থর সাইমন্দস, স্বিনবর্ননচিংবা।

ভিকটোরিয়ানা পানবগী অঙনবা, ময়াই অমসুং অথেঙবা শরুক্কী হায়না খায়দোক্কুনা মতমসিগী ক্রিটিসিজমবু নৈনবা য়াই। মাগী মতমগী অঙনবা শরুক ১৮৩০-১৮৬০ দা সাহিত্যগী মতিক লৈবা ক্রিটিক লৈতবদগী ক্রিটিসিজমদা অশোনবা কয়া লৈখি। মতমসিগী মনুংদা লৈরম্বা মেকোলে, কারলাইল অমসুং জোন ষ্টুআর্ট মিল ইতিহাস খঙবা, সমাজগী অহোংবা পুরকপা মী অমসুং ফিলোসোফর ওইখিবগুম ক্রিটিক ওইবদি ঙমখিদে। ভিক্টোরিয়ান মতমগী ময়াইগী শরুক্তা মমিং লৈরবা পন্দিৎ খরা থোরকপদগী ক্রিটিসিজমগী লমদা শীংথানিংঙাই ওইবা মতম অমা ওইখি। তাংককসিগী খ্বাইদগী মমিং লৈবা মেথিয়ু অরনোল্দ অমসুং জোন রস্কিন ক্রিটিক অনীসিনা ফজবা-বিয়ুটি অমসুং অচুমঅরানগী মীৎয়েং-মোরেলিটি হায়বসি শান্নাইননা পূনশিনখি। অসিগুম্বা মান্নবগী পূনশিনবগী মতৌসি অহুমশুবা অরোইবা তাংকক ১৮৮০-১৯০০ দা অমুক থকখা ওনখি। ৱালটর হোরেসিয়ো পেটর অমসুং মাগী মরুপমপাংশিংনা অফ-ফত্ত, অচুমঅরানগা কলাগা লৈনবা মরীসি নাথৈরগা আর্ট অমসুং কলাগী পান্দমদি ফজবা হায়বসিনা ওইগদবনি হায়না কন্না চঙশিল্লকখি।

ভিকটোরিয়ান মতমগী ময়াইগী তাংকক ১৮৭৩-১৮৮০ গী মতমদা ভিকটোরিয়ানিজম হায়না, খঙনবা ৱাখল্লোন অসিগী ওন্নতৈনবদা লৈরম্বা মীদি

মেথিয়ু অরনোল্দ অমসুং জোন রস্কিননি। মপানথোংগী চাওখৎপা অরংঅরাক, লনথুমগী ইরাংদা মহাক্কী মতমগী মীশিংনা লুপশিন্দুনা মখোয়গী আত্মা অমসুং পুক্নিংবু মাঙহঞ্জরে হায়না অরনোল্দনা উখিবগুম, মতমদুগী সমাজগী ওইরিবা মতৌদু খল্লুবদা রস্কিন য়াম্না নীংবা কায়খি। লনথুম, অকেঅমৌনা থন্না লৈরে অদুবু মতমসিগী মীশিংদা মখোয়না মপানথোংগী ওইবা লনথুম, পোৎচৈগীদমক খন্দুনা লৈবনা মখোয়গী ৱাখল, পুক্নিংবু ইশি শিথহনখিবনা মখোয়দগী ফজবা হায়বদু খঙবা ঙম্বগী শক্তি মাঙহনখ্রবনা নুংঙাইবদি ফংবা ঙমদে। মহৌশা অমসুং আর্টনা ফজবগী হৌফমনি লৌই রস্কিননা। ইংলিসকী অতৈ অতৈ এসথেৎ — ফজববু পামজবশিংদগী ফজবা অমসুং অফফত্ত, অচুমঅরান অনীসি নকশিন্ননবা পূনশিন্না রস্কিননা য়েংলিবা মীৎয়েংসিনা অতৈদগী মহাক তোঙান্না লৈ। কাহেন্না ইন্দষ্ট্রি চাওখৎলকপা, ললোন-ইতিক্কী ইথিল কয়াসিগী মাঙনবগী মশক অসিদগী কন্নবগী পাম্বৈদি ফজববু মোরেল ওইবা কুয়োমনা য়োমদুনা পুথোকপনি হায় মানা।

ভিকটোরিয়ান মতমগী খ্বাইদগী শীংথানবা ক্রিটিকতি মেথিয়ু অরনোল্দনি। রস্কিন মরুওইনা আর্ট-লাইয়েকপা কলাগী হীরমদা পুক্নিং চঙখি। মেথিয়ু অরনোল্দগা মাগা মীৎয়েং খেন্নরবসু অপূনবা পান্দম, পম্বুং অমগীদমক পূন্না চৎমিন্নখি। পূন্না য়েংবদা ভিকটোরিয়া মতমগী ক্রিটিসিজম খেন্নবা মোৎ, মীৎয়েং কয়ানা শেম্বা মোজেকনি। মতমসিদা তোঙান তোঙানবা মোৎ অমসুং কাঙলুপশিং মতম অমতদা পূন্না চোংথোরকখি। বিজ্ঞান অমসুং মপানথোংগী লমথুম, নুংঙাই-য়াইফববু পাম্বা কাঙবু থোরকই, মখোয়গী মায়োক্তা ফিদম-অৱাংবা আইদিয়েলদা থাজবা অমসুং ধর্মগী লুচিংবা কয়া চোংথোরকখি। ফজবদা চঙজফম লৌবা পাম্বা মতমদুগী অথিবা অমসুং অপংবা মওংদুদগী তোখাইনা লৈবা পাম্বা অহুমশুবা কাঙবু অমসু থোরকখি। মতমসিদা সাহিত্যগী ক্রিটিসিজমদা মথ্বাই তাজবা মহৈ তমফম য়ুনিভরসিটিগা মরী লৈনবা মীশক কয়া অমসু থোরকখি। ভিকটোরিয়ান ক্রিটিসিজমদা অনৌবা মচল অমা ওইরিবসি মখোয়সিনি। মখোয়না ইথোরকপদা ইং তপ্পগী, খল চাং পুদুনা উৎপগী মতৌ য়াওই। মতম মতমগী ওইনা ফোঙবা

চেফোঙশিংগীসু মতমসিগী ক্রিটিসিজমদা মরুওইবা থৌদাং লৈখি। মতমসিগী ক্রিটিক পূম্নমক চেফোঙশিং অসিগী অমা নৎত্রগা অমগা মরী লৈনখি অমসুং মখোয়গী সাহিত্যদা য়েংবা মীৎয়েংদু চেফোঙশিং অসিদা ফোঙদোকখি। মতম শাংনা কাইথোক্লুনা সাহিত্য পানবা মতম লৈজদবা অদুবু পানিংবগী, খঙনিংবগী ইখৌ লাংবদি মশাদা কোক্তনা লৈজবা ইংলিশমেনশিংদা মতম মতমগী ফোঙবা চেফোঙশিং অসিনা কান্নবা কয়া পীখি।

ফ্রেঞ্চশিংনা ইবা ক্রিটিকেল মখলগী মইদগী ইংরাজীগী ইনরিবা ক্রিটিসিজমগী ফিবম হন্থবা ফত্তবদা নত্তনা মগুণদা হনথনা লৈ হায়না মেথিয়ু অরনোল্‌দনা নুংঙাইখিদে। ১৮৩০-১৮৬০ গী মতমদা লৈরম্বা, ইরম্বা ক্রিটিসিজমগী মওংসি য়েংলগা অরনোল্‌দনা নুংঙাইতবা ফোঙদোকখিবসি অরানবনি হায়না লৌদবা য়াবগী মরম লৈ। অদুবু মসিগী মতুং তারকপা চহি ৪০ দদি ফিবমসি হোংলকখি। মতাংসিদা মেথিয়ু অরনোল্‌দ অমসুং ৱাল্টর পেটর থোরকখি। মাইকৈ কয়াদগী থন্নদুনা য়েংলুরগদি ভিক্টোরিয়ান যুগকী ক্রিটিসিজমদা ইহাম হাম্বা, চঙ চঙ লাউবগী ময়াই ৱাংপা অমদি অদুম য়াওই। ভিক্টোরিয়াগী যুগ হৌরক্লিঙৈ চহি কুন কুম্ল্লাগী মমাঙদা সাহিত্য ওইনা ইরকপা লাইরিক কয়া অমসুং ক্রিটিসিজমগী লাইরিক-লাইশুশিংগা মহারানীসিনা পাল্লম্বা চহি হুম্ফু হুম্ফুতরাগী মতমদা ইরকপা ক্রিটিসিজমগী লাইরিকশা য়েংনরুবদা ভিকটোরিয়া মতমগী ক্রিটিসিজমদা থেংনরিবা ইহাম হাম্বা মতৌদু খঙবা য়াই। সাহিত্যগী ওইদবা, মসিগা থোইনা মরী লৈনদবা ৱাফম কয়া সাহিত্যগী ওইবা মীৎয়েং অমসুং বিচারদা পুশিল্লকপগী ইহৌ অমা মতমসিদা চঙশিল্লকখিবসিসু মতাংসিগী অনৌবা মশক অমনি। ক্রিটিসিজমদা মীদুগী মশাগী ওইবা অপাম্বনা, মাগী কান্নবা ওইবা মীৎয়েংনা লমজিং ওইরোইদবনি হায়না অরনোল্‌দনা হায়রমলিবসি সাহিত্যগা মরী লৈনদবা ৱাফম ক্রিটিসিজমদা পুশিল্লকপসিবু য়ানিংদবা উৎপনি। মতমসিদা করিগুম্বদনা রাজনীতিগী মীৎয়েং সাহিত্যদা চঙলকখি, অদুগা করিগুম্বদনা সমাজ শেংদোকনবা, অচুমঅরানগী ফিবম য়েংশিন্নবা ৱাফৈ কয়াসু য়াওশিল্লকখি। ইতিহাস অমসুং ক্রিটিসিজম অনীসি ইয়ান য়ানশিন্নখিদুনা তোখায় তোখায়

খায়দোকপদা লুনা থোকখি। আর্ট ক্রিটিসিজম অমসুং সাহিত্যগী ক্রিটিসিজম অনীসি মতাং কয়াদা থেংনৈ, সাহিত্যগী ব্রাখলসি তোয়না দর্শন অমসুং বিজ্ঞানগী মওং-মতৌ, ফিজোল শেংলকই। ক্রিটিসিজমগী থাদোক্লবা য়াদ্রবা নীতি, নিয়ম চৎনবী অসি থমদ্রগদি ক্রিটিসিজমগীদা ওইবা অশেংবা ক্রিটিসিজম লৈতে। ক্রিটিসিজমনা মসিগী ওইবা লন্নাই শক্তমদুদি য়ামদ্রবদা লৈহনবা, থম্বা তাই, অদুবু মতমসিদা য়াম্না তোয়না ক্রিটিসিজমনা মসি ঙাক্লুনা থম্বা ঙমখিদে।

# ১৬ ঃ ৱাল্টর হোরেসিয়ো পেটর

## (১৮৩৯-১৮৯৪)

ৱাল্টর হোরেসিয়ো পেটর ১৮৩৯ দা পোকখি, কিং'স স্কুল অমসুং ওক্সফোর্দ য়ুনিভর্সিটিদা লাইরিক তমখি। ১৮৬৪ দা ওক্সফোর্দগী ব্রেসনোজ কলেজগী ফেলো অমা ওইখি। ইটালীদা মতম খরা কোয়কুরগা ওক্সফোর্দদা লৈখি। য়াম্না শান্তি ওইনা, মী অতৈগা পংতিন তিন্নতোৎনদনা মপুন্সি লেনখি। সাহিত্য অমসুং য়েক-খোৎপদা মথ্বাই য়াম্না য়াওখি। ১৮৯৪ দা মহাক শিখি।

১৯ শুবা চহিচাসি য়ুরোপ অমসুং ইংলণ্ডদা বুদ্ধি, লৌশিং, জ্ঞানগী অকনবা ইহৌ থোকখিবা মতম অমনি। বিজ্ঞান — সাইন্সকী লমদা অহোংবা অমসুং চাউখৎপা কয়া লাকখি, মদুনা মরম ওইদুনা সাহিত্যদা বিজ্ঞানগী অকনবা ইথিল লাকখি। নীংতম্বা অমসুং দিমোক্রেসিগী ৱাখল্লোন মতমসিদা কন্না পাম্নরকখি অমসুং সাহিত্যদা মীচমগী ৱাফম, মীৎয়েং, অপাম্বসি মশক উৎতুনা কন্না ইনরকখি। খোঙথাং য়াংনা ইন্দসত্রিয়েলাইজেশন তৌরক্তুনা কেপিটেলিজমগী মরা তারকখি অমসুং মীওইবগী মরক্তা লন্নাই ওইজনবগীদমক মী অতৈবু শুম্বা — এক্সপ্লোইটর হায়বা কাঙলুপ অমগা নৈহৎপিরবা, ওৎনৈবিরবা কাংঙবু হায়বা অমগা অনী থোক্লা খায়দোরকখি। অৱাঅনা তারবা, ওৎনৈবিরবা মীয়াম্না মুক্তি ফংনবা লাউনরকপা অমসুং অপাম্বসিদগী কলাগী মঙগী, তাইবং অমদি নুংঙাইবা মরক্তো তাউদুনা লৈবদু পামদবা, য়ানিংদবা অইবা, আর্টিষ্ট কয়া থোরক্তুনা মখোয়না ইরিবা, মখোয়গী আর্ট অদুদা সমাজগী ওইরিবা মশক — রিয়েলিতি অমসুং

অপান্বা ফোঙদোকপা, উৎপা মীশক কয়া থোরকখি।

সমাজগী অওইবা, অশেংবা মশক-রিয়েলিজম পুথোক্কুনা উৎপা, ইবা অমসুং সমাজদা মখোয়গী দায়ীত্ব লৈ হায়না কন্না থাজনরিবা অইবা, আটিষ্টশিং অসিগী মায়োক্তা মখোয়বু য়াদবা অইবা মী কয়া অমসু চোংথোরকখি। মখোয়গী মাঙদা তারিবা ব্রাফমদি লনথুমবু করাম্না, মিহৌনা তাল্লিবা, মদুদা খন্দুনা লৈরিবশিংগী করাম্বসিদগী নৎত্রগা অব্রাঅনা কয়াগী অকিবা চৈথেং ফংদুনা খাঙলিবসিদগী আর্ট অমসুং ফজবা হায়বসি কমদৌনা হিংবা ঙমগদগে হায়বসিনি। মখোয়না খনখি, মতমগী সভ্যতা - চাউখৎপনা আর্টপু ময়ানতুয়ানগী পোৎয়ান ওইহল্লে, খ্বাইদগী মমল হেন্না পীবা ঙম্বা মীদা মখোয়গী মতিক-মগুণদু য়োনথোকপা ওক্তবী নুপী ওইরে অর্টিষ্ট হায়বসি। মরম অদুনা মখোয়না আর্টকী অশেংবা মতৌ অমসুং অচুম্বা মশক অদু ঙাকশেন্দুনা কন্ননবগীদমক ফজবগী লানবনদা চঙনবা, লৈনবা হোৎনখি। ১৯ শুবা চহিচাগী লোইশিল্লকপা তংখাইদগী ফ্রান্স অমসুং ইংলণ্ডদা মসিগী মতাংদা আন্দোলন অমা চঙশিল্লকপা হৌরকখি। আন্দোলন চঙশিল্লকলিবা খোঙথাং অসিগী স্লোগানদি কলাগীদমক্তা কলা — আর্ট ফোর আর্ট'স সেক হায়বসিনা ওইখি। ফ্রান্সতা খোঙথাংসিগী মরুওইবা লুচিংবা ওইখিবশিংদি গুষ্টাব ফ্লোবার্ট (১৮২১-১৮৮০), থিয়োফাইল গোটিয়র (১৮১১-১৮৭২), এদমন্দ দি গোনকোর্ট (১৮২২-১৮৯৬), জুলস দি গোনকোর্ট (১৮৩৩-১৮৭৮) অমসুং বোদেলিয়র (১৮২১-১৮৬৭) নি। ইংরাজীগী ওইনা লুচিংখিবশিংদি ব্রাল্টর হোরেসিয়ো পেটর (১৮৩৪-১৮৯৮), ওস্কর ব্রাইল্ড (১৮৫৬-১৯০০) অমসুং জেমস হ্বিসলর (১৮৩৪-১৯০৩) নি।

কলাগীদমক কলা নৎত্রগা এসথেটিক মুবমেন্ত হায়না খঙনবা কাঙলুপ অসিনা বোদেলিয়রগী মীৎয়েংদা মহৌশা - নেচরদগী আর্টনা ফজবগী হেন্না ফবা হৌফমনি, আর্টতদি মওং - ফোর্মনা ফোঙদোকলিবা হীরম মচাক্তগী হেন্না মরুওই, আর্টকা অফফত্তা নীতিগা মরী লৈনদে হায়না থাজে। ফ্লোবর্টনা মহৌশা, মীওইবগী শাওংশাদাগী নীংথিবা, ফজবা, অমসুং সাহিত্যগী ফজববু য়াম্না পামজনা থাগৎখি। ইংরাজীদা আন্দোলনসিগী লুচিংবা হ্বিসলরনি, মানা আর্টকী চাংয়েংদি মসিনা

ফজবা পোকহনবা পীবা অমসুং নুংঙাইবা পীবা ঙম্বখক্তনা ওইগদবনি, অচুমঅরান, অফফত্তগা মসিগা মরী শুকলৈ লৈনদে হায়। ৱাল্টর পেটরদি লাইরিক-লাইশু নিংথিনা হৈবা, ইঙতল্লা ফজবগীদমক ঙাওজবা, লেপচবা মীনি।

অচুমঅরান, অফফত্ত অমসুং ধর্মগী মাইকৈ কয়াদা মাগী মতমদা লৈখা তারকলিবসিদা পেটরনা কন্না, ইচং থৌনা য়ানিংখিদে অমসুং অথীবা শকতমসিদগী কন্নবা, নানথোক্লবা হোৎনখি। লমসোমদদি মহাক মেথিয়ু অরনোল্দ, টোমাস কারলাইল, জোন রস্কিনখোইগী খোঙবুনি। অদুবু থৱাই হকচাং য়াওনা মহাক ফজববু পামজবা, নুংশিজবা মীনি, মাগী থোৎ নৌরবা থম্মোইদা ফজবগী মূর্তিবু লাৎচখিবা মীনি হায়বসিসু অচুম্বনি। তোঙানবা মওং কয়াদা ফোঙদোকলিবা ফজববু পামজবসি মাগীদি অরোনবা নত্তে অমসুং ফজবা লেপনবা পাম্বৈদি মীগী পুক্লিংদা তারিবা, ফাওরিবা মূর্তি অদুনি হায়। পেটরনা আর্টতা য়েংলিবা মীৎয়েংসি দিসেম্বর ১৮৮৮ দা "ফোর্টনাইটলি রিভিয়ু" দা ফোঙখিবা "এপ্রিসিয়েসন" (১৮৮৯) দা ৱাহৌদোক ওইনা হাপখিবা 'স্টাইল' হায়বা ৱারেংসিদা য়াওই। থাইনগী মীৎয়েংদা ৱারেং অমসুং শৈরেং হায়না খায়রিবসি চুমদে, য়াদে হায়না মাগী ৱারেংসি হৌরকই, অকনবা, মরম চাবা - লোজিকেল ওইবা শাজিনবগী মওং শৈরেংদা য়াওগদবনি, ৱারেংনা অৱাংবা কল্পনাগী মগুণ ফোঙদোকপা য়াই, শেংনা মরুওইনা খেন্নরিবদি সাহিত্যবু কল্পনাগী ওইবা পুথোরকপা অমদি চুম্নগী থোক্লিবা ৱাফম, থৌদোক-ৱাথোকপু নকল ওইনা সাহিত্যদা পুথোরকপসিদনি। কল্পনানা শাগৎতুনা ইরকলিবা পূম্বদা শৈরেং ওইরবসু ৱারেং ওইরবসু থোক্লিবা থৌদোক-ৱাথোক্কী অওইবা, অচুম্বদু ফোঙদোকপা নত্তে, ইরিবা মীদুগী অওইবা থৌদোক-ৱাথোক্তুদা খল্লিবা ৱাখল, খঙলকলিবা মীৎয়েংদু ফোঙদোকপনি।

কল্পনানা মশকমচু লোক্লবা ৱারেংগী অপাম্বসি পেটরগী মতমদা কন্না চৎনরম্মী। মাগী মতমদা পেটরনা চনৈনবা কয়াগী মরক্তা শৈরেংদা য়াওরিবা মচাকশিংসি অমতা ওইনা পূনশিন্দুনা শাগৎলকপদা অৱাবা ওইরিবা ইচম চম্না লৌথুপ-লৌকোই য়াওহন্দনা ফোঙদোক্কদবনি হায়বগী অকনবা ইরাং অমসু লাকখি। কল্পনাবু হেন্না নীংতম্না হেন্না কান্নবা মওংদা শীজিন্নবা য়াবনা ৱারেংনা

কল্পনাগী মই ওইবনা মতমদুগী খ্বাইদগী চূনৈ হায়না পেটরনা লৌখি।

ইবগী, ফোঙদোকপগী নোম্না - ষ্টাইল হায়বসিগা মথক্কী ৱাফমসিগা মরী লৈনৈ। অফবা ষ্টাইল হায়বসি মাগী মতুংইন্নদি ফোঙদোক্লবা শীজিন্নরিবা পাম্বৈ, উপায়দু মরম চুম্না চান্নবা হায়বদি লোনগী লৈজরিবা মচাকমরল পূম্নমক চুম্না খংগৎতুনা শীজিন্নগদবনি হায়না লৌই। য়াওবদা কান্নদ্রবা, দরকার ওইদবশিংদু অইবনা খন্দোক্তুনা য়াওহল্লোইদবনি, ৱাহৈ, লোন শীজিন্নবদা হৈশিংবা অমসুং আথিংবা থম্বা তঙাইফদে। ফজবা, থোৎনৌবা লোন খনবা হৈবা, ৱাহৈগী অশেংবা মহৌশা অমসুং পাঙ্গলগী জ্ঞান মপুংফানা, মতিকচানা লৈবা তাই, চেকশিনবা ৱাৎপা ৱায়াম ৱারেম শুবা থাদোক্কদবনি।

ৱাহৈ শীজিন্নবদা চেকশিন্না হৈশিংবা উৎপা অমসুং ৱারেম, ৱায়াম শুবা থাদোক্কদবনি হায়রগা পেটরনা ৱাহৈ পরেং শেমগৎশাগৎপগী মতাংদা নৈনৈ। মহৈমশিং হৈবগী ফজবা মমি তাবা, চাংখল মান্নবা থম্বা অমসুং কা হেলহন্দনা ইফা ফাদোকহন্দবা নিংথিনা মওং তানা, অশোয়বা য়াওহন্দবা মমুৎ তাবা ষ্টাইল অদুনি মানা পাম্বদি। ৱাহৈপরেং হায়বসি অতেনবা, অচম্বা অর্থ হেক্তা থোকহনবা ওইবা য়াই, নৎত্রগা পাকচাউবা, পুক্লিংদা থুক লাওবা পোকহনবা, ফজবা অমসুং মখল কয়াগী অর্থ চেনবা ওইবসু য়াই। অফবনি হায়না খঙনবা ষ্টাইলদদি মখল অনীসি হৈশিংনা য়াওহল্লি। অচম্বা অমসুং হেন্না চিংলেম্না শাংবা ৱাহৈপরেং খুদিংমক ইরিবদুগী অপূনবা শক্তমদু শাগৎলকপদা মশা মশাগী চানবা মফমদু লৌহনগদবনি। মপুম ওইনা শাগৎলকলিবসিবু, অপূনবগী মশকসিবু পেটরনা খ্বাইদগী মরুওইনা লৌখি। হৌগৎলকপগী শরুক্কা অরোইবগা থানবা য়াদবা মরী লৈনৈ। ইরিবদুদা মথং মথং অসুম চাওখৎলকপগী মতৌসু য়াওই। ঐখোয়না তোয়না লান্না শীজিন্নে হায়না লৌনরিবা ৱাহৈ খনবা, ষ্টাইল অমসুং ফোর্ম হায়বসিগী মতাংদা পেটরনা নৈনরম্মী। মানা হায়, ৱাহৈ, লোন শীজিন্নবা মখলগী আর্টতা শীজিন্নরিবসি মরুওইনা লাইরিক-লাইশু হৈবা স্কোলারগী আর্ট ওইগদবনি। সাহিত্যগী আর্টিষ্টতি স্কোলার ওইগদবনি, স্কোলারগী অচুমঅরান খঙঙম্বগী লৌশিং মশাদা লৈগদবনি। চেকশিন্দনা, কোমনা শীজিন্নবদগী লোনগী থাক, মগুণ তত্তনা

হন্থহল্লিবসিদগী থিংনবা হোৎনরিবা লোনবু নুংশিজবা মীনি আর্টিষ্টতি। অদুবু মহাক নাতৈ চাদনা হৈশিংবা উৎচনিংবা মীদি নত্তে। অহৈবা আর্টিষ্টপু খঙনরিবসি মানা লৌখত্তুনা শীজিন্নরিবা ব্রাহৈ, লোনদুগীদমক নত্তে, মানা লৌখত্তুনা, খংগত্তুনা শীজিন্নদনা হন্দোকলম্লবা, থাদোকলম্লবা ব্রাহৈ, লোন অদুগীদমকনি। মানা হায়, কান্নদ্রবা অহেনবা কয়াবু থাদোকলম্বা, লৌথোকলম্বা হায়বসি আর্ট পূম্নমক্কী পান্দমনি, মওং তানা শেমশাদোক্লবা মুক্তাদা পকলিবা অহেনবা মকুপ কান্নদ্রবা শরুকশিংদু লৌথোকখ্রগা হেন্না ফজবা, মওংমরিল নাইবা পোৎ অমা ওইহল্লকপগুম আর্টতসু কান্নদবা অহেনবশিং অদু থাদোক্লম্বা তাই। হৈশিংবা আর্ট শীজিন্নদুনা মদুগী পাম্বৈনা অফবা, অব্রাংবা থাক্কী ষ্টাইল হায়বসি পুথোরক্লবসু ষ্টাইল অদুদা আর্ট য়াওহন্দবা, হাপতবগী মতৌ ফুমদুনা লোৎনা লৈহনবগী মতৌ উহনগদবনি, ফোঙদোক্কদবনি। পেটরনা অফবা - গুদ আর্ট হায়বসিগা অচৌবা - গ্রেট আর্ট হায়বসিগা খেন্ননা য়েংলম্মী। অফবা - গুদ আর্টতা হীরম অমসুং ফোঙদোকলিবা মওং - কনটেন্ট অমসুং ফোর্ম অনীমক পূনশিনখিদুনা অমতা ওইখি। অচৌবা - গ্রেট আর্টতি চিংলেম্বা মচাক য়াওহন্দুনা অব্রাংবা পান্দম লৈগদবনি। অফবা গুণদগী তোঙাল্লিবা কলাদা অচৌবা গুণ - গ্রেৎনেশ য়াওগদবনি হায়না নৈনবসিদা পেটরগী মীওইবগী মতৌ, মচৎপু নৈনবা হিয়ুমেনিষ্টকী মীৎয়েংদু উৎলি।

"এপ্রিসিয়েসন্স" কী লোইশিল্লকপদা পেটরনা মাগী মীৎয়েংদগী রোমানটিসিজম অমসুং ক্লাসিসিজমবু মশক তাক্লবা হোৎনৈ। মেদাম দি ষ্টেলনা ১৮১০ দা রোমানটিসিজম অমসুং ক্লাসিসিজম অনীগী শিংথানবা য়ারবা অর্থ হল্লম্বদগী হৌনা লৌখৎলগা সেন্ট বিয়ুফ অমসুং ষ্টেন্দহোলগী মোৎ নৈনরগা রুশোগী প্রভাব উৎলদুনা মহাক মশাগী ওইবা মীৎয়েং পীরম্মী। অহানবদা রোমানটিসিজম অমসুং ক্লাসিসিজম হায়বা ব্রাহৈ অনী অসি তোখাই তোখাইবা ব্রাহৈ নত্তে, ফজবগী শঙদা অমমমনা মশাগী মফম অমমম কনজরিবা ব্রাহৈনি হায়না পেটরনা হায়খি। মানা হায়, ক্লাসিসিজম হায়বসি ফজবগী চাং মান্নবদুনি — ওর্দর ইন বিয়ুটি, রোমানটিসিজমনা ফজবদা অঙকপা হাপ্পনি — ষ্ট্রেনজনেশ

এদেদ টু বিয়ুটি। ক্লাসিকেল ওইবদা শকখঙমায়খঙনবা অমসুং য়েংবদা নুংঙাইবগী গুণ য়াওই অমসুং থায়নগী অরিবা ৱারী তাবগুম নুংঙাইনা থোকই। খঙদববু খঙনিংবগী ইখৌ লাংবনা রোমানটিসিজমগী য়ুমফমনি, রোমানটিককী ওইবা মপূং ফাবা ফজবসি খঙনিংবগী ইখৌ লাংবগা ফজবগা চানবা চাংদা পূনশিন্নরগা ফংবা য়াই। খঙনিংবগী ইখৌ লাংবগী চাংনা হেল্লগা আর্টতুগী মগুণ ময়েং তারক্নুনা নাতৈ চাদবা ওইরকই। পেটরনা হিংদুনা লৈরিবা মতমদু লনথুম, পোৎচৈ চাং মরাঙ কায়না লৈবা মতম ওইবনা রোমানটিসিজমগী ওইথোকপা কয়া লৈবা মতমনি হায়না মানা হায়। অদুবু মতমদুগী আর্টতু দরকার ওইবা ফজবদু পীননবা ক্লাসিকেলগী চিলহাও থিবসি দরকার ওই। মাবু য়ানিংবা অমসুং য়ানিংদবা কাঙবু কয়া থোকহনখিবা ক্রিটিকনি ৱাল্টর পেটর। মাগী মীৎয়েং য়ানিংদবশিংনা মহাক্তি চুম্না ফজববু য়াম্না পামজবা মীনি - এসথেৎনি, মাগী ইথিলনা ক্রিটিসিজমবু অওইবা, অশেংবা পুন্সিদগী তোখাইনা লৈহল্লম্বা মীনি হায়না লৌনৈ। পোল এল্মর মোরনা পেটরদি রিভিয়ু খরা তৌদুনা ইরম্বদগী হেন্না মতমদুগী সাহিত্যবু মমল লেপতুনা ইভেলুয়েৎ তৌরম্বা মী নত্তে হায়। পেটরদি নুংঙাইবনা পুন্সিগী পান্দম - হিদোনিস্তিক ওইনা লৌখিবা মী নত্তে। পেটরদি রোমানটিকনি, ১৯ শুবা চহিচাগী অথেঙবা শরুক্তা লাকপা লনথুম, মপানথোংগী অকেঅমৌগী মায়োক্তা লেপখিবা মীনি। মতম মতমগী অমসুং হৌখ্রবা মতমগী সাহিত্যগী মমল, গুণ উৎপদা নত্তনা অৱাংবা থাক্কী ক্রিটিসিজমনা সাহিত্যগী নিয়ম, চৎনবী উৎলি। মীৎয়েংসিদগীনি এরিষ্টোটলবু ক্রিটিকনি হায়রিবসি। মখলসিগী ক্রিটিসিজমদা পেটরনা চাউরবা থৌদাং লৌরম্মী। সাহিত্যগী মমল, মগুণ লেপ্পগী মওং কয়া লৈবা য়াই, পেটরগী ইমপ্রেসনিস্তিক মেথদ অসিসু সাহিত্যগী মগুণ লেপ্পবা উপায় অমনি। অহৈবা ক্রিটিক অমসুং অপাবা মীনা সাহিত্যবু মঙোন্দা পোকলকপা ৱাখল, মীৎয়েংদু লৌশিল্লগা, নৈনরগা মমল লেপ্পবা হোৎনৈ। মহাক্লা খায়দোক্নুনা য়েংদে, খ্বাইনা য়ানরবা লমজৈনা ওনবসু ওন্দে, মশাগী মহাও খঙহৈবা শক্তি, মশাদগী পোকচরকপা থম্মোইগী জ্ঞান, অমসুং মশাদা য়াওজরিবা সংস্কৃতি অদুনা মশাগী মীৎয়েং লেপ্পবগী মতিক চাবা পাম্বৈনি।

পেটর সন্ন্যাসীনি। ওক্সফোর্দদা লৈবা মাগী অচিকপা কাদুদা পণ্ডিৎকী ব্রাখলদগী মানা আর্ট অমসুং পুস্তিগী দর্শনগী মরমদা খনখি, নৈনখি। মাগী মইদা য়াওরিবা অৱাংবা থাক্কী মতৌ — হাই ব্রাউনিশনেশ অসি অশোয়বা ওইবগী মহুত্তা মসিনা মাগী মইবু হেন্নদুম ফজহল্লি। মানা ইথোরকপদা য়াওরিবা তনান তনান্না লূরবা, নিংথিবা ষ্টাইলনা ইরকলিবদুগী হেন্না ফজবা মগুণ হাপকৎলি।

# ১৭ ঃ মেথিয়ু অরনোল্দ
## (১৮২২-১৮৮৮)

দা. টোমাস অরনোল্দ ওফ রগবিগী মচানুপা ওইনা খৃঃ কুম ১৮২২ দা মেথিয়ু অরনোল্দ পোকখি। ওক্সফোর্দকী রগবি অমসুং বেলিয়োল কলেজদা মহৈ তমখি। ১৮২৫ দা ওরিয়েল কলেজগী ফেলো অমা ওইখি। ওক্সফোর্দ য়ুনিভরসিটিদা ১৮৫৭-৬৭ দা পোইট্রিগী প্রোফেসার ওইখি। ১৮৮৩ দা আমেরিকাদা লেকচর টুর চৎখি। অরনোল্দ ১৮৮৮ দা শিখি।

দা. সামুয়েল জোনসন লৈখিদ্রবা মতুংদা ইংলিসকী ব্রাখল মীৎয়েং অমসুং ক্রিটিজিসমদা মেথিয়ু অরনোল্দগুম্না অকনবা ঈথিল পীঙম্বা ক্রিটিক অমতা থোরকখিদে। দা. জোনসন অমসুং অরনোল্দগী মরক্তা পোকখিবা কোলরিজ শীংথানবা ক্রিটিক অমা ওইরবসু খঙবদা লুনা থোকপা অমসুং মাগী ব্রাখলগী পরিংসি ইফা ফাদোকপা, শন্দোকপা মীনি। অরনোল্দদি মানা হায়নিংবা, ফোঙদোকনিংবদু চপচানা অকক্না ফোঙদোকপা মীনি। মহাক্তি হায়নিংবা ফোঙদোকনিংবদু ময়েক শেংনা চপ চপ চানা হায়দোকপা ফোঙদোকপা মীনি। হৌখিবা চহি চামরোমসিগী মনুংদা ইংলিস ক্রিটিসিজমদা থোইদোক্লা মমিং লৈবা মীনি মেথিয়ু অরনোল্দ। মরম অহুমগীদমক মহাক মরুওইবা মীনি হায়না লৌনৈ অমসুং মানা পীরম্বা ইথিলসি লম অহুমদা লৈ। অহানবদা, মহাক ভিকটোরিয়া মতমগী পুকনিং মীৎয়েং অমসুং কবিতাবু পাম্নবগী মহাও অপাম্ববু মুন্না খঙবা মতমদুগী মীহুৎনি। অনীশুবদা, য়ুরোপকী ব্রাখল মীৎয়েংবু মাগী মহৈদা পুশিল্লক্নুনা

ইংলিশকী পুক্লিং ব্রাখলদা পুশিল্লক্তুনা মীৎয়েংসি ফোঙদোকহনখিবা মীনি অরনোল্দ। মহাদেশতা চৎনরিবা য়ুরোপকী ব্রাখলগা মরী লৈনবা, শন্নবা ঙমদে হায়না ইংরাজীগী ক্রিটিকশিংবু মানা শাউখি অমসুং য়ুরোপকী ক্রিটিকশিংদা ইংরাজী লোনগী ক্রিটিকশিংদা লৈতবা, য়াওদবা পুক্লিং ব্রাখল খল চাং মান্নবা অমসুং অচুম্বা মীৎয়েং য়াওই হায় মানা। অহুমশুবদা, মানা হায় মীওইবগী মরমদা নৈনবা অতৈ অতৈ হীরম কয়াগসু সাহিত্যগী ক্রিটিসিজমগা চেৎনা মরী লৈনগদবনি। ক্রিটিসিজম হায়বসি পৃথিবীদা খঙনরিবা, খন্নরিবা খ্বাইদগী অহেনবা অফবদুবু লন্নাইগী অপামপামদ নুংঙাইবা নুংঙাইতবা য়াওহন্দনা তমদুনা শন্দোক্লবা, খঙহন্নবা হোৎনবনি। ( . . . a disinterested endeavour to learn and propagate the best that is known and thought in the world.) মাগী মতমগী সামাজিক, মহৈমশিং তন্বা অমসুং ধর্মগী ব্রাফম কয়াদা মাগী মপুক্লিং ওনশিনখি অমসুং ব্রাফমশিং অসিদগী তোপনা তাদুনা সাহিত্য লৈবা য়াদে হায়না মানা লৌখি। পুন্সি অমসুং সাহিত্যদা, মরমসিননি মানা ক্লাসিকেল ওইবা মীৎয়েং তঙাইফদে হায়রিবসি। নিয়ম অমসুং মোৎ অমদা নপতুনা, পুন্দুনা লৈবা ক্লাসিসিজমদু নত্তে মাগীদি — মশক শেংনা খঙদোকপা, খায়দোকপা ঙম্বা অচুম্বা মীৎয়েংদুনি মাগী ক্লাসিসিজমদি। ক্রিটিসিজম হায়বসি মানা ক্রিয়েটিব ওইবা থবকনি হায়না লৌই। কোলরিজগুম্না অরনোল্দদি সাহিত্য ওইরক্লবগী থৌওং, পুক্লিং নৎত্রগা ইমেজিনেশনগী মরমদা থিজিন্দে, মহাক্তি অচৌবা, অফবা কবিতাগী মচাকসি করি করিনা ওইবগে অমসুং কবিতা নৈনবনা অরোইবদা মীওইবগী মপৃংফাবা হায়বদু ওইবা ঙম্নবা তেংবাং করম্না ওইনবগে হায়বসিদা হেন্না মথাই য়াওখি।

তোঙান তোঙানবা কবি অমসুং ক্রিটিকশিংগী ব্রাখল মীৎয়েংনা অরনোল্দদা ইথিল পীখি। গ্রীক অইবশিংদগী হোমর অমসুং সোফোক্লেশ, জর্মন অইবশিংদগী গেটে অমসুং হেইন, ফ্রেঞ্চ অইবা সেন্ট বিয়ুফ অমসুং ইংরাজীগী কবি ব্রার্দসব্রার্থকী ইথিল মঙোন্দা তাই। মাগী মীৎয়েং অমসুং মইদা বাইবলগী ইথিলসু ময়েক শেংনা তাই। অফবা লমচৎ অমসুং অচুম্বা ধর্ম লৈবা হায়বসি

গ্রীকতগী, গেটেদগী মীৎয়েং পাকপা অমসুং লুশিন্না মনুং হুঞ্জিন্না য়েংবগী মতৌ, হেইনদগী কলচর য়াওদ্রবা ফিলিষ্টিনগী মায়োক্তা লেপ্পবগী থৌইনশিন, সেন্ট বিয়ুফতগী কলাগা পুন্সিগা লৈনবা মরী, ব্রার্দসব্রার্থকী দর্শনগী — ফিলোসোফিগী ওইবা মীৎয়েং অমদি মহৌশাবু লুনা খঞ্জবা, অরোইবদা বাইবলনা মঙোন্দা মপাম্বোংগী ওইবা অরংঅরাক, লনথুমগী অপাম্বশিং অসিদগী নাম্বোকহন্দুনা মীওইবগীদমক খনবা হিয়ুমেনিজমগী মীৎয়েং অসি পীখি।

থৌইনশিন অমসুং লমজিং ফংনবগীদমক অরনোল্দনা ইংলিস ক্রিটিকশিংদা য়ুরোপ মহাদেশকী ক্রিটিকশিংবু খন্ননৈননবা হায়খি। মহাক্কী মতমগী ইংলিশ ক্রিটিকশিংগী চাউথোকপা অমসুং থোইচৎব্রাংচৎনবগী মতৌদুগী মায়োক্তা য়ানিংদনা মহাক লেপখি। মতমদুগী ইংলিশমেনশিংদা অপাকপা মীৎয়েং অমসুং পাকচাউনা খনবা তম্মবা মহাক্লা কন্না হায়খি। য়ুরোপ মহাদেশকী তোঙান তোঙানবা লোলগী সাহিত্য চপ চানা, চুম্না নৈনবনা মখোয়গী মীৎয়েংগী ঙমখৈ অসি হেন্না পাকথোক- চাউথোরকপা ঙমহনগনি হায়না মানা লৌখি।

মানা ইবা ব্রারেং "স্যিটনেশ এন্দ লাইট" হায়বসিদা অরনোল্দনা কলচর হায়বসিদা য়েংলিবা মীৎয়েং মসিদা লৌরিবা অর্থ অসিনা মহাক্কী সাহিত্যগী ক্রিটিসিজমগী লমজিংনি। কলচর হায়বসি অরনোল্দনা কনাগুম্বা মী অমগী মশাদা য়াওরবা, লৈরিবা মতৌ অদু নত্তে, মী অদুনা ওইরক্লিবা, মশাদা উৎলক্লিবা মতৌ অদুনি হায়। (Culture is in becoming something, rather than in having something, in an inward condition of the mind and spirit, not in an outward set of circumstances.) কলচর হায়বসিদি পুক্লিং অমসুং নুংগী ওইবা ফিবমনি, মপাম্বোংগী ওইবা ফিবমদা লৈবা পোৎ নত্তে। মরম অসিনা কলচর হায়বসি মরুওইনা পুক্লিংগী, নুংগী ওইবা থৌওংনি। অপাকপা মীৎয়েং অমসুং লৈরুরিবা মফম, মতম অমদগী অচুম্বা, অফবা হায়বদু খঙদুনা মদুবু খঙনিংবা অমসুং লৌশিন্নিংবগী থৌরাংবদু লৈগদবনি। কলচরগী মরুওইবা মচাক অহুমদি খঙনিংবা, হৈনিংবা, ইশাগী অপামপামদা মীৎয়েং লৈহন্দবা অমসুং হোংদোক-হোংজিন, ওম্বোক-ওনশিন য়াবা হায়বসিনি।

কলচরবু মখা তানা মানা অসুম্না হায় — মসিদি মপূংফাবা হায়বদু ফংনবা অতৈ লমদা ফৈদোকলুদনা থরাই-হকচাং, পুক্নিং চপয়ুংনা মদুতবু নুংশিবা পোকপনি, বুদ্ধি-ৱাখল অমসুং ঈশ্বরগী অনিংবা অদুতনা মায়পাকহনবা, লম অমদা ঙাওদুনা উংদুনা লৈবা নত্তবা মখলগী মীৎয়েং অদুনি। (Culture, however, shows its single-minded love of perfection, its desire simply to move reason and the will of God prevail, its freedom from fanaticism . . .) কলচর হায়বসি মপুংফাবা perfection হায়বদু নৈনবনি অমসুং মসিগী মহৌশাদি থোংনৌবা অমসুং মঙাল (sweetness and light) হায়বসিনি। কলচরগী মরুদি করিগুম্বা অমদা তোংশিন্দুনা অপাম্বা উত্তবা হায়বসিদা লৈ। (disinterestedness) অমসুং মীৎয়েংসি লৈবা মীদি মশাদা অসিমা পাম্বা পামদবগী অখূবা মীৎয়েং, মোৎ অমদা উংদুনা হোংবা লৈতবগী মীৎয়েংগী অখূবা ঙমখৈগী ৱাংমদা লৈ। ক্রিটিক অমা ওইবদা খ্বাইদগী মরুওইবা পোৎচংদি দিসইনটরেষ্টেদ ওইবা অমসুং ফ্লেকসিবিলিটি হায়বদি লন্নাই ওইনা অপামপামদ উৎতবা অমসুং মীৎয়েংদা হোংদোক-হোংজিন. লৈথোক-লৈশিন য়াবগী মতৌ লৈবা অসিনি।

মেথিয়ু অরনোল্দগী মীৎয়েংদা মানা হিংদুনা লৈরিবা মতম অসি মকায় মকায়রবা নিং[illegible] মতমনি হায়না লৌখি। মতম অদুদা লৈরম্বা ইংলণ্ডগী মীশিংবু মহাক্না বারবেরিয়ান, ফিলিষ্টিন অমসুং পোপুলেশ হায়না কাঙলুপ অহুম থোক্না খায়দোক্নুনা য়েংখি। বারবেরিয়ান হায়বা কাঙলুপ অসিদি অচৌঅশাং, ইনাককৈরাক খুনবা কাঙবুনি অদুনা কাঙলুপ অসিগীদি কলচর হায়বসি লৈতে অদুগা মখোয়দা কলচরগী দরকারসু লৈতে। ফিলিষ্টিনশিংনা মপান্দা য়েকশিন-খোৎচিনবা, তৈশিনবা মপাম্বোংদা উহনবা, উৎথোকপা খঙহনবদা কন্না থাজে অমসুং কাঙলুপ অসিদি কলচরগী অশেংবা শক্তম অদু ইখঙ খঙদে। পোপুলেশ হায়না খঙনরিবা কাঙলুপসিদি লাইরিক-লাইশু হৈতবা কাঙবুনি, কলচরবু খঙনিংবগী খৌরাংবা, অপাম্বা লৈরগসু মখোয় অসি কলচরবু খঙবা ঙমদবা কাঙবুনি। অদুবু অরনোল্দনা পোপুলেশ — মীচমগী কাঙবুসি হৌগৎলক্নুনা

পৃথিবী অসিগী থৌদোক-ৱাথোকশিং অসি মখোয়গী খুদুম মনুংদা শোয়দনা লৈরগনি, মখোয়না পায়শিল্পগনি হায়না থাজখি, মরম অসিনা মহাক্লা কাঙলুপ অসিবু মহৈমশিং হৈহন্নবা অমসুং মঙালগী মশক খঙহন্নবা, পীনবা কন্না হায়খি। কলচরনা থাক, কাঙলুপ খায়দোকপবু মাঙহন্নবা, লৈহন্দনবা হোৎনৈ হায়না মানা হায়। অশেংবা, অচুম্বা কলচরগী মতেংনা মখল খুদিংগী মচোই মচোই তাহনবগী মীৎয়েং, মীখাপোন্না মীনাইগুম হিংবা অমসুং মান্নদবা, খেন্নবগী ৱাখলগী মায়োক্তা লৈ। সমাজগী মথকথোংবা কাঙলুপতা লৈবশিংবু মপাঙ্থোংগী লনথুম, অরং-অরাক্তা য়াওন্নহল্লিবা, সমাজগী ময়ায়থংবা কাঙলুপকী মীশিংবুনা লৈবাকমচা তাদবা ওইহল্লিবা অমসুং সমাজগী মখাথাবা কাঙলুপ্পুনা শাকৈগুম তৌহল্লিবা, ওলহল্লিবা অসিগুম্বা মান্নদবা খেন্নবশিং অসিগী মায়োক্তা লেপ্পুনা অরনোল্দনা হিংবা নৎত্রণা শিবগী লাঞ্জং অমা থেংনবা পামখি। (to fight a life and death struggle that materialises the upper class, vulgarises the middle class, brutalises the lower class.) সমাজগী ময়ায়থংবা কাঙলুপ ফিলিষ্টিনশিংবু কন্নবা, মখোয়গী মথৌনা হাপ্পা ঙস্বদি শৈরেং হায়বসিনি। মরম অসিনা শৈরেং হায়বসিনা মনীংতম্না নুংঙাইবা পীনবা, ফংনবা পোৎশক অমা ওইনা ওইনা শৈরেং হায়বসি মেথিয়ু অরনোল্দদি কলচরবু চাউখৎহন্নবা, ফগৎহন্নবা উপায় অমনি। মপূংফাবা মীওই অমা শাগৎপদা শৈরেংনা মতেং ওইনৈ; মীওইবগী পুক্নিংগী লমবু পাকথোক চাউথোকহনবা, মপূং ফানবা শেমগৎপা অমসুং তাইবংমীগী মতৌ, মগুণ চেলহনবদা — হিয়ুমেনাইজ ওইহনবদা মতেং ওইনৈ। মীওইবগী কলচরগী খ্বাইদগী ফবা মহৈদি, ফলদি শৈরেংনি হায়না অরনোল্দনা লৌখি। অতৈ অতৈ পূম্নমক্তগী শৈরেংনা মথক ইথোং থোংই, বিজ্ঞান, দর্শন অমসুং ইতিহাসকী মথক থোংনা লৈ শৈরেংনা ।

শৈরেংবু আর্ট কৌবসি অরনোল্দনা য়ানিংদে অমদি গেটেগী মীৎয়েং মতুংইনদুনা মখাগী অসুম্না শীংথারম্মী। শৈরেংসি আর্টনি হায়না লৌনদুনা শৈরেং ইবা কবিবু লাইয়েকপা, মূর্তি শাবা অমসুং কলাবিদ্যা খঙহৈবা কাঙবুগা পূন্না পূন্না থমনৈ, লৌনৈ। অদুবু গেটেনা হায়, আর্ট হায়বসিনা মেছিনগী ওইবা মতৌ

লৈবনা মেছিন ওইবগুম্না শৈরেংদি ওইদে। শৈরেংবু আর্ট অমনি হায়বসি ঐদি য়াদে। শৈরেংদি বিজ্ঞান অমসু নত্তে। শৈরেংবু আর্ট নৎত্রগা সাইন্স কৌবগী মহুত্তা মসিদি লাইপোক্কী অঙকপা শক্তিনি, গুণনি। (Poetry is held to be art, and yet it is not, as art is mechanism, mechanical. I deny poetry to be an art. Neither is it a science. Poetry is to be called neither art nor science but genius.) আর্ট হায়না খঙনরিবশিং অসিদগী শৈরেংনা আর্ট ওইবদা হেন্না ৱাংলি অদুবু ৱাখল খনবা ঙম্বা জীবনি হায়না মশক তাক্লিবা মী ওইবা হায়বা জীব অসিগী ৱাখল, বুদ্ধি লৈবা মতৌ অসিগদি হেন্না নকশিন্নবা মরী লৈনৈ। শৈরেংদি ৱাখল খল্লি, আর্টতি খন্দে।

শৈরেংবু অরনোল্দনা পুন্সিগী অফফত্তা তাকপা খঙহন্নবনি হায় (a criticism of life)। মাগী সমালোচনাগী য়ুম্ফমদি মসিনা ওই। ১৮৬৪ দা জোবর্টকী মরমদা ইবদা মহাক্না সাহিত্যগী পান্দম অমসুং পন্থুংদি পুনিসগী অফ-ফত্তা নৈনবনি (a criticism of life) হায়, ১৮৭৯ দা ৱার্দসৱার্থকী মরমদা ইরকপদসু শৈরেংদি অরোইবদা পুন্সিগী অফফত্তা নৈনবনি হায়। ১৮৮১ দা বাইরনগী মরমদা ইবদসু অসুম্না অদুম হায়খি। শৈরেংনা পুন্সিগী মরুওইবা ৱারম কয়া নৈনৈ অমসুং কবি হায়বসি য়াম্না মরুওইবা মীশক্লি। কবিনা মহাক মশাগী পুক্লিংবু পাক চাউহনবদা নত্তনা মী অতৈগী পুক্লিং ৱাখলবুসু পাক চাউহল্লি। ক্রিটিসিজম ওফ লাইফ হায়বসিনা অরনোল্দনা হিংদুনা লৈবগী থবক অসিদা ঐখোয়দা খ্বাইদগী ৱাংবা থাক্তা মঙাল অমসুং থৌইনশিন পীবা করিগুম্বা খরনি হায়না লৌখি। শৈরেং হায়বসি পুন্সিগী অফফত্তা তাকপা নত্তে, পুন্সিগী কল্পনাদগী শাগৎপনি অদুনা কল্পনাগী ওইবা মীৎয়েং অসি ইথা থানবা য়াদে।

অরনোল্দগী ক্রিটিসিজমদা মরুওইনা য়াওবা ৱাফম অনীখক্তি টচষ্টোন মেথদ অমসুং গ্রান্দ ষ্টাইল (touchstone method and grand style) হায়বা অসিনি। মেথিয়ু অরনোল্দদি থাইনগী ক্লাসিকেল ওইরবা অইবশিং অমসুং মখোয়না ইরম্বশিংবু য়াম্না পামজবা মীনি। থাইনগী হৌখ্রবা অইবশিংগী মইদা অরনোল্দনা গ্রান্দ ষ্টাইল (grand style) হায়বসি য়াওই হায়না হায়। গ্রান্দ

ষ্টাইলবু অরনোল্‌দনা অসুম্না তাকই ঃ কবিতাগী পীথোরকপা গুণ লৈবা পুকচেল চাউবা মী অমনা অরুবা হীরম অমবু চম্না নৎত্রগা লুনা নৈনবদগী গ্রান্দ ষ্টাইল থোকই। (The grand style arises in the poetry when a noble nature poetically gifted, treats with simplicity or with severity a serious subject.) হোমর, ডান্টে অমসুং মিলটনগুম্বা মমিং লৈরবা ক্লাসিকেল কবিশিংগী মইদগী অফবা ছাচা-নমুনা, শরুক অমগা শরুক অমগা অমদি মপূম ওইবা মশক্কী মরক্তা লৈনরিবা চাং, খল অমসুং শৈরেং অমগী মপূম ওইবগী শক্তম হায়বসিগী (design, proportion and wholeness of a poem) মরমদা মহাক মমুৎতানা তমখি। অরনোল্‌না ক্লাসিসিজমবু পামজরুবনা মানা পুন্সিদা য়েংবা মীৎয়েংদা খলচাং মান্ননা থমদুনা য়েংবা অমসুং ইশাগী ওইবা অপামপামদ মীৎয়েংনা লমজিংদুনা মাঙজিন থানা লমজিংহন্দবগী মতৌ অসি য়াওই। অদুবু মহাক হৌখ্রবা মতমদা লৈরম্বশিং অদুনা হায়রম্বা নিয়মশিং অদু হেক্তা খম্বদনা পূমচুম চুন্নবনি, শোয়দ্রবনি হায়না ইনবদি পামদে, মহাক্না পাম্বদি ক্লাসিক ওইনা লৌনরবা মইশিং অদুগী অশেংবা, অওইবা মতৌ, মগুণ অদু মশক খঙবনি। হৌখ্রবা মতমগী অইবশিংনা তৌরম্বগুম মহাকসু ইগদৌরিবা হীরম অদু খনবা হায়বসিদা য়াম্না কৃপ্না মপুক্লিং থিংজিনখি; অতৈ পুম্নমক খল্লিবা, লৌখৎলিবা হীরম অদুগী মখা পোনবনি, মানা হায়, মতিক চাবা হীরম অমা খল্লগা, হীরম অদুনা ওইহল্লিবা ফিবম পুম্নমক অদুদা পুক্লিং লূপশিন্দুনা য়েংলগদি, য়েংবা ঙম্লগদি অতৈ অতৈ অদুদি মশানা অদুম ইন্নরজকপনি, তাজরকপনি।

টচষ্টোন মেথদ হায়বসিদনা তোঙান তোঙানবা কবিনা ইবা শৈরেংশিংদগী মতেক মতেক নৎত্রগা পরেং অমমমদং ওইরবসু লৌথোক্লগা, খনগৎলগা চাংদম্নদুনা য়েংবা, মতিকমগুণ লেপ্পগী থৌওংনি। খনগত্তুনা লৌখৎলিবা মতেক নৎত্রগা পরেং অদুনা অতোপ্পা চাংদম্নগদৌরিবা শৈরেং অদুগী লমজৈ, মগুণ লেপ্নবা চাং অদু ওইনৈ। খনগৎলিবা মতেক, পরেং অদুগী মতিকমগুণ, ফজবদু চাংদম্নবা লমজৈ ওইনগদৌরিবা অদুগী মতিকমগুণ, ফজবদু য়ৌবা ঙম্লবদি মদু গ্রান্দ ষ্টাইলগী মইনি হায়না মানা লৌই। শৈরেং অমগী অপূনবা মশক অমসুং

মপূম ওইবা মচেৎ তাদবা আপীল অমা শৈরেংগী ওইনা লৈগদবনি হায়না অরনোল্দনা তোয়না পনবনা, মানা করিগুম্বা শৈরেং অমগী মতেক অমা নৎত্রগা পরেং অমা লৌখৎলগা অতৈ শৈরেংশিংগা চাংদম্নদুনা মগুণ লেপকনি, গ্রান্দ ষ্টাইল ওইবরা হায়বদু খঙদোক্কনি হায়বসিদি অরনোল্দ মশানা হায়জবা মীৎয়েংগা ওন্নে। ব্রাফম অসিদা অরনোল্দবু য়ানিংদবশিংনা মাগী মগুণ ময়েং তাহন্নবা কন্না হোৎনৈ। অরনোল্দনা পুথোক্লিবা টচষ্টোন মেথদ হায়বসি শোয়দ্রবা, লেঙদ্রবা লমজৈনি হায়বগী চাংয়েং পাশ তৌবা ঙমদে, শৈরেং অমগী মতিকমগুণ, অফ-ফত্তবু শৈরেং অদুগী অপূনবা ঈথিল, মশক অদু য়েংলুদনা পরেং খর., মতেক খরা অতোপ্পা শৈরেংগী মতেক, পরেং খরগা চাংদম্নরগা মগুণ লেপ্পা হায়বসিমক শোয়দ্রবা, লেঙদ্রবা চাংয়েংদি নত্তে। মদু ওইরগসু অরনোল্দনা হৌদোক্লিব্লিবা মীৎয়েং অসি কাউথাকপদি চুমদে। প্রোফেসার গেরোদনা হায়রম্মী, মহাক (অরনোল্দ) অসি ইংলিস ক্রিটিকশিংগী মরক্তগী খ্বাইদগী চাউবা ক্রিটিক অমা নৎত্রবসু, অচৌবা ক্রিটিক অমা ওইনবা মঙোন্দা লৈবা, য়াওবা মগুণশিং অদুদি অচৌবা ওইবগী মচাকনি, মসিদা নুংঙাইবা ঙমদবদি অপঙবনি। (If he is not one of the greatest of English critics, his make-up of being so is in itself a piece of greatness; and not to enjoy it is a piece of stupidity.)

# ১৮ ঃ ২০ শুবা চহীচা

খৃষ্ট কুম ১৯০১ দা মতম শাংনা মহারাণী ওইরম্লগা ভিকটোরিয়া নোংগাখি। মহারাণী অসিগী মতমদা ইংলন্দদা ময়ায় ওইবা কাঙলুপ — মিদল ক্লাসনা য়াইতোং-খমদোংবা কাঙবু ওইনা লৈরম্বদুস্ অনৌবা যুগ, মতম অমা হৌরকপগা লোয়ননা লোইশিল্লকখি, মমি শামখি। মতম অসিদগী প্রোলেটরিয়েৎ — মীচম কাঙলুপকী শক্তি অসি কন্না লৈরকপা হৌখি অমসুং ইংলন্দদা লেবর পার্টিনা মায় পাক্লুনা শাসন পায়রকখিবসিসু মীচমগী পাঙ্গল হেনগৎলকপগী প্রমাণনি। চঙশিল্লক্লিবা, হোংলক্লিবা অওনবশিং অসিবু এ. সি. ব্রাদনা ব্রাহং হংবগী থৌনা, অপাম্বা (the spirit of interrogation) হায়না শীংথাই। ভিক্টোরিয়া মহারাণীনা পানবা মতম অসিবু দায়ীত্ব লৌদুনা য়াশিন্নবা, খেন্নববু য়ানদুনা তাইশিন্নবা অমসুং পেনবা হৈবা মতমনি (acceptance, compromise and complacency) হায়না খ্বাইনা খঙনৈ।

অনৌবা চহীচা অসিগী হৌগৎলকপদা মেথিয়ু অরনোল্দ অমসুং ব্রাল্টর হোরেসিয়ো পেটরগী ইথিল কন্না লৈরম্মী। প্রোফেসার জোর্জ সেন্টসবেরীনা মাগী "হিষ্ট্রি ওফ ক্রিটিসিজম" হায়বসিদা খ্বাইদগী অফবা, চানবা কয়া লৌখত্নুনা, খোমজিন্দুনা ক্রিটিসিজমগী অনৌবা লাইরিক অমা পুথোরকখি। লাইরিক অসিদা মহাক্না হিষ্টোরিকেল সেন্সকী উপায়না কমপরেটিব ক্রিটিসিজম — চাংদম্নবা মওংগী ক্রিটিসিজমগী মীৎয়েং অমা পুশিল্লকই। মমিং লৈরবা মতম অসিগী ক্রিটিক অমদি প্রো. এ. সি. ব্রেদলিনি। মাগী শেক্সপিয়ারগী ট্রেজেদিগী নৈনবা লাইরিক "শেক্সপিরিয়ান ট্রেজেদি" হায়বসি লম অসিদা ক্লাসিক অমনি হায়না খ্বাইনা

শীংথানৈ। কোলরিজ অমসুং চালর্স লেমগী মেথদ শিজিন্নদুনা ব্রেদলিনা শেক্সপিয়ারগী ট্রেজেদিবু নৈনরকখি। কোলরিজগুম্মা মানা শেক্সপিয়ারগী ট্রেজেদিশিং অসিগী মশক মওং অমসুং ট্রেজেদিশিং অসিদা য়াওরিবা কেরেক্তরশিং অসি মাগী কল্পনানা শেমগৎশাগত্তুনা পুথোক্লবা হোৎনখি। শেক্সপিয়ারনা থনম্বা টেক্সট অদুনা মাগী লমজিং ওইনরগসু য়াম্না তোয়না মাগী সাহিত্যগী মীৎয়েং লেপলকপদা টেক্সটশিং অসিদগী হেন্দোক্লা হেক হেক চৎথোরকই, হাইদোরকই।

২০ শুবা চহীচা অসিদা পণ্ডিতশিংনা অনৌবা লম অমদা কন্না নৈনদুনা য়েংশিন-থিজিনবগী থবকসু চত্থরি। পণ্ডিতশিং অসিনা অরিবা ক্লাসিকশিংগী অচুম্বা, অশেংবা টেক্সটকী মশক অদু লেপথোক্লবা কন্না হোৎনৈ। ক্লাসিকশিং অসিগী অফংবা খেন্নবা টেক্সটশিং অদু খোমজিল্লগা, মখল খায়দোক্লগা চাংদম্নদুনা নৈনরগা হান্নগী অহানবদা লৈরম্বা অহৌবগী মওং অদুদা পুথোক্লবা মখোয়না হোৎনৈ। অসুম্না শেমদোকশেমজিন তৌদুনা অইবদুনা থনম্বা, ইরম্বা টেক্সট অদুগী মওং অদুদা পুথোরকই। থবক অসি ওইনবা হোৎনবদা টেকনিকেল ওইবা হৈশিংবা অমসুং কল্পনাগী হৈশিংবা দরকার ওই। মেলোন সোসাইটি অমসুং অতৈ অতৈ সোসাইটি কয়ানা লম অসিদা মাঙজিন থাবা, কান্নরবা থবক কয়া পায়খৎখি। ফরনেশ, বুলেন অমসুং দব্লু, দব্লু, গ্রেগ (Furness, Bullen, W.W. Gregg) নচিংবা পণ্ডিতশিংনা শেক্সপিয়ারগী দ্রামাগী টেক্সটশিং ইদিৎ তৌখি। অসুম্না মতম অসিদা মিল্টন, দন অমসুং বেন জোনসন অমসুং অতৈ অতৈ দ্রামা ইবা কয়াগী টেক্সটশিং ৱানা, হৈশিংনা নৈনদুনা পুথোরকখি। টেক্সট নৈনবা — টেক্সচুয়েল ক্রিটিসিজম হায়বসি মতম অসিদা য়াম্না মরুওইবা নৈনবগী মরম অমা ওইখি।

মতম অসিদা সাহিত্য নৈনবগী অনৌবা ৱারোল অমা পুথোকখিবা মীশক্তি টি. ই. হিয়ুল্মনি (T. E. Hulme)। মাগী ৱাখল, মীৎয়েংনা ইজরা পাউন্দ অমসং টি. এস. এলিয়টকী মীৎয়েংদা ইথিল পীদুনা কুনশুবা চহীচাসিগী ক্রিটিসিজমগী লমদা মোদর্নিষ্ট ক্রিটিসিজম হায়বসিগী লম্বী য়াৎখি। ভিকটোরিয়ান মতমগী পাক চাউনা লৈবাকমচা তাবা মীৎয়েং (liberal individualism)

অসি য়ানিংদবগা লোয়ননা মহাক্না ১৯ শুবা চহীচাগী লোইশিল্লকপদা ময়াক কন্না লৈরম্বা রোমান্টিক ওইবা চৈথেং পূন্নমক থাদোকখি। মাগী মীৎয়েং অসি রোমান্টিক ওইবদগী ক্লাসিকেলদা হেন্না নক্লবনা মেথিয়ু অরনোল্দগা হেন্না নকশিন্নে। অরনোল্দগী মীৎয়েংদা ধর্মগী ওইবা অকনবা অপাম্বা কন্না লৈখিদবসিনা হিয়ুম্মগী ধর্মগী ওইবা অকনবা অপাম্বা কন্না লৈখিবসিগা অসিদনি মখোয় অনীগী মরক্তা লৈরিবা খেন্নবসি। ধর্মগা লৈনবা মবিদদি মহাক্তি টি. এস. এলিয়টকা হেন্না নকশিন্নে। ফ্রেঞ্চকী ইথিলদগী মহাক্না চৎনবী ওইনা পান্নরিবা চাং মাননবা (regular, conventional metrical form) মইদগী ফ্রি ভর্স (free verse) হায়বসিবুনা হেন্না মরুওই হায়না লৌখি; কবি অমনা মচেৎ ওইবা, অপাইবা পুক্লিংগী মতৌ ফোঙদোকপা তাবনা মানা চাংমান্নবা, অপন-অরাক লৈতবা মওংগী শৈরেংগী মওংদা (smooth and regular verse) ইবা ওইথোক্তে। মরম অসিনা ফ্রি ভর্স হায়বসি শীজিন্নবা তারকই হায়না "দ মিনিং ওফ মিনিং" দা (*The Meaning of Meaning*, 1923) হায়।

চহী কুনমুক লৈরম্বা পান্নবসি পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাউ ১৯৩৯ হৌরকপদা মরাই চাইথখিবা অসিনা অনীশুবা তাঙ্ককনি। টি. এস. এলিয়টকী "সেক্রেদ ৱুদ" (*Sacred Wood*, 1920) ফোঙলকপদগী অনৌবা মতম অমা হৌখি, মথং মথং আই. এ. রিচার্দসকী "দ ফাউন্দেসন ওফ এসথেটিক্স" (*The Foundation of Aesthetics*, 1922) অমসুং "দ প্রিন্সিপলস ওফ লিটেরেরী ক্রিটিসিজম" (*The Principles of Literary Criticism*, 1924) অসিনা শমথরক্তুনা অনৌবা মীৎয়েং অসি মপুং ফাহনখি। অহোংবা, অওনবা অসি লাকপদা লৈরম্বা ফিবমদু ওহোক্না চনৈনবা মওংদা লৈরম্মী অমসুং এলিয়টনা চনৈনবা ফিবমদুবু মখোয়গী খেন্নবা মান্নদবা মোৎ, ব্রাখল ফোঙদোক্তুনা ভাব তানবা ঙমদ্রিবা নোংমাইজিং নুমিৎকী পার্কতা য়েৎনরিবা, য়ানদ্রিবা ব্রা কয়া ঙাঙনরিবা মীশকনি হায়না প্রমাণ তৌই। (a Sunday park of contending and contentious orators who have not even arrived at the articulation of their differences)। এলিয়ট অমসুং রিচার্দস অনীনা

চনৈনবা মতৌ অসি কোকহন্দুনা ক্রিটিসিজমদা অনৌবা লম্বী অমা উৎখি।

অহানবগী তাঙ্কক্তা তৌখিবগুম অনীশুবা মতাং অসিদসু রিভিয়ু তৌবশিং, টেক্সচুয়েল ক্রিটিকশিং অমসুং একাদমিক ক্রিটিকশিংনা মখোয় মখোয়গী পামজবা, হৈজবদু উৎতুনা মায় পাকখি। ১৯২৫ দা এ. সি. বেনসন, ১৯৩৩ দা জোর্জ সেন্টসবেরী, ১৯৩৪ দা এ. সি. ব্রেদলি লৈখিদ্রে। হিংহৌরিবা পণ্ডিতশিংগী মনুংদা জোন মিদলতন মরেনা জর্নেলিষ্ট, ইদিটর অমসুং ক্রিটিক অমা ওইনা শীংথানবা য়াবা শরুক য়াখি। ক্রিটিসিজমদা মাগী মীৎয়েং অসি ৱাল্টর পেটরগী মীৎয়েংগা মান্নে অমসুং শৈরেংগী লমদনা রোমান্টিক, এসথেটিক ওইবা মীৎয়েং উৎলি হায়না লৌনৈ। লাসসেলস এবরক্রোমবি (Lascelles Abercrombie) মতম অসিদা ক্রিটিসিজমগী লমদা মমিং লৈরবা মীশক অমনি। মাগী "থিয়োরী ওফ পোইত্রি" (*Theory of Poetry*) অমসুং "আইদিয়া ওফ গ্রেৎ পোইত্রি" (*Idea of Great Poetry*) হায়বা লাইরিক অনী অসিদা কুনশুবা চহীচাগী মীৎয়েংদগী শৈরেংবু নৈনৈ। ক্লাসিকেল ওইবা মীৎয়েং অমসুং মহাওগী মশক শেংনা তাক্লম্বা প্রোফেসর এফ. এল. লুকাশ মতম অসিগী শীংথানিংঙাই ওইবা ক্রিটিক অমনি। মীচম প্রজাগী মীৎয়েং অমসুং মখোয়গী অপাম্ববু শেংনা মশক তাক্লম্বী উপন্যাসকী লমদা পুন্নৌ নৌবা ৱাখললোন অমা 'মোদর্ন ফিকশন' হায়বা ৱারেং ইদুনা উৎলম্বী ভরজিনিয়া ৱুলফনা (Virginia Woolf) সাহিত্যগী অনৌবা লম্বেল অমা উৎখি। মহাক ব্লুমসবেরী গ্রুপ হায়বা কাঙলুপ অসিগী মীশকনি।

১৯৩০ অম্বাইদগীদি ক্রিটিসিজমগী লমদা শীংথানিংঙাই ওইনা টি. এস. এলিয়ট অমসুং আই. এ. রিচার্দস লাকখি। মখোয়গা লোয়ননা ৱিলিয়ম এম্পসন (William Empson), এফ. আর. লেভিস (F. R. Leavis), হরবর্ট রিদ (Herbert Read) থোরকখি। এলিয়টকী মোত্তা ক্রিটিসিজম হায়বসি চাংদম্নবা, খায়দোক্নুনা নৈনবা অমসুং নুংগী অর্থ পুথোক্নুনা নৈনবা (comparision, analysis and interpretation) অসিনা ওইগদবনি হায়। ক্রিটিসিজমদদি নৈনরিবা কলাগী পোৎ অদুদা মরুওইনা, মপূং ওইনা য়েংগদবনি, মরম অসিনা

ইতিহাস, কলাদুবু পুথোক্লিবা মীশক্তুগী পুন্সি ব্বারী অমসুং সামাজিক ফিবমশিং অদুদি চুম্নগী মশা ঙাক্তনি।

মতম অসিদা আমেরিকাদা কন্না মমিং লৈখৎলকপা নিয়ু ক্রিটিসিজম হায়না খঙনবা ক্রিটিসিজমগী মওং অসি ইংলন্দদসু পাম্নবা হৌরকখি। হৌগৎলকপদা মওং অসিগী ক্রিটিসিজম অসি ভরনোন লী (Vernon Lee), কেরোলিন স্পর্জননচিংবা (Caroline Spurgeon) কয়ানা পাম্নহন্নবা হোৎনখি অদুবু প্রো. আই. এ. রিচার্দসনা ১৯২৪ দা পুথোকপা নমুনা অদুনা পাক চাউনা পাম্নবা হেলহনখি। আই. এ. রিচার্দস অমসুং ব্বিলিয়ম এম্পসন অনীনা অনৌবা ক্রিটিসিজমগী মীৎয়েং অসি ইংলন্দদদা নত্তনা আমেরিকাদসু পাকশন্না পাম্নহনখি।

মমাঙদা থোকখিদ্রিবা বুদ্ধি-লৌশিং অমসুং ধর্মগী ওইবা ১৯৩০ গী চহী খরসিগী মতমদা থোকখিবা ময়াই অসি ইংলিস ক্রিটিসিজমদসু মমি তাখি। অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী ফল ওইনা ইংলন্দগী মীশিংনা অতৈ লমগা ইশম-শম্নদনা তোপ্পা তাদুনা লৈরম্বগী মতৌ অদু মাঙখিদুনা অতৈ অতৈ লম কয়াদগী হুমজিল্লকপা হব্বানুংশিৎকী ইরাং অদু মতিক চানা ফংবা হৌরকখি। ১৯৩০ গী চহীশিংদা শেনথুমগী লমদা থোকখিবা অহোবা খুদোংথীবা কয়ানা মার্ক্সকী মীৎয়েং, ব্বাখল্লোন শাগৎনবা, পাম্নহন্নবা য়ুমফম থোন্দুনা মার্ক্সিজম মরা চেৎহনখি। রশিয়াগী বোলসেভিক রিভোলিয়ুসন অমসুং স্পেনগী সিভিল ব্বারনা তঙাইফদবা, অথুবা শেলথুম অমসুং সামাজিক হীরম কয়া মায়োক্লহল্লক্তুনা মতাং অসিদা লৈরম্বা বৃটিনগী ব্বাখল খনবা মীশিংগী ব্বাখলদা অকনবা ইথিল পীখি। সাহিত্যবু নৈনদুনা অর্থ হনবদা মার্ক্সকী হিষ্টোরিকেল অমসুং দাইয়েলেকটিকেল মেটরিয়েলিজমনা পাম্বৈ ওইনখি। মতাং অসিদা অকক্লবা কবি নৎত্রগা দ্রামা ইবা মীশক অমনা লৈরিঙৈ, হিংলিঙৈ মতমদগী সামাজিক অমসুং শেনথুমগী ফিবম নৈনবা মখলগী তোপ তোপ্পা লাইরিক কয়া ইনরকখি অমসুং খরা হেন্না মার্ক্সকী মীৎয়েংদা থাজবা মীশিংনা মীওইবগী, সমাজগী ব্বাফম অসি ক্লাশ কনফ্লিক্ট হায়বদি খেন্নবা থাক্কী মরক্তা থোক্লিবা খেন্নবা, মূক্লবদগী ওইরকপনি হায়না উৎনবা হোৎনখি। ইংলিশ লিটরেচরগী ইতিহাস অসি হোংলক্লিবা শেনথুমগী মীৎয়েংদগী নৌহৌননা অমুক

ইবা হৌরকখি। দেবিদ দেইচেসনা (David Daiches) মাগী "সোসাইটি এন্দ লিটরেচর" (*Society and Literature*) হায়বসিদা সমাজ অমসুং শেনথুমগী অহোংবা, অওনবা খুদিংমক মতমগী সাহিত্যদা মমি তাই হায়বসি নৈনদুনা উৎলকই। "নোভেল এন্দ দ পিপল" (*Novel and the People*) দা রাল্ফ ফোক্সনা মার্ক্সিষ্টকী ৱাখল পরিংদা উপন্যাস ইরকপগী ৱা নৈনরকই। সেসিল দে লেৱিস, দব্লু. এইচ ওদেন, ষ্টেফেন স্পেন্দরনচিংবা কবি কয়াসু মার্ক্সকী ইথিলদা শৈরেং ইনরকখি। খৃষ্টোফর কোদৱেলগী "ইলুজন এন্দ রিয়েলিটি" (Christopher Caudwell : *Illusion and Reality*) হায়বা লাইরিক অসিদা হিষ্টোরিকেল দাইয়েলেকটিক্সকী মীৎয়েংদগী মরুওইনা শৈরেং হায়বসি পোকলকপগী থৌওং অসি তাক্লবা হোৎনৈ। কোদৱেলনা হায়, অঙনবা মতমদা শৈরেং হায়বসি অঙনবা মতমগী মীশিংগী মশাদা পোকপদগী লোয়নদুনা য়াওজরক্লবা জ্ঞান, বুদ্ধিগী খৌরাংবা, অপাম্বদু পেলহন্নবা ফোঙদোকপদগী পোক্লকপনি। অদুদগীনি শৈরেংনা শেনথুম অমসুং সামাজিক ওইবা অহোংবা কয়াগা চাশিন্নদুনা অঙনবা মতমগী নৌদুনতা লৈরবা তাঙ্কক কয়াগী কমিয়ুনিজম, মীনাই ওইবা মতৌ অমসুং লৌয়াম চাবগী থাক, মতাং মতাংদা বুরজুৱা কেপিটেলিজম ওইরকপগী মশকশিং অদু ফোঙদোরকই। "ইলুজন এন্দ রিয়েলিটি" দা কোদৱেলনা মশাগী ওইবা অনৌবা ৱাখল, মীৎয়েং কয়া পুথোক্লুনা উৎলি অমসুং মাগী অনৌবা থিয়োরীশিং অসি শেক্সপিয়ার, মিলটন অমসুং রোমান্টিক মতমগী কবি কয়া নৈনরকপদা শিজিন্নরিবসি শীংথানিংঙাইনি।

১৯৩০ গী চহী তাঙ্কক অম্বাইদগী ক্রিটিসিজমদা সাইকোলোজিগী লমদা থিজিন-হুমজিনবদগী ফংলকপা অনৌবা ৱাখল্লোন, মহৈগী ইথিল কন্না ফাওবা হৌরকখি। মহাক্না ইবা উপন্যাস অমসুং ৱারেংশিংদা অলদস হক্সলিনা বিহেবরিষ্টিক — মীওইবগী হৌনলোনচৎকী ওইবা মীৎয়েংদগী নৈনবা মখলগী মই পুশিল্লকই, আই. এ. রিচার্দসনা মাগী থিয়োরীগী প্রমাণ ওইননবা নিয়ুরোলোজি (neurology) অমসুং গেষ্টোল্ট সাইকোলোজিগী (Gestalt Psychology) মহৈ মপূংফানা শিজিন্নরকখি। সাইকোলোজিগী অকনবা ইথিলদি সিগমন্দ ফ্রোইদ

(Sigmund Freud) অমসুং সি. জি. য়ুং (C. G. Jung) দগী লাকখি। ফ্রোইদনা মরুওইনা নৈনবদি মীওইবগী অনকনসস ওইবা পুক্নিংগী মশক (unconscious mind) অমসুং নুপা নুপীগী মরী (libido) হায়বসিনা মীওইবগী পুন্সিদা লৌরিবা থৌদাং অসিগী মরুনি। সমাজনা য়েংলিবা অফফত্তগী মীৎয়েংনা অথিংবা ওইদুনা নুপা নুপীগী মরক্তা লৈরিবা উন্ননিংবা, তিন্ননিংবগী ৱাখল অসি ফোঙদোক্নবা ঙমদবা পুক্নিংদা অসুম ফোঙদোক্তনা নমশিন্দুনা থম্বদগী নিয়ুরোসিস হায়বসি পোকহল্লকই। অসিগুম্বা নিয়ুরোসিস অসি কোকহন্নবগী খ্বাইদগী ফবা পাম্বৈদি লিবিদো — নুপা নুপী তিন্ননিংবগী ৱাখল অসি আর্ট, কলাদা ফোঙদোক্নুনা শেংদোকহনবনি। মরম অসিনা শৈরেং অমসুং অতৈ আর্ট পুম্নমক অসি নুপা নুপী হকতিন্ননিংবা, উননিংবগী ৱাখলগী শেংদোক্লবা মতৌনি হায়না ফ্রোইদনা হায়। ফ্রোইদকী মীৎয়েং অসি লিটেরেরী ক্রিটিসিজমদা পুশিল্লকখি। ক্লাসিকনি হায়না লৌনরবা লাইরিক কয়াবু সাইকো-এনালিসিসকী পান্দমদগী নৈনদুনা য়েংনরকখি, পুথোক্লরকখি। মীৎয়েং অসিদা নৈনরকপা শীংথানবা লাইরিক অমদি অরনেষ্ট জোনসকী (Ernest Jones) শেক্সপিয়ারগী “হেমলেট” ড্রামাবু নৈনবা অসিনি। অপূনবগী ওইবা কলেকটিভ অনকনসস, চেন্নদুনা য়াওদুনতা লৈরবা মুটিভ (motive) অমসুং নোমনাগী (archetype) মরমদা পীরিবা য়ুংগী থিয়োরীশিং অসিনসু ক্রিটিসিজমদা কন্না ইথিল পীখি অমসুং 'মিথ ক্রিটিক' (myth critic) হায়না খঙনবা কাঙবু অসিগী মীৎয়েং অসি য়ুংদগী লৌরকপনি। সাইকো-এনালিতিকেল ক্রিটিসিজমদা মান্নরিবসি, ক্রিটিসিজম মওং অসি নোরমেটিব (normative) চৎনবী নিয়মগী ওইবা নৎত্রগা ইভেলুয়েটিব (evaluative) অফফত্ত চাং লেপ্পগী মহুত্তা জেনেটিভ (genetive) হায়বদি মশানা মপুং ফাজবা মশাগী ওইজবা মতৌ য়াওহনবা অসিনি। সাইকো-এনালিটিকেল ক্রিটিকশিংনা শৈরেংগী হৌরকফম, শৈরেংদা য়াওরিব্রা শক্তি অসিগী ৱারোল তাক্লবা হোৎনৈ।

হরবার্ট রিদতি মতম অসিগী খ্বাইদগী মীৎয়েং, ৱাখল পাকচাউবা ক্রিটিকনি। মহাক্কী ৱাখল, মীৎয়েংদি ইনৌ নৌই, মহাক্না হায়দোরকপশিংদু তশেং তশেংই,

মহাক্লা ইথোরকপা পৃম্বদা অনৌবা অমসুং খন্নবা য়াবা ৱাফম পুথোরকই। আমেরিকা অমসুং য়ুরোপকী মফম কয়াদগী অর্থ হন্নবা অমসুং মমল লেপ্পদা হরবার্ট রিদনা তোঙান তোঙানবা মখলগী সাইকোলোজিকেল জ্ঞান শিজিন্নখি। মার্ক্সিজম অমসুং সাইকো-এনালিসিস অনী পূনবা ফ্রান্সতগী হৌরকপা সুররিয়েলিজম শিজিন্নদুনা মহাক্লা অহানবা ওইনা ইংলণ্ডদা মঙ অমসুং ওটোমেটিক রাইতিং হায়না খঙনবা মখলগী মই অসি তাক্লবা হোৎনখি। খৃষ্ট কুম ১৯৪০ দগী ওইরক্লিবা ইংলিস ক্রিটিসিজমসি মখলমখা য়াম্মী, মীৎয়েং কয়ামরুম থোক্লা লৈ। "দ লিটেরেরী ক্রিটিক্স" তা জোর্জ ৱাৎসননা মতম অসিদা লৈরিবা ইংলিস ক্রিটিসিজমসিবু (ক) মোরেলিষ্ট, (খ) দ নিয়ু ক্রিটিক্স অমসুং (গ) দ হিষ্টোরিয়ানস হায়না খায়দোক্তুনা য়েংলম্মী।

মোরেল হায়বদি অফ-ফত্ত, অচুমঅরানগী ৱাফম য়াওদ্রবদি শৈরেং হায়বসি মপুং ফাদে, কান্নদে হায়না কন্না লৌরম্বা মেথিয়ু অরনোল্দগী ৱাখল্লোনবু য়াবা, ইনবা কাঙবুনি মোরেলিষ্টশিং অসি। অরনোল্দ অমসুং ২০ শুবা চহীচাগী মাগী ৱাখল্লোন মতুংইনবা কাঙবুনা মোরেলিটি — অফফত্ত, অচুমঅরান হায়বসিনা পুন্সিবু হেন্না মগুণ লৈহন্নবা, মপূং ফাহন্নবা পাম্বৈনি হায়না লৌখি। দি. এইচ. লোরেন্সনা ক্রিটিসিজমগী মতাংদা হায়রম্মী ঃ ক্রিটিসিজমগী মফমদা মানা ক্রিটিসাইজ তৌরিবা লাইরিক অমনা পোকহল্লিবসি মাগী ৱাখলদা মরম চাবা, অচুম্বা মওং অমা পোকহনবনি। ক্রিটিসিজম হায়বসি মী মীদুগী লন্নাই মতোমতগী ওইবা মীৎয়েংনি, অদুগা অনীশুবদা মসি সাইন্সনা থওইনা খন্দ্রবা পুন্সিগী ভেলু হায়বসিগা মরী লৈনবা ৱানি। কলাগী পোৎনা ঐখোয়গী অশেংবা পুক্নিংগী ইন্হলদা পীরিবা ইথিলদগী হেন্না অতৈগী ৱাফম ঐখোয়না কোৎশিল্লুদে। ষ্টাইল, ফোর্ম অসিনচিংবশিং কলাগী পোৎতা হাপচিন্দুনা পুশিল্লক্লিবসিদি থোইনা কান্নবা ৱাফম নত্তে।

জে. ই স্পিংগার্ননা হৌদোক্লম্বা নিয়ু ক্রিটিসিজম হায়বসি রোবার্ট গ্রেবস, লোরা রিদিং, আই. এ. রিচার্দসনা মখা শমথখি। মতুংদা ৱিলিয়ম এম্পসননা সাইকোলোজিকেল অমসুং সেমান্তিক হায়বদি ৱাহৈগী মনুংদা য়াওরিবা অর্থ

নৈনবগী মাইকৈদা পুশিল্লকখি। আমেরিকাদা নিয়ু ক্রিটিসিজমবু এলেন টেট, জোন ক্রো রেনসম, ক্লিনথ ব্রুক্স, আর. পি. ব্লারেন অমসুং আইভোর ব্রিন্টর্সনা মখা শমথখি। নিয়ু ক্রিটিসিজমগী মীৎয়েংসি পুমনৌ নৌবনি হায়না লৌদ্রগসু স্কুলসিগী মীৎয়েং খরদি মখাগী অসিনি।

(ক) আর্টকা মরী লৈনবদা ক্রিটিসিজমসিনা সোসিয়েল, মোরেল অমসুং হিষ্টোরিকেল ওইবা ব্রাফম পূম্নমক ইয়াও য়াওহন্দে। ব্রাফমশিং অসি খন্নবনা আর্ট অদু ওইরক্লবগী হৌরকফম, পান্দমদি তাকপা ঙম্লবসু খ্বাইদগী মরুওইরিবা আর্ট মশামক অদুবুদি নাথৈদুনা থনম্মী।

(খ) টি. এস. এলিয়টনা হায়বগুম ঐখোয়না কৃপ্না য়েংগদবা কলাগী পোৎশক অদু পুথোরকপগী ব্রা অসিদি পুথোক্লিবা কবি অমসুং অপাবা মী অনিগী মরক্তা লৈবা ব্রাফমনি।

(গ) আর্ট ওইনা মমৈদা পুথোরক্লিবা পুক্লিংগী, সাইকোলোজিগী ফিবম অদুবু নিয়ু ক্রিটিসিজমনা য়াম্না মরু ওইনা লৌই। কবিনা অনৌবা আর্ট পুথোকপগী মরুওইবা শক্তম ওইরিবা সাইকোলোজিনা ক্রিটিসিজমদা কান্নবা কয়া পী।

(ঘ) নিয়ু ক্রিটিকশিংনা শৈরেংগী শাগৎলিবা মওং — ষ্ট্রকচর হায়বসি য়াম্না মরুওইনা লৌই। শৈরেংগী মনুংগী ওইবা মতৌ অমদি শরুক মচেৎ মচেৎশিংদুগী মরক্তা লৈনরিবা অমগা অমগগী মরীদু নৈনবদা মপূং ফানা ওইথোক্লবা ফোর্ম হায়বদি ষ্ট্রকচর হায়বসি নৈনবা, খন্নবা তঙাইফদে। মসিগী মথক্তা শৈরেংদুগী অপূনবা শক্তম অদু নৈনবা তাই।

(ঙ) ষ্ট্রকচরবু মমুৎতানা নৈনগদবনি হায়বসিনা আর্ট অদুগী অপূনবা ব্রাখল, ফিদম অমসুং মদুনা পোকহল্লিবা পুক্লিংগী ইহুলশিং অদুনা অমত্তা ওইবা শক্তম শাগৎলক্লিবদু খঙহনগদবনি।

(চ) নিয়ু ক্রিটিসিজমনা কবিনা মাগী কলা ফোঙদোক্লবগী উপায় ওইনরিবা লোনগী লমদা অকনবা মীৎয়েং থমখি। কবিনা শিজিন্নরিবা লোনবু অর্থ, মদুদা য়াওরিবা থোৎনৌবগী মতৌ, সুর, প্রমাণ, খুদম অমদি খঙঙমদনা মনুংদা ফুমদুনা লৈরিবা অকৃপ্পশিং অদু নৈনৈ।

(ছ) ক্রিটিসিজম মওং অসিনা মচেৎ মচেৎ খায়দোক্তুনা য়েংবা, শাগৎপগী মওং থুগায়দুনা নৈনবা, ইদুনা পুথোরক্লিবদুদা য়াওরিবা ৱাহৈ, প্রমাণ, খুদম অসিনচিংববু পাম্না মমুৎ তানা নৈনবা পাম্মী।

ইংলন্দদা হিষ্টোরিকেল ক্রিটিসিজম হায়বসি মপূং মরৈ ফানা হৌরকখি। টোমাস ৱারটননা ক্রিটিসিজম মওং অসি অহানবা হৌদোরকপদগী তত্তনা পাম্নবা অমসুং পাম্নদবগী ঈহৌ লাকখি। মখল অসিগী ক্রিটিসিজম অসি মেথিয়ু অরনোল্দদি থোইনা কান্নবা ওইখিদে, ৱাল্টর পেটরদদি মসিনা অরোইবা পান্দম অমা ওইবগী মহুত্তা চুম্নগী পাম্বেখক্তমক ওইখি। টি. এস. এলিয়ট, আই. এ. রিচার্দস অমসুং নিয়ু ক্রিটিসিজম য়াবা মীশিংনসু থোইনা থৱায় য়াওবা উৎখিদে। একাদমিক ওইবা মওংদা মীশক কয়ানা মওংসিগী ক্রিটিসিজমদা মথ্বাই য়াওনখি অমসুং জোর্জ সেন্টসবেরি, ওলিভর এলটন, দব্লু. পি. করনচিংবা পণ্ডিত কয়ানা মওংসিগী ক্রিটিসিজমবু য়োকখৎখি। মখা তারকপদা নিকোল স্মিথ, আইফোর ইভানস, সি. এম. বাউরা, লোর্দ দেবিদ সেসিল, বোনামি দোব্রি, দেবিদ দেইচেস অসিনচিংবশিং অসিসু হিষ্টোরিকেল ক্রিটিসিজমদা মশক নাইবা মীশক ওইখি। দ্রামাগী লমদা হিষ্টোরিকেল ক্রিটিসিজম মায় পাক্লা শিজিন্নখিবা মীশক খরদি ৱিলিয়ম অরচর, গ্রেনভিল বারকর, এলারদিস নিকোল, উনা ইল্লিস ফরমরনি।

২০ শুবা চহীচা অসিগী ক্রিটিসিজমদা মতম নাইনা ফোঙবা চেফোঙগী থৌদাংসু য়াম্না চাউনা লৈ। এ. আর. ওরেজনা ইদিৎ তৌবা "দ নিয়ু এজ" অমদি "নিয়ু ইংলিস ৱিকলি" না মতমদুগী ক্রিটিকশিংগী মীৎয়েং য়াওবা অইবা কয়া ফোঙখি। "দি ইগোইষ্ট" অমসুং "নিয়ু ক্রাইটেরিয়ন" দা টি. এস. এলিয়টনা ইদিৎ তৌদুনা ক্রিটিসিজমগী মীৎয়েং পাকচাউনা উৎপগা লোয়ননা অনৌবা মশক কয়া উৎখি। এফ. আর. লেভিসকী "স্ক্রুটিনি" মমিং লৈবা চেফোঙনি। সিরিল কোন্নোল্লিনা ইদিৎ তৌবা "হোরাইজন" দা জোর্জ ওরৱেলনচিংবগী অনৌবা ৱাখল য়াওবা অইবা কয়া ফোঙখি। চয়োলগী ওইবা চেফোঙশিংগী মরক্তা "নিয়ু ষ্টেটসমেন এন্দ নেশন", "দ স্পেকটেটর", "দ টাইম এন্দ টাইদ" হায়বশিং অসিদা নীংতম্না মোৎ ফোঙদোকপগী তাঞ্জা ফংনখি অইবশিংনা। "টাইমস

লিটেরেরী সপ্লিমেন্ট" তি য়াম্না চেকশিন্না একাদমিক ওইবা লমদা নৈনবগী মতৌ কায়হন্দনা থমখি। "ওবজারভর", "সন্দে টাইমস" না মীয়ামগী ওইবা মীৎয়েং অমসুং পরমপরাবু কায়হন্দনা ঙাক্তুনা থম্বগী মতৌ অদু উৎলি। "দ লন্দন মরকরি" দি কাহেনবা মতৌ, মীৎয়েং উত্তবা ময়ায় ওইবা লম্বী পাম্বা, উৎপা চয়োলগী চেফোঙনি।

# ১৯ ঃ টি. এস. এলিয়ট

## (১৮৮৮-১৯৬৫)

টোমাস ষ্টর্ন এলিয়ট খৃঃ কুম ১৮৮৮ দা সেন্ট লুই, মিসৌরিদা পোকখি। হরবার্দ য়ুনিভরসিটিদগী ১৯০৯ অমসুং ১৯১০ দা এ. বি. অমসুং এ. এম. দিগ্রি লৌখি। হরবার্দ য়ুনিভরসিটিদা অরবিং বেবিট অমসুং জোর্জ সান্তায়ানাগী ছাত্র ওইখি, মফম অসিদা মহাক সংস্কৃত অমসুং পালি লোন অমসুং সাহিত্য তম্লগা ১৯১৫ দা জর্মনীদা চৎখি। চহী ৩৯ শুবদা ময়ুম পাল্লগা ইংলন্দদা লৈখি অমসুং ১৯২৭ তা বৃটিশকী সিটিজেন অমা ওইদুনা চর্চ ওফ ইংলন্দগী মেম্বর ওইখি। ১৯২৫ দা ফেব্র এন্দ ফেবর কৌবা লাইরিক ফোঙবা কমপানীগী থবক্তা য়াওখি, ১৯৪৮ দা সাহিত্যগী নোবেল প্রাইজ ফংখি অমসুং ১৯৬৫ দা নোংগাখি।

এলিয়টকী ক্রিটিকেল ওইবা মইশিংদি মরুওইনা মাগী ৱারেং, লেকচর অমসুং রিভিয়ুশিংদা য়াওই। মখোয়শিং অসি পূন্না মশীং চামঙারোমনি অমসুং "দ সেক্রেদ ৱুদ" (১৯২০), "দ সেলেকটেদ এসেজ" (১৯৩২), "এসেজ ইন ক্রিটিসিজম" (১৯৩২), "দ য়ুজ ওফ পোইট্রি এন্দ দ য়ুজ ওফ ক্রিটিসিজম" (১৯৩৩) হায়বা লাইরিকশিং অসিদা খোমজিনদুনা ফোঙখি। টি. এস. এলিয়ট মশানা মাগী ক্রিটিসিজমবু 'ৱার্কশোপ ক্রিটিসিজম' হায়না মশক তাকই, মাগী শৈরেং অমসুং ক্রিটিসিজম অনীগী মরক্তা মান্নবা মতৌ কয়া য়াওই। মাগী ৱারেংদা চম্না শেংনা ফোঙদোকপগী মওং, হায়নিংবদু ময়েক শেংনা ফোঙদোকপগী মগুণ য়াওরবসু মাগী শৈরেংশিংদা মীচম্না পাবদা চমম্নবা, ভাব তাদবা চমম্নবা কয়া

য়াওরবসু, থেংনরবসু মাগী ক্রিটিকেল অমসুং ক্রিয়েটিব ওইবা মই অনীমক্তা য়াওরিবা মরুওইবা, হোংদ্রবা নিয়ম অদুদি মরুওইনা ইমান মান্নে। মানা কবিনা অনৌবা খুৎশেম অমা পুথোরকপগী থৌওং অসিবু ইন্দ্রিনা ফংবা জ্ঞান — ফিলিংশ, ইমোশনস অমসুং বুদ্ধি, ৱাখল — মোৎ হায়বসি পূনশিনবদগী ওইরকপনি হায়না লৌই। পূন্নমক অসি কবিগী ক্রিয়েটিব ওইবা থৌওং অদুদা পূন্না য়াওহনগদবনি। অনীশুবদা কবিনা ফংলিবা, থেংনরিবা থৌদোক-ৱাথোক্কী জ্ঞান — এক্সপিরিয়েনস অদুগা চাননা শৈরেংগী অমতা ওইবা অপূনবগী মশক — ওরগেনিক ষ্ট্রকচর লৈহনগদবনি। অরোইবদা কবি অমনা মাগী অপাম্বদু ফোঙদোক্নবা শিজিন্নরিবা লোন, ৱাহৈৱাতা অদু চানবা, চূনবা ছন্দ, তাল অমসুং থোৎ নৌবা হায়বসি লৈবা ওইগদবনি। মাগী ক্রিটিকেল ৱারেংশিংদা তত্তনা পল্লিবা মথক্কী মচাক অহুম অসিনা এলিয়টকী শৈরেং খঙনবগী পাম্বৈনি।

এলিয়টতা কমপোজিৎ — তোঙান তোঙানবা শকলোন কয়াগী অপূনবা মতৌ অমা য়াওই অমসুং মাগী মীৎয়েংদা আমেরিকাগী ওইবা মতৌ কয়া য়াওই। এলিয়টকী ক্রিটিসিজমগী মীৎয়েং অসি ওইরকপদা তোঙান তোঙানবা সংস্কৃতি অমসুং ৱাখলগী ইথিল কয়া চঙখি। আমেরিকান ওইনা পোকচরবসু বৃটিশকী সিটিজেন ওইখি অমসুং জাতি অনী অসিগী সংস্কৃতিগী মশক মঙোন্দা পূন্না য়াওই। হরবার্দতা চহী কয়া লৈদুনা লাইরিক তম্লকপা, পেরিসতা মতম খরা লৈরুবা অমসুং ওক্সফোর্দ য়ুনিভরসিটিদা চহী অমা অনী লৈরুবসিদগীসু মঙোন্দা অনৌবা ইথি কয়া ফংখি। জোর্জ সান্তায়ানাগী এসথেটিক্স — ফজবগী ৱাখল্লোন্দা নেচরেল অমসুং সুপরনেচরেল অনী পূন্না য়েংবগী মীৎয়েং অসি মানা ওক্সফোর্দদা সান্তায়নাগা থেংনরুবদগী য়ানিংখি, ধর্মগী ওইবা মশক য়াওদবা আরভিং বেবিটকী নিয়ু হিয়ুমেনিজমবু য়ানিংদবা পোকখি। পেরিস য়ুনিভরসিটিদা মতম খরা লৈরুবদগী মঙোন্দা ফ্রান্সকী ওইবা মতৌ-মওং কয়াগী অপাম্বা পোকহনখি। ওক্সফোর্দ য়ুনিভরসিটিদা লৈরুবদগী মহাক মেথিয়ু অরনোল্দগী মীৎয়েং, ৱাখল্লোন্দা কন্না য়ানিংবা পোকখি। এফ. এইচ. ব্রেদলিগী দর্শনগী মীৎয়েংবুসু মানা পাম্না তৌখি অমসুং মানা ব্রেদলিগী মরমদা ইরকপদা অরনোল্দগা মাগা অনীগী মান্নবা মশক

কয়া পুথোরকখি, উৎখি। টি. ই. হিয়ুল্মগী ইথিল মঙোন্দা কন্না লৈখি। হিয়ুল্মদগী মানা ফংখি এন্টি-লিবরেলিজম অমসুং এন্টি-ইন্দিভিদুয়েলিজমগী ৱাখল, কলচরদা ধর্মগী চাউরবা, কান্নরবা মথৌ, শরুক শোয়রদনা য়াওই, সাহিত্যনা ধর্মবু থওইদনা, নাথৈদুনা থম্বা য়াদে অমসুং শৈরেংদা ৱাহৈগী মূর্তি — ইমেজ অমসুং তশেং তশেংনা ফোঙদোকপা হৈবগী কান্নবা কয়া অসিসু মানা লৌশিনখি। ইজরা পাউন্দগী শৈরেংগী মওং, মীৎয়েংসু এলিয়টতা কন্না মমি তাখি।

ক্রিয়েটিব মই অমসুং ক্রিটিসিজম অনীমক্তা এলিয়টনা তোয়না শিজিন্নবা মরুওইবা ৱাহৈদি ট্রেদিশন অমসুং ওরদর হায়বসিনি। ক্রিটিক অমনা করিগুম্বা লাইরিক অমা নৈনবদা, লাইরিক অদু করম্বা মতমগী ট্রেদিশনগীনো হায়বসি কাউরোইদবনি, অমসুং ট্রেদিশন অদুগী মীৎয়েংদগী মদুবু য়েংনবা, নৈননবা তৌগদবনি। মসিগা লোয়নননা ইরিবগী মওং, স্টাইল পূম্নমক অসি কূপ্না পুথোক্লবা হোংনগদবনি। এলিয়টকী ক্রিয়েটিব থৌওংগী মরমদা কূপ্না নৈনবা ৱারেংদি "ট্রেদিশন এন্দ ইন্দিভিজুয়েল টেলেন্ট" হায়বা অসিনি। ৱারেং অসিদা এলিয়টনা (ক) ট্রেদিশন হায়বসি সাহিত্যগী খুৎশেম অমা শেমগৎপা অমসুং ক্রিটিসিজমগা য়াম্না মরী লৈনৈ, মরুওই, (খ) কবিনা মানা ইরিবা শৈরেং অদুগা মশাগী ওইবা মরী লৈনদবা — ইমপরসোনেল ওইবা মওংদা লৈবা অমসুং (গ) পুক্লিংগী ইহুল, ইথক -- ইমোশন অমসুং ফিলিংস হায়বসি শৈরেংগী মচাক ওইনা য়াওহনবা হায়বা ৱাফম অহুম অসি নৈনদুনা উৎলি। এলিয়টকী মোৎতা ট্রেদিশন হায়বসি হৌখ্রবা ইতিহাসকী মতমগী মীরোলগী ৱাখল, মীৎয়েংদুবু চুম্না শমথরক্তুনা খঙনা, নৈনবা অদুতবু নত্তে। ট্রেদিশন হায়বসিদা হৌখ্রবা অমসুং হৌজিক হায়বা অনীসি অমতা ওইনা পূন্না য়াওই। হৌখ্রবা মতমগী শেংনা কান্নরবা, মরুওইবা মচাকশিং অদু হৌজিক হায়বসিদা মখা শমথনা চৎথরক্তুনা মসিগী শক্তম, মশক শাগৎপদা য়াওই। অসুম্না অফবা মখলগী কলাগী পোৎ অমা থোরকপদা হৌখ্রবা মতমদা লৈরম্বা কলাগী পোৎশিংবু নৌহৌননা নৈনদুনা মমল লেপ্পী। ট্রেদিশন হায়বসি হৌখ্রবা মীরোলগী মতৌশিংদু চুম্না ইখঙ পঙনা নৎত্রগা খঙদনা পংইন ইনবনি হায়না লৌরগদি ট্রেদিশন হায়বসি থাদোকপা তাই, মসি ওইহন্দনবা হোৎনবা

তাই। অসিগুম্বা মখলগী ইচেল কয়া মতমগী ইরোম্মুংদা লূপ্তুনা মাঙখি। ট্রেদিশননা খঙহল্লিবা অর্থসি মসিদগী হেন্না পাক চাউই। মসিদি মী অমনা মপা-মপুগী লনথুম সম্ব্র ওইনা ফংবগুম্না ফংবা য়াদে, মসি ফংগে হায়রবদি য়াম্না কন্না হোৎনদুনা হিষ্টোরিকেল সেনস — ইতিহাসকী হৌখ্রবা — পাষ্ট হায়বসিগী হৌখ্রবগী মতৌ অদুদা নত্তনা হৌখ্রবসিনা হৌজিক হায়বসিদা য়াওরিবা মসিগা লৈনরিবা মরি অদুগী ৱাখলসু খঙবা তাই, হিষ্টোরিকেল সেনসনা মী অমনা মানা হিংদুনা লৈরিবা মতমগী মীরোলদুদগী খলহন্দনা ৱাখল, মীৎয়েং মদুদতা লৈহন্দনা হোমরদগী হৌরগা য়ুরোপকী সাহিত্য পূম্নমক অমসুং মাগী মরৈবাক, মরমদমগী সাহিত্য পূম্নমক অসি মতম অমতগী ওইনা অমতা ওইবা চাংদা লৈ হায়বসি খঙহল্লি। মতম হায়বসিগী অকক্লবা পংথৈগী মনুংদা ফাজিন্দুনা থম্বা নত্তবা অরোই অথম নাইদবা অমদি মতম খরতগী ওইবা অকক্লবা হিংলিবা মতম খরদগী ওইবা মশক অনী অসি পূল্লগা অইবা মীশক অমবু ট্রেদিশনেল ওইহল্লি।/Tradition is a matter of much wider significance. It cannot be inherited, and if you want it you must obtain it by great labour. It involves, in the first place, the historical sense, which we may call nearly indispensable to anyone who would continue to be a poet beyond his twentyfifth year; and the historical sense involves a perception, not only of the pastness of the past, but of its presence; the historical sense compels a man to write not merely with his own generation in his bones, but with the feeling that the whole of the literature of Europe from Homer, and within it the whole of the literature of his own country, has a simultaneous existence and composes a simultaneous order. This historical sense, which is a sense of the timeless as well as of the temporal and of the timeless and of the temporal together, is what makes a writer traditional.

কবি অমদি অতোপ্পা আর্টকী কলাকার অমতনা মতোম্মতা লৈরগা মাগী কলাগী অর্থ অদু থোক্তে। মানা ঙিংলিবদুগী অর্থ অমসুং মাবু শকখঙবিবা হায়বসি হৌখ্রবা মতমদা লৈরম্বা কবিশিং অমসুং কলাকারশিংগা মাগা লৈনবা মরী অদু নৈনদুনা শকখঙবদগী ওইরকই। মাবু মতোম্মতা থম্লগা, লৈহল্লগা মাগী মগুণ লেপ্পা য়াদে, খেন্নবা উৎনবা অমসুং চাংদম্নবা য়ানবা মাবু লৈখিদ্রবা কবি, কলাকারগা থানবা তাই, য়েংনবা তাই। অইবা অমনা ইমপরসোনেল ওইবা মওংদা হৌখ্রবা মতম কয়াগী মমাংদগী তৎতনা চেষ্টরলিবা কলচরগী মরুওইবা ইচেলদুদা য়াওশিনগদবনি। কবিনা ইরিবা শৈরেং অমসুং ট্রেদিশনগা মহাক মশাগা লৈনরিবা মরীগী মরমদা এলিয়টনা কুপ্পা নৈনরম্মী। সাইন্সকী প্রমাণ অমগী মতেংনা শৈরেং অমগী অপূনবা ওরগানিক ওইবা মশক অদু শাগৎলকপদা মাগী পুক্লিংগী খেন্নবা, তোঙানবা ইহুল, ভাবশিং অদু পূনশিনহনবদা মানা হায়, কবি মশাগী পুক্লিং অদুদি চুম্নগী অতোপ্পা পোৎশক অমা শেম্বা, পুথোকপদা মতেং ওইবা, য়াঙশিনহনবা অদুবু মশামক্তি মদুগী মনুংদা তুমদুনা মাঙখিদবা কেটালিষ্ট অমা ওইগদবনি। এলিয়টনা হায় ঃ আর্টিষ্ট অমনা মহাক মশাগী ওইবা পরসোনেলিটি অদু অসুম অসুম য়াওহন্দবা, মাঙহনখিবা লৌথোকখিবগী মতৌনি মাগী কলাদা উৎকদৌরিবসি। অসিগুম্বা মশা মতোম্মতগী পরসোনেলিটিবু য়াওহন্দবা আর্টকী থৌওং অসিনা আর্টপু সাইন্সকী থৌওংলোমদা পুশিল্লকই। ওকসিজেন অমসুং সলফর দাইয়োকসাইদ হাপ্পা পাত্র অমদা প্লাটিনম য়োৎ মকূপ, মচেৎ খরা হাপচিল্লগা ইলেকট্রিক করেন্ত থাজিল্লবদি পোৎচাকশিং অসিনা সলফুরিয়স এসিদ থোকহল্লি, শেম্মী। প্লাটিনম মকূপ, মচেৎ হাপ্লগদা গিয়াস অনী অসিগী রিএকসন ওইহন্দুনা অনৌবা গিয়াস অদু থুনা থোকপা, শেম্বা ঙম্মী অদুবু শেমলিবা অনৌবা গিয়াস অদুদা প্লাটিনমদি য়াওদে, প্লাটিনমদুদি লেঙদনা অদুম লৈ, মশক হোংবা লৈতে। অসিগুম্না কবিগী পুক্লিং অদুসু প্লাটিনমগুম্বনি, কবিগী পুক্লিংনা মানা থেংনরিবা, খঙলিবা এক্সপিরিয়েন্স অদুদা প্লাটিনমগুম্বা মচেৎ ওইনা নৎত্রগা মপূং ওইনা থবক পাঙথোকপা য়াই। কবি, আর্টিষ্ট অদুনা হেন্না মপূংফাবা ওইরিবমখে মাগী আর্ট অদুদগী মাগী মশাগী ওইবা মতৌ অদু য়াওহন্দবা ঙমগনি।

The progress of an artist is continual self-sacrifice, a continual extinction of personality. It is in this depersonalization that art may be said to approach the condition of science. এলিয়টনা মখাগী প্রমানসিদা হায়রি . . . as a suggestive analogy, the action which takes place when a bit of finely filiated platinum is introduced into a chamber containing oxygen and sulphur dioxide . . . when the two gases previously mentioned are mixed in the presence of a filament of platinum, they form sulphurous acid. This combination takes place only if the platinum is present; nevertheless the newly formed acid contains no trace of platinum, and the platinum itself is apprently unaffected; has remained inert, neutral, and unchanged. The mind of the poet is the shred of platinum. It may partly or exclusively operate upon the experience of the man himself; but, the more perfect the artist, the more completely separate in him will be the man who suffers and the mind which creates . . .

অসুম্না কবিনা শৈরেং ইবদা মশাগীওইনা অকনবা — একটিব ওইবা থৌদাং লৌদে। কেটালিষ্ট অমা ওইনা মাগী থৌদাংদি মাগী পুক্লিংগী ইহুল — ইমোশন অমসুং ফিলিংদু ইরিবা শৈরেংদুগী অপূনবা শক্তম শাগৎপদা পূনশিলহনবদা মতেং ওইহনবনি। কবিগী পুক্লিংদা ইরিবা শৈরেংদুগী ব্রাহৈ, ইমেজনচিংবদা য়াওবা ইমোশন, ফিলিং কয়া পোকই। কবিগী পুক্লিংদি পাত্র অমগুম্বনি, পুক্লিং-পাত্র অসিদা ইমোশনশিং অসি অমতা ওইনা কবিনা অনৌবা খুৎশেম পুথোকপগী অকনবা মৈরক্তা পূন্না তিনশিলহনখি।

শৈরেংগী মরমদা এলিয়টকী তত্তনা পন্নরিবা মোৎ অমদি মখাগী অসিনি। মানা হায়, শৈরেং হায়বসি ইমোশনবু পংফোং ফোঙদোকপা নত্তে, শৈরেংদি ইমোশনদগী নানথোকপা, চেনথোকপনি। শৈরেংদি ইরিবা কবি অদুগী

পরসোনেলিটি উৎপা, ফোঙদোকপা নত্তে, পরসোনেলিটিদুদগী নাম্থোকপা, চেম্থোকপনি। Poetry is not a turning loose of emotion, but an escape from emotion; it is not the expression of personality, but an escape from personality. আর্টগী ইমোশন হায়বসি ইমপরসোনেল ওইবা পোৎনি, অসিগুম্বা ইমপরসোনেল ওইবসি কবি অদুনা মশাবু মানা তৌগদৌরিবা, পাঙগদৌরিবা থবক অদুদা পুমকৎ কৎথোক্লবদি য়ৌবা, ফংবা ঙমদে।

এলিয়টকী ক্রিটিসিজমদা আর্টপু শেমশারিবা মীশক অদুদগী মানা শেন্নকলিবা, পুথোরক্লিবা আর্ট অদুদা হেন্না কৃপশিন্না য়েংই। ক্রিটিকনা শৈরেং অমবু য়েংগদবনি। শৈরেং অমবু মশক মুন্না খঙনবগীদমক শৈরেংদু শাগৎপদা চঙলিবা মচাশিং — ইমোশন, ৱাহৈৱাতা অমসুং অচুম্বা শক্তম শাওং ওইহল্লিবা মচাক্তু শেংনা খঙবা তাই।

ওবজেকটিব কোররিলেটিব হায়বসি এলিয়টনা ক্রিটিসিজমদা নৌনা পুশিল্লকপনি। ৱাহৈসি মানা "হেমলেট" কী মরমদা ইবা ৱারেং অমদা শিজিন্নবনি। শৈরেং নৎত্রগা দ্রামা অমদা য়াওরিবা ইমোশন অমসুং মদুবু উৎনবা, ফোঙদোকনবা মতাং অনীসি শৈরেং নৎত্রগা দ্রামা অদুগী ষ্ট্রকচর মনুংদা খায়দোক্লবা য়াদনা অমনা অমবু তেংবাংনদুনা লৈহনগদবনি। হেমলেটকী থম্মোয়দা মমা গরক্রদগী মওং চাদবা মরমচৎনা পোকহল্লিবা চনৈনবা ইমোশনশিং — ৱাখলশিং অদুগী চানবা থৌদোক-থ্রাথোক শেক্সপিয়ারনা মতিক চানা পীদে অদুনা ওবজেকটিব কোররিলেটিব য়াওদে হায়। ইমোশনবু আর্ট ওইনা ফোঙদোকনবগী অমত্তা ঙায়রবা লম্বীদি ওবজেকটিব কোররিলেটিব অমা পুথোকপনি; হায়বদি, করিগুম্বা ফিবম অমা, থৌদোক পরেং অমা ইমোশন অদুগী ফোরমুলা ওইনবা উৎপনি। আর্টিষ্ট অমগী মগুণসি মানা ওবজেকটিব কোররিলেটিব শিজিন্নবা হৈবদা লৈ। সাহিত্যগী ক্রিটিক্কী মথৌ, দায়ীত্ব য়াম্না চাউই হায়না এলিয়টনা লৌই। ক্রিয়েটিব আর্টিষ্ট অমসুং ক্রিটিক হায়বসি মী অমতনা ওইনবা হোৎনগদবনি। অফবা, মপূং ফাবা ট্রেদিশন লৈরবদি মদুবু ঙাকশেন্দুনা

থম্না হায়বসি ক্রিটিক অমগী যৌদাংগী শরুক অমনি। ইতিহাসকী ব্রাখল চেনবা, হৌখ্রবা মতমগী মমলবু শেংনা খঙবদগী ক্রিটিক অমনা মানা হিংদুনা লৈরিবা হৌজিক্কী মতমবু মশক খঙবা, মমল লেপ্পদা মতেং ওই। ষ্টেন্দার্দ অমা অমসুং নমুনা অমা খঙহন্দুনা, উহন্দুনা হৌখ্রববু খঙবা নৈনবনা ক্রিটিক অদুগী ক্রিটিকেল ওইবা মীৎয়েং অদু হেন্না য়ৌহল্লি, ফংগৎহল্লি। ক্রিটিক অমগী মথৌদি মানা লৈরিবা মতমদুগী সাহিত্যগী মতিকমগুণ লেপ্পতনা ওইদে, মতমগী সাহিত্যনা মায়োক্লরিবা ব্রাফম কয়া, অশোয়বা কয়া লৌথোকপ্লগা সাহিত্যবু মাঙলোমদা চঙশিনবদা তেংবাং ওইগদবনি। মরম অসিনা ট্রেদিশনবু মুন্না, ময়েক শেংনা খঙবনা মাগী মতমগী আর্টপু মশক খঙবা, মমল লেপ্পদা মতেং ওইনবদা নত্তনা মতমগী সাহিত্যনা মায়োক্লরিবা ব্রাফম কয়া থেংনবদা কান্নবা ওইহল্লি। ক্রিটিকনা সাহিত্যগী চৎথরকলিবা ট্রেদিশন অমসুং লৌনরিবা অপাম্বা মহাও শেন্নরিবা মীশক ওইগদবনি। অচৌবা ক্রিটিকতি শক্তি লৈরবা মিংশেল — গ্লাশ পায়বা মীনি — হৌখ্রবা মতমবু মহাক্লা হৌজিক হায়বা মতমসিগী মীৎয়েং, ব্রাখলদগী মমল লেপ্পবা হোৎনৈ; মরমদি মীরোল অমগা অতোপ্পা মীরোল অমগা আর্টতা য়েংলম্বা মীৎয়েং অদু মান্নদে, খেন্নে। মী অমগা অতোপ্পা মী অমগা মান্নদবগুম মীরোল অমনা মখোয়গী ওইবা তোঙানবা আর্টপু য়েংবা, নৈনবা, লৌনবগী মওং, ব্রাখল লৈজে, মখোয়না আর্টতগী পাম্বা দাবী কয়া লৈজে অমসুং আর্টনা মখোয়দা পীবা কান্নবসু লৈজে। ক্রিটিকনা এলিয়টকী মোৎতা হৌজিক হায়বা মতমবু হৌখ্রবা মতমগী পংখৈদগী মমল লেপ্পতা নত্তনা, হৌখ্রবা মতমবু শিজিন্নরগা, মসিবু হৌজিক ওইরিবা মতমগী পংখৈদা নৌহৌননা মমল লেপ্পুনা, নৌহৌননা শেমগৎতুনা হৌজিক ওইরিবা সাহিত্যবু চাউখৎপগী মতেং ওইনৈ। অসুম্না মহাক্লা হৌখ্রবা হায়বসি হৌজিক্কী অমসুং হৌজিক হায়বসিসু হৌখ্রবা মতমগী মীৎয়েংদগী য়েংই।

ক্রিটিসিজমগী ইতিহাস নৈনবা য়াম্না মরুওই হায়না এলিয়টনা লৌই। অদুবু নৈনগদবা, খঙগদবা ইতিহাস অসি চুম্নগী ক্রিটিসিজমগা মরী লৈনবা মিং পরেং অমসুং আর্টকী থিয়োরিশিং খঙবা অমদি হৌখ্রবা মতমদা লৈরম্বা ক্রিটিকশিংগী মোৎশিংবু চুম্না চিনফা ওইনা পুরিবা ক্রিটিকশিংগী ইতিহাস অদু

নত্তে। মসিদি অনৌবা শেমগৎলকপা, পুথোরকপগী — ক্রিয়েটিব প্রোসেসকী চপ চাবা থৌওংদু চংচং লাউনা নৈনবনি, অসিগুম্বা ক্রিটিকেল ট্রেদিশন নৈনবনা যুগ যুগ কয়াগী পূন্দুনা লৈরিবা অচুম্বা, জ্ঞান অদু খঙবদা নত্তনা অনৌবা সাহিত্য শেমগৎপা পুথোকপদসু মতেং ওই। মতম অমগী খ্বাইদগী শীংথানবা শৈরেং অমসুং খ্বাইদগী শীংথানবা ক্রিটিসিজম অনীগী মরক্তা চাউরবা মরী লৈনৈ। ক্রিটিসিজম চাওখৎপগী মতম অসি ক্রিটিকেল ওইবা শৈরেং চাউখৎপগী মতমনি। ক্রিটিক্কী মথৌদি এলিয়টকী মোৎ মতুংইন্না মহাক্কী মমাঙদা লৈরম্বা মতম কয়াগী সাহিত্যগী মতিকমগুণ নৈনদুনা মশক খঙবা অমসুং সাহিত্যগী শকখঙনরবা অচৌবা লাইরিকনি হায়না শীংথানরবা কয়াবু নৌহৌননা মশক তাক্কুনা কান্নবা মমল পুথোক্কুনা উৎপনি হায়। মাগী মীৎয়েং অসিগী মতুংইন্না এলিয়টনা এলিজাবেথ অমসুং তরাতরেৎশুবা চহীচাদা ইরম্বা দ্রামা অমসুং শৈরেং কয়াগী মরমদা অ[illegible] মীৎয়েংদগী লাকশিন্দুনা নৌহৌননা মশক তাক্লবা অমদি উৎনবা হোৎনখি। মতম অসিদা লৈরম্বা কবি অমসুং দ্রামা ইবা মীওই কয়াগী মরমদা মানা হায়বিব, ইরিবশিং অসিনা তোপতোপ্পা মখলগী মহাও অমসুং মতৌ অমা অপাবশি[illegible] পাকহল্লি। জোন মিল্টন অমসুং দ্রাইদেন্না ইরম্বা কয়াগী মায়োক্তা থমদুনা [illegible]য়টনা মেতাফিজিকেল শৈরেং হায়না খঙনবা তরাতরেৎশুবা চহীচাদা ইরম্বা শৈরেংশিং অসিগী মরমদা হায়রিবা কয়াসি হৌগৎলকপদা অনৌবা মীৎয়েং ওইনা থোক্কুনা মরিংমরাংবা ওইনা লৌনরম্লবসু হৌজিক্কী মতমসিদদি মাগী মীৎয়েং অসি চুম্মী হায়না লৌনরে। মহাক্না হিংদুনা লৈরিবা মতমগী সাহিত্য অমসুং অইবশিংগী মরমদা ইজরা পাউন্দ, দব্লু. বি. য়েৎসনচিংবা কবি খরগী মরমদা ইরম্বা নত্তনা থোইদোকনা অতৈগী মরমদা মহাক থোইনা খুৎ থারমদে। দিসসোসিয়েশন ওফ সেনসিবিলিটি (dissociation of sensibility) হায়বদি সেনসিবিলিটিবু খায়দোকপা, পূনশিনবা ঙমদবা হায়বসি য়াওই হায়বগীদমক্তা ১৯ শুবা চহীচাগী রোমান্টিক কবিশিং অমসুং ভিক্টোরিয়ান মতমগী কবিশিংগী ম[illegible] এলিয়টনা অদুক হান্না মীনুংশি লৈনা অপাম্বা উৎখিদে।

কবি ওইনা মমিং চৎখিবগুম এলিয়ট ক্রিটিক ওইনসু শকখঙনখি।

ইংরাজীগী ক্রিটিসিজমগী মীৎয়েং অসি মানা মথকমখা ওহোক্কুনা মরুওইবা ৱাফম কয়াদা অপাবশিংদা নৌহৌননা অতোপ্পা মীৎয়েং কয়াদগী য়েংহন্নবা লমজিং পীরম্মী। মহাক্না পামজবা সাহিত্য নৈনবগী অরোইবা পান্দমদি সাহিত্য কূপ্না খায়দোক্কুনা য়েংবা এনালিসিস অমসুং সাহিত্যগী মমল লেপ্পা — ভেলুয়েসন তৌবনি; চাংদম্নদুনা উৎপা — কমপেরিজন অমসুং সাহিত্যদুনা ফোঙদোক্লিবা, উৎলিবদু অর্থ তৌদুনা — ইন্টরপ্রিটেশন খণ্ডহনবা হায়বসিনা মসি ফংনবা পাম্বেনি। অনৌবা অমসুং মগুণ লৈবা ৱাখল মীৎয়েং কয়া সাহিত্য নৈনবা অমসুং শৈরেংদা হৌদোক্লম্বা মী অমা ওইরগসু এলিয়ট মীয়াম্না পাম্নবা পোপুলার ওইবা হায়বা অইবা অমদি নত্তে। পণ্ডিতগী ওইবা লমদা অনৌবা ৱাখল মীৎয়েং অমা পীনবা, মদুগী কন্না হোৎনরম্বা পণ্ডিতসু ওইবা ক্রিটিকসু ওইবা মীনি মহাক্তি। মীয়াম্বু মহৈমশিং হৈবগী কান্নবা, খণ্ডহন্নবা হোৎনখিবা মীশক্লি মহাক, অদুবু মীয়াম হায়বসিদা মানা মপুংফাবা জ্ঞান, বুদ্ধি লৈতবা, য়াওদবা খুদিংমকপু খোপচিল্লুদনা অখন্নবা, জ্ঞান, বুদ্ধি লৈবা মীশিং অদুতবু ওইনা লৌখি। কলা অমসুং সাহিত্য পুথোকপা, শেমবগী নুংগী ওইবা থৌওং থৌরমদা মশাগী ওইবা জ্ঞান, লৌশিং লৈবা ক্রিয়েটিব ওইবা লমদা খোঙদারিবা কবি নৎত্রগা দ্রামা ইং মীনা এলিয়টপু ফিদম্নফম ওইবা-আইদিয়েল ক্রিটিক হায়বদুনি হায়না লৌই।

ষ্টেনলি এদগার হাইমেননা মাগী লাইরিক "আর্মদ ভিজন" দা (Stanley Edgar Hyman : *Armed Vision*) হায়, এলিয়টকী ক্রিটিসিজমদা ময়েক ইশেং শেংদবা, ওন্নতৈনবা মীৎয়েং, ৱাখল তত্তনা য়াওবনা মানা শীজিন্নরকপা ৱাহৈৱাতা, টরমিনোলোজিদা অর্থ থোক্তবা, চমম্নবা ৱাফম কয়া য়াওরকই। হাইমেন্না খুদম ওইনা হায়রি, এলিয়টনা ৱিলিয়ম ব্লেক অমসুং শেক্সপিয়ারদা হেন্না ফবা, মগুণ লৈবা ফিলোসোফি লৈরবদি ফগদবনি, ভিকটোরিয়া মতমগী কবিশিংনা কাহেন্না চাং য়াম্না ইরোইদবনি, গেটেনা শৈরেং ইরমলোইদবনি অসিনচিংবা। অসিগুম্বা অশোয়বা কয়া অসি লৈরবসু মরুওইবা মতম অসিগী ক্রিটিসিজমগী মাঙজিন থাবা ক্রিটিক অমা ওইনা অমসুং ইংলিশ ক্রিটিসিজমগী অনৌবা লমজিংবা অমা ওইনা এলিয়টপু লৌনরি।

# ২০ ঃ আইভোর আর্মষ্ট্রোং রিচার্দস
## (১৮৯৩-১৯৭৯)

আইভোর আর্মষ্ট্রোং রিচার্দস চেশায়রগী সেন্দবাচতা খৃঃ কুম ১৮৯৩ দা পোকখি। কেমব্রিজ বিশ্ববিদ্যালয়গী ক্লিফটন অমসুং মেগদালেন কলেজশিংদা মহৈ তমখি। খৃঃ কুম ১৯১৯ দা মহাকপু কেমব্রিজ বিশ্ববিদ্যালয়দা ইংরাজী সাহিত্য তম্বিনবগীদমক কৌরকখিবদগী মতম কুইনা সাহিত্য তম্বিদুনা অমসুং ক্রিটিক অমা ওইনা লৈখি। সি. কে. ওগদেন অমসুং জেমস রুদকা পূন্না ইমিন্নবা মাগী অহানবা লাইরিক "দ ফাউন্দেশন ওফ এসথেটিক" খৃঃ কুম ১৯২২ দা ফোঙখি। লাইরিক অসিদা মখোয়না সিনেসথেটিক (synaesthetic) অতোপ্পা হকচাংগী কায়াৎশিংদা পোকহল্লকপা ইরাং, ইথক্লা পুক্লিংদা হেন্না থোইদোকপা ইহুল পোকহনবা হায়বা অসিনা আর্টকী পান্দম অমসুং অরোইবনি হায়না উৎখি। "দ মিনিং ওফ মিনিং" হায়বা লাইরিক অসি খৃঃ কুম ১৯২৩ দা সি. কে. ওগদেনগা পূন্না ইমিন্নদুনা ফোঙখি অমসুং লোন হায়বসি সাইন্টিফিক অমদি সাহিত্য-লিটেরেরি ওইনা শিজিন্নবা য়াবগী অনৌবা ওইথোকপা য়াবগী মগুণশিং অদু শীংথাদুনা উৎলকই। লাইরিক অসিদা লোনগী সিম্বোলিক — খুদমগী মশক ওইনা হীরম অমবু অচুম্বনি, অরানবনি উৎনবা শিজিন্নবা অমসুং ইমোটিব — লোন অদুনা পুক্লিংদা ইহুল, মমি কয়া পোকহনবা ঙম্বা মশিজিন্না হায়দুনা খেন্নবা উৎলি। খৃঃ কুম ১৯২৩ দা ফোঙখিবা "দ প্রিন্সিপলস ওফ লিটেরেরী ক্রিটিসিজম" হায়বা লাইরিক অসিদা রিচার্দসকী মরুওইবা মীৎয়েংশিং য়াওবগী মথক্তা লাইরিক

অসিনা ক্রিটিসিজমগী লমদা অনৌবা শক্তম অমা পীবা লাইরিকনি হায়না লৌনখি। "সাইন্স এন্দ পোইট্রি" ১৯২৬ হায়বা লাইরিকসিদা বিজ্ঞান চাউখৎপা হেনগৎলকপগা লোয়ননা মসিগা শৈরেংগা অনীগী মরক্তা লৈনবা চনৈনবা মরীসিগী মরমদা ৱাফম কয়া পুথোক্তুনা খন্নে। "দ প্রাক্টিকেল ক্রিটিসিজম" ১৯২৯ দা অমসুং "কোলরিজ ওন ইমেজিনেশন" ১৯৩৫ দা ফোঙখি। অনুবাদ — লোন অমদগী অতোপ্পা লোন অমদা হন্দোকপগী মরমদা নৈনবা লাইরিক "মেনসিয়স ওফ দ সাইদ" ১৯৩২ দা, ইবদা শীজিন্নরিবা মেটাফোর — প্রমাণ অমসুং লোননা মরি লৈনবা মতাং — কনটেক্সটনা লৌরিবা থৌদাংগী মরমদা অনৌবা ৱাফম কয়া নৈনবা লাইরিক "দ ফিলোসোফি ওফ রিটোরিক" ১৯৩৫ দা ফোঙখি।

হৌজিক মতমগী ইংরাজী ক্রিটিসিজমগী লমদা টি. এস. এলিয়ট অমসুং আই. এ রিচার্দস মমিং লৈবা মীশক ঙাক্তনি। এলিয়টকী ক্রিটিসিজমদি থিয়োরিটিকেল ওইনা নিয়ম শেমদুনা, পুথোক্তুনা উৎপগী মহুত্তা হেন্না দেসক্রিপটিব হায়বদি নৈনরিবা হীরম অদুবু শন্দোক্না উৎপা, তাকপরোমদা মীৎয়েং থম্মী; মাগী ক্রিটিকেল ওইবা মই কয়াদা য়াম্না অৱাংবা থাক্কী ফজ ফজবা মতাং কয়া য়াওরবসু মহাক্না নিয়ম নাইবা সাহিত্যগী থিয়োরিদি থোইনা পীরমদে। রিচার্দসতি নিয়ম নাইবা অকক্লবা মীৎয়েংদগী সাহিত্যগী থিয়োরি পুথোক্লম্বা, উৎলম্বা মীনি। কোলরিজগুম্না সাহিত্যগী মরুওইবা শক্তম তাকপদা, নিয়ম উৎপদা মাগী মতুং তারকপদা মীদি রিচার্দসতনি। কোলরিজগুম্না রিচার্দসসু লোন কয়া খঙহৈবা মীনি, মহৈগী তোঙান তোঙানবা মশা কয়াবু পামজনা নৈনবা মী অমনি। ফিলোসোফি, মেটাফিজিক্স, ইথিক্স, এসথেটিক্স, আর্ট, সাইকোলোজি অমসুং সাইন্সকী লমদা হৈনিংনা নৈনখিবা, থিজিনখিবা মীনি। পূম্নমক অসিদগী ফংলকপা অপূনবা জ্ঞান অদুনা মানা ঙক্না থোক্লবা সাহিত্যগী থিয়োরি শাগৎলকখি।

কুনশুবা চহীচাদা মনোবিজ্ঞান — সাইকোলোজিবু নৌহৌনা নৈনরকপগা লোয়ননা অনৌবা মীৎয়েংগী লমদগী য়েংনরকপা হৌখি। মমিং লৈবা ক্রিটিকশিংনা কলা শেমলকপগী, পুথোরকপগী মওং থোক্লিবা, লৈরিবা থৌওং, মতৌ অসিদা

পুক্লিং চঙনৈ। কলাগী পোৎ অমবু নৈনবা, খঙনবা হোৎনবদা নৈনরিবা, পারিবা মীদুগী পুক্লিংদা ওইরিবা, থোক্লিবা থৌওংশিং অদু করিনো হায়বসিসু মখোয়না খঙনিংনা তৌই। প্লেটোনা শৈরেংনা মীগী পুক্লিং লাংতক্লহন্দুনা মরাং হৌহল্লি হায়, এরিষ্টোটলনা ট্রেজেদিনা মীগী থম্মোইবু শেংদোকহল্লি — কেথারাইজ তৌই হায়। সাহিত্যনা পুক্লিংদা নুংঙাইবা পোকহল্লি হায়না লোঞ্জাইনসনা হায়। ১৯ শুবা চহীচাদা কোলরিজনা সাইকোলোজিনা সাহিত্যদা লৌরিবা থৌদাংদু কৃপ্না নৈনরম্মী। লিটেরেরী ক্রিটিসিজমদা সাইকোলোজিনা পীরিবা ইথিল অসি রিচার্দসনা নৌনা পুথোরকই। সাহিত্য হায়বসি মীওইবনা পাঙথোকপা থৌ অমনি, মীওইবগা মরী লৈনবা থৌওংনি, মীওইবগী থেংনরুরিবা, খঙলুউরুরিবা এক্সপিরিয়েন্সকী মরমদা নৈনবনি। মরম অসিনা রিচার্দসনা সাহিত্যবু সাইকোলোজিকেল ওইবা মাইকৈদগী নৈনবা য়াই হায়না লৌখি। সাহিত্যনা মাগী মথৌসি করম্না পাঙথোকই, অপাবশিংদা মসিনা করি পোকহল্লি, সাহিত্য ওইরক্লবগী, পুথোরক্লবগী থৌওং — প্রোসেস করি করিনো, আর্ট অমবু চুম্না শকখঙনবা, নৈনবদা মীগী পুক্লিংদা করম্না সাইকোলোজিকেল ওইবা মতৌ পোকপগে অসিনচিংবা ব্রাফম কয়া অসি রিচার্দসনা য়েংশিনখি। হৌজিক মতমদা ফংলিবা সাইন্স অমসুং সাইকোলোজিগী জ্ঞান অসিনা ঐখোয়না লৈরিবা মতমসিগী মমাঙগী মীরোলশিংদগী হেন্না খুদোংচাবা কয়া ফংহন্দুনা হৌজিক মতমগী মীনা নৈনবগী মাইকৈদা হেন্না হৈশিংবা, খুদোংচাবা ফংলে হায়না রিচার্দসনা থাজে।

রিচার্দসকী ক্রিটিসিজম নৈনবদা মহাক্না ভেলু অমসুং কমিয়ুনিকেশন হায়বসিদা লৌরম্না অর্থসি মুন্না খঙবা কান্নে। ইমানুয়েল কান্টকী মতুং তারকপদা ফজবা — বিয়ুটি হায়বসিগী আর্টকী ওইবা এক্সপিরিয়েনস হায়বসি আর্ট মশাদুদা পক্তুনা য়াওজরবা মগুণ — *sui generis* নি লৌনৈ। মীওইবগী পুক্লিংদা তোঙানবা থোইদোকপা পোকপদগী য়াওজরক্লবা বুদ্ধি — ইনষ্টিংত অমা লৈ, মহৌশা নৎত্রেগা আর্টকী ফজববু খঙবা, পাম্বগী ইনষ্টিংতসিনা মসিগী মতেং ওইনৈ। অখংঅহৈ কাঙবু অমনদি করিগুম্বা মখল অমতগী শুমহৎনবা পোৎ অমতগা মশকমওং মান্নে হায়না তাকপা য়াদবা ফজবা হায়বসিগী মশাগী ওইবা মওং,

শুমহৎয়াই অমা লৈজে হায়না লৌই। আর্ট অমসুং ফজবা হায়বসি তোঙানবা পোৎশক ওইনা লৈদুনা মশাগী অশেংবা মমল লৈজবা পোৎশকনি। আর্টকী এক্সপিরিয়েন্স হায়বসি মী অমনা ফংলিবা অপূনবা এক্সপিরিয়েন্স অদুগী শরুক অমতনি। ফজবা হায়বসিনা খণ্ডমদবা অঙকপা অমদি লাইতীনগী ওইবা এক্সপিরিয়েন্স ফংহন্নবা লমজিং ওইনদে। মসিনা পুক্নিংদা পোকহল্লিবা মতৌ অসি অতৈ অতৈ ফজবনা শুমহৎনরিবশিং অদুগা মরী লৈনৈ, খেন্নবা হায়ববু মখল অসিনা হেন্না ময়েক শেংনা, শাফু কন্না পোকহনবসিতনি। সাহিত্যগী মমল — লিটেরেরী ভেলুনা পুন্সিগী হিংলিবা পান্দমগী মীৎয়েংদগী মশক তাক্লবা মহাক্লা হোৎনখি। মহাক সাইকোলোজিদা মথ্বাই য়াওবা মী ওইদুনা মহাক্লা লৌরিবা ভেলু হায়বসি শাগৎপদা গেষ্টোলট সাইকোলোজি — খণ্ডলক-উরকপগী অপূনবা শকফমনা মচেৎ মচেৎ মশা ওইনা খণ্ডলক-উরকপদগী হেন্না মপুং ওইবা মশক্তগী হেল্লি হায়বা থিয়োরি অসিদা য়ুম্ফম ওই। মীওইবগী পুক্নিংদা অমগা অমগা চয়েৎনবা ইংরাজীদা এপিটেনশিজ(appetencies) হায়না খঙনবা পোকপদগী য়াওরক্লবা বুদ্ধি, অপাম্বা কয়া পুন্দুনা লৈ। চয়েৎনবা, য়ানদবা বুদ্ধি, ব্রাখল কয়ানা তোঙান তোঙানবা মাইকৈদা চিংখাইননা মীওইবগী পুক্নিংদা লৈবদগী পুক্নিং অসি লৈতাদনা চরাংনদুনা লৈ। অদুবু অসিগুম্বা মান্নদবা, খেন্নবা বুদ্ধি, ব্রাখলশিং অসি নিয়ম নাইনা চাং নাইহন্দুনা থম্বা ঙম্বগী মশাগী য়াওজরক্লবা মগুণ অমসু লৈজে। আর্টকী মরুওইবা থৌদাংদি মীওইবগী পুক্নিংবু হেন্না থুনা অমসুং মপুং ফাহন্দুনা পূনশিনবা, শেমগৎপনি। শম্না হায়রবদা, পুক্নিংবু মান্নবা খল অমদা থম্বা, ব্রাখলবু মান্নবা চাং চানা লৈহনবা অমসুং শান্তি পীবা, ফংহনবা ঙম্নবগী পান্থৈ অমনি আর্ট হায়বসি। মী অমমমগী লম্নাই পুন্সিদা চুম্না লৌনরিবা ব্রাফম অসি অপূনবা সামাজিক পুন্সিদসু চুম্না থোকই। খুদম ওইনা আর্টপু নীংতম্না অপাম অপাম্বা মওংদা নৈনরম্বা থায়নগী এথেনসকী সমাজগী মীওইশিংনা পুক্নিং অমসুং ব্রাখলগী হেন্না মপুংফাবা, মান্নবা মতৌ অমা আর্টপু অদুক হাক্লা মমল নাইহন্দবা, লুনা তৌনরমদবা সমাজগী মীশিংদগী লৈবা উই।

আর্ট অমসুং লিটরেচরদগী ফংলিবা ফজবা — বিয়ুটি হায়বসিনা পুক্নিংদা

সিনেথেসিস (synaesthesis) হকচাংগী শরুক অতৈদা পোকহনবা অন্না-নুংঙাইনা অতে মফম, শরুক কয়াদা অন্নানুংঙাই পোকহন্দুনা, ফাওহন্দুনা পুক্নিংগী শান্তি ওইবা ফিবম অমসুং নুংঙাইবদা য়ৈথাইবা ওইহল্লি, অপনবা পী। অমগা অমগা য়ানদবা ওন্নতৈননা থোকপা ব্রাখল পোকহন্দুনা, পুক্নিংগী ইহুল পীদুনা পূনশিনবা অমতা ওইনা চুশিন্নহনবগী মওং অমা থোকহল্লি। অসুম্না মান্নদবা, খেন্নবা ইহুল কয়াগী অপূনবা মশক অমা পুথোকপা, শেমগৎপা হায়বসি ফজবা — বিয়ুটি হায়বসিনা পাঙথোকই। রিচার্ডসনা হায়,

It must be borne in mind that synaesthesis is not confusion and inertia which results from warring impulses. On the contrary, it is a state of mind in which all the faculties are alive and active and pleasure results from their harmonious adjustment. All the complex thoughts, feelings and desire which are stimulated are simultaneously put into an ordered pattern leading to mental peace and pleasure.

অচম্বা এক্সপিরিয়েন্স অমসুং আর্টকী ওইবা এক্সপিরিয়েন্স অনী অসিগী মরক্তা অকোনবগী এক্সপিরিয়েন্স অসিনা পাকচাউনা চৈনেনবা কয়াবু কোনশিন্দুনা পুক্নিংদা পোকহল্লকলিবা ইহুল কয়াবু মওং চুম্না শেমশাবা ঙম্বগী শক্তি লৈবা হেল্লি। আর্টনা কোল্লিবা ঙমখৈসি পাক চাউই, ঙমখৈ অসিগী মনুংদা চৈনেনবা ইহুল, মওং কয়া লৈরবসু মখোয় অসিবু চানবা অপূনবা শক্তম অমদা থম্বদা অচুম্বা পুন্সিদা থেংনরিবা, ওইরিবসিদগী মসিনা হেন্না মায়পাকপা ঙম্মী।

শৈরেংনা গারিবশিংগী পুক্নিংদা, ব্রাখলদা করি পোকহনবগে হায়বসি নৈনবনা রিচার্ডসনা শৈরেং ইবগী থৌওং — পোয়েটিক ক্রিয়েশন হায়বসিগী মরমদা নৈনবদগী হেন্না কূপ্না নৈনৈ। পোয়েটিক ক্রিয়েশন হায়বসি কবি অমগী য়াম্না লন্নাই ওইবা, করিনো হায়না থিহম্বদা লুনা থোকপা থৌরম ওইবনিনা করি ওইরমগদগে হায়বসি ভাবনা লাকশিন্দুনা মাদুনা খঙবদগী হেন্না তৌনিংঙাই লৈতে। শৈরেং ইরিবা কবি মশানা ফাওবা মশা মতোমতা পুক্নিংদা থিজিন-হুমজিনজদুনা

নৎত্রগা নৌহৌননা নিংশিংনবা হোৎনজরবসু শৈরেং ইরিঙৈগী মাগী পুক্লিং, ব্রাখলগী মওং, মতৌ অদু অসুম তৌই হায়বসি ঙমদে। শৈরেং অদু পারিবশিংনা শৈরেংদুগী মরমদা থিজিনহুমজিনবা অমসুং চাংয়েং তৌনবগী হেন্না পাক চাউবা খুদোংচাবা ফংই। এনথ্রোপোলোজি, সাইকোলোজি অমসুং মখল অসিগী বিজ্ঞান্দা পামজবা রিচার্দসনা সাহিত্যনা লন্নাই মীওই অমদি কাঙলুপ অমনা মসি পাৰুবদা মখোয়দা করি পোকহনবগে হায়বসি নৈনবদা হেন্না পুক্লিং চঙখি। সাহিত্য পাবনা পারিবশিংগী পুক্লিংদা পোকহল্লিবা থৌওং অদু ইজরা পাউন্দগুম্না রিচার্দসনা ওন্নবা মেছিন — খুৎলাই অমা পুথোক্লবা হোৎনরম্বদি নত্তে, অদুবু মাগী মরুওইবা পান্দমদি সাহিত্যনা পীরিবা পাউ — কমিয়ুনিকেশন পারিবশিংদা পোকহল্লিবা পুক্লিংগী ফিবম অদু আর্টকী মতিকময়াই য়াওবা লোনগী মতেংনা কমদৌনা মীগী থম্মোইদা ইথিল পীবগে, পোকহনবগে হায়বসি পুথোকপনি। আর্ট হায়বসি যোঙদোকপা, উৎথোকপা এক্সপ্রেসনল্লা নৎত্রগা অমগা অমগগী মরক্তা ফাউদোক-ফাউজিন তৌনদুনা — কমিয়ুনিকেৎ তৌববুরা হায়বসিদা রিচার্দসনা মসি অমগা অমগগী মরক্তা ফাউদোক-ফাউজিন তৌনবা — কমিয়ুনিকেশন্নি হায়না লৌই। নিংশিংবা থোক্তবা মতমদগী হৌনা মীওইবনা অমগা অমগগী মরক্তা শকখঙ-মায়খঙননা ফাউদোক-ফাউজিন তৌনবগী থৌওং কয়া পায়খৎলকই, অদুনা পুক্লিংগী মওং অসিসু ফাউদোক-ফাউজিন, হোদোক-হোজিনগী মতৌ অসিগা চাশিন্ননবা, ওইশিন্ননবা শেমগৎলকহ। শৈরেংগী থানবা য়াদ্রবা মশক অমদি কমিয়ুনিকেশন হায়বসিনি। শৈরেং ইরিবা কবিনা মশানা খঙনা নৎত্রগা খঙদনা কমিয়ুনিকেশন হায়বা পান্দমসি মানা ইরিবদুদা অদুম য়াওহল্লি। কবিনা কমিয়ুনিকেশনগী থৌওং অসি তৌবদা মানা কমিয়ুনিকেৎ তৌনিংলিবা অপাবশিং অমসুং মখোয়দা মানা খঙহন্নিংলিবা, পীনিংলিবা ব্রারম অদু কাউথোকপা, নিংশিংদবনা হেন্না ফৈ। কমিয়ুনিকেশননা শৈরেং ইরিবা অমসুং পারিবশিং অনীগী পুক্লিংগী মতৌদা মান্নবা মওং অমা পুরকই, মসিনা কবিনা শৈরেং ইরিঙৈ মতমদা ওইবা পুক্লিংগী ফিবম মতৌ অদুগা পারিবশিংদুগী পুক্লিংগী মতৌ, ফিবমগা মান্ননা মওং অমদা লৈহল্লি। অসিগুম্বা শৈরেং ইরিবা কবি অমসুং পারিবশিং অনীগী

পুক্লিংগী ফিবমদা মান্নবগী মতৌ মওং অমা থোকহল্লিবসি লোনগী পাম্বৈনা ওইথোকহল্লি।

“দ মিনিং ওফ মিনিং” হায়বা লাইরিকসিদা লোনগী মনুংদা য়াওরিবা, লৈরিবা অথগী তোঙান তোঙানবা লৈরোন, রেফরেসন হায়বদি লোনগী মরী-মখোঙগী তোঙান তোঙানবা থাক অমসুং লোন্না তোঙান তোঙানবা মখলগী অর্থ কয়ামুক পীবা ঙম্বগী শক্তি অসিনচিংবগী মতাংদা নৈনৈ। মরুওইনা লাইরিক অসিদা লোন হায়বসিগী খেন্নবা মশিজিন্না অনী সিম্বোলিক নংত্রগা রেফরেনসিয়েল ওইবা খুদম ওইনবা নংত্রগা অচুম অরান মশক খঙনবা মশিজিন্না অমা অমসুং ইমোটিব হায়বদি পুক্লিংগী ইহুল, ইমোশন পোকহন্নবগী মশিজিন্না হায়বা অমগা লৈ হায়না তাকই। লোনগী অর্থ নৈনবা সেমানটিক্সকী লমদা অনৌবা লমজিং অমা মসিনা পীরি। “প্রিনসিপলস ওফ লিটেরেরী ক্রিটিসিজম” গী ৩৩ শুবা তাংকক্তা রিচার্দসনা হায়রি,

A statement may be used for the sake of the *reference*, true or false, which it causes. This is the *scientific* use of language. But it may also be used for the sake of effects in emotion and attitude produced by the references it occasions. This is the *emotive* use of language. The distinction once grasped is simple. We may either use words for the sake of references they provide, or we may use them for the sake of the attitude and emotions which esnsue. Many arrangements of words evoke attitudes without any reference being required *enroute*. They appeared like musical phrases. But usually references are involved *as conditions* for or *stages* in the ensuing development of attitudes, yet it is still the attitudes, not the references, which are important.

Further, in the scientific use of language not only must the references be correct for success, but the

corrections and relations of references to one another must be of the kind which we call logical. They must not get in one another's way, and must be so organised as not to impede further reference. But for emotive purpose logical arrangement is not necessary.

অর্থ হায়বসি মখাদা পীরিবা ৱাফম মরি অসিগী মখা পোন্না পুথোকপা য়াই, মরি অসিগী মখা পোন্না লৈ : (ক) সেনস হায়বদি ইন্দ্রিগী কায়াৎশিংনা তাবা, উবা, খঙবা ঙম্বদগী ওইরকপা, (খ) ফিলিং — পুক্রিংদা ফাওরকপা ৱাখল, (গ) টোন হায়বদি মদুনা পীরিবা সুর, খোঞ্জেলগী মশক অমসুং (ঘ) ইনটেনশন হায়বদি উৎনিংলিবা, ফোঙদোক্লিংলিবা পান্দম। সেনস হায়বসিনা ফোঙদোক্লিবদু চুম্বরা চুমদবরা হায়বগী অর্থ খঙহনবগা লোয়নন। পুকনিংদা ফাওরক্লিবা ইহুল, ৱাখল অদুগা মদুবু পোকহন্নবা ইথিল পীরিবা থৌদোক, থৌওং অদুগা অনী অদুগী মরক্তা লৈরিবা চানবা, চূনবা মরি অদু খঙহল্লি। লোনবু মচু শঙদুনা লোনদুনা চুম্নগী ফোঙদোকলিবা ৱাফমদু চুম্মী, চুমদে হায়বতমক খঙহনবা নত্তনা পুক্রিংগী ওইবা ইহুল কয়া, ফোঙদোক্তনা ফুমদুনা লৈবা অর্থ কয়া ইরিবা, উৎলিবদুদা হাপ্পা, য়াওহনবগী পান্দম অদুনি ফিলিং হায়বসিনা উৎলিবনা। টোন হায়বসিনা ইরিবা মীদুনা মানা পান্দম তৌরিবা ভাবোক্কী মফমদা য়েংলিবা মীৎয়েং অদুনি। খুদম ওইনা, নহা ওইরিবা কাঙলুপকীদমক্তদি তোঙানবা টোন — সুর, খোঞ্জেল অমা শিজিন্নগদবনি অদুগা মহৈমশিং হৈবা কাঙলুপকীদমক্তনা অতোপ্পা টোন অমা শিজিন্নগদবনি। ইনটেনশন হায়বসি ফোঙদোক্লিংলিবা পান্দমনি হায়বনিনা ইরিবা নৎত্রগা ৱা ঙাঙলিবা মীদুনা মহাক্না পান্দম থল্লিবা ভাবোক, পারিবশিং অদুগী অপাম্বা য়েংবা তাই। মানা ইরিবা, ঙাঙলিবদুনা ভাবোকপু মরাঙ হৌহনবা, শাউহনবা নৎত্রগা অশাউবা ফাথবা, নেমথহন্নবা পান্দম অসি লৈগদবনি। শিজিন্নরিবা লোন্দা অসিগুম্বা পান্দম অসি শোয়দনা য়াওই অমসুং মসিগী মতুংইন্না লোন অদুগী মগুণ লেপ্পী। ইরিবা অমদা সেনস নৎত্রগা ফিলিংনা নম্না, হেন্না য়াওগদ্রা, য়াওরোইদ্রা হায়বসিদি ইরিবদু সাইনটিফিক ওইবা অচুম্বা উৎকদবা

হীরমলা নংত্রগা কবিগী ওইবা মই, মফোঙদোকলা হায়বসিগী মখা পোল্লি। অসিগুম্বা পান্দম অসিনা লোনবু কূপশিন্দুনা মনুংদা য়াওদুনা লৈ।

ব্রাহৈগী অর্থ হায়বসি ব্রাহৈদুনা লৈরুরিবা মতাং, ব্রাহৈ অদুনা য়াওরিবা, লৈরিবা মরীমখোং কনটেক্সটকী মখা পোল্লি অদুবু কনটেক্সট মরীমখোং হায়বসি হেক্তা লায়না খঙদোকপদি য়াদে। সাহিত্যগী অইবা মইদা য়াম্না শক্তি লৈনা ফোঙদোকপা অমসুং হেন্না কনশিনবা অর্থ পীনবা মরী লৈনবা ব্রাফম, মতাং কয়াবু থাদোকপা, ফোঙদোক্তনা থম্বগী চনৈনবসি তত্তনা ওই। মরীমখোং কনটেক্সট য়াওদবা, ব্রাৎপা অমসুং অর্থদা, ভাবতা অনী থোকপগী মতৌ অসি তত্তনা পম্নে, ঙাঙনৈ। অয়ুক নুমিদাংগী ইচম চম্বা ঙাঙনশান্নবদদি অসিগুম্বা মওংগী চিংথবা অমদি অর্থ তোঙান তোঙান্না লৈবা য়াবগী মওং অসি অশোয়বনি হায়না লৌনৈ, অদুবু শৈরেং অমসুং কলাগী ওইবা ব্রারেংদদি মসি ফজহন্নবগী মওং অমনি অমসুং পীনিংলিবা অর্থদু মপূংফানা পীবা ঙম্নবগী পাম্বৈনি লৌনৈ। শৈরেংবু ভাব তাহন্নবা, খঙহন্নবা অমসুং মদুগী মগুণ চপচানা খঙহন্নবা ক্রিটিকনা কনটেক্সট হায়বসি খঙদুনা মশক শেংনা তাক্কদবনি, খঙহনগদবনি। "দ মিনিং ওফ মিনিং" দা মানা হায়,

A context is a set of entities (things or events) related in a certain way; these entities have each a character such that other sets of entities occur having the same characters and related by the same relation; and these occur nearly uniformly.

শৈরেংগা পাউতাক — দোকত্রিন নংত্রগা অচুম্বনি হায়না লৌনরিবা, থাজনরিবা বিলিফ হায়বসিগা অনী অসিগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অসি রিচার্দসনা নৈনৈ। সাইন্সকী ওইবা মইদদি অচুম্বনি লৌনরিবা বিলিফ হায়বসি অচুম্বা মরী-মখোং, উৎলিবদুগী অচুম্বা মশক অসিনচিংবনা য়ুমফম ওই। মখল অসিগী অচুম্ববু বুদ্ধিগী, লৌশিংগী ওইবা ইন্টেলেকচুয়েল বিলিফ হায়না কৌনৈ। শৈরেংগী মরুওইবা পান্দমদি মোৎ, মীৎয়েং এটিচুদ অমদি পুক্লিংগী ইহুলগা মরী লৈনবনা

ফোংদোক্লিবদুগী অচুম্বা, অওইবা মশক, লেঙদবা শক্তম উৎপা হায়বসি থোইদোকনা থিনদে। বুদ্ধি, লৌশিং জ্ঞানগী অচুম্বা, অওইবা ফোংদোকপা, য়াওহনবদগী শৈরেংদা পুক্লিংগী ইহুলনা হেন্না নম্না য়াওই। কবিগী ওইবা অচুম্বা — পোয়েটিক ত্রুট হায়বসিদি তোঙানবা মওংগী, মখলগী মতৌ অমনি, মসিদা য়াওরিবা ফোংদোক্লিবা অচুম্বা হায়বসিসু শোয়দনা প্রমাণ তৌদুনা উৎপা য়াবদগী ওইরকপদগীদি পুক্লিংগী মতৌ, ইহুলদগী ওইরকপনা হেন্না মরু ওই। কবিগী মীৎয়েংগী অচুম্বা পূন্নমক লৌশিং, বুদ্ধি ইয়াওমক য়াওদে হায়বদি য়াদে, অদুগা সাইনটিষ্ট পূন্নমক্কী ৱাখলদা পুক্লিংগী ইহুল — ইমোশন হায়বসি শুকলৈ লৈতে হায়বসু য়াদে। অনী অসিগী মরক্তা লৈরিবা খেন্নবদি চাংদদা নত্তনা মখলদসুনি।

রিচার্দসকী ক্রিটিসিজমদা অনৌবা মীৎয়েং কয়া য়াওরি। মাগী মীৎয়েংসিদা কৃপ্পা খায়দোক্তুনা য়েংশিনবা — এনালিসিস, ভাব, অর্থ পুথোক্তুনা হনবা — ইন্টরপ্রিটেশন অমসুং মগুণ, মমল লেপ্পা — ভেলুয়েসন হায়বা মরুওইবা খোঙথাং অহুমসি মরুওই হায়না লৌই। অহানবদা এনালিসিস কৃপ্পা খায়দোক্তুনা য়েংবা হায়বা থাক অসি লোইরগা অনীশুবগী অর্থ, ভাব খঙবা, হনবা ইন্টরপ্রিটেশন হায়বা অনীশুবা থাক অসি লৌখৎলি। ইন্টরপ্রিটেশন য়াওদ্রবদি এনালিসিসসু অরেম্বা ওই।

মহৈমশিং নিংথিনা হৈবা অমসুং মনুং হুঞ্জিন্না লুনা মমুৎতানা খনথবা, থিজিনবা ঙম্বগী হৈশিংবা মগুণনা রিচার্দসনা ইংরাজী ক্রিটিসিজমদা অনৌবা মশক অমা পীরম্মী। মানা ইরম্বা পূন্নমক্তা মশাগী ওইবা অনৌবা মীৎয়েং, ৱাখল পুথোক্লম্বা মীনি মহাক। কবিনা ফোংদোক্লিংবা, হায়নিংবা কয়াবু অপাবশিংগা ফাওননবা — কমিয়ুনিকেৎ তৌনবগী পাম্বৈ ওইনা লোন হায়বসিগী মরমদা মানা নৈনরম্বা কয়াসিদা ঙক্না থোক্লবা অনৌবা মীৎয়েং কয়া য়াওরি। চাং য়েংদুনা নৈনবা, মচেৎ থোক্না খায়দোক্তুনা নৈনবা অমদি থবক ওইনা পাঙথোক্তুনা প্রমাণ তৌনবা লৌখৎতুনা নৈনবা (experimentation, analysis, practical criticism) মখলগী ক্রিটিসিজম অসি মানা হৌদোকখি, পাম্নহনখি। কলা অমসুং সাহিত্যগী মতাংদা ময়াম্না থাজনা লৌনরিবা ৱাফম কয়াবু শীংনরগা অনৌবা হেন্না

চুন্না থোকপা মীৎয়েং মহাক্কা পীরম্মী। এরিষ্টোটলনা মতৌ তম্বা — ইমিটেশন, ওইবা য়াবা — প্রোবেব্লিটি অমসুং কেথারসিস হায়বসিদা য়েংলম্বা মীৎয়েং অদুনা য়ুম্ফম ওইরগা রিচার্দসকী মীৎয়েংগী লমজিং ওইখি। মানা কোলরিজনা লৌরম্বা ইমেজিনেশন হায়বসি নৈনরকপদা প্লেটোগী মীৎয়েংলোমদগী নৈনরকই। মঙোন্দা প্লেটো অমসুং এরিষ্টোটেল অনীগী মীৎয়েংগী ইথিল অমসুং মমি তাই। শেলী অমসুং মেথিয়ু অরনোল্দগুন্না রিচার্দসসু শৈরেংগী শক্তি, তৌবা ঙম্বা মগুণদা কন্না থাজবা মীনি, মখোয়গুম্না মহাকসু শৈরেংনা মীওইবগী অফবা কয়া তৌবা, পীবা ঙম্মী হায়বসিদা থাজৈ। কলচর — সংস্কৃতি য়াওদ্রবা শৈরেং অদুদি কান্নদবনি, অরেম্বনি অমসুং শৈরেংতনা ঐখোয়বু কনবিবা ঙমগনি হায়না মানা লৌখি।

# ২১ ঃ মার্ক্সিষ্ট ক্রিটিসিজম

আইদিয়েলিষ্টিক — ফিদমদা চেৎনা থাজবা অমসুং হিদোনিষ্টিক — নুংঙাইথোকপা, হরাওতয়াম্বনা লমজিং ওইবা সাহিত্যগী মীৎয়েং অমসুং থিয়োরিবু য়ানিংদবা, থিয়োরিশিং অসিগী পাউখুম ওইনা সাহিত্যদা মার্ক্সিষ্টকী মীৎয়েং অসি লাকখি। পুনসি অমসুং সাহিত্য অনীসি থাদোক্নবা, খাইদোক্নবা য়াদবনি হায়না মার্ক্সিজমনা লৌই। লেপতুনা লৈতবা, মাঙলোমদা অসুম অসুম চঙশিল্লিবা সমাজগী মমিনি সাহিত্য হায়বসি; থাক অমদা লৈরিবা সমাজগী মীওইশিংনা অতোপ্পা থাক অমদা চঙশিল্লকনিংবা খোঙ থাংজিল্লকনিংবগী অপাম্বা, আশা অদু সাহিত্যদা য়াওই, উৎলি; সমাজনা চাওখৎলকপগী মিকুপ, মতাং অকক্লবা খরদা সমাজবু মচেৎ তানা থুগাইনবা হোৎনরিবা শক্তিশিং অদুবু ঐখোয়দা খঙহন্দুনা, ভাব তাহন্দুনা অসিগুম্বা অকায়বা পীরিবা শক্তিশিং অসিবু থেংননবা হায়।

অসিগুম্বা সাহিত্যগী মীৎয়েং অসি অহানবা ওইনা কার্ল মার্ক্স অমসুং ফ্রেদরিক ইংগেলসনা ইবা কয়াদগী ওইরকখি, থোরকখি। মখোয় অনীমক অচৌবা রিভোলিয়ুশনরি ওইবা ইকোনোমিষ্টনি অমসুং পোৎচৈ, লনথুম পুথোকপগী মওং, পাম্বৈনা সামাজিক, রাজনৈতিক অমসুং ইন্টেলেকচুয়েল হায়বদি বুদ্ধি, ব্রাখলগী মওং ফিবম অসিবু লেপ্পী হায়না উৎনবা, প্রমান তৌনবা হোৎনখি। শেনথুম — ইকোনোমিক্সকী ব্রাদা ঙাক্তা নৈনদুনা লৈবা, য়েংবা থিয়োরী নত্তে মার্ক্সিজম, মীওইবনা হিংলিবা পুনসি অসিগা মরী লৈনরিবা আর্ট অমসুং লিটরেচরসু য়াওনা ব্রাফম পূম্নমক য়েংলিবা, নৈনরিবা দর্শন অমনি। কার্ল মার্ক্স অমসুং ফ্রেদরিক ইংগেলস অনীমক কলা অমসুং সাহিত্যবু পামজবা, মসিদা থব্রায় য়াওজবা

মীনি অমসুং হীরম অসিদা মখোয়গী লৈবা মোৎ অদু চিঠি অমদি নোট কয়াদা খোৎচিন্দুনা থনম্মী।

মার্ক্সিজম মপানথোংগী, পোৎশককী ওইবা কান্নবনা লমজিং ওইবা দর্শন — ফিলোসোফিনি। দর্শন অসিদা মপানথোংগী, পোৎশক্কী ওইবা — মেটরিয়েল হায়বসি য়াম্না মরু ওইনা লৌই। ফিদমগী আইদিয়েলিষ্টিক ফিলোসোফিদনা আইদিয়া ব্রাখল, ভাব হায়বসিনা হান্না মাগুজিন থানা থম্লগা, লৈহল্লগা পুক্লিং অসিনা মপানগী তাইবংপান অসিদগী থেংনরকপা, ফংলকপা এক্সপিরিয়েন্সশিং অদুদা পুক্লিং অসিগী মশাগী ওইবা ব্রাখল, মীৎয়েংদু থমদুনা, হাপচিন্দুনা য়েংবা ঙম্বগী শক্তি অদু লৈজে। মার্ক্সিষ্টনা মীৎয়েং অসিগী মায়োক্তা লৈ অমসুং কার্ল মার্ক্সনা ফিদম - আইদিয়েল হায়রিবসি মীওইবগী পুক্লিংনা মপানথোংগী তাইবংপান অসিগী মরমদা খন্দুনা ব্রাখল, বুদ্ধি ওইনা ওনথোরকলিবা অসিবুনি হায়।

সমাজ চাওখৎলকপগী তাঞ্জা অমদা ইকোনোমিক্সকী শক্তিশিংনা চলাইরিবা হায়বদি পোৎচৈ পুথোকপগী মওংনা সমাজ অমসুং মীওইবগী হৌনবী লিচৎপু খুদুম চল্লি হায়না মার্ক্সিজমনা লৌই। মার্ক্সিষ্ট ক্রিটিসিজমবু আমেরিকাদা কন্না শৌগৎলিবা আমেরিকান ক্রিটিক গ্রেনভিল হিক্সনা হায়,

We can understand an author best if we examine his relation to the social movements of his time and to the class alignments out of which they grow . . . what we have to ask, it seems to me, is whether a work of literature contributes to a world attitude that is compatible with the aims and tasks of the proletariat and whether it tends to build up a system of responses that will permit the proletariat to play his individual part in the coming struggle.

(Granville Hicks : *The Great Tradition* (1933)

ইকোনোমিক — শেনথুমগী ব্রাফমসিদনা পুম্নমক অসিগী লমজিং ওইগদবা,

লেপকদবা মচাক নত্তে হায়না মার্ক্সনা লৌই। বুদ্ধি, জ্ঞানগী পুন্সিগী মশক অসি মমৈদা মপানথোংগী নুংঙাই-য়াইফবা মতৌ অসিগী মখা পোল্লি অদুবু শেনথুমগী ফিবমদনা শূন্নমক অসি লেপথোক্লবা পাম্বেনি হায়বদি য়াদে। মী অমনা সমাজদা লৈবদা মাগী ইকোনোমিক - শেনথুমগী ফিবমদুনা মরুওইবা শক্তাক্লবা য়ুমফম ওই অদুবু মীদুগী ব্রাখল, বুদ্ধিগী মশক অদু শেমগৎলকপদদি, শাগৎলকপদদি মসি নত্তবা অতৈ অতোপ্পা মচাক কয়ামুক অমসু দরকার ওই। হীরম অসিগা মরী লৈননা ১৮৯০ দা জে. ব্লোক্তা ইবা চিঠি অমদা ইংগেলসনা মখাগী অসুম্না হায়,

According to the materialist conception of history, the determining element in history is *ultimately* the production and reproduction in real life. More than this neither Marx nor I have ever asserted If, therefore, somebody twists this into the statement that the economic element is the *only* determining onc he transforms it into a meaningless, abstract and absurd phrase. The economic situation is the basis, but the various elements of the superstructure — political forms of the class struggle and its consequences, contributions established by victorious class after a successful battle, etc. — forms of law – and then even the reflexes of all these actual struggles in the brains of the combatants : political, legal, philosophical theories, religious ideas and their further development into systems of dogma — also exercise their influence upon the course of the historical struggles and in many cases preponderate in determining their form.

আর্ট অমসুং লিটরেচর হায়বসি সামাজিক পোৎথোকনি। মপানগী তাইবংপান অসিগা মরী লৈনরকপা, শম্নরকপদগী আর্টিষ্ট অমগী মশাদা পোকলকলিবা, ফাওরকলিবা ফজবগী এসথেটিক্স ব্রাখল অসি ফাওরকপগা

লোয়ননা আর্টিষ্ট অদুনা সমাজদা মাগী ওইরিবা ফিবম অদু খঙগদবনি। অচৌবা, অৱাংবা আর্ট হায়বসি রিয়েলিষ্টিক ওইদুনা প্রোগ্রেসিব হায়বদি মাঙলোমদা য়েংগদবনি। আর্টিষ্টনা সমাজগী অশেংবা, অচুম্বা মশক অমা য়েক্লুনা, ইদুনা মদুগী মনুংদা য়াওরিবা, লৈরিবা তোঙান তোঙানবা শক্তিশিংদুসু উৎকদবনি।

মার্ক্সিষ্টনা সাহিত্যদা য়েংলিবা মীৎয়েং অসিদা লম অনীদগী য়ানিংদবা উৎলি। সাহিত্যদা প্রোপেগন্দা — মোৎ, ৱাখললোন অমবু শন্দোকপগী মওং অসি মার্ক্সিষ্টশিংনা য়াম্না মরুওইনা লৌই। মখোয়না লন্নাই মীশক — ইন্দিভিজুয়েল আর্টপু পুথোকপদা মরুওইবা মচাক ওইরিবা অসিবু চনৈনবা, খঙবদা লুরবা ইকোনোমিক শক্তিগী শিকারগী পান্দম ওইনা লৈহন্দুনা মাগী থৌদাং অসি থওইনা খন্নবিদে। মার্ক্সিষ্টশিংনা আর্টতা য়াওরিবা, ফোঙদোকলিবা মচাক — কনটেন্ট হায়বসিদা য়াম্না মরু ওইনা য়েংই; অচৌবা, অৱাংবা মখলগী আর্টনা করিনো অৱাংবা, ফজবা খরা তত্তনা খঙহল্লি হায়বসি থওইনা লৌরুদে।

আর্টতা এক্সপ্রেশন হায়বদি ফজনা ফোঙদোকপা হায়বসিগী কান্নবা, ফজবা লৈবগুম মার্ক্সিষ্টশিংনা লন্নাই মীওই — ইন্দিভিজুয়েল হায়বসিনা আর্টতা লৌরিবা দায়ীত্ব অদুবু কাউথোক্তে। মার্ক্সিষ্ট দর্শনগী ময়ায়দা লৈরিবদি মী হায়বসিনি অমসুং মীবু মুক্তি ফংহন্নবগীদমকনি মার্ক্সিষ্টনা থেংনরিবা লান অসি। মার্ক্সিষ্টনা মীগী অশেংবা, অওইবা মশক অদু পুথোক্লুনা উৎপা পাম্মী — অৱাঅনা, নুংঙাইয়াইফবা কয়াগা য়াওন্নদুনা লৈরিবা মীওইবা, মায়পাকপা অমসুং মায়খুবা কয়াগী মরক্তা মহাক চপ চানা কদাইদা, করি ফিবমদা লৈবগে হায়বসিনি মখোয়না উৎনবা হোৎনরিবসি।

হৌজিক মতমগী ক্রিটিকশিংগী ৱাখলদা মার্ক্সিষ্টকী ক্রিটিকেল থিয়োরীগী ইথিল কন্না লৈ। ক্রিটিকশিং অসিগী মরক্তগী খরা মখৈতনা মশানা মশাবু মার্ক্সিষ্ট থিয়োরীদা থাজবা মীনি হায়জৈ। অদুবু মতম অসিগী ক্রিটিক কয়াগী ৱাখলদা, মীৎয়েংদা সোসিয়োলোজিকেল ওইবা মচাক, অপাম্বা ফোঙদোকলিবা অসিদি মার্ক্সিষ্টকী ওইবা ক্রিটিকেল ওইবা য়ুমফমদা থাজবদগী হৌরকপনি। "ষ্টদিজ ইন য়ুরোপিয়ান রিয়েলিজম" - ১৯৫০ দা লুকাকসনা য়ুরোপকী অচৌ অচৌবা অইবা কয়া খংগৎলগা মখোয়না ইরিবদুদা য়াওরিবা সামাজিক ওইবা মচাক পুথোক্লুনা

মাক্সিষ্টকী মীৎয়েংদগী য়েংদুনা নৈনে। ১৯৩৭ তা ফোঙবা ক্রিষ্টোফর কোদৱেলগী লাইরিক "ইলুজন এন্দ রিয়েলিটি" হায়বা অসিদা আর্টকী হৌরকফম অমসুং চাওখৎলকপগী ৱা নৈনরগা ইংলিশ পোইত্রিগী অচুম্বা শক্তম অমদি মসিগী খোঙচৎতা লৈরিবা চাং মান্নদবগী মরম নৈনদুনা উৎলি। ১৯৫৬ তা ফোঙবা রাল্ফ ফোক্সকী "দ নোবেল এন্দ দ পিপল" হায়বসিদা অচৌবা, শীংথানবা, অৱাংবা থাক্কী লাইরিক হায়নরিবা পূম্নমক অসি মীয়ামদগী হৌবনি, মীয়ামগী লমন তোনবনি অমসুং ইরিবা মী অদুনা মাগী ৱাখলদগী মীয়াম হায়বসি হেক কাউথোকখিবদা মাগী কলা অদু লৈখা তারকই, মমল হনথরকই হায়। ১৮ শুবা চহিচাগী ইংরাজীগী উপন্যাস অসি দিমোক্রেসি অমসুং মসিবু য়াদবা কাঙবু অনীগী য়ানদবদগী ওইরকপনি হায়না মানা উৎলি। মতম অসিগী অইবা দানিয়েল দিফু, ফিলদিং, টোবিয়াস স্মোলেট হায়বসিশিং অসি মখোয়না পুন্সিদা য়েংলমলিবা মীৎয়েং অদুদগী অচৌবা অইবা ঙাক্তনি হায়না মহাক্না হায়রম্মী। হৌজিক্কী মতম অসিগী সাহিত্যদা চমম্নরিবা কয়াসি ফোক্সনা কেপিটেলিজমগী চমম্নবা মশক অসিদগী ওইরকপনি হায়রি।

"দ মোদর্ন ক্বার্টরলি" হায়বা চেফোঙ অসিগী ইদিৎ তৌরিবা ভি.এফ. কেলবরটননা অনৌবা মীৎয়েং অমসুং ৱাখল কয়া চেফোঙ অসিদা মার্ক্সিস্ট ওইবা মীৎয়েংদগী পুথোক্লুনা ফোঙলকই। "দ নিয়ুৱর স্পিরিট" তা কেলবরটননা সাহিত্যগী সোসিয়োলোজিকেল ওইবা য়ুমফম পুথোকপগা লোয়ননা মী হায়বসি মরুওইনা মীদুনা লৈরুরিবা ওইরুরিবা ক্লাশ অদুগী মখা পোল্লি অমসুং মাগী সাহিত্যগী ৱাখল অসিসু মসিনা লেপ্পী হায়না উৎলি।

মার্ক্সিষ্ট ক্রিটিসিজম করিসু কান্নদবনি, মমল য়াওদবা মীৎয়েংনি হায়না খনবা চুমদে। ক্রিটিসিজম মখল অসিনা কলাগী পোৎ অমগা মীচম প্রজা অমগগী মরক্তা লৈনরিবা মরী অসি উৎলি, অচৌবা, অৱাংবা আর্ট হায়বসি মীয়ামগা থৎনথানবা য়াদনা নকশিন্নদুনা লৈমিন্নে অমসুং মীয়ামগা লৈনরিবা মরী অদু হেক মাঙলকপগা আর্টকী অৱাংবা, অচৌবা মতৌ অদুসু হনথরকই, লৈখা তারকই হায়বসি মার্ক্সিষ্ট মীৎয়েংগী ক্রিটিসিজমনা উৎলি। আর্ট হায়বসিদা য়াওরিবা হীরম — কনটেন্ট

হায়বসিগী মরুওইবা কান্নবা পুথোক্কুনা ক্রিটিসিজম মখলসিনা উৎলি, মীয়ামগী অৱাঅনা খঙদবা, আর্ট হায়বসিদি ফোঙদোকলিবা মওং অদুদা ফজরগা লোইহ্রে হায়না লৈরিবা কাঙবুগী ইহো হোবা, মতোং য়াওদবা মতৌ অদুসু মার্ক্সিষ্ট ক্রিটিসিজমনা ময়েক শেংনা উৎলি।

## মতেং ওইনখিবা লাইরিক


1. Karl Marx & Engels, *Literature and Art*
2. Christopher Caudwell, *Illusion and Reality,* 1937
3. I.A. Richards, *The Principles of Literary Criticism,* 1926
4. J.C. Ransom, *The New Criticism,* Norfolk, Connecticut, 1941
5. T.S. Eliot, *The Sacred Wood,* Faber & Faber, 1920
6. T.S. Eliot, *Notes Towards A Definition of Culture,* New York, 1949
7. Gibert & Kuhn, *A History of Aesthetics,* Thames & Hudson, 1956
8. J.W.H. Atkins, *Literary Criticism in Antiquity,* Cambridge, 1934
9. Cooper Lane, *The Poetics of Aristotle,* Boston, 1923
10. T.R. Henn, *Longinus and English Criticism,* Cambridge, 1934
11. G. Showerman, *Horace and His Influence,* Boston, 1922
12. Frank Huntley, *The Unity of Dryden's Criticism,* Chicago, 1944
13. N.C. Smith (ed.) *Wordsworth's Literary Criticism,* London, 1905
14. M.H. Abram, *The Mirror and the Lamp,* New York, 1953
15. John Shawcross (ed.) *Shelley's Liteary and Philosophical Criticism,* London, 1909
16. Lionel Trilling, *Matthew Arnold,* New York, 1955
17. R.C. Child, *The Aesthetic of Walter Pater,* New York, 1940
18. W. Basil Worsfold, *Judgement in Literature,* J.M. Dent & Sons Ltd. London, 1960
19. Wimsatt Jr. & C. Brooks, *Literary History a Short History,* New York, 1959
20. Austin Warren & Rene Wellek, *Theory of Literature,* London, 1968